# নারদ ভক্তি সূত্র

স্বামি শিবানন্দ সরস্বতী

অর্থ হন্দোকচবা :-
শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম,
সেক্রেটরি দিব্য জীবন সেবা সঙ্ঘ, ককচিং ব্রাঞ্চ, মণিপুর-৭৯৫১০৩ ।



**Narda Bhakti Sutras : Swami Sivananda**

**Translator :** **Shri P. Kunjo Singh,**
Secretary, the Divine Life Society, Kakching
Branch -1/69, Machin Manao Sevashram,
Kakching -795103 , Distt. - Thoubal, Manipur.

First Manipuri Edition : 2008
Copies : 500
Price : Rs. 150/-



Published by : The Divine Life Society, Kakching Branch -1/69 on the auspicious occasion of the 121th birth anniversary of **H.H. Swami Sivanandaji** Maharaja on the 8th September 2008.

Printed at : *AISECT Computer, Kakching Khongnang Mari Phangba, P.O - Kakching - 795103, Thoubal, Manipur.*

# কখোকচবা

সদগুরু স্বামি শিবানন্দ সরস্বতীগী "নারদ ভক্তি সূত্র" হায়বা লাইরিক অসি মণিপুরি লোন্দা হন্দোকচদুনা অমুক হন্না সদগুরুগী খুয়া থম্বান্দ কখোকচরি।

হন্দোকচরিব
শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম্



# THE DIVINE LIFE SOCIETY (REGD.)

(ESTABLISHED: 1936)
Propagates Yoga and Vedanta and the Ethical and Spiritual Culture of India. Promotes Universal Love, the Unity of Religions, the Ideal of Brotherhood, and the Spirit of Service among Mankind.

(Founder: H.H. SRI SWAMI SIVANANDA)

P.O. SHIVANANDANAGAR—249 192, DISTT. TEHRI-GARHWAL, UTTARANCHAL, INDIA
Phone. (0135) 2430040, Fax. (0135) 2442046, Rly Stn. RISHIKESH, N.Rly.)

Ref. No. GS/ 7 - 5/9 May 5, 2004

To

Sri P. Kunjo Singh
Secretary,
The Divine Life Society Branch
P.O. Kakching Bazar-795 103
Dt. Thoubal
Manipur

Blessed Atman,

Om Namo Narayanaya, Pranam.

Thank you for your letter of 19th April 2004 where you have asked permission to print and publish the books of Sri Gurudev into Manipuri Language.

We hereby permit you to print the books into Manipuri Language as per the stipulated terms and conditions laid down by The Divine Life Trust Society

Enclose herewith the forms of acceptance of terms and conditions which are to be filled up and signed by the publisher separately for each individual book and send them to us You may take photo copies for more forms.

May God bless you

With kind regards,
Yours in the Lord,

Swami Jivanmuktananda
General Secretary

# অফোওবগী ৱারোল

করিগুম্বা "হায়া উবা" লাইবাউ অমগুম্না ঐখোয়না হায়গে হায়রবদি শ্রীস্বামী শিবানন্দ মহারাজ অসি অনৌবা যুগকী বেঙ্গলদা পোকখিবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অমুক হন্না লাকপা অবতারনি। মানি নত্তে হায়রবদি, মহাপ্রভুগী তুংদা সংকীর্তন ভক্তি যোগবু খ্বাইদগী চাউবা শাক্ পীখিবা, মহাক অদুনা মহামন্ত্রবু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা মিংকপ থোকহনখিবা, মহাক অদুনা ভক্তিবু, মায়বমক নত্তে হায়নীংলবসু, বেদান্তিক নিদিধ্যাসনগা নত্তুগা রাজ যোগগী ধ্যানগা মান্নবা পুখৎপীরম্বদি শ্রীস্বামি শিবানন্দ মহারাজনি হায়বসি চিংননীঙাই লৈতনা চুম্রবনি।

নারদ ভক্তি সূত্রশিংগী মরমদা শ্রীস্বামিজিনা পীবীরিবা টিকাশিং অসি, মরম অসিনা ভগবান মাগী অশেংবা মপাউ পুবা পরাভক্ত ওইরবা অমদগী থোরকপনিনা আত্মা শক্তি চেল্লি।

মরম অসিনা, অসিগুম্বা ভক্তি সূত্রগী টিকাশিং অসিনা ভক্তি যোগ্ সাধনা তৌবদা অমসুং ভগবানগী থৃম্না থম্বালদা য়ৌজনবা হোৎনবদা সাধকশিংগী পুক্নীং ৱাংনা থৌগৎকনি।

*দিভাইন লাইফ সোসাইটি*



# ৱাহৌদোক

নারদ ভক্তি সূত্র হায়বা অসি য়াম্না শকথঙনরবা ভারতবর্ষগী ভক্তি যোগগী হীরমদা ইবা রচনা প্রবন্ধ লাইরিক অমনি। অসিগুম্বা প্রবন্ধ অসি ভক্তি পোক্লকপা, মপূং মরৈ ফারকপা, চাওখৎলকপা, তপ্না তপ্না শাৎকায়রকপা অমসুং ফোঙদোরকপগী মরমদা য়াম্না লূনা ওইথোকপা য়াবা মওংদা পাকশন্না ইবনি। মসি ভক্তিগী লম্বীদা চৎলিবা পূক্নীং চঙবা অমসুং পূকচেল শেংবা সাধক অমদদি য়াম্না কান্নবা লাইরিক অমনি ।

লাইরিক অসি ভক্তি যোগগী মরমদা য়াম্না থাক ৱাংনা লৈবনি। মসিদা নারদনা হায়রম্বনি হায়না খঙনরবা শম্না ৱাহৈ লিক্ল শেম্বা লমচৎকী পাউতাকশিং য়াওরি।

শেংলবা নারদ ঋষিনা মতাং অসিদা মীচম অমনসু ইরায় লায়না হেক্তে ইনবা ওন্না ঈশ্বর নুংশিবগী মরমদা চৎকদবা লম্বী অদু উৎলি। মসিদা অচৌবা জ্ঞান, অৱাংবা দর্শন অমসুং সংসার অসিবু পূংথা থাদোকপগী ৱাফম য়াওদে।

থিজিন শুমজিল্লিবা ছাত্র অমনা ভক্তিগী মনোবিজ্ঞানগী মরমদা থিজিল্লকপদা লাইরিক অসিনা মতেং য়াম্না পাঙ্গনি। সূত্রশিং অসিদা শুক্ষৎনিঙাই ওইবা অমসুং ফজরবা ৱাফোঙদোক কয়া য়াওরি। মথোয়সিনা থমোইদা অপাননা শাফু পী। নারদনা পূম্নমক্তা চপমান্ননা হায়। কনাগুম্বা কাঙলুপ অমতগী য়েংবা অথূবা মিংৎয়েংগী খূদম নত্তুগা মমি মচু অমত্তা য়াওদে।

অমসুং ভক্তিগী লম্বীদদি মথোয় অসি অথোইবনি। মরমদি, অধ্যাত্মিক সাধনা তৌবদা কনাগুম্বা পূকচেল শেংবা ভক্ত অমগী মফমদা চঙবা, য়াম্না শম্না ঙমখৈ তাকপা, ভক্তিগী লম্বী অমসুং অধ্যাত্মিকী নুংশিবগী মরমদা ইবা লাইরিক নারদ ভক্তি সূত্র নত্তনা অতৈ লৈতে। লোন্দা পূদাসু য়াম্না চম্মী।

নারদ ভক্তি সূত্রগী সূত্র মশীং ৮৪ নি। অহানবগী সূত্র কুনমরিদা ভক্তিগী মচৎ তাকই। মথংগী সূত্র মাপাদ হায়বদি ২৫ দগী ৩৩ ফাওবদা ভক্তিনা কর্ম, জ্ঞান

অমসুং যোগদগী করম্মা অমসুং করিগী মথক থোংলিবনো হায়ব তাকই।

সূত্র ৩৪ দগী ৫০ ( পুম্না সূত্র তরাতরেৎ অসিদা )মতৌ করম্মা ভক্তি সাধনা তৌগনি করম্মা চাওখৎহনগনি হায়বা ব্রাফমশিং তাকই।

মখংগী সূত্র তরাতরুক ( ৫১ দগী ৬৬) ফাওবদা ভক্তি হায়বসি মপাম্লেংদা করম্মা অশেংবা ভক্ত অমদা উংথোরকপগে হায়বা অসিগী মতাংদা শন্দোক্না তাকই।

অরোইবগী সূত্র তরানিপান (৬৭ তগী ৮৪ ফাওবদা) ভগবানগী মফমদা অথোইবা ভক্তি লৈরবা ঐ মশক খঙলবা আত্মাশিং অদু করি ফিভম ওইবগে হায়বা মখোয়গী মতিক মঙান মগুণশিং অদু উৎলি।

## নারদ ভক্তি সূত্র হৌরকখিবা

বদ্রিকাশ্রমদা শ্রীবেদ ব্যাসনা সাধনা তৌদুনা লৈরম্মী। নোংমদি নারদনা অসুম কোয়চৎ চৎপদা আশ্রম অদুদা লাক্লম্মী। বেদ ব্যাসনা নারদবু নীংখিবা পূজা ব্যবহারগা লোয়ননা ওকচরম্মী অমসুং হায়জরম্মী, " মীওইবনা মনীংভক্না থিরি। তৌইগুম্বসুং ভক্তি য়াওদনদি মদু ওইথোক্তে হায়রি। ভক্তিতনা অরান খুভম ফংননবা লম্বীনি। অতৈ পুম্নক অসিদি ভক্তিগী লম্বীদা লৈতেং ওইবত্রনি। অদুনা ঐনা নঙোন্দা ভক্তিগী গুণশিং অদু শন্দোক্না তাকপীননবা নোল্লুক্না হায়জরি।"

নারদনা হায়রকই, " নঙগী ভক্ত জৈমিনিনা হান্নরা নীংথিনা মসিগী অরুবা মচাকশিং পূর্বমিমাংসদা নৈনখ্রে। নঙনা উত্তর মিমাংসদা জ্ঞানগী মরমদা মপুংফানা থিজিন্দুনা নৈনখ্রে। হৌজিক নঙনা ভক্তিগী অরুবা মচাকশিং অমুক লৌখৎলক্রে। মসিগী মপুংফাবা ব্যাখা অদু নঙনা নঙগী শ্রীমদভগবতমদা পীগদবনি। ঐনা ভক্তি হায়বদু সূত্রগী মওংদা হায়গনি।" অসুম্না নারদনা ভক্তিবু ব্রাহে লিক্না অশম্বা পাউত্তাক (সূত্র) ৮৪ ওইনা হায়খি।

অসিগুম্নবা অশম্বা ব্রারোইশিনগী মওংদা ইবা সূত্রশিং খোমজিনবগী অপূনবদু নারদ ভক্তি সূত্র হায়না কৌই। (শ্রীমদভগতম ১-৪ অমসুং ৫)

# ভক্তি

ভক্তিগী লম্বীদি থাক থাক্কী খোঙফম খোঙথাং কয়া চঙই। শিনাইবগী পাণ্ডুগী অমদি তাইবংগী অৱা অনাদগী নাম্বোক্লীংবনা মসিগী অহৌবা পান্দম্নি। অৱাংবা থাক্কী ভক্তি, পৱাভক্তি হায়বা অসিনা মসিগী পম্মুংনি। পৱাভক্তি হায়বা অসিনি মুক্তিগী লম্বীদা লমজিংবীরিবদি।

পৱাভক্তিগী মখা তাবদি একান্তভাব হায়বা অসুম্না ভক্তিগী তোঙান তোঙানবা মওং ৮৪ লৈ।

লাইহৈরিক হৈতবশিং, নুপীশিং জাত্ তারবশিং পূম্নমক অমত্তা ওইনা ভক্তিগী লম্বী চৎপদা মতিক চায়। নীংতম্না নাম্বোকপা পাম্বা নত্ত্রগা মুমুক্ষুতা হায়বা অসিদি অনেম্বা থাক্কী গুণনি।

মরৈ য়েৎপা কনাগুম্বা অমনা হায়, ঈশ্বর হায়বসি মীওইবনা খঙবা ঙম্বা শক্তিগী ৱাংমদা লৈ। অদু ওইরবদি মতৌ করম্না মঙোন্দা ভক্তি লৈননবা হোৎনগদৌরিবনো?

ঋষি মুনিশিংগা লোইননা হিংউ। ঈশ্বর মাগী লিলাশিংদু তাউ। অশেংবা ধর্মগী লাইহৈরিকশিং অদু পাউ। অহানবা ওইনা মহাকপু তাইবংসিদা মানা শাফোংলিবা শক্তম ময়াম অসিমক্তা লাংচৌ। গুরুগী নত্ত্রগা ভগবানগী মুর্ত্তি নত্ত্রগা অয়েকপা লাই অমা হেক্তা লাংচৌ। মাগী মিথ্ঙে শোঙ্জৌ। মাগী মগুণ শকচৌ। নঙ ভক্তি শোয়দনা চাওখৎলক্কনি।

কনাগুম্বা খরনা জ্ঞান হায়বসি ভক্তি চাওখৎলক্লবগী খুৎলায়নি হায়, অদুগা অতোপ্পা কনাগুম্বশিংনা অমনা অমগী মতেং পাংনৈ হায়। অদুবু নারদনা হায় ভক্তি হায়বসি মহৈনি নত্ত্রগা ফলনি।

ভক্তি হায়বা অসি খ্বাইদগী ৱাংবা পূক্নীং ঈহৈনগী ফিভমনি। নারদনা ভক্তি হায়বা অসি শুপ্লগী পূক্নীং ঈহৈনগী ঈথকশিং অদুগা মরী লৈননা য়েংবা মিৎয়েংগী হীরম ওইনা নৈনৈ। অদুগা শাণ্ডিল্যগী ভক্তিমিমাংস হায়বা অদুদদি ভক্তি দর্শনগী মরমদা কূপ্না থিজিল্লি। ৱারোয় লাইহৈরিক অনী অসি অমগা অমগা মায়কম খোকপা চৎমিন্নবা য়াবা লাইহৈরিক্লি। অমনা অমগী অৱাৎ অপা মেনশিন্নৈ।

ভক্তনা ভক্তি নীংথিনা চাওখৎলক্লবদা মশাবু পূংকাউ কাউরকই । মসি ভাব হায়না কৌই । ভাবতগী মহাভাব চাওখৎলকই । মতম অদুদা ভক্তনা ভগবান মাগীদমক মঙোল্দা হিংজে, চৎচে । মসি পরম-প্রেম, নুংশিবদা তূংবা নত্তগা পূংথোই থোইবা নুংশিবা হায়বদুনি ।

ভক্তি মওং মশানমক্কী মখল মাপন মাপন অমুক লৈ । মরম অসিনা সগুণ ভক্তিগী মখল মরিফূমাথোই লৈ ।

পূক্লীংদা ভগবানগী ময়মদা নুংশিবনা, তূকচ্চবনা, কিবনা নত্তগা মরী লৈনবনা মরম ওইরগা মাবু ফংবা য়াই । খূদম ওইনা গোপীশিংনা নুংশিবনা, কংসনা কিবনা, সিশুপালনা তূকচ্চবনা, বৃষ্ণি মরী লৈনবনা ভগবানবু ফংনখি ।

ভক্তি হায়বসি আর্জুনগী মফমদা তৌবগুম ইকায়খূম্নবা(সম্মান)ওইনা, ইক্ষ্বাকুগী মফমদা ময়াইকানা য়াংজবগুম, বিদুরগী মফমদা নুংশিবা (প্রীতি) ওইনা, গোপীশিংগী মফমদা কায়নবগী অৱাবা (বিরহ) ওইনা, উপমান্যুগী মফমদা কনাদসু নপশিন্দবা (ইতর-বিচিকিৎস) ওইবা মতৌ, যমগী মফমদা মতিক মগুন্দা তোংজবা (মহিমা-খ্যাতি) মতৌদা লেঞ্জবা, হনুমানগী মফমদা ভগবান মাগীদমক হিংদুনা (তদার্থ-প্রাণ-স্থান) পেঞ্জবা মতৌ, উপরিচার বাসুগী মফমদা জগৎ পূম্নমক মাগী মপোৎ অক্তনি (তদিয়ত) হায়না কখোকচবা থমোই, প্রহ্লাদগী মফমদা ভগবান মাদি জগৎ পূম্বগী অচৎ চত্ত পূম্নমক্তা তূংদুনা লৈরিবনি (সর্ব তদ ভব) হায়না তশেংনা লেপচবা, ভীষ্মগী মফমদা করিগুম্বা অয়েৎপা অমত্তা লৈতবা (অপ্রতিকূল) গী ভাবতা হিংজবা অসুম্না মখল মখেন কয়াদা উৎথোকই ।

ভক্তি যোগ হায়বসি মী অমগী থমোইদা চপচানা অপাননা লৈবা যোগনি । অপরা ভক্তিনা অনেম্বা থাক্কী ভক্তিনি । মসি মপূং ফাদ্রিবা থাক্কী ভক্তিনি । মশা মতোমতগী হকথেংনবা থাক্তগী ফংলকপা ভক্তিবু পরাভক্তি হায়না কৌই । ভক্তিনা নুংগী ওইবা চাংদম্নিঙাই লৈতনা হেন্দোক্লবা অচিকপা অমসুং মঙাল অদু হকথেংননা মতোমতা ফংজবনি । মহাক্তি ঈশ্বর ফংলে ।

অপরা নত্তগা অনেম্বা থাক্কী ভক্তিগী থাক অনী লৈ । অহানবগী থাক্ল গৌন হায়বদি অনেম্বা থাক হায়বনি । অনীশুবা থাক্ল মুখ্য নত্তগা অৱাংবা থাক হায়না কৌই । গৌন ভক্তিদি রজ গুন্না পুই । মুখ্যভক্তিনা সত্ত্ব গুন্না পুই । পূক্লীং অসি ঈংলগনি অমসুং চিক্লগনি । ধ্যানসু মৱা চেৎলগনি অমসুং তপ্ন ঈং না চঙশিল্লগনি । ভক্তনা

ঈশ্বরদা তূংদুনা লৈরে। মাগী জ্ঞান অদুনা অনী চৎপা ঈশ্বরগী মচৎ অদু উরে।

পরাভক্তিদদি ভক্তনা ভগবানগী থৌজাল, জ্ঞান অমসুং মপূংফাবা মঙাল ফংজরে। মহাক ভগবান্দা লূপশিনখ্রে। মহাক্না মশাবু কাউথোকখ্রে। মহাক ভগবানগা অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রে।

নঙগী নুংঙাইবা পূম্নমক নঙনা নঙগী থমোইদা মপানগী পোৎশিংবু থম্লিবা মওং অদুগী মখা পোল্লি। নুংশিবগী অশেংবা পোৎতি শুপ্নগী পূম্নমক ঙম্বা (সর্বশক্তিমান) মফম পূম্নমক্ত লৈবা (সর্বব্যাপি) অমসু পূম্নমক খঙবা, (সর্বজ্ঞাতা) অমসুং থৌজালগী তূংনফম ওইরবা ভগবান অদুখক্তনি।

ঈশ্বরবু নুংশিবা নত্ত্রগা ভক্তি হায়বা অসি দর্শনগী ব্রাংমদা লৈবনি সাধনা অমনি। ভক্তিনা ঐ কৌবা নাপনবু চিংথে অদুগা ভগবানগী মফম অদুমক্তা থাঙ্গৎপী। নুংশিবগী অরোইবা মতোন্দি ঈশ্বরগী নুংশিবনি। সাধু মুনিগী সেবা, মখোয়গা লোয়ননা সৎসঙ্গ তৌবা, ভক্তিসাহিত্যশিং নৈনবা, দান তৌবা, মশাবু লাকশিঞ্জবা, নোম্লুকপা, জপ তৌবা, কীর্তন, ঈশ্বরবু লৈশি লৈথোনবা পূম্নমক অসি ঈশ্বরবু নুংশিবগী থৌরাং ওক্তনি।

শিবানন্দ

## নামাপরাধ

( ভগবানগী মিংদা লানশিল্লুবা )

ভগবানগী মিংখৈশিং মতিক মঙাল শীংথাবদা লোইনাইদে। ভক্তনা ভগবানগী মফমদা মরাল হুম্ফুমরি অমত্তসু লান্দনবা হোৎনগদবনি।

মখোয় অদুদি :- ১) ঈশ্বরবু অপিকপা শাগে লাইগুম্ব নত্ত্রগা চৎন পথাপ খর তাকপা নিয়মগী মপু ওইনা খনবা, ২) বেদশিংবু লাইরিক ওইনা ইচম চম্না খনবা অমসুং অইবা অমা লৈ হায়না খনবা, ৩) ভক্তশিংবু মাগী মাগী শাগে জাৎকী মতুংইন্না হম্ভনা য়েংবা, ৪) মাগী গুরুবু ইচম চম্বা মী অমনি হায়না উবা, ৫) চেদা য়েকপা মূর্তি নত্ত্রগা লাই অমবু ইচম চম্না উ, নূং, ধাতু, চে নত্ত্রগা লৈখোম্নি খনবা,

৬) প্রসাদশিং ঈশ্বরদা কৎপা অচা অথকপু ইচম চম্বা অচাপোৎ ওইনা খনবা, ৭) চরনামৃত (গুরু অমদি ঈশ্বরবু চাইথবগী খোহি, ঈশিং শঙোম্বু) ঈচম চম্বা ঈশিং ওইনা খনবা, ৮) তুলশি পাম্বী ইচম চম্বা পাম্বী ওইনা খনবা, ৯) ষনবু ইচম চম্বা শা অমনি হায়না খনবা, ১০) গীতা নত্তুগা ভগবতবু ইচম চম্বা লাইরিক ওইনা খনবা, ১১) ঈশ্বরগী লিলাবু মীচমশিংনা শান্নবগুম খনবা, ১২) ভগবানগী লিলাবু তইবংগী অপাম মিহৌ, য়ুম্বানবগী নুংঙাইবা ওইনা খনবা, ১৩) গোপীশিংবু ভগবানগা মরী লৈনবা মীচম নুপীশিংগুম খনবা, ১৪) শ্রীকৃষ্ণগী রাস লিলাবু লোম্না য়ুম্বানবগী লিলা ওইনা নেম্না য়েংবা, ১৫) ভগবানগী অজা-পূজাদা মাংই, শেংই হায়দুনা মীবু ইল্লেক ইনশিন তৌবা, ১৬) ঈশ্বরবু অমদি শাস্ত্রবু থাজদবা অমসুং ধর্ম থাজদবা ওইরকপা, ১৭) পূর্ত্নীংদা চিংন চিংননা ঈশ্বরবু লাৎপা, ১৮) কনাগুম্বনা ধর্মগী থবকশিং পাঙথোকপদা তনবা, ১৯) ভক্তশিংবু মপাম্লোংগী পোত্তা লাল্লি চুমই লেম্না, ২০) ঋষি মুনিশিংগী অশোনবনা 'সিনি অফবনা 'সিনি হায়না টিকা থিবা, ২১) মী মশানা মশাবু ব্রাংই হায়না খঙবা, ২২) করিগুম্বা ঈশ্বর অমবু নত্তুগা ধর্মগ্রন্থ অমবু খোম্থি থানা চৈবা, ২৩) ঈশ্বরগী মুর্তিদা তুং ওনশিন্দুনা লৈবা, ২৪) খোঙউপ তোংদুনা ঈশ্বরগী মুর্তিয়োমদা হেক্তা চঙশিনবা, ২৫) ঈশ্বরগী মুর্তি মমাঙদা লৈ পরেং খোন্দুনা লৈবা, ২৬) খুত্ত চৈস্ত পায়দুনা ঈশ্বরগী মুর্তি অমগী মায়গেয়োমদা চঙশিনবা, ২৭) শংবান্নবা ফি শেত্তুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা, ২৮) চিন য়া শেংদনা ঈশ্বর মুর্তি মনাক্তা চঙশিনবা, ২৯) ঈশ্বরগী মন্দিরদা মনুং চঙলুবা অমদি য়ুম্বান্নরুবা ফিরোল শুদনা চঙবা, ৩০) কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী মুর্তি মমাঙদা খোঙ খূৎ তিংথোকপা, ৩১) ঈশ্বরগী মুর্তি মমাঙদা ক্বা চাবা, ৩২) ঈশ্বরগী মুর্তি মমাঙদা য়াম্ন া হৌনা লাউনা নোকপা, ৩৩) পামদবা ফন্নম-লাকফম লাইগী মমাঙদা উৎপা, ৩৪) নুপী মনাক্তা নৈশিন্দুনা লৈবা, ৩৫) হেক্তা শাউদোকপা, ৩৬) ঈশ্বরগী মমাঙদা কনাগুম্বা অমবু খুরুম্বা য়াদে, ৩৭) মনম নমথীবা পোৎ অমা চারগা খুদক্তা ঈশ্বরগী মন্দিরদা চঙবা, ৩৮) কনাগুম্ববু ইকাইখৎবা পীবা, হেক্তা থীনা তৌবা, ৩৯) অপাম কল্লক মিহৌগী নত্তুগা অশাউবগী মিৎয়েং নায়েং উৎপা, ৪০) অতিথিগী নত্তুগা অশেংবা লাইনীং পরে চেৎপা মী অমা লাকপদা নীংথিনা সেবা তৌদবা, ৪১) কনাগুম্বনা মশাবু ভক্তনি, থৌজালহৈবা মীনি, পণ্ডিতনি নত্তুগা ধর্ম লৈবা মীনি খঙবা, ৪২) ঈশ্বর থাজদবা মী, লমচৎ শাজৎ নাইদবা মী, মীহাৎ মীপূন তৌবা মী, করাম

চাউবা মী অমসুং লৌনম চাউবা মীগা তিন্নবা, ৪৩) ঈশ্বরবু অরা অনা তান্নবা মতমদা মরাল শীবা, ৪৪)পাপকী ব্রাখল থন্নগা ধর্ম তৌশিন্নবা,৪৫) কনাগুম্বা অমনা অতোপ্প কনাগুম্ববু খজিকখক্তং ওৎ নৈরবসু ধর্ম লৈবা মীনি খঞ্জবা, ৪৬) মশাগী নুপী, অঙাংশিং, ইমুং মনুংশিং, মখা থাবশিং, লাইর লৈতশিং অমসুং ধর্মচেনবা মীবু য়োক থাকউ হায়বা য়াদবা, ৪৭)কনাগুম্বনা ঈশ্বরদা হায়দগী কৎপগী ব্রাখল ইরৈ লৈতনা কান্নবা ফংনীংবগী মতমদা করিগুম্বা খরা কৎপা, ৪৮) কনাগুম্বগী ইষ্ট দেবতাবু পন্দুনা ব্রাশকপা, ৪৯) ঈশ্বরগী মিংদা ধর্ম লল্লোনবা, ৫০) খঞ্জন্নিবা লাংচরিবা ঈশ্বর মঙোন্দগী নত্তনা কনাগুম্বদগী করিগুম্বা খরা ফজনি খনবা, ৫১) শাস্ত্রনা তাক্লিবা নিয়মশিংবু খোঙ্গাওনবা, ৫২)জান্দি ইরৈ লৈতনা ব্রহ্মজ্ঞান লৈবা শাবা, ৫৩) তোঙান তোঙানবা কাঙলূপশিংগী বৈষ্ণবশিংবু খন্দোক খঞ্জিন অফ ফত্ত থীবা, ৫৪) ঈশ্বর অমগুম খঞ্জদুনা চৎপা, ৫৫) অবতার অমবু মাগী লিলাশিং অদু উরগা খোন্থি থাদুনা চৈবা, ৫৬) লান্নদুনবু ওইরবসু, মী অমবু ঈশ্বর হায়না কৌবা, ৫৭) লান্দুনবু ওইরবসু ঈশ্বরবু কনাগুম্বগী মখা পোল্লি খনবা, ৫৮) কল্পকুনা, কল্পকপগা লোয়ননা কনাগুম্বা অমদা প্রসাদ নত্তগা চরনামৃত শীবা, ৫৯) ঈশ্বরগী অয়েকপা লাই, মুর্ত্তি নত্তগা মিংগী মরমদা ইকায়বা শীবা, ৬০) কনাগুম্ববু ওৎনৈবা, কিহনবা, নমদুনা লালহনবা, ৬১) করিগুম্বা চয়েৎনবা অমদগী নত্তগা মাগী ব্রাখয়া অচুম্বা অদু লেপ্পা ঙমদ্রগা মাগী ধর্ম থাজবগী ব্রাখল অদু থাদোকপা, ৬২) অবতারশিংগী মপোক অমসুং মথোয়না তৌবা থবকশিং অসিবু ইচম চম্বা মওংনি লৌবা, ৬৩) রাধা-কৃষ্ণনচিংবা পলেম পল্লোগী মওংদা লৈবা অনী অনীবু তোঙান তোঙান উবা, ৬৪) গুরুগী য়াথংগী ব্রাংমদা কল্পক খম্বনবা সাধক অমা ওইনা থবক তৌবা।

## নারদগী পুনশি

দেব ঋষি নারদনা বীনা অমা খোঙলগা শ্রীহরিবু লৈশি লৈথোন্দুনা অরাবনা য়েহৎলবা তাইবং মীওই পূম্বা থমোইদা নুংঙাইবা নুংশিবা অমদি শান্তিগী মঙাল পীবীদুনা কোয়না কোয়না চৎলি। দেবর্ষি নারদনা নুংঙাই য়াইফ মঙাল

চাউবা ওইরসনু।

যোগকী শক্তিনা মহাক্কা মিংনা হেক কৃষ্ণা মতমদা মহাক্কা পাম্বা মফমদা হেক্তা য়ৌবা ওস্মী। অমগা অমগা লায়া লৌনচন্না, খংনহনবা কয়া মহাক্কা শেন্দ্রিবসি সংসার অসিগী ফননবা ঙম্মনি। মহাক্কা বাল্মিকি, ব্যাস, শুকদেব, প্রহ্লাদ, ধ্রুব অমসুং অতৈ মহাপুরুষ কয়াবু ভক্তি সাধনা তৌনবা তকশিল্লম্মী।

নারদ অসি মমাঙগী মপোক্তা মীনাইনুপী অমগী মচানি। ঋষি, মুনি, সাধু কয়া নোংজু থাগী মতম অকক্লবা চতুর্মাসকী মতমদা নারদগী খুঙংদা লাক্লম্মী। মতম অদুদা নারদদি অঙাং অশিগুক ওইরি। মমানা মাবু ময়াম অদুগী সেবা তৌহল্লম্মী। মাদি অঙাংগী মচৎ চত্তে। মহাক্কা অঙাং ওইবগী মতৌ পূম্বা থাদোক্লম্মী। মা বা পঙঙাঙ ঙাঙদে। মহাক্কা মখোয় অদুবু য়াম্না ফজনা অমসুং থমোই য়াওনা সেবা তৌরম্মী। মখোয় পূম্নমক অদুবু মতম পূম্বদা ঈংনা তপ্পা খূয়া শোক্লগা সেবা তৌজরম্মী। মহাত্মাশিং অদুনা অঙাং অদুগী মতৌ অদুদা য়াম্না পেঙ্করম্মী। মখোয়না মাবু ঙমখৈ নাইদনা থৌজানবীরম্মী। মখোয়না তাকপীবা মতুংইন্না মহাক্কা মখোয়গী চাক্লুকলাদা লেমহৌবা অদুক্তমক চায়। মসিনা মাগী পাপ পূম্নমক কোকচরম্মী। মাগী থমোই শেংদোক্লম্মী। মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিবা, মখোয়না জিবা ঙারীশিং অদু তাবা ফংজরম্মী। মহাক তপ্ন তপ্পা ভক্তি লৈবা মী অমা ওইরক্লম্মী। মাগী পূক্নীং চেৎলম্মী অমসুং ঈংতপ্লম্মী। মহাত্মাশিংনা মঙোন্দা থোইদোকপা পাউতাকশিং পীরম্মী অমসুং ঈশ্বরগী অথূপ্পা জ্ঞান উৎথোকপীরম্মী।

মহাত্মাশিংনা খুঙং অদু থাদোক্লুনা চৎখ্রে। অঙাং অদুনা মাগী সাধনা মখা চৎথরম্মী। মহাক্কা ভজন শক্লম্মী।

নোংমদি জিন অমনা মাগী মমাদা চিক্লম্মী অমসুং মমাদু শিরম্মী। নুপামচা অদু খুঙং থাদোক্লুনা চৎখিরম্মী অমসুং অশুকপা জঙ্গল অমদা চৎলম্মী। মহাক তুরেল তোর্বান্দা হৌবা সনা খোঙনাং পাম্বী অমগী মখাদা ফম্লম্মী। অমসুং ভাবনা হরিবু ধ্যান তৌজরম্মী।

ভগবান্না মাগী থমোইদা শাফোংবীরম্মী। মাগী হকচাং তুখোং পূম্বা চপ য়ুংলম্মী। মহাক্কা তাইবং পূম্ববু কাউরম্মী অমসুং মশামকসু লৈরি হিংলি হায়বা কাউজরম্মী। মহাক ঈশ্বরগী ওইবা অচিকপা অদুদা লুপশিঞ্জরম্মী।

অদুদগী খঙহৌদনা, ভগবান হরিগী শক্তম অসু মাঙখিরম্মী। নুপামচা

অদু য়াম্না ৱারম্মী। মহাক্না ভগবানগী মুর্ত্তি অদু অমুক হন্না উজনবা হোৎনরম্মী। মহাক্না অকাশতগী খোঞ্জেল অমা তারক্লম্মী। হে অঙাং! নঙনা হন্দক মপোকসিদা ঐগী শক্তম্মু অমুক হন্না উবা ফংলরোই। ঐনা ঐমকপু নঙ ওইনা, নঙনা ঐবু নুংশিবগী মচৎ অদু হেন্না হেন্না হেনগৎহন্নবা অমসুং কনশিনহন্নবা শাফোংলবনি। নঙনা সৎসঙ্গগী মতেংনা ঙাইহাক্তসু কাউদনা ঐবু ফংনবা কন্না নুংশিদুনা ভক্তিদা লৃপ্তুনা লৈরি। নঙনা হন্দক্কী মপোক্কী হকচাং অসি থাদোক্লবা, মতম অদুদা, ঐবু নকচবা অথোইবা ভক্ত অমা ওইগনি। নঙনা ঐবু থাদোক্লোই অমসুং হন্দক্কী কল্প অসি লোয়রবা মতুংদসু ঐগী থৌজান্না ফংজরিবা নঙগী হন্দক্কী মপোক্কী থৌদোক অসি নীংশিংগনি।

অঙাং অসিনা মফম অদু থাদোক্লগা ভগবানগী মিংথৈ অমদি মগুণ শোল্ল শোল্লদুনা সংসারগী মফম পূম্নমক্তা চৎলম্মী। মহাক তাইবং সংসান্নবু থাদোক্লম্মী। মতম অদুদা মাগী হকচাং অসি মাঙখিরম্মী। মহাক্না ঈশ্বরগা অমত্তা ওইরবা শেংলবা লাইওইরবা হকচাং অদু ফংজখি। কল্প অসিগী অরোইবদা ব্রহ্মানা মাগী থূৎশেম পূম্নমক মশানুংদা থূপচিন্দুনা লৈরগে তৌরকপা মতম অদুদা নারদনা ব্রহ্মাগী স্বর হোঞ্জিনবা মতাং অদুদা ব্রহ্মাগী থমোইনুংদা চঙখিরম্মী। যুগ লীশিংগী লোইরকপা ব্রহ্মানা সংসার অসিবু অমুক হন্না লৈশেল্লকপা মতম অদুদা মাগী স্বর হোন্দোকপদা মারিচ অমসুং অতৈ ঋষি কয়াগা লোয়ননা মপান্দা থোরক্লম্মী।

মতম অদুদগী নারদনা ঈশ্বর মশামক্লা শীবা বীনা খোংদুনা মরোল অহম্মক্তা কোয়না চৎলকই। নারদনা ঈশ্বর প্রেমগা লোয়ননা মাগী হেক লিলা শক্লকপা মিৎকুপ অদুমক্তদা মহাক্না (ভগবান্না) মাগী মমাঙদা চোংথোকপীরকই।

নারদগী মফমদা বেদ পূম্নমক্কী জ্ঞান লৈরম্মী। মহাক ধর্ম নীংথিনা খঙই। মহাক ইতিহাস অমসুং পুরান নীংথিনা খঙই। মহাক্না হৌখ্রবা কল্প কয়াগী অচুম্বশিং অদু খঙই। মহাক ঈশৈগীসু মপুনি। মহাক ৱাঙাঙ ৱাতা য়াম্না হৈবা ঋষিনি। মহাক্না যোগগী মপান্না সংসার লমদম পূম্নমক উবা ঙম্মী। মহাক্না সংসারগী য়াইফনবগীদমক খৎনহল্লম্মী। মহাক ভক্তিগী অচৌবা গুরু অমনি। মহাক মশা অসিমক ভক্তিগী শক্তম শক্লোন অমনি। নারদ হায়বা অসি সাধুশিংগী খ্বায়দগী শিংবা অমনি। মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা তপ তৌদুনা লৈ। মাদি লাইগী ঈশৈ শকপনি। মহাক অচৌবা লম্বোইবা অমনি। মহাক্তি মশাগী হোৎনজমন অমসুং ঈশ্বরগী থৌজান্না অনেম্বা

থাক্তগী য়াংলবা অধ্যাত্মিক্তী মণ্ডাল নাইবা থাক কাওবা কাথংলকখি। মহাক জ্ঞানি যোগী অমসুং ভক্তগী অপূনবা শক্তম্নি।

মহাক ব্রহ্ম খণ্ডবনি। মহাক বেদ মন্ত্রগী ঋষিনি। মহাক লানবীহৈবনি। মহাক অনৌবা য়াইওন পীবা ঋষিনি। মহাকপু মফম থূদিংদা ইকাইখুম্নে। মহাক অতোপ্পশিংগী থমোই থেমজিনবদা অথোইবা গুরুনি। মহাক্না বুদ্ধিগী লৈরোন লূনা লৈবা, হৈশিংবা, নোম্লুকপা, অথাণ্ড কল্লা লাকশিল্লবা ভন্না, ঈংতম্প, মশাবু মশানা লাকশিল্লবা, অচুম্বা চংপা, নুংশিবগী তুনয়ম ওইবা, ঈশ্বরবু চেংনা নুংশিজবা ঋষিনি। মহাক মতম পূম্বদা য়াইফ মঙ্গলগী মশক ওইবা থবক্তা তৌবা মুনিনি।

মহাক ব্রহ্মাগী অধ্যাত্মিক চেনবা মচা তরাগী মনুংদা অমনি। মহাক্না জ্ঞান ফংননবগীদমক সনতকুমারগী মনাক্তা চংলম্মী। মহাক্না মাগী পাক্রবা জ্ঞান অদুনা অল্লা পোংলূম ময়াম অসি কোকপা ভগ্রোই হায়বদু য়াজরম্মী। মরম অসিনা সনতকুমারনা মহাকপু লোইনাইদবা অচিকপা (ভূমা) ফংননবা মণ্ডাল পীবীরম্মী, (ছান্দোজ্ঞ উপনিষদ)।

নারদদি মরূপ্নি, দার্শনিক্নি, লমজিংবনি, লাই হিংচাবা, মী পূম্নমক্কী থমোই ঈংনফম্নি। নারদগী খৌজান্দগী ধ্রুবনা মতম পূম্বগী ওইনা লাইরেবাক্তা লৈজখি। প্রহ্লাদবু নাউপুরিবী হিরন্যগী নুপীবু নারদনা চেকাশম্না য়েংশিন্দুনা শেম্নবীখি।

মহাক্না হিংচাবা অন্ধকপু শিবগী বরদু মশামক্তা চাং য়েংজনবা পাউতাক পীবীরম্মী। মহাক্না কংসবু দেবকীগী মচাশিং হাংনবা পাউতাক পীরম্মী। মহাক্না রাবনবু বলিগী লাংদা থুনবা শীল্লম্মী। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী দুত ওইনা ইন্দ্রগী পরিজাৎ লৈরাং লৌথোক্নুনা মাগী নাপন মাঙহন্নবা হোৎনরম্মী। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিনা নারদগী লমচংকী অল্লাংবা থাক্নু উংলি।

অম্নাম্বা ধর্মশিংগী লাইরিকশিংদা নারদবু শ্রীহরিগী অহমশুবা অবতারনি হায়না উংলি। শ্রীমদ্ভগবতমগী মনুংদা পীরিবা অবতার ২২ গী মনুংদা পুরুষ অমসুং বরাহগী তুংদা মহাক লাকই।

নারদ হায়বসি মাবু খিরুবা অমসুং মাবু থেংনরুবা মী পূম্নমক্কী পূকচেল চাউবা অমসুং মমল য়াম্রবা আশাগী ঈফূৎ হৌরকফম ওইনৈ।

দেবর্ষি নারদগী বরনা নখোয় পূম্নমক্কী নফমদা হৈখবা ওইরসনু।

## নারদনা ব্যাসপু পুক্নীং থৌগৎলম্মী

মহর্ষি ব্যাসনা মীওইবগী য়াইফনবা বেদবু মরি থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মহাক্না মহাভারত ইরম্মী। মহাক্না পুরান তরানিশানসু ইরম্মী অদুবু মাগী থমোইদা শেনবা ঙম্লমদে। মহাক পুক্নীংদা শান্তি ফংলমদে। মহাক্না সরস্বতী তুরেলগী তোর্বান্দা চৎলম্মী অমসুং পুক্নীং নুংঙাইতনা ফম্লম্মী।

নারদনা মাগী মমাঙদা লাক্লম্মী অমসুং হায়রকই হে মহর্ষি! নঙগী লাইরিক্তা নঙনা ধর্মগী তোঙান তোঙানবা হীরমশিং শিংথাদুনা ইরবসু ঈশ্বর মাগী মগুণশবুদি থাগতুনা শক্তে। নঙনা ভগবত ধর্মবু কুপ্না নৈনরমদ্রে। মদুমনি নঙগী পুক্নীংদা পোথাবা ঙমদনা য়াৱিবদু। হৌজিক্তি শ্রীকৃষ্ণগী লিলা অসি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক ইরম্মু। নঙনা মতম পুম্বগী নুংঙাইবা ফঙগনি। মদুগী শ্রীব্যাসনা ভগবতম ইবা হৌখি।

## নারদদা দক্ষগী শাপ

তাইবং শেম্বা হৌরকপদা তাইবং পুম্বসিদা খুন্দা লৈতানবা দক্ষনা মাগী লোয়নবী অশিক্নী কৌবী পঞ্চজন্যগী মচানুপীদা মচা নীশিং অমা পোকখি। হরস্ব হায়না কৌবা দক্ষগী মচাশিং অসিনা নারায়নসরদা তীর্থ চৎলি। মখোয়না মপাগী য়াথং অদু পাঙথোকপা পাম্মী। নারদনা মখোয়বু পুনশিগী খ্বাইদগী ৱাংবা পম্বুং অরান খুভম ফংননবা পাউতাক পীরম্মী। মখোয় সন্ন্যাস ওইখিরম্মী অমসুং তাইবং পুনশিদা অমুক হল্লকখিদ্রে।

দক্ষনা য়াম্না শাউরম্মী। ব্রহ্মানা মাবু থেমজিল্লম্মী। মহাক্না অমুক সবালস্ব কৌবা মচা নীশিং তরা পোক্লম্মী। মখোয়সু নারায়নসর কৌবা তীর্থদা চৎলম্মী। মখোয়সু ঈশ্বরদা পুক্নীং লুপ্লম্মী অমসুং তাইবং পুনশিদা অমুক হল্লকখিদ্রে।

দক্ষনা নারদদ শাপ তৌরম্মী। দক্ষগী শাপকী মতুংইন্না নারদনা মতম পুম্বগী ওইনা ময়ুম নাইদনা কোইনা কোইনা চৎলিবনি। মহাক সংসারগী মফম খুদিং থুংনা চৎলি।

---

## - য়াওফম তাকপা

ওঁ সদগুরুপরমত্মাবু খুরুমজে।
ওঁ শ্রীগনেষপু খুরুমজে।
ওঁ শ্রীসরস্বতী মাতাবু খুরুমজে।
দেবর্ষি নারদবু খুরুমজে ।

# অধ্যাত্মিক্কী নুংশিবগী মচৎ

## সূত্র ১ ।। অথাতো ভক্তিং ব্যাখ্যাস্যাম: ।।

হৌজিক্তি মরম অসিনা শ্রদ্ধা ভক্তিগী মরমদা শন্দোক্না হায়রগে ।

অথ, হৌজিক; অত:, মরম অসিনা; ভক্তিম্, শ্রদ্ধাভক্তিগী মরমদা; ব্যাখ্যাস্যাম:, শন্দোক্না হায়রগে ।

সূত্র হায়বদি লীচৎ শাজৎকী অশঙ্বা পাউতাক, চম্বোন্না তেনবা, অরুবা অর্থনা থন্না য়াওবা ব্রাহৈ অদুবুনি । লৈশিংবু নত্তগা মনিমুক্তাশিংবু অকনবা লংলানা লেংদুনা ফজহনবগুম দর্শনগী আদর্শ ওইবা নীংথিবা ভাবশিং থন্না লেংদুনা সুত্রশিংদা থম্মী, য়াওই । ঋষিশিংনা অরাংবা য়াখল ভাব কয়া সূত্রগী মনুংদা ব্রাহৈ তেন্না লীক্না হায়দুনা থম্লীরম্মী । মসিনি, হায়বদি সুত্রশিংসিনি ঋষি মুনিশিংনা থম্লীরম্বা নীংথি-ফজবা খুৎই হায়রিবদু । মসিতনা ঈশ্বর ফংবগী খুদম হায়বদু ওইরিবনি । দর্শন তরুক নত্তগা দর্শনগী নৈন কাঙলুপ তরুক হায়রিবশিং অসি সুত্রদা লোইনা য়ুম্ফম ওইবনি । অচম্বা মীওইশিংনা, নৈন পরেং তিকা হান্না পাদনা সুত্রগী মনুংগী অর্থ খঙবা ঙমদে ।

অথ হায়বদি হৌজিক হায়বনি । মসিনা করিগুম্বা অমগী মখা চম্বরকপগী অর্থ খঙহল্লি । ব্রাহৈ তামদা শম্না হায়রগদি, করিগুম্বা থবক অমা পায়খৎপদা অহৌবদগী অরোইবা ফাওবা তেক্ত কায়দনা লোইশিনবা ঙম্মনবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজবনি । মসিনা হায়া চংখবা ফিভমশিংবু মপুং ফাহনবগী ভাবস্ খঙহল্লি । সাধক অমগী মীংশিনা শেমশাবা । থীরাং য়াওদনা নত্তগা মতিকচাবা মগুণশিং য়াওদনা

মহাক্লা দর্শন অমসুং অধ্যাত্মিক্কী সাধনাগী অথুপ্পা জ্ঞান তানশিনবা ঙমদে।

সাধক অমগী মফমদা অৱাংবা আশা, শ্রদ্ধা, ভক্তি, অখাঙকনবা, নুংগী অচেৎপা পূকচেল, ঙাকপীহৈবা, থৌজালহৈবা, থমোই ঈশেং শেংবা, হরাও মোমোন মায়থোঙ, থৌনা, অহিংসা, অচুম্বা চৎপা, লমচৎ মত্তবা নক্তা ব্রহ্মচারী ওইবগী মতৌ, ওইজ থিদবা, থরুক শুনীংবা, অপাম কল্লক লৈতবা, কখোকপা, থাদোকপা অমসুং পূক্নীং অনী লোঙদবা অসিগুম্বা গুণ কয়ানা লৈতেংগদবনি। মসিনি ঈশ্বরবু নুংশিবগীদমক থৌরাং মাঙজৌননা তৌশিনগদবনি হায়রিবশিং অদু।

সাধক অমনা ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বা অসি তশেংনা থাজগদবনি। মহাক্লা ঈশ্বর ফংনীংবগী অকনবা ৱাখল লৈগদবনি। মহাক্লা শাস্ত্রগী ৱাবু য়াম্না থাজগদবনি অমসুং গুরুগী তৌবা ঙম্বা শক্তিবুসু য়াম্না চেৎনা থাজগদবনি। মহাক্লা খঙবা ঙম্বা পাঙ্গল য়াম্না লৈগদ্দবনি। মহাক্কী মফমদা কৈদৌঙৈদসু ঙমলোই হায়বা ৱাফম অসি থগ্রৈহৈদবনি অমসুং ঙমখৈ লৈত্রবা খুদোংচবা অমসুং নুংঙাইবা তঞ্জা কয়া লৈজগদবনি। অদুতদা মহাক অদুনা ভক্তিগী মরমদা তমশিনবা ঙমগনি। মদুতদা মহাক্লা নীংথিনা কান্নবা ফংজগনি।

বিশিষ্টাদ্বৈত দর্শনবু লিংখৎপীরম্বা, রামানুজনা ভক্তিগী লম্বীদা চৎনীংবা সাধক অমগী মগুণ তরেৎ অসি লৈগদবনি হায়না শীংথারম্মী। মখোয় অদুদি ১) বিবেক ( চাবদা অফ - ফবা থিবা ), ২) বিমোক ( অপাম্বা লৈতবা ), ৩) অভ্যাস ( হোৎনবা ), ৪)ক্রিয়া ( অতোপ্পশিংগী কান্ননবা তৌবা ), ৫) কল্যান ( ৱাখন, ৱাহৈ, থনজা শেংবা, অহিংসা, দান অমসুং ধর্মগী লমচৎকী অতৈ গুণশিং লৈগদবনি ), ৬) অনবসাদ ( মায়থোং মকা লাম্বা ), ৭) অনুদ্ধর্ষ ( হেঞ্জিল্লা নুংঙাইথোকপা লৈতবা)।

অথ, হৌজিক্তি হায়বসিনা নারদ ঋষিনা ধর্ম মত কয়া নৈনরবা তুংদা অমসুং কর্ম, জ্ঞান অসিনচিংবা লম্বী কয়া কূপ্না থিজিল্লবা তুংদা, ভক্তি হায়বসিগী মচৎ মওং করিনো অমসুং মতৌ করম্না ভক্তি ফঙ্গদগে হায়বা অসিগী অকুপ্পা ৱারোল পূম্নমক শন্দোক্লা তাকপা হৌরক্লম্মী।

অতঃ, মরম অসিনা নারদগী থমোইদা ভক্তি শাস্ত্রগী মরমদা মচা তানা শন্দোক্লনবা নুংগী অথুপ্পা মরমশিংদু ফোঙদোকপীরম্মী অমসুং ভক্তিনা ঈশ্বর ফংবা

অমসুং সংসার ঈপাক লান্নবা উপায়নি হায়বদু উৎপীরম্মী। মসি খ্বাইদগী লায়বা উপায়নি। মসিদি মীপূম তিংনা সাধনা তৌবা য়াই। মসিদি জ্ঞান পাম্বা মীওইশিংগী উপায় অমনি। শঙ্কর, মধুসুদন, শুকদেবনচিংবা জ্ঞানীশিংনা ঈশ্বর মঙাল ফংলবা তুংদা অদুগা অদুগুম্বা ঈশ্বরগী মরীদুদগী নুংশিবা খোয়থুম্নবা পুনশিদু ফংলবা তুংদা ভক্তিগী লম্বীদা চৎখিরম্মী। নারদ মশামকসু ভক্তিনা অথোইবা ওইনা পামজরম্মী অমসুং পূম্নমকপুসু মাগা লোয়ননা অসিগুম্বা নুংশিজবগী অপেনবা নুংঙাইবদুদা লেনমিন্ননীংলম্মী।

ভক্তি হায়বা ৱাহৈ অসি ভজ হায়বা ধাতু হায়বদি ঈশ্বরবু কাউঙমদবা হায়বা অদুদগী হৌরকপনি। ভজন, পূজা, ভক্তি, অনুরাগ, প্রেম প্রিতি হায়বা ৱাহৈশিং অসিনা ফোঙদোক্লিবা অর্থদি ইমান মান্নবনি। ভক্তি হায়বা অসি নুংশিবগীদমক নুংশিবা অদুবুনি। ভক্তনা ঈশ্বরবু, ঈশ্বরখক্তবু খৌরাংবগীদমক নুংশিজে। মফম অসিদা মশাগী ওইজবা তানবা ৱাফম অমত্তা য়াওদে।

ব্যাখ্যাস্যাম:, ৱাহৈগী অর্থ য়েংলগা শব্দোক্লা চুম্না হায়রগে হায়বনি। অসিগুম্বা নৈন লাইরিক অসিদি ইচুম চুম্না অচম্বা অর্থদা ৱা খর অচুম্বনি হায়না হেক্তা থম্লগে হায়বা অদু নত্তে। মসিদি ৱাহৈগী মথক্তা অনুভব তৌদুনা থেংনরবা ভক্তশিংগী পুনশিদগী লৌখৎপা ৱারোলনি। অদুগা, মসিদি অতোপ্পশিংগী অনুভবতুদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইচম চম্না দর্শনগী ৱা খরা হেক্তা হায়বা অদু নত্তে। মসিদি অইবগী মশানা অনুভব তৌদুনা থোরকপশিং অদুদা শাগৎলকপা অমসুং ধর্মশাস্ত্রশিংদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলকপা ভক্তি সূত্রনি।

---

# ভক্তিগী সজ্ঞা

## সূত্র ২ ।। সা ত্বস্মিন্ পরমপ্রেমরূপা ।।

মদু (ভক্তি), অশেংবমক, ঈশ্বরবু পূংথোই থোইনা নুংশিজবা অদুনি ।

সা, মদু (হায়বদি ভক্তি); তু, অদুবু; অস্মিন্, মসিদা; পরম, অথোইবা; প্রেম, নুংশিবা; রূপা, মওং শক্তম ।

মথক্কী ত্বস্মিন্ হায়বা অসি মী খরনা তস্মিন্ নত্ত্রগা কস্মিন্ হায়না পাই । শাণ্ডিল্য মুনিগী সজ্ঞাদদি ভক্তিবু "সা পরানুরক্তিরীশ্বরে" পূংথোই থোইনা ঈশ্বর মাবু নুংশিবা অদুনি হায়না তাকই ।

ভক্তি হায়বা ৱাহৈ অসি ভজ হায়বা ধাতুদগী লাকই । মসিগী অর্থদি ঈশ্বর মঙোন্দা পূংলূপ লূপশিনবা হায়বনি । ভজন, পূজা, ভক্তি, অনুরাগ, প্রেম, প্রিতি হায়বা ৱাহৈশিং অসিগী নুংগী অর্থদি চপ মান্নে । ভক্তিদি নুংশিবগীদমক নুংশিবা হায়বনি । ভক্তনা নুংশিববু ঈশ্বরখক্তদা ঈশ্বর ওইনা নুংশিজবা পামজে । মতাং অসিদা ভক্তগী থমোইদা মশাগী ওইজবগী ৱাখল অমত্তা য়াওদে । মতাং অসিদা শকিনা অমত্তা য়াওদে । মরম অসিনা মসি থোক্তরেন থোইবা নুংশিবা পরম প্রেম রূপনি হায়নৈ । মচানবু মপাদুনা সেসঙ্গ জর্জ ওইরবা ফাওবদা কিবরনে ? নুপীনবু নপুবোক্তরা কিবরনে ? মরম অসিনা ভক্তনা, সাধক্না ঈশ্বরগী মফমদা করিস্ কিফম থোক্তবনা কিদে । কিবদগী লাক্কদবা অশোনবশিং অদু মঙোন্দদি তপ্ন তপ্ন মাঙখি। মঙোন্দদি প্রীংদা ভক্তিগী ভাব ফাওরকই, থাজরকই, খঙলকই অদুগা ঈশ্বর হায়বা অসি নুংশিবগী পাক্লবা ঈপাক্লি হায়বসি খঙ্জে ।

ভক্তি হায়বা অসিমক ঈশ্বরবু মালা মহেক্লে হায়বা মওংদা নুংশিবা অদুবুনি । ভক্তনা ঈশ্বর খক্ত নুংশিজে । মহাক শুপ ওনা ঈশ্বরদা তুংদুনা লৈ । মহাক্না সংসার

অসিগী অতোপ্পা করিগুম্বা বিষয় অমত্তদা খোয়দাদে। মহাক্তি তাইবংগী অপাম্বা পূম্বদগী মনীং তম্মী। মহাক্না মথং মপোক্কী নুংঙাইবদু অমুক হন্না ফংনীংবা অমত্তা লৈতে। মহাক্না মুক্তি ফাওবা পামদে।

থোইরেন থোইনা নুংশিবা হায়বসিদা মাগী অমুক হন্না মমল থিগদবা নত্তে। মহাক্না অমুক হন্না মনা ফংনীংবগী ব্রাফম লৈতে। নুংশিবনা মাগী নুংশিবদুখক্তা অদুম পামজে। ভক্তনা তাইবংগী নুংঙাইবা পূম্বা করিসু মিতাদে। মহাক্না সংসারগী হীরম পূম্বসি অমত্তা খোয়দাদে।

নুংশিবা করম্না হৌরকপগে হায়বা অদু খঙজিন্নু। অহানবদা থাজবা হায়বা অদু হৌরক্কনি। অনীশুবদা শুক্ষৎপা অদুদগী কাউঙমদনা লাৎচবা হায়বদু লাক্কনি। অদুম্না কাউঙমদবা অদুনা মপূং ফারবদা তাইবংগী অপাম্বা অদু অসুম অসুম মাঙখি। মদুগী ফলদি মাগী পূক্নীং অদু অমত্তদা লেপ্তুনা লৈরকই। অদুদগী ঈশ্বর মাতবু কাউঙমদবা অমসুং থোইরেন থোইনা নুংশিবা ফাওরকই।

অসিগুম্বা মখলগী থোইরেন থোইবা নুংশিবসিদা তাইবংগী শুক্ষৎপা অমসুং মায়াগী লীপুন পূম্নমক অসি শুপ্নগী খ্বায়দগী নুংশিবা অমদা, মদুদি ঈশ্বর মাবু নুংশিবা হায়বসিদা ওনশিনখি। অসিগুম্বা মনুংশি অসিনা ভক্তবু মাগী নুংশিথোইবা মাগা মতম পূম্বগী ওইনা পূনশিনখি অমসুং মখোয় অনী অমত্তা ওইরকখি।

ভক্তি মখল অনী লৈ, মদুদি, অপরা নত্তগা গৌন ভক্তি অমসুং পরাভক্তি। অপরা ভক্তি হায়বা অসি সাধক অমগী অহানবা হৌগৎলকপা মতমদা ভক্তিগী লম্বী চৎপা হৌরকপদা থম্বা অনেম্বা নুংশিবা অদুবুনি, অদুগা পরাভক্তি হায়বা অসিনা ভক্তিগী খ্বায়দগী হেন্না ব্রাংবা মখলগী নুংশিবা অদুনি।

লাইরিক অসিদা ভক্ত অমসুং মাগী মবুংঙোগা লৈনবা নুংশিবগী মরী অদুবু য়াম্না ফজনা শীংথাবীরম্মী। শ্রীহনুমান্না প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা "দেহবুধ্যা তু দাসোऽহং জীববুধ্যা ত্বদংশক:। আত্মবুধ্যা ত্বমেবাহমিতি মে নিশ্চিতা মতি:" "ঐনা ঐবু হকচাং পোলাংনি হেক খন্থরুবদা, ঐ নঙগী ননাইনিকো হায়না হেক্তা খঞ্জরকই; ঐনা ঐবু হকচাংনুংদা কায়দোংলিবা জীবনি খঞ্জরকপদা, ঐ নঙগী শরূক অমনি খঞ্জরে; অদুগা ঐনা ঐবু আত্মাদুনি শকখঙজরকপা মতমদা,

নঙগা অমত্তনি হায়বদু খঙজরক্রে। মসিনি ঐনা চেৎনা থাজরিবদি।"

নুংশিবা হায়বসি ইঙাও ঙাওনা চন্নবা মীওইবগী থমোইনুংদা মপান মরু থানা হৌই। মনমচেল্লবা নুংশিবগী খোয়থুম্নরবা মহৈদু মীওইবগী থমোইনুংদা পাল্লি। তৌইগুম্বসুং থমোইসিদি মীবু য়েংথীবা, কল্লকচাউবা অমসুং অতৈ অতৈ পাপকী দোষ কয়ানা শৌ শাবগুম য়েংশিন্দুনা মীওইবগী শুব্দুৎলবা ফজবা অদুবু হেক হেক মাঙহল্লি। অপাম কল্লক, অশাউবা অমসুং করামচাউবা কৌবা উমংশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী তমথীরবা লম্নক্কী শা ময়াম লোত্তুনা থম্মী। মতম অদুদা নুংশিবদি থমোইগী মখাদা, য়ৌঙমদনা মকা ফোংবা ঙমদনা লূপথদুনা লৈ। মদুদি লৈতবগুম লৈরে। তৌইগুম্বসুং, অশেংবা ভক্ত অমগী মফমদদি, অসিগুম্বা নুংশিবা অসিতবু সংস্কার তৌই, অমসুং অপাম কল্লক, অশাউবা অমসুং করামচাউবগী উমংলক্তা লোৎলিবা পাপকী মশক ওইরবা দোষ পূম্নমক অদুবু ইরায় লায়না তম্থোকখিবা ঙম্মী। অদুগা, ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বসিনা খ্বাইদগী হেন্না মনম নুংশিবা থমোই লকানুংদগী শীন্থরকপা লৈনম্মি।

তু, (তৌইগুম্বসুং) হায়বা অসিগুম্বা ব্রাহৈ অসি মতাং অসিদা মহর্ষি নারদ মুনিনা ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসিগা অনেম্বা থাক্কী পূক্নীংগী ফিভম নত্তুগা ঈশ্বরবু কিবদগী হৌরকপা অনেম্বা হস্তবা ভক্তিগা অনীগী খেন্নবদু উৎননবা হোৎনৈ।

নঙনা ইচম চম্বা মখলগী, নুপী অমসুং মপুরোইবা, মচা অমসুং মমা মপা, মরূপ মপাং অমসুং মরী মতা নুংশিবগী খেন্নবশিং অসি খঙ্গদবনি।

অস্মিন্ হায়বা অসিনা সূত্র অসিদা নুংশিফম থোকপা পোৎ অদু তাকই। নারদগী পাউতাকশিং অসিদি সম্প্রদায়িক কাঙলূপ নাইবগী ব্রা নত্তে। মহাত্মা ব্রহ্ম, ঈশ্বর, রাম, কৃষ্ণ, শিব অসিনচিংবা ব্রাহৈ অমত্তা পন্দে।

পরম - প্রেম - রূপা, অসিগুম্বা মখলগী নুংশিবা অসিদা ওইজনামগী ব্রা, ঐগী ঐগী হায়বা ব্রা, লনাইগী ওইবা ব্রাখল, নত্তুগা অকিবা মচেৎ অমত্তা ফাওবা লৈতে। থমোইগী ঈশ্বরগী মতৌ, ধর্মদা হকচিনবগী মওংগা অধ্যাত্মিক অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবগী মান্নবা উবা, য়েৎশিন্নবা তৌগনু। অহানবগী অসিদি থুনা লোইখিনি। ইপঙ পঙনা পাজবনা অথোইবা নুংশিবা অদু ওইবা য়ারোই।

সাধকশিংনা মখোয়গী অধ্যাত্মিক চাওখৎলকপদগী নীংজরিবা লাইশিংদি মখাগীশিং অসিনি - ১) মশাগী স্বপাম্বা লাই বিষ্ণু, শিবা অসিনচিংবা ২) মশাগী

অপান্বা লাইগী মুর্ত্তিশিং-মুর্ত্তি অদুনা মাগী নীংজরিবা ঈশ্বর অদু নীংশিংজনবা ওইনা ৩) অবতার অমা ভগবান রাম, ভগবান কৃষ্ণনচিংবা ৪) গুরু অমা-অধ্যাত্মিক গুরু ৫) মীওইববু ইচাউ চাউনা ৬) সংসার ( বিশ্বরূপ) অসিবু তাইবং মপুগী শক্তম লাংবনি খন্না ৭) অন্তরজামি নত্তুগা থমোইনুংদা পোৎ অমসুং জীব পুম্বদা লোৎলিবা, নত্তুগা ৮) মী মশাগী আত্মা ।

## সূত্র ৩ ।। অমৃতস্বরূপা চ ।।

### অমৃতগী মতৌ ওইরিবা

অমৃত স্বরূপা, অমৃতগী মশক ওইরবা; চ, অমসুং।

ভক্তি হায়বসি অশেংবা অমৃতনি। মসিনা পোকপা হিংবা চক্রদগী মনীংতম্না নাম্বোকপা ঙম্মী। ভগবান যম্না ভক্তগী মনাক্তা চঙবা ঙমদে। ভক্তনা শিনাইদবা ফংই। মহাক্তা ঈশ্বরগা তৎনাইদনা অসুম লৈজে।

অমৃত, ''অ'' হায়বদি ওইদবা নত্তুগা ''নত্তবা'' অমসুং ''মৃত'' হায়বদি শিবা। অমৃত হায়বদি শিনাইদবা।

ঈশ্বর, শিনাইদবা (অমৃত), শান্তি, লেঙনাইদবা অশেংবা, লোইনাইদবা (অনন্ত), অখণ্ডবা বুদ্ধি, চিত, লোইদবা, অশেংবা নুংঙাইবা, অরানখুভম ফংবা, মুক্তি ফংবা, সিদ্ধি ফংবা, অসিনচিংবা ব্রাহৈশিং অসি চপমান্নবা অর্থ ফোঙদোকই।

ভক্তিনা শিনাইদবা পীবা ঙম্মী। ভক্তি হায়বা অসি অমৃতগী শক্লোন্নি। লেঙনাইদবা নুংঙাইবা (নিত্য সুখ), শিনাইদবা, অথোইবা নুংঙাইবা (পরম শান্তি) লোইনাইদবা অপেনবা ( নিত্য ত্রিপ্তি), তৎনাইদবা নুংঙাইবা, (অখণ্ড সুখ) হায়বা পুম্নমক ঈশ্বরদা তুংজরগা ফংই। মসিননি সাধকশিংনা ঈশ্বর ফংননবা কম্না হোৎনরিবসি। তাইবংগী নুংঙাইবসিদি ঙাইহাক্তিনি লেঙদবা নত্তে। মিনিট মঙাদং হরাও তয়াম নোক্লিবা মীওইশিং অদু পংজা কয়া কপচৈ। সংসার অসিদা মী অমত্তসু মপুংফানা নুংঙাইতে। মিল্লিয়নরি অমগী মিপাই চাউবা চেকশিনগদবা কয়া, অরাবা কোঙ্গায়, লাঙতক্লবা অমসুং অকিবনা পীক থল্লি। মহাক য়েক্লশিংবু কি। মহাক সিফাইশিংনা ঙাকই। মহাক তুম্বা য়াননবা ইঞ্জেক্সন কাপ্পা তাই, মরমদি মতম পুম্বদা মাদি পুক্লীং লাঙতক্লে। মহাকসি বন্দি অমদগী হেন্না ফত্তবনি। রোকেফেলর হায়বা

পৃথিবীগী খ্বাইদগী ইনাকখুনবা অমা ওইরিবা নুপাসি, সনাগী অচৌবা লম্বী অমা সনা মপাক্লা থাদুনা মাইল কয়া শাংনা শেম্বা ঙমগনি, অদুবু মহাক্লা মাগী মিংচৎ অমসুং লন ময়ামদু য়েংবা লাকপদা হায় " ইকাইখুম্নজরিবা হে পুরোহিত ! ঐ অসি সংসার অসিদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাবা মীশক অমনি । ঐ করি অমত্তা চাবা থকপা য়াদ্রে ; ঐগী চাকখাও, ঈশিং য়াফম অমসুং ফীরাক লোইনমক মহিক্তা লায়নাগনা পিক থক্লে । ঐ মতম পূম্বদা পোথাবা ঙমদ্রে।" মৈত্রেয়িনা মপুরোইবা যজ্ঞবল্ক্যগী মফমদা ৱাহং অমা হংজে, "ইবুংঙো ! মরোল অহম্মক্কী লন - থুম অসিনা অরান খুভম পীবা ঙমগদ্রা ?" যজ্ঞবল্ক্যনা খূদক্তা পাউখুম পীরকই "তশেংনমক ওইথোক্তে ইবেম্মা ।" যম্নসু নাচিকেতাদা হায়, " মরল লৈবা মীশিংদি মথোয়গী মায়া অমসুং নাপন্না মরম ওইদুনা মশাগী নীংশিং শক্তি, বুদ্ধি অমসুং অচূম অরানগী বিচার শক্তি পূম্নমক মাঙখি অমসুং নুংঙাইফম খঙদ্রবা অমসুং অরেপ্পা লৈতবা তাইবং অসিদা হন্না হন্না চত্তুনা লৈ অদুগা হন্না হন্না ঐগী অশিবগী খূবাংনুংদা তাই । নুপী অমসুং লন হায়বা অনীসি সংসার মায়াদা লূপ্নবা অপাম কল্লক অমসুং করামচাউবনা থুক্কাৎলবা মীওইশিংবু লাংদা থুনবা খুরৌ অনী ওইরিবনি । নঙদি অপাম কল্লক অমসুং কারামচাউবা হায়বা অনী অসিগী মথক্তা লৈবনি । নঙনা ঐগী মিহৌলাং পূম্বা থাদোক্লে । নঙনা "শ্রেয় মার্গদা" খোয়দারে ।"

সংসার অসিদি মথল মথেলগী তাইবং ওইরে । জ্ঞানসু মথল মথেল খেন্নরে । মায়খোংসু ইখেন খেন্নরে । ধর্মসু খেন্নরে, খোঞ্জেলসু তোঙান তোঙাল্লে । লাইনীংসু খেন্নরে, খোয়দাবা অমসুং পূক্নীংগী ফিভমসু তোঙাল তোঙাল্লে । তৌইগুম্বসুং পূম্নমক অসিগী চপমান্নবা অমতংদি লৈ । মদুদি ঐখোয় পূম্ব নিত্য সুখ লেঙদবা নুংঙাইবা, ঙমখৈ লৈতবা জ্ঞান, শিনাইদবা, নীংতম্বা অমসুং নাইতোম মীখা পোন্দবা হায়বশিং অসিদি ফংবা পাম্মী । হায়রিবশিং অসি ঈশ্বর ফংবা হায়বা অদুতনা ফংহনবা ঙম্মী ।

---

## ভক্তিগী মহৈ

### সূত্র ৪ ।। যল্লব্ধ্বা পুমান্ সিদ্ধো ভবতি অমৃতো ভবতি তৃপ্তো ভবতি ।।

মদুবু ( অথোইবা নুংশিবা) ফংলগা মীওইবনা মপূংফাবা হায়বদু ওইরকই, শিনাইদবা অমসুং অপেনবা হায়বদু ফংজৈ ।

য়ত্, মদু; লব্ধ্বা, ফংলগা; পুমান্, মীনা; সিদ্ধ, মপূংফাবা; ভবতি, ওইরকই; অমৃত, শিনাইদবা; ভবতি, ওইরকই; তৃপ্ত, অপেনবা; ভবতি, ওইরকই।

সূত্র ৪,৫ অমসুং ৬ তা ভক্তিগী ফলগী মরমদা ইরি ।

পুমান্, মতাং অসিদা পুমান্ হায়বা ব্রাহ্মে অসিনা খ্বাইদগী হেন্না মরূওই । মসিনা মী অমবু হেক্তা খঙনৈ । ভক্তিগী লম্বী চৎচবা অমসুং মুক্তি ফংবা হায়বা ব্রাহ্মণ অনী অসিদা শাগে, জাৎ, কুচু, নুপা, নুপী, নত্তগা পোকফমগী ব্রাহ্মণ অমত্তা লৈতে । মশানা থাজবা লৈজবা, ধর্ম চেনবা; ভক্তি লৈবা অমসুং অৱাংবা থমোই চেল্লবদি ভক্তিগী লম্বী চৎচবা য়াই অমসুং ভক্তিদুতনা মরম ওইদুনা ঈশ্বরবু ফংজবা য়াই । নন্দন, ধর্ম ব্যাধ, রাইদাস, কবিরনচিংবনা ঈশ্বর ফংজখি । পুরান্নচিংবদা শাশিংমকসু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজখিবগী ৱারী লীরী । গজেন্দ্রগী ৱারীসু মদুমকনি ।

সিদ্ধো ভবতি, সাধক্লা ঈশ্বর ফংলবতদা মপূংফাবা হায়বদু ওইরকই । মাগী পান্দমদি ঈশ্বর ফংজবা হায়বা অদুনি । মাগী থৌরাংবশিং অদু ঈশ্বর ফংজরবতদা পেঙ্গে । মহাক্লা অতৈ করি অমত্তা পামজদে । মহাক্লা অথোইবা শান্তি, লোইন্নাইদবা অমসুং মপূংফাবা অপেনবা অমসুং মতম পূম্বগী ওইবা অঈংবদু ফংজৈ অমসুং অসুম্না মহাক্লা সিদ্ধ ফংজবা হায়বদু ওইজৈ ।

সাধক অমগীদি সিদ্ধি নত্তগা শক্তি হায়বসি করিসু কান্নদে । মহাক্লসু সিদ্ধিগীদমক করিসু খনবীবা লৈতে । অসিগুম্বা পূম্নমক অসি ঈশ্বর নুংশিবা হায়বা

অদুগা চাংদম্নবা য়াবা নত্তে। মহাক্না ইন্দ্রগী, ব্রহ্মাগী মফম পুম্নমক অদুগা মুক্তি অমসুং অরান খুভম ফাওবা করিসু পাম্বীরুবা লৈতে। মাগী পুক্লীংদি ঈশ্বরগী অথোইবা নুংঙাইবা অদুখক্তদ মিতাজে।

মহাক্না পুম্নমক্কী মচি অমসুং অপূনবা শক্তম অদু খঙলে। মহাক্না পুম্নমক্কী হৌরকফম অমসুং চেম্থরিবা ঈচেল অদু উরে। মরম অসিনা মহাক মপূং ফারে। শিনাইদবা ওইরে অমসুং পূংপেন পেল্লে। মহাকপু মপানগী মপূংফাদবা, অশোয় অঙাম্না থনবা, তাইবংনা শুদ্ধৎপা ঙমদ্রে অমসুং পুম্নমক শরূক মচেৎ অমমম্নি হায়বদু খঙখ্রে।

সিদ্ধ ওইরবশিং অদুদি মপূংফারবা মীনি। মহাক মাগী পক্ষু অদু য়ৌরবনি। মহাক ঈশ্বর ফংলবনি। মীয়াম্না ঙাংনবদদি সিদ্ধ হায়বা ব্রাহৈ অসি মী অমনা খরা রাংখৎপা মীথোই মীহেন অমগী শক্তি নত্ত্রগা সিদ্ধ খরদুবু খঙ্গনৈ। মতাং অসিদা শীজিন্নরিবদি অর্থ অসিদা নত্তে। মী অমগী মপূংফাবা নত্ত্রগা সিদ্ধ ফংবা হায়রগা মানা মীয়ামদগী খরা হেনগৎপা শক্তি খরা ফংবদু হেক্তা খঙনবা নত্তে, শুপ্নতগী ঈশ্বর ফংবা নত্ত্রগা ঈশ্বরদা মহাক মশাবু পূনশিঞ্জখিবা অদুতবু খঙনগনি।

অমৃতো ভবতি, ঈশ্বর ফংলবা মী অদুদি শিনাইদবা হায়বা অদু ওইরকই। মহাক্তি ঈশ্বর উনা উনা হিংই। মহাক্তি মাগী পুনশি অদু ঈশ্বরদা তুংদুনা লৈ। মহাক্তি অপাম্বা অমত্তা লৈতে অমসুং মরম অদুনা মহাক্না অনৌবা হকচাং অমা পুদুনা অমুক হন্না পোক্লরোই। শিনাইদবা অমৃতত্ব হায়বা অসিনা ভক্তিগী মচি ওইবা, মরূওইবা পোৎচঙনি।

ত্রিপ্তো ভবতি, সিদ্ধ ফংলবা নত্ত্রগা মপূংফাবা অমসুং শিনাইদ্রবা মহাক অদুদি পূংপেন পেল্লি।

মফম অসিদা পাল্লিবা অপেনবা হায়বা অসিদি ঐখোয়না অপাম্বা পোৎ খরা ফঙলগা পেনবা অদু নত্তে। মসিদি অপাম্বা থাদোক্লগা ফংবা নত্ত্রগা ঈশ্বর ফংলগা নুংঙাইবা অদুদগী ফংবা অপেনবদুনি। শুপ্নগী মী অমনা মশাগী আত্মাগী নুংদা পেঞ্জরগা ফংবা নুংঙাইবা অদুদগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা হায়বা অদু ফংই। মতম অদুতদা মী অদু মশানা মশাবু পেঞ্জগনি। অসুম্না ঈশ্বরবু ফংজরগা ফংবা অপেনবসিদগী হেন্না তোংজবা অমত্তা লৈতে।

দর্শনগী নুংথক্তা ফন্নিবা মীশক অমনা সনা ফাওবা করিসু খৌওইবীরোই। সংসার অসিগী ফংনীংবা পোৎ পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈফুৎ অদুবু ফংলবদা মীশক অদুনা সংসারগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা পাম্লরক্তে।

ভক্তনা মাগী ঈশ্বর মবুংঙো অমসুং মাগী খুৎশেম অসিখক্তবু নুংশিজৈ। মানা (ভক্তনা) জ্ঞান তানা হৈনীংবা য়াওনা মুক্তি ফংননবা হোৎনবা লৈতে তৌঈগুম্বসুং মহাক্না হায়জরুবা অমত্তা লৈতনা ঈশ্বরনা মাগী ভক্তদা মুক্তি হেক্ত পীনবীরকই।

অশোনবা অমসুং মরাল পুম্নমক লোইনা মাঙখি। মীশিংনা ব্রাহং অমা হংই ঐখোয়না উবসু ঙমদবা ঈশ্বর অদুবু করম্না নুংশিগদৌরিবনো? ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌজৌ, ভগবানগী লিলাশিং অদু তাউ, মাগী 'ঐশ্বর্য্য নত্ত্রগা বিভুতি, হায়বদি শক্তিশিং অদু তাউ, মাগী চিংলেম্বা অমসুং ফজবশিং অদু উজৌ, ভক্তশিংবু সেবা তৌজৌ, মাগী মিঙ্খে নুমিৎ খুদিং শোজৌ অমসুং মাগী মন্ত্রশিং অদুদা জপ্ নুমিৎ খুদিং তৌজৌ। চহি অমা অযোধ্যাদা, নত্ত্রগা বৃন্দাবন নত্ত্রগা চিত্রকুত, নত্ত্রগা পন্ধারপুর নত্ত্রগা বেনারস নত্তগা অনন্দকুতিরদা লৈজৌ। মদুদা নঙনা ঈশ্বর নুংশিবা হায়বদু চাওখৎলক্কনি।

## সূত্র ৫ ॥ য়ৎপ্রাপ্য ন কিঞ্চিদ্বাঞ্ছতি ন শোচতি ন দ্বেষ্টি ন রমতে নোৎসাহী ভবতি ॥

মদু ( ঈশ্বরবু নুংশিবা) ফংলগা মানা অতৈ করিসু পামদে, অৱাবা লৈতে, (চান্ন নুংশিবা অমা শিরগসু) করিবুসু কনাবুসু তুকচ্চদে, মহাক্না ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা শূংলুপ লুপশিন্দে, অদুগা মানা তাইবংগী করিগুম্বা অমত্তা তানশিন্ননবা অপাম্বা লৈতে।

য়ত্, মদু ( ঈশ্বরবু নুংশিবা); প্রাপ্য, ফংলবা; পুমান্, (মী অমনা); ন, নত্তে; কিঞ্চিত্, করিসু; বাঞ্ছতি, অপাম্না; ন, নত্তে; শোচতি, অৱাবা; ন, নত্তে; দ্বেষ্টি, য়েক্লবগুম খনবা; ন, নত্তে; রমতে, নুংঙাইথোকপা; উৎসাহী, মশা খীং-খীং লাউরিবা (মশাগী অপাম্বা থবক্তা, পোত্তা); ন ভবতি, ওইদে নত্ত্রগা ওইরোই।

লবৃধবা, (তোংজরবা) মমাঙগী সূত্রদা অমসুং প্রাপ্য, (ফংলবা) হৌজিক্কী সূত্রদা অনী অসি অর্থ মান্নবা মাপ্লি, অদুবু, অনীসিগী মনুংদা য়াম্না খেন্নবা লৈ। ফংবা হায়বা অসিদা লনাই হোৎনজবগী ব্রা কন্না য়াওরি। লাভ নত্তুগা তোংজবা হায়বা অসিদি খঙহৌদনা মতোম্মতা লাকচবসু য়াই।

হৌজিক্তি নারদ ঋষিনা ঈশ্বর নুংশিবা হায়বা ব্রাফম অসিবু ওন্না তৈনবা মিৎয়েং অমদা য়েংদুনা শন্দোক্না হায়রি।

ন কিঞ্চিত্ভাঞ্ছতি, ভক্ত অমনা তাইবংগী অপাম্বা পূম্বগী মথক্তা লৈ। মাগী থমোইদি অখোইবা শান্তি অমসুং মপূং পূংফা ফাবা হায়বা ফিভম অদুদা তূংদুনা লৈ। মরম অসিনা মহাক্না অতৈ করি অমত্তা মিতাদে। মহাক্না তাইবংগী মায়া অমসুং চুম্নদবা পোৎশিংগী লৌনমগী ওইবা মতৌ মচৎ অদু নীংথিনা খঙই। মরম অসিনা, মহাক্না হায়রিবা পোৎশিং অসিদা করিসু খোয়দাদে। মহাক্কী ইন্দ্রিগী অপাম্বা পূম্বা লোইনা, মতম পূম্বগী ওইনা, ঈশ্বর ফংজবদগী কোকপ্লে। মহাক্কী থমোই হৌজিক্তি মপূং পূংফা ফারে। লৈবাক, লম্লুম, শক্তি পূম্নমক্না মাবু মিহৌলাং থাকপা ঙমদ্রে।

করিগী অপাম্বনা শক্তম লাংলক্লিবনো ? অবিদ্যা হায়বদি পঙবদগী নত্তুগা লাইরৈবাক্কী নুংঙাইবদু ফংদবদগী। মী অমনা ঈশ্বরবু দর্শন তৌবা ফংজরবদি, মাগী অপাম্বা পূম্নমক মৈনা চাকপঙ্গুম চাকথেকখি। অঙাং ওইরিবা ক্রুবনা ভগবান হরিগী দর্শন ফংজরবদা, ঈশ্বর মাবু নীংজনীংবগী অপাম্বা পূক্লীং ঈহৌরক্লবদা, নিংথৌ লৈবাক ফঙ্গনি হায়বগী অপাম্বা পূম্বা লোইনা মাঙখি। ভক্তি হায়বা অসি তাইবংগী অপাম্বা পূম্বা চাকথেকপা ঙম্বা জ্ঞানগী মৈরীনি।

অপাম্বা হায়বা অসি মপূং ফাদে নত্তুগা ব্রাৎলি হায়বা ব্রাখল অসিদগী হৌরকপনি। মপূংফাদবা হায়বা অসি মী অমনা মশাগী ফিভমগী ব্রাংমগী পোৎ অমা হেক থেংনবদা ফাওরকই। সাধক অমনা ঈশ্বর ফংলবা মতুংদা মহাক্না ঈশ্বর নত্তনা করিগুম্বা অমত্তগী ব্রাখল খন্দে। মরম অসিনা, সাধক অমনা করিগুম্বা অপাম্বা হায়বা অদু অমত্তা লৈতে।

ন শোচতি, সাধক অমগী অব্রাবা লৈতে। মহাক্কী মফমদা পোৎ নত্তুগ মী অমত্তদা তূংদুনা লৈতে। মহাক্না করিসু পামদে। করিসু ফংননবা নীংদে, করিসু

কিদে। মহাক নীংবা কায়দে, নীংবা থুন্দবা লৈতে, মায়থীবা খঙদে অমসুং অমাঙবা লৈতে। মরম অসিনা মহাক অন্নাবা অমত্তা লৈতে।

ঈশ্বর ফংজরবা সাধক অমনা অন্নাবদগী পৃংকোক কোকই। মঙালগী মনাক্তা অমম্বা লৈবা ঙম্রা ? শান্তি অমসুং নুংশিবগী ঈপাক্তা লুপ্পবা মহাক অদুগী মফমদা অন্নাবনা করম্না চঙলক্কনি ? অন্নাবা হায়বা অসি পৃক্লীংনা শেম্বনি। অন্নাবা হায়বা অসি পৃক্লীংনা হকচাংগী মরমদা থনবা অমসুং মায়াগী ব্রাখল লাকপা মতমদা ওইরকই। পৃক্লীংগী অপাম্বশিং মুথৎলবা, মশাগী আত্মাদা লূপশিল্লরবা, ঐ কৌবা ব্রাখল অসি মাঙহল্লবা সাধক অমনা ঈশ্বরদা পৃংলূপ লূপশিল্লবদা করম্না অন্নাবনা মাগী নাক্ত চঙশিল্লক্কদৌরিবনো ? শুকওই ওইথোক্কবনি।

ন দ্বেষ্টি, য়েংথীবা তুকচ্চবা লৈত্রবা হায়বসি মপৃংফারবা ঐ মশক খঙলবা সাধক ত্রমগী অনীশুবা খুদম্নি। সাধক অমনা অপাম্বা অমসুং অন্নাবদগী লাম্থেক্রবা, মহাক্ল পৃম্নমক্তা ঈশ্বর ওইনা উরবা মতম অদুদা মহাক্ল করিগুম্বা জীব অমত্তবু য়েংথীবা ঙমদে। করিগুম্বা অমবু য়েংথীবা হায়বসি ঈশ্বর মহাকপু য়েথীবনি হায়না মহাক্লা খল্লি।

সাধক্লা কনাবুসু য়েংথীদে। মহাক্লা পৃম্নমকপু নুংশি, পৃম্নমকপু সেবা তৌই, পৃম্নমকপু মতেং পাংই। মহাক্লা জীব পৃম্নমক্লী য়াইফনবা মতম পৃম্নমক্তা খুঙ শেন্দুনা লৈ। মহাক্ল তোল্লবা, লৈখা তারবা, মরাইবকথীরবা ( আত্মাশিংবু ) মীওইশিংবু মঙাল পীবীননবা অমসুং থাজৎপীননবা হোৎনৈ।

মহাক্ল মী, পোৎ নত্তুগা মফম অমত্তা খোয়দাদুনা লৈতে। মহাক্ল ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবদা তুদুনা লৈ অমসুং মরম অসিনা মশাগী পেন্নবগীদমক সংসারগী পোৎ অমত্তদা মহাক্লা মখা পোন্দে।

সাধক্লা কনাবুসু য়েংথীদে। য়েংথীবা হায়বা অসিমক অপঙবদগী থোরকপনি। পোৎ খুদিংমক্তা হরিবু উরবদা সাধক অমনা কনাবু য়েংথীরগদগে ? মহাক্ল সংসার অসিমক ভগবান হরি মাগী শক্তম ওক্তনি, লেঙওৎলিবা, থবক পূম্ব, মাগী জগোইনি হায়না খল্লি। মহাক্ল পোৎকী শক্তম, মায়থোঙ, চগুাল অমোৎপা অমাং অশোয় শেংবা, খোঙউপতৃবা, চাক্লীবা, গুক্তবী, হুরানবা অসিনচিংববু তুকচ্চবা হঙোইবা অমত্তা লৈতে। মহাক্লা হায়, "ঐনা মফম পৃম্নমক্তা ঈশ্বরবু উই। ঈশ্বর

মানা ওক্তবী,হুরানবা,ডাকু,অমাং অশোয় শেংবা পূম্নমক্কী শক্রোন লৌরিবনি।"
মহাক্না পূম্নমকপু কোনশিল্লি,পূম্নমক য়াওহল্লি,পূক্নীংগী ফিভম ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা লেঙদনা লৈহল্লি । মসি ব্রাহৈনা শিংথাবা ভুমদে। মসিদি পূক্নীংদা ফমওগদবত্তনি। মিরা,গৌরাঙ্গ,হাফিজ,তুলসিদাস,কবির,রামদাসনচিংবা পূম্নমক ফিভম অসি ফঙখিবনি । তুলসিদাসনা হায়, "সিতারামময় সব জগ জানি করহু প্রণাম জোরি যুগ পানি।" সংসার পূম্নমক সিতারাম অনীগী শক্তম্নি খন্না,খূবাং অনী লোম্নদুনা খুরুমজে ।

পুরুষশুক্তদা পুরুষপু অসুম্না শৈথারি, "পুরুষকী মকোক লীশিং পাল্লি,মমিৎ লীশীং পাল্লি অমসুং মখোঙ লীশীং অমা পাল্লি।" মসিগা চপ মান্নবা খোম্লং অমা গীতাদসু য়াওরি,আধ্যায় ১৩/১৩, "মফম খুদিং মাগী খোঙনা খূৎনা য়ৌই,মফম খুদিং মাগী মিৎনা,কোক অমসুং মচিন্না থুংই,পূম্নমক তান্ন,মহাক্না তাইবং পুম্বা কৃপশিন্দুনা লৈ।" ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা মাগী নাত্তুংয়ৌজনবা লম্বী তাকপী অমসুং পাউতাক পীবী । "খঙউ উদ্ধব,ব্রহ্মন,চণ্ডাল,লোলা,হুই,নিংথৌ,চাক্লিবা পূম্নমক ঐগী শক্তম ঙাক্তনি । নঙনা পোৎ অমা হেক্তা উবা মতমদা,মদুদা খুরুমউ অমসুং ঐবু নীংশিংউ।"
নামদেবনা হুই অদুদা হায়, "হে বিথল, নুংশিরবা হুইগী মওং ওইনা নঙ অকংবা তল মচেত্তুগা চেনখিগনু । মদুনা নঙগী খোৎনৌরবা খংনাউদা শোকহনগনি । হায়জরিবসিনি,নঙগী তল মচেৎ অদুদা ঐ ঘী খরদং তৈজখিগে।" মহাক্না কপ্পা ঘী হাপ্পগা হুই অদু তানা চেনশিল্লম্মী । শ্রীরাম কৃষ্ণপরমহংসনা ইম্নোক্লবী নুপীমচা অমগী মনাক্তা খুরুমজরগা হায়জরকই, "হে ইমা কালি ! ঐনা নঙবু নুপীমচা অসিগী নুংদা উঁজে।" প্রভাহরি ববানা হুরাল্লকপ কোল্লিক য়াওবা বেগ অমা পায়রিবা মাশক অমবু খুরুম্নগা হায়রকই, "হে হুরানবা নারায়ন ! খুরুমজে, পোৎশিং অসি লৌবীয়ু । হুরানবা নারায়ন্ন। ঐগী থাংপোক্লুংদা লৈ হায়বসি ঐদি শুকখং খঙদে ।"
একনাথ কৌবা মহারাষ্ট্রগী ভক্ত অমনা হুরানবা অমা মাগী য়ুমদা চঙলকপা মতমদা ইফোং ফোংনা মাগী সনাগী খূদোপ অদু পীথোক্লম্মী । "হে হুরানবা ! খূদোপ অসিমগসু লৌবীখ্রো । নঙগী নথৌদি পোৎশিং অসিবু হুরানবনি । নঙদি কৃষ্ণনি,লিলা অসি শান্নরিবা কৃষ্ণনি।" নঙনা অসিগুম্বা অনৌবা মিৎয়েংদা য়েংলিবা

ব্রাংলবা ভক্তশিংগী অথোইবা ফজবা অচুম্বা অসি উবা খঙবা ঙম্লব্রা? অসিগুম্বা নুমিৎ অমা নঙোন্দসু লাক্কনি। নোম্মু, কন্না হোৎনৌ।

ন উৎসাহী ভবতি, সাধক অমনা মশাগীতা কান্নবা য়েংদুনা থবক শুদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঈশ্বরগী সেবাগী ব্রাখন্দা, পূম্নমক্কী য়াইফনবগীদমক্তা মশাগী নাপন নত্তগা মপানথোংগী দণ্ডি অমনা ননশিন্দুনা থবক শুদে। মহাকপু মশাগী ঐ কৌবা নাপন্না ইনশিল্লক্তবনা মরম ওইদুনা মাগী থবক্কী ফল য়েংদে অমসুং মহাক্না মাগী থবক অদু থবক ওইনা উদে।

মহাক্না মশাগী নুংঙাইনবগী নত্তগা তোংজনবগী মওংদা থবক শুদে। মাগী পূক্নীংদা ওইজনামগী ব্রাখল লৈতে, তাইবংগী অপাম্বা তানবগী ব্রা য়াওদে। মাদি মায়পাকপা নত্তগা মায়থীবনা শোকহনবা ঙমদে।

মতৌ করম্না ভক্ত অমবু করিগুম্বা অমনা হেক্তা লাংতক্লহনগদৌরিবনো? মী অমনা থবক অমা তৌবগী নুংঙাইবদুদা থবক তৌই নত্তগা থবক অদুগী ফলদা নুংঙাইগনি হায়দুনা থবক তৌই। অদুবু ঈশ্বর ফংলবা ভক্ত অমদদি মহাক্না তৌগদবা থবক লৈত্রে। মহাক্তি অথোইবা নুংঙাইবদু ফংজে।

ভক্ত অমনা অথোইবা নুংঙাইবগী ঈফূৎ অদু ফংজরবদা, মহাক্না তাইবংগী কান্নদ্রবা, পিক্ক পিক্কবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা মচা মচা অসি করম্না খোয়দাজরগদৌরিবনো?

শান্তিগী শাইওন ওইরিবা ঈশ্বরবু ফংজরবা ভক্ত অমনা করম্না সংসারগী অপাম মীহৌগী মমি তাহৌগদৌরিবনো? ঈশ্বরবু উজবা হায়বসি মঙদা নত্তগা অহিবং মী ওইনা অহিবংদা নত্ত্রা অহিবংগী শক্তম ওইনা খূৎ মরিদা মোইরুং, গদা, চক্র, থম্বাল পায়দুনা আর্জুন্না ফংজখিবা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডগী শক্তম ওইনা নত্তগা হিরন্যগর্ভগী শক্তম লৌদুনা নত্তগা ব্রহ্মলোক্কী জ্ঞান শক্তম লৌদুনা মখল মখা অয়াম্বা মওংদা দর্শন পীনবীবা উবা ফংজগনি। নীংশিংউ, আর্জুন্না মতৌ করম্না বিশ্বরূপ দর্শন ফংজখিবগে হায়বদু। হৌরকফম লৈতবা, ময়াই নাইদবা, অরোইবা খঙদবা, ঙমখৈ নাইদবা, শক্তিগী শক্লোন পূরিবা, মশীং থীঙমদ্রবা পাম্বোম পাল্লিবা, নুমিৎ, থানা নঙগী নমিৎ ওইরিবা; নঙগী মায়থোংবু ঐনা উজে, যজ্ঞগী মৈ ওইনা লংনা ব্রাংনা চাকখৎলক্লিবা সংসার অসিবু তুম্না চাক্কদৌরিবা ওইনা উজে। ঈশ্বরনা করিগুম্বদা মাগী ভক্তবু পূক্নীং থৌগৎনবগীদমক্তা স্বর্গগী দোলাই তোংদুনা কুমথবীরকই।

অদুগা, করিগুম্বদা অকাশবানি লাউদুনা, করিগুম্বদা মঙালগী মশক ওইনা উত্তুনা মাগী ভক্তবু ঈশ্বর মাগী মায়গৈদা থুনা য়াঙনা অমসুং মরূহক্লা চঙশিন্নবা আশা পীবা লাকই। সাধক্লা মাগী অরানবা অপঙবা ভাবনাদা তোংদুনা ঐদি মাগী দর্শন ফংলে হায়না পেম্নোক্লোইদবনি। মহাক্লা ঈশ্বরদা তূদুনা লৈগদবনি। মহাক্লা মতম পূম্বদা ঈশ্বরদা তূংদুনা (নিষ্ঠা) লৈগদবনি। মহাক্লা মাগী সাধনাদুনা মশামকপু ঈশ্বরদা পূংলুপ লূপশিন্দুনা মহাভাব নত্ত্রগা তনমায়াগী ফিভমদা লাক্লিবা ফাওবা লেপথোক্লোইদবনি।

নঙনা ভক্তিগী লম্বীদা চৎপদা অপনবা পীরিবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা নুপী, পৈশা, সংসারগী লম্চুম পূম্মমক থাদোকউ অমসুং নঙ্গী পূক্লীং অদু ঈশ্বরদা লৈশিল্লু। লোইনাইদবা, পৎপা পূম্বা নাইদবা, হুরানবনা হুখিবা ঙমদবা, অকিবা অমসুং অব্রা অনাল্লা য়েৎশিনবা ঙমদবা অধ্যাত্মিক্কী ওইবা লন অমা লেঙদনা লৈবনি।

হৌজিক্তি পূম্মমক মহৌশাগী ওইরে, হোৎনরুবা লৈতনা অমসুং মতোমতনা ওইজরকপা ওইররে। হোৎনবা হায়বা অসিদি ঐ কৌবা নাপন্না লৈরিঙৈ নত্ত্রগা তোখাই তাবা ব্রাথম্না পুরিঙৈ মতমদুতদা ওইরম্বনি। অসিগুম্বা অনেম্বা ভাবশিং অসি লৌথোকখ্রগা সাধক্কী মফমদা ঈশ্বরগী ওইবা মঙাল অদু চূখৎপিগ্রগনি অদুদগী মহাক্লা অমুক হন্না হোৎনরুবগী মথৌ লৈত্রে। ব্রা অসি ভগবান্না ভগবদ গীতা (অধ্যায় ২/৫৯) দা মরা চেৎনা তাক্লি, " ইন্দ্রিনা খৌরাংলিবা পোৎ খূদিংমকপু থাদোক্রুবা সাধক অদুগী মফমদা ইন্দ্রিনা মিহৌরুবা পোৎ খূদিংদগী লাপথোকখি তৌইগুম্বসুং মাগী পূক্লীংনা ঈশ্বর উনীংবগী মায়গৈদদি লৈশিনখি।"

মহাক্লা করিগুম্বা পোৎ অমত্তগী অপাম্বা অমসুং ফংনীংবগী অরাম খৌরাংবদু লৈতে মরমদি মাগী ঐগী হায়বা নাপন অদু লৈত্রে, মাগী থমোইদা ঈশ্বরবু নুংশিবনা পিকথলহল্লে মরম অসিনা মাগী অপাম্বা অমত্তা লৈত্রে। অপাম্বা হায়বা অসি, মী অমগী মশাদা ঐগী হায়বা নাপন নত্ত্রগ পোকপদগী লোয়নরকপা মপূংফাদবা লনাইগী ওইবা ব্রাখল অসি হেক লৈরিবমথৈ লেঙদনা লৈ। অসিগুম্বা ফিভম অসি লাম্নোকখ্রবদা, পরাভক্তিগী ফিভম য়ৌরবদা, অপাম্বা হায়বা অদু মাঙখি, মখোয়না ঈশ্বর ফংবদা পূম্মমক লোয়না তিনশিনখি। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী

নুংশিবা হায়বা মমল নাইদ্রবা লন অসিগা চাংদম্নরুবদা মরোল অহমগী লন অসিদি ভক্ত অমগী মমিত্তা চক্র মতেক অমগুম উরকই; মতম অদুদদি মোতোরকার, বঙ্গলো, মিংচৎ, ঈজ্জৎ, অমসুং তাইবংগী লনথুম পোৎচৈগী ব্রাদি পল্লু হায়রুবগী করি কান্নগনি। নুংঙাইবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বর কৌবা, মহাকপু ফংজবগী নুংঙাইবা অদু ফংলবদা সংসার পূম্নগী নুংঙাইবা পূম্না তিনশিল্লুরবসু মদু ঈশিং মরিক অমত্তুগা পাল্লক ওইরিবনি। ভক্তনা মাগী নুংশি মিৎয়েং ফংজরবদা করি অমত্তনা মাবু লেঙহনবা, মিহৌহনবা ঙমদে। মী অমনা অমৃতথকপা ফংজরবদা, অমোৎপা পুখ্রিগী ঈশিং কন্দায়দগী থৌরাংগনি, মরমদি সিতামিস্রি ফংলবা মী অমনা কদায়দগী চুহি কনানা পামগনি, অসুম্না অথোইবা নুংঙাইবা ফংলবা ভক্ত অমনা কৈদৌঙৈদসু করি অমত্তা পাম্বা লৈত্রে।

অব্রাবা হায়বসি লূপশিনবা অমসুং পামশিনবদগী লাকপনি। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা করিগুম্বা অমত্তা পাম্লত্রুবদা, অরান খুভম ফাওবা পাম্বীদ্রবদা, মহাক্না তাইবংগী পোৎ অমত্তং মাঙবগীদি করিবু খল্লিঙাই লৈরিবগে? অমরোমদা, মহাক মশানা খঙনা পূম্নমক থাদোকচগনি, ঈশ্বর মাবু ফংজনবা অমসুং মাগী মীনুংশি ফংজনবগীদমক মহাক্না লোইনা থাদোকচগনি।

অপাম্বা অমসুং অব্রাবা অমত্তা লৈরত্রুবদা, অনী অনী তুংইন্না চৎপা মথোইকাবা অমসুং তুকচ্চবদি কদায়দগী লৈবা ঙমগনি। তুকচ্চবা অমসুং ইন্দ্রিগী অপাম্বা হায়বা অসিদি অপাম্বদগী হৌরকই। থোইদোক্লা অপাম্বা ফংদবদগী নীংবা কায়বা নত্তুগা মদু ফংবদগীসু অদুম্মক হৌরকই। ভক্ত অমনা মাগী ব্রাখল পূম্নমক অদু মাগী নুংশিথোইরবা, ঈশ্বরদা লূপশিনখ্রবা মতমদা অমসুং মহাক্না পোৎ খূদিংদা অমসুং জীব খূদিংদা ঈশ্বরবু উজরবা মতমদা কনাবু তুকচ্চগদৌরিবনো? অমসুং ঈশ্বর মঙোন্দগী হেন্না চাউবা অমা লৈত্রবা ভক্তগী থমোইনা করিবু নত্তুগা কনাবু খোয়দাদুনা থমোই মরাঙ হৌগদৌরিবনো?

ভক্ত অমনা মুৎনাইদ্রবা ঈশ্বরগী নুংশিবগী নুংগী অপেনবদু ফংলবা মতম অদুদা, মহাক্না করিগুম্বা অমা ফংনীংবগী পুক্নীংগী ঈহন অদু মাঙখি অমসুং মদুগা লোয়ননা মশাগী ওইজনাম ফংনবগী নোমনীংলকপগী ব্রাখল পূম্নমক অদুসু লোইনা মাঙখি। মপূং ফাদবগী ব্রাখল অসি হেক লৈরিবমখৈ মীনা থবক তৌনীংই।

ঈশ্বরগী নুংশিবা ফংলবদদি ভক্ত অদু মপূংফারে অৱাৎপা লৈত্রে। মহাক্না পূম্নমক্তা ঈশ্বর উরে, ঈশ্বরদা পূম্নমক উরে। মরম অসিনা মানা মাগী লনাই নীংজবগী অপাম্বা ফংনবগী নোম্বদু লেপখ্রগনি। মসিমক ভগবদ গীতাদা নীংখিনা উৎলি। "মহাক অদুনা নুংঙাইথোকপসু লৈত্রবা নত্তগা নুংশিদবসু লৈত্রবা, অৱাবসু লৈত্রবা, অপাম্বসু লৈত্রবা, অফ-ফত্ত অনীমক চপ মান্নরবা, ভক্তিনা থুম্নৎলবা, অদুগুম্বা মহাক অদু ঐবু নুংশিবনি।" অধ্যায় ১২/১৭

মদুদগীদি, মহাক ঈশ্বরগী খুৎশু ওইরে। মহাক্না মদুদগীদি মশাগী শক্কল্প য়াওদনা, অপাম্বা নত্তগা লূপশিনবা য়াওদনা অমরোমদা পৃথ্বি পূম্বগী য়াইফনবা ৱাখলগা লোয়ননা থবক তৌবা হৌখ্রে।

মরম অসিনা, ঈশ্বরগী নুংশিবা অসি হন্দক মপোক অসিদা ফংজরো। নঙগী অৱাবা, অপাম্বা, মিহৌবা, অকিবা অমসুং লাঙতক্নবা পূম্নমক লোইনা মাঙখিগনি। নঙ অদুদগীদি মতম পূম্বগী ওইনা লোইনাইদ্রবা নুংঙাইবগী অচিকপদুদা লূপশিনখ্রগনি।

## সূত্র ৬ ।। য়জ্জ্ঞাত্বা মত্তো ভবতি স্তব্ধো ভত্যাত্মারামো ভবতি ।।

মদুবু খঙলগা মী অদুনা নুংঙাইবনা থুম্নৎলবা ফিভমদু ফংজৈ, শান্তি ওইজৈ অমসুং মপূংফানা আত্মাদা তূংদুনা অথোইবা অচিকপা অদুমত্তা লূপ্তুনা লৈজে।

য়ত্, মদুবু (ঈশ্বর); জ্ঞাত্বা, খঙলগা; পুমান্, মী অমনা; মত্তঃ, ময়ায় কনা নুংঙাইবনা থুম্নৎপা; ভবতি, ওইরকই; (ইব, অদুগুম্বা); স্তব্ধঃ, অচিকপা; ভবতি, ওইরকই; আত্মারামঃ, মহাক অদুনা আত্মাদা তূংদুনা অচিকপদু লেপ্তুনা ফংজবদু; ভবতি, ওইরকই।

ঐ মশক খঙলবা ভক্ত অমগী মশক তাকপগী থবক চত্থরি।
সূত্র অসিদা অইবনা হায়রি, মদুবু খঙলগা মদুবু হায়বসিদা ঈশ্বরবু খঙহল্লি। তৌইগুম্বসুং মমাঙগী সূত্রদা মহাক্না হায় মদুবু ফংলগা অমসুং মদুদদি মহাক্না হায়রিবসি নুংশিববুনি।

জ্ঞাত্বা, হান্না ফোঙদোকখিবদি লব্ধবা মদু তোংজরগা অমসুং প্রাপ্য মদু ফংজরগা। হৌজিক্তি মদু খঙলগা।

মত্তো ভবতি, ভক্তনা ঈশ্বর ভক্তিদা ময়াই কানা ঙাওজে। মহাক্না অহিং

নুংথিল অনীমক্তা মাগী মশুপ শক শোন্দুনা অমসুং মাগী মিংচৎ মঙাল তাজদুনা লেইঞ্জে। মহাক ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রে, মহাক তাইবংগী মপান পুনশিগী মরমদা করি অমত্তা খনখিদ্রে।

মহাক হৌজিক নোক্কনি, হৌজিক কপকনি, হৌজিক লাউগনি, হৌজিক লাউনা ঈশৈ শক্কনি, হৌজিক ঈশ্বরগী ভাবনাদা ঙাওদুনা ৱাস্থ ৱাস্থনা জগোয় শারগনি। নুংঙাইবদগী হেনগৎলক্তুনা মমৈথংদদি ৱাস্থবগী তুচুংবগী ফিভমদা লাক্কনি। মরক মরক্তা মহাক নুংগী মুর্তিশুম্না তূমিন লেঙদনা ফমদুনা লৈগনি।

মসিদি ভক্ত অদু ঈশ্বর মহাকমক্তা অমত্তা ওইরবা নত্রগা মহাকমক্তা তিনশিনখ্রবা মতৌদুনি। ভক্তনা মহাক নাইতোম হিংলিবনি হায়বদু মাঙখ্রে, কাউখ্রে। মহাক মশাগী লনাইগী ওইবা অনীংবা অমত্তা লৈত্রে মরমদি মাগী ওইজবা পূম্বা ভগবানগী মফমদা কখোকখ্রে। মহাক অসি ভগবানগী খূত্তা ইচম চম্বা খূৎলাই অমা ওইখ্রবনি।

নয়ানর অমনা লাইশঙদা মৈ চূখৎনবা থাউ লৈত্রদুনা মকোক্তগী মশম ককথক্তুনা থারম্মী। অতোপ্পা অমনা মানা শিবদা কৎনবা লৈপরেং লেংলিঙৈদা লৈ অমা খূনগক্তুনা মনম নন্নুবগীদমক মহারানী অমগী মনাতোন ককথৎলম্মী। রানী অদুগী মপুরোইবা লাক্লম্মী অমসুং মাগী (রানী) মখূত্তুসু ককথৎপীরম্মী, মরমদি মদুনা লৈ খুনগৎলুবগী মরাল হান্নদা লঙজখ্রবনি হায়রম্মী।

নয়ানর নত্রগা ভক্ত অমনা চশুন নূং অমদা মাগী খূনীং অদু ভগবান শিবদা কৎননবা চশুন অমত্তা ফংদ্রবদা, তক্লম্মী।

অসিসিগী সেন্ট ফ্রান্সিসনা লোর্দ যিশু খৃষ্টকী ৱাখন্দা ধ্যান তৌজরগা মাগী মশাদা মমাঙঙৈদা যিশুনা ক্রোসতা পাংতিংবা মতমদা ফাওখিবা ঙমখৈ নাইদবা অরা অনা অদু নোক্না নোক্না থাঙজদুনা পাংতিংবগী য়োৎপী থাবগী খূদমশিং অদু থমজখি।

উপনিষদতা আত্মাবু খোয়হিগা প্রমান তৌই। সুফিশিংনা য়ুগা প্রমান তৌই; শাক্তশিংনসু মদুবু য়ুগা প্রমান তৌনৈ। বেদগী যজ্ঞদা সোম কৌবা মহি অমা ওইনা খঙনৈ। পূম্নমক অসি ঈশ্বরগী ওইবা নুংঙাইবা অচিকপদু ফংবগী নুংঙাইবা অদু উৎপতনি।

ঈশ্বরবু নুংশিবগী ময়াই কাবা য়ু হায়বদু থক্লবা ভক্ত অমনা সমাজগী মফমদা তৌফম থোকপা চৎনবী নিয়ম ঙাকপা ঙমদে। মহাক্তি সমাজগী চৎনবী নিয়ম নীতি অমসুং ধর্মগ্রন্থশিংনা পুনশিন ফাজিনবা ঙমদে। ঈশ্বরদা ঙাওজরবা ভক্তনা মহাক মশামকপুসু পূংকাউকাউথোকচৈ।

স্তব্ধ ভবতি, ভক্ত অমনা থবক তৌরকপা মতমদা মহাক ঈশ্বরনা মাগী নুংদা চঙদুনা থবক তৌহল্লি। ভক্ত অমগী নুংগী থমোইদি নীংথিনা শান্তি ওই অমসুং ঈং তপই অমসুং মহাক্লা তাইবং অসিবু নুংশিনা অমসুং থৌজাল হৈনা সেবা তৌই।

আত্মারামো ভবতি, ভক্ত অমনা ঈশ্বরবু খৌরাংবা অসুম ফাওরকই অমসুং মরম অসিনা ঈশ্বর মাগা অমত্তা ওইনা মাগী মপূংফাবা শক্তমদা তূংজৈ অমসুং মাগী ঙমখৈ নাইদবা অচিকপা অমসুং নুংঙাইবা অদু ফংজৈ। মহাক্লা আত্মাবু মশক খঙজৈ অমসুং থৱায় পানবা পূম্নমক্তা আত্মাবু উজৈ।

মী অমনা মশাগী আত্মাদা মশানা পেঞ্জরবদা মহাক মনীংতম্বা হায়বা অদু ফংজৈ। কনাগুম্বনা পৎপা পূম্বা নাইবা তাইবংগী পোত্তা পেঞ্জরবদি মহাক মাগী নুংঙাইবগী তূংনফম হৌরকফম অদু মাঙথ্রবা মতমদা কল্লা হৌরক্কনি। মপুরোইবা অমনা মাগী নুপী নত্তগা মচা শিরবা নত্তগা মাগী বেঙ্কতা থম্বা শেলশিং মাঙলবদা কল্লী। মতম, মফম অমসুং করিগুম্বা মরম অমনা চৈথেং পীবদা পোৎশিংনা মাঙই, পৎলি। মরম অসিনা, মখোয়না মীওইবদা অশেংবা নুংঙাইবা পীবা ঙমদে। মরম অসিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা তাকপী, "মপানগী ইন্দ্রিগা মরী লৈনবা বিষয়দগী ফংবা নুংঙাইবশিংদি অরাবগী মশকনি, তুং কোইদে অমসুং লোইবা খম্বা নাই। মরম অসিনা অফ-ফত্তগী জ্ঞান লৈবা অদুগুম্বা নুংঙাইবনি হায়রিবশিং অদুদা হে কৌন্তেয়, নুংঙাইবা শুকঙম ঙমদে।" অধ্যায়/২২। "ইন্দ্রিনা মহাক্কী চিঞ্জাকশিংগা কোন্নরগা ফংবা নুংঙাইবদু অহানবদদি অমৃতনি, তৌইগুম্বসুং মমৈদদি তশেংনমক রাজসিক্কী নুংঙাইবশিংনি, মখোয় অদুদি মহু পানবা হনি, তশেংবা নুংঙাইবা নত্তে। অদুগা মী অদুনা মাগী আত্মানা মপানগী পোত্তা খোয়দাবা অমত্তা থমদ্রবা, অদুগা মশাগী আত্মাদা তুদুনা পেম্লেকচরবদি মাগী যোগনাউপায় ওইদুনা লেঙনাইদ্রবা, অমুক হন্না পথ পুমথ নাইদ্রবা নুংঙাইবা অদুদা লূপশিঞ্জবা ঙম্মী" (অধ্যায় ১৮/৩৮ অমসুং

৫/২১)।" মী অদুনা মশাগী আত্মাদা নুংঙাইজবা ওত্রবা, মাগী আত্মাদা মানা শেঙ্গরবা, অমসুং মাগী অত্মাদা রাত্তপাদবা ওইনা লেঙ্গবা ওত্রবা, মাগীদি তশেংনমক করিসু তৌনিঙাই লৈত্রে।" আধ্যায় ৩/১৭। মী অদুনা মশাগী আত্মাদা নুংঙাইজবা (আত্মারতি) ওত্রবা, মহাত্মা মহাত্মী আত্মাদা শেঙ্গবা (আত্মা ক্রিড়া) ওত্রবা, অমসুং মহাত্মা মাগী আত্মাদা রাত্তপাদবগুম নুংঙাইজবা(আত্মা সন্তুষ্টি) অদু ফংজরবদি অমসুং মানা মাগী আত্মাদা লেঙদনা শায়মিন্নজবা (আত্মা ক্রিড়া) ওত্রবদি করিগুম্মা মপানগী শোৎশক অমত্তনসু মাবু খোঙকম চোইহনবা ওমদে।

মীবু মপানগী ভাইবংদা হেক হেক চিংখোক্রিবসি (বাসনা) পুক্লীংগী অকৃত্মা অপাম্মা কৌবা লাং অদুননি।

অবিদ্যা অপঙবা কৌবা অসিগী মপাঙ্গল কল্পবা শক্তি অনী লৈ, অমনা আবরন শক্তগা মায়খুম শক্তি হায়বসিনি, শক্তি অসিনা মীওইববু মাগী সচ্চিদানন্দ স্বরূপগী লাপ্পা চিংখোকপীদুনা থম্বী অদুগা বিক্ষেপ শক্তি হায়বা অসিনা মীওইবগী পুক্লীং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু মপান্দা অসুম অসুম চিংখোকপী। পুক্লীংনা পোত্থাফম খঙদ্রিবসি অপাম্মা অমসুং বিক্ষেপ শক্তি হায়বা অদুননি। অপঙবা হায়বা অসিনা খঙবা ওম্মা বুদ্ধি শক্তিবু লৈচিল থাংহল্লি ময়াই কাহল্লি, বুদ্ধি লৌশিং মাঙহল্লি অদুগা বুদ্ধি লৌশিং মাবু মোংহল্লি, নুংথী ওলহল্লি, মরুভূমিগী মতৌগুম লমগং ওইহল্লি। মরম অসিনা, মীশিংনা মহাত্মা মপাম্নেংগী পোত্তগী নুংঙাইবা ফংই হায়না লান্না খল্লি; হকচাং, নুপী অমসুং মচাবু মাগী আত্মা ওইনা খল্লি অমসুং চুমদবা তাইবং অসিবু অচুম্বা ওইনা খল্লি। অপাম কল্পত্মা শক্তম লাংলবদা, বুদ্ধিনা মমিৎ তাওলকই অমসুং শিংদ শিংলবা মী ফাওবদা ইরায় লায়না মিহৌ লাংদা থুই। সংসারগী পুনশিদা মিতারিবা মীশক অদুনা পৎপা পুম্বা নাইবা মপানগী শোৎশক্তা অরেম্বদা নুংঙাইবা থি। মহাক অদুনা পুক্লীংগী চোইজাইনবা মমিশিংবু খোমজিল্লরগা, মপান্দা মনীংতম্মা শায়থ্রবা ইন্দ্রিশিংগী মচৎপু নুংদা চিংশিল্লরগা ঈশ্বরদা ধ্যান তৌজরিবনি হায়না থমোইনুংদা লুপথদুনা থিগে হোৎনজরবসু মঙোন্দা মশা চানা অমত্তা পানবা ঙমদে। মহাত্মা শুদ্ধ ভক্তিবু থাজদে, ধারনা, ধ্যান অমত্তা থাজদে। মহাত্মা অশেংবা, মপাম্নেংগী শোৎকা মরী লৈনদবা, য়াম্নশিন্দবা, মপাম্নেংগী পোত্তগী মনীংতম্বা নুংঙাইবা অদু নুমিৎ খুদিং অহিংগী মতমদা আত্মাগী নুংঙাইবা অদু ফংনা ফংনা মতম পুন্বগী ওইনা

খকফংবা ভমদে। মহাক্না ইপঙ পঙনা খল্লি। "ঐগী ইচা অমত্তং লৈরবদি, ঐগী লৈখোল অমা লৈরবদি, ঐ শোয়দনা নুংঙাইগনি।" পূক্নীংগী মচত্তি তশেংনা মপানগী পংপা পূম্বা নাইবা পোত্তগী নুংঙাইবা থিবসিনি। মসি অপঙবা হায়বা মীগী দোষ অসিদগীনি।

তৌইগুম্বসুং ভক্তদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজে। মহাক্কী বুদ্ধিদি ঈংই অমসুং তপ্পী। মহাক্কী মপানগী শক্তি পূম্নমক অধ্যাত্মিক শক্তিদা লোইনা ওন্থোকই। মহাক্না মন্ত্র শক্তি, সাধনা শক্তি অমসুং উপাসনা শক্তিদগী মতেং অমসুং পাঙ্গল ফংই। মাগী পূক্নীংদা ভগবানগী মফমদগী সত্ত্বগুণগী ঈচেল চেনশিল্লকই। অপাম্বা পূম্নমক উন্না নুংশাদা তুমখিবগুম তুমখি। মাগী বিক্ষেপ শক্তি লোইনা মাঙখি। মহাক্কী মফমদা নুংঙাইবদি ঈশ্বরদগীতা ফংগনি হায়বা অচেৎপা অমসুং লেঙদ্রবা ব্রাখল অসি লৈজে। মাগী পূক্নীংনা মতম পূম্বদা নুংদা য়েংই। মহাক্কী অন্তর্মুখ বৃত্তি নুংগী অশেংবা ব্রাঙাঙ অদুতা ঙাঙই। মাগী ইন্দ্রিশিংনা কোয়চৎ চত্তে। মানা মাগী পূক্নীংদা লৃপশিঞ্জে অদুগা মাগী পূক্নীংনা ঈশ্বরদা লৃপশিঞ্জে। মহাক্তি মতম পূম্বদা শান্তি ওইনা লৈজে। মহাক্না মাগী নুংদা নুংঙাইবা ফংজে। মহাক্না ঈশ্বরগী অচিকপা নুংঙাইবদুদা তূংদুনা নুংঙাইজে। মরম অসিনা, মহাক্না অকনবা খুদোংথীবা অমসুং অন্না- অনা কয়া লাক্লবদসু হীরাঙুম কন্না খোঙফম লেঙদে। ঋষি নারদনা অসুম্না তত্তনা ফোংদোকই, "স্তব্ধো ভবতি" অচিকপা হায়বদু ফংই। ভক্তনা অঈংবা অতপ্পা ফংজে অমসুং "আত্মারামো ভবতি" মশাগী আত্মাদা পেঞ্জদুনা নুংঙাইবা ফংজে।

ভক্তনা ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা অঙাওবগী পান্দম ওইজে। ভগবান গৌরাঙ্গনা অসুক্কী মতিক ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা অঙাওবা ওইরম্মী মদুদি মহাক করম্বা মতমদা নুমিৎ তারবগে করম্বা মতমদা নুমিৎ থোক্তুনা নুংথিল ওইরবগে হায়বা অমত্তা খঙলমদে। মিরানা, নহা ওইরিবী রানী অমা ওইদুনসু, কৃষ্ণপ্রেম্না ঙাওরদুনা লমজাও শোরোক্তা অতোনবা জাৎকী নুপাশিংগী মরক্তা ঙাওনা ঙাওনা জগোই শারম্মী।

শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা ঙাওরদুনা নুমিৎ মরিনি চুপ্না জঙ্গলদা করি অমত্তা চাদ থক্তনা তূমিন লৈরম্মী। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা ঙাওবা হায়বা অসি ব্রাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে। মী অমনা মশানা মশাগী অদুগুম্বা ভাব অদু থেংনজরগা খঙজগদবনি। ইচম চম্না ঈশ্বরদা খজিক্তংদা ঙাওজবা মীশক অদু ফাওবনা মাগী পুনশিগী লানফমদদি খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লনবগী মপান নাইদবা

পাঙ্গল শক্তি ফংই। মরম অসিনা নারদনা হায় ‘‘মত্তো ভবতি।’’ মপান নাইদবা নুংঙাইবগী অঙাওবদু ফংজে।

---

## সংসার থাদোক্নবা

**সূত্র ৭ ॥ সা ন কাময়মানা নিরোধরূপত্বাত্ ॥**

ভক্তি ( অখোইবা নুংশিবা ) হায়বসি অপাম্বগী মচৎ অদু নত্তে, মরমদি মসিদি কখোকপা অমদি থাদোকপা হায়বদুদা শাগৎপনি ।

সা, মদু; ( মতাং অসিদা সূত্র ২ শুবদা পরমপ্রেমরূপা হায়বদি নুংশিবা পূম্বদগী পূমথোই খোইবা নুংশিবা হায়না শৈথারি); ন, নত্তে ; কাময়মানা, অপাম কল্লকী মচৎ অদু; নিরোধরূপত্বাত্, কখোকপা কৌবা মওং অদুদা ।

ভক্তি হায়বা অসি তাইবংগী অপাম্বগী মওং অদু নত্তে । ভক্তিনা মিৎকপ হেক খোকখিবদা অপাম্বা পূম্বা লোয়না মাঙখি । ভক্তনা ঈশ্বরগী মফমদগী অপাম্বা করিসু লৈতে । মহাক্না ঈশ্বরবু নুংশিবগীদা য়েংদুনা নুংশিজে ।

ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি কনাগুম্বগী মফমদা হেক্তা তোংজরকপা ফংজরকপা নত্তে । মহাক্না আত্মা সংযম তৌরগা হোৎনজবদগী লাকচবনি । কখোকপা থাদোকপা হায়বসিমক ভক্তি প্রেমদগী পোকচরকপনি । অসিগুম্বা ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসিদা অপাম্বগী লংলা মচেৎ অমত্তা য়াওদে ।

ভক্তিদি অপাম্বনা লমজিংদুনা ফংলকপা নত্তে, মসিদি অপাম্বা পূম্নমক মাঙহল্লবা ভুংদা মতোমতা ফোঙদোকচরকপনি । অপাম্বা পূম্বা মাঙহনবা হায়বসিসু থবক তৌবা পূম্বা মাঙহল্লবা নত্তে ।

ভক্তি হায়বা অসিদা, মুক্তি ফংনীংবগী অপাম্বা কাওবা য়াওনা, অপাম্বা মখল অমত্তা য়াওদে । ভক্তনা শুপ্পতগী মহাক্না ঈশ্বরখক্ত অমসুং ঈশ্বরগী সেবাখক্ত পামজৈ । মহাক্না মথেন্দা মখল মওংগী মুক্তিগী লম্বী শীবীরবা কাওবা পামদে ।

কাময়মানা , মসিনা কামগী মচৎ হায়না খঙনৈ । কাম হায়বা অসি শুপ্পগী নুপী নুপা শঙ্গগী ব্রাখল ঙাক্তসু নত্তে । ভক্তি বোগ হায়বা অসিসু করিগুম্বা লনাইগী

ওইনা অনীংবা অপাম্বা অমগীদমক সাধন্ তৌগদবা নত্তে। ভক্তনা লন থুম চাওখৎপা, নুংঙাই য়াইফবা অমসুং শক্তি নত্তুগা অৱা অনাদগী কোকপা ফাওবা পামদে। ভক্তি নত্তুগা ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বা অসিদি মশানা মশাবু অৱাবা খাঙজবা অপাম্বা পূম্বা থাদোকচবা অদুনি।

অপাম্বনা ভক্তিগী ঈহৌরকপবু য়েথায়বী। ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসি তাইবংগী অপাম্বা পূম্নমক থাদোক্রবা মতমদা অসুম অসুম হেনগৎকই।

( মনোবিজ্ঞানিক ) সাইকোলোজিষ্টশিং অমসুং পূক্লীংগী শক্তি খঙবা মী ( সাইক্রিয়াট্রিষ্ট ) শিংনা অধ্যাত্মিক জ্ঞানবু নুপা নুপীগী ঈহৌগা মরী লৈননা হৌরকপনি হায়না ইপঙ পঙনা খাজে। মসিদি অকিবা ফংনা লাল্লবা অরানবা অমনি। ভক্তিদি অশেংবা ঈশ্বরগী ওইবা লম্বীনি।

ভক্তি হায়বা অসিদি নুপা নুপীগী ঈহৌবু নমথরগা ওইরকপা ঈহৌ অদু নত্তে। অধ্যাত্মিক সাধক অমগী অচেৎপা ফজবা লমচৎ হায়বা অসিদি পূক্লীংগী ঈহনবু নমথবা, নমশিনবা ফুমদুনা থমজিনবা অদু নত্তে। মতাং অসিদদি নুপী নুপাগী ঈহৌ অদুবু খ্বাইদগী ৱাংবা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা ওজ শক্তি নত্তুগা অধ্যাত্মিক শক্তিবু ঈশ্বরগী ৱাখন্দা পূংচুম চুয়া শীজিন্নদুনা থম্বা ঙম্বা অদুবুনি।

প্রহ্লাদ, ধ্রুব, নচিকেতানচিংবা মীওই কয়া অমা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মঙাল নাইরবা অধ্যাত্মিক্কী পুনশিদা লূপচবগী খূদম কয়া উথোরকখি।

অপাম্বা হায়বা অসি শান্তিগী য়েক্লবনি। অপাম্বা হায়বা অসি ভক্তিগী য়েক্লবনি। মীওইবগী খমোইদা কখোকপা হায়বা অসি য়াওদনা কৈদৌঙৈদসু ভক্তি হায়বা অসি শাগৎপা ঙমদে। বিষয় আশক্তি ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বদা লূপশিনবা অসিনা ভক্তিগী লম্বী চৎপদা খ্বাইদগী অচৌবা পন ওই। মদুদা শক্তি মচেৎ মচেৎ মাঙখি, য়ুখি। মদুদা অধ্যাত্মিক সাধনাদা চাওখৎপা অমত্তা উরোই। ভক্তনা তত্তনা ৱাকৎচৈ, ঐনা অধ্যাত্মিক্কী সাধনা করি, অমত্তা চাওখৎপা ঙমদ্রে। ঐগী পূক্লীংদি হান্নগুম্ন অদুম লেঙদনা লৈরে। ঐনা মতম পূম্বদা ইন্দ্রিগী উমংদা ইঙাও ঙাওনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরে। ঐ পোত্থাফম খঙদ্রে। ঐ করি তৌগনি ? অপাম্বা হায়বা অসিগী শক্তি য়াম্না কল্লি। মসিনা য়াম্না কূপ্লবা উঙমদবা শক্তমশিং লৌদুনা লৈ। অপাম্বা হায়বসিনা সংসারগী মায়ামরিচিকাদা মাগী খূৎলাই ওইদুনা জীবগী মথক্তা ( মীওইবদা )

লংশিল্লকই। মসি লাকওম ফাওমদবনি। অপাম্বগী অরোইবা ওমখৈসু লৈতে। মসিদি লাকশিনবা ওমদবনি। নুংঙাইবা ফংলগা অপাম্বা অপেনব থক পুরকপা ওমদে। অচাকপা মৈদা মী হৈজিল্লগা হেন্না হেন্না চাকপওম ভোগ ফংল ফংলগা অপাম্বগী মপাঙ্গল কনবা হেনগৎলকই। নওনা মহাভারতকী যযাতি নিংথৌগী ৱারী তাদ্রিবরা ? মহাক্না মচানুপাদগী নহা ওইবগী ফিভম অদু পূশিল্লম্মী অমসুং চহি লীশিং লীশিং নুংঙাইথোক্লম্মী অদুগা মমৈদা হায়রকই,ওম্মেকপনি ! ঐগী ইন্দ্রিগী খৌরাংবদি কোকপা ওমদ্রে। অপেনবা কৌবা অমত্তা লৈত্রে। ঐগী থমোইদি অপাম কল্লক মিহৌ লাংদা থুদুনা অসুম লৈরে। ভতৃহরিসু থমোই শোক্না কপখি। "ঐনা সংসার পূম্বা ঐগী নুপী অমসুং ইরৈবাক লোইনা থাদোক্লে। ঐনা উনা অমসুং ঈশিংখক্ত চা - থক্লুনা লেপ্লে। ঐনা প্রায়শ্চিত তৌরে অদুবু কল্লক মিহৌ লাংনদি ওৎ নৈদুনা লৈরে।" অসিনি অপাম্বগী অওকপা নুংগী শক্তি।

মরম অসিননি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়বীরম্রিবদু অশিংবগী য়েক্লবা ওইরিবা পেনবা নাইদ্রবা মৈরীগী মশক লৌরিবা অপাম্বা হায়না কৌদুনা শক্তম লাংলিবা অসিনা জ্ঞানবু মতম পূম্বা কুপশিন্দুনা লৈ। ইন্দ্রিশিং, পূক্লীং অমসুং বুদ্ধিদা অপাম্বনা কায়দোং ওইদুনা লৈ ; মসিনা জ্ঞানবু কুপশিল্লগা লৈরিবা অদুগুম্বা মীশক অদুগী আত্মাবু অপাম্বদুমক্না শুক্ষংলি। মরম অসিনা ভারতকী খ্বাইদগী ফরবা হে আর্জুন , জ্ঞান অমসুং লৌশিংবু মাওহল্লিবা অসিগুম্বা পাপকী পোৎ অসিবু নওনা নওগী ইন্দ্রিবু খুদুম চন্দুনা মাওহল্লু। হে মহাবাহো, আত্মা সংয়ম তৌদুনা নওগী নবুদ্ধিনা নওগী বুদ্ধিগী মথক্তা লৈরিবা আত্মা অদুবু মশক খওজদুনা অপাম কল্লক্কী শক্তম ওইরবা লাকশিনবা ৱারবা য়েক্লবা অসিবু লাকশিল্লু। হে পার্থ, মী অমনা থমোইদা তাবা অপাম্বা পূম্বা থাদোক্লবা, মাগী আত্মানা আত্মাদা পেঞ্জরবা অদুগুম্বা মী অদুবু লেওদবা স্থিতপ্রজ্ঞ ওইবা মী কৌই। অধ্যায় ৩/৩৯/৪০/৪১/৪৩ অধ্যায় ২/৫৫।

অহানবদা আসক্তি (মিতাবা) হায়বা অসি হান্না মরু ফংনা মুথৎলু, অদুদগী কাম ( অপাম্বা ) হায়বা অসি মতোমতা শিজখিগনি। থোক্লদবা খুদোংচাব পূম্নমক অদু লোইনা মাওখিগনি। অসুম্না মপানগী পোৎন পূক্লীংবু চিংশিল্লিবা শাফূশিং অদু মুৎথ্রব ফাওবা পোৎপু পাম্ব খৌরাংবা ত্রিষ্ণা অদুদি লৈহৌই। মসিনি

ভক্তিগী লম্বীদা খ্বাইদগী চাউনা য়েক্লবা ওইরিবদি । করিগুম্বা মপানগী নত্তগা নুংগী পোৎ অমত্তনা, মায়খুম অমত্তা য়াওদনা, হোৎনবা য়াওদনা মিহৌহনবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা পূর্নীংগী ফিভম অদুবু মুক্ত ক্রিয়া ( অপাম্বদগী মনীং তম্বা) হায়না কৌই। পূর্নীংনা ইচম চম্না অসি অসি পামই হায়বদু ফঙ্গনি হায়না খনবদুবু ত্রিষ্ণা হায়না কৌই । অসিগুম্বা কল্পবা ত্রিষ্ণাগী লীচিং অসিনা ভক্তিগী লম্বীদা হেন্না হেন্না কনখৎহন্নীংদুনা চৎলিবা নঙোন্দদি (ভক্ত অমদদি) করি অমত্তা শোকহনবা ঙমদে। ইন্দ্রিবু অপাম কল্পক লাংদা থুহল্লিবা ত্রিষ্ণা তম্মু অদু বৈরাগ্য অপাম্বা লৈতবা কৌবা থাংশাংনা ককথৎলু । মসিনি অপাম্ববু নিরোধ ককথৎপা লাকশিনবা হায়বদু।

## সূত্র ৮ ।। নিরোধস্তু লোকবেদব্যাপারন্যাস :।।

অদুগী ওন্ন তৈনবদা ,অপাম্বা লাকশিনবা হায়বদি সংসারগী অমসুং শাস্ত্রগী ওইবা থবক পূম্নমক ঈশ্বর মাগী মফমদা শিন্নথোকপবুনি, কথোকপবুনি ।

নিরোধ:, অপাম্ববু মাঙহনবা; তু, অদুগী ওন্ন তৈনবদা ; লোকবেদব্যাপারস্য ,সংসারগী অমসুং শাস্ত্রগী ওইবা থবক পূম্নমক; ন্যাস:, কথোকপা; শিন্নথোকপা ( ঈশ্বরগী মফমদা ) ।

অপাম্বা লাকশিনবা হায়বা অসি অপাম্বা অদুগা কন্না থাদোক্নীংদুনা লাম্থেংনবা অদু নত্তে । নঙনা অপাম্বগা লাম্থেং কল্লিবমখৈ, মখোয়না নঙবু চিংশিনবগী শক্তি অসুম অসুম কনখৎলক্কনি । অপাম্বগী মৈরীলক্ত হেন্ন হেন্ন মৈচাক ওইবা শীং হাপচিনগনু । নঙগী নথৌ হন্থহল্লু । অপাম কল্লক লৈতবা তমশিল্লু । অচুম অরান বিবেক বিচার তৌবা তম্মু । ঈশ্বর খুরুমজৌ । ভজন শকচৌ । জপ তৌ । অপাম্বা কৌবদু মাগী শক্তিগা লোয়ননা তপ্ন তপ্ন মাঙখিগনি ।

ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসি লাক্লবদা, থবক থাদোকপা হায়বদু মতেম্মত অদুম লাকচৈ । ভক্তনা ঈশ্বরগী ভক্তিদা ময়ায় কানা ঙাওজৈ । মহাক্না মহাক্কী মবুংঙো ঈশ্বরদগী হেন্না কনাবুসু নুংশিবা ঙমদে । মাগী পূর্নীংনা মতম পূম্বদা মাগী মবুংঙো ভগবানগী ৱাখন্দথক্তা লূপ্তুনা লৈ । মহাক্না স্মৃতি নত্তগা বেদনা পীরিবা য়াথংগী থবক ফাওবা অমত্তসু মানা তৌবা ঙমদে । থবক খূদিং মাগীদি মখোয় মখোয় ( থবকশিং ) অদুগী মফমদা শিন্নদুনা থম্মী ।

মহাক্না ঈশ্বর নত্তনা করি অমত্তা উদে। মহাক্না ঈশ্বরগী মরমদা ঙাঙবা নত্তনা অতৈ করি অমত্তগী মরমদা ঙাঙদে। মহাক্না করি অমত্তা তাদে। মহাক্কী অপান্বা করি অমত্তা লৈতে। করিগুম্বদা মহাক্কী খোঞ্জেল অদু হেক ফূনগৎলি। মহাক করিগুম্বদা তৃমিন ফমদুনা লৈ। মহাক্না মসিগুম্বা ফিভমদা করম্না থবক শুবা ঙমগনি।

নিরোধ, মতাং অসিদা নিরোধ হায়বা অসিনা ইচম চম্না অথিংবা পীবা হায়বদু নত্তে। মসি থোইদোক হেন্দোকপা অর্থ অমদা শীজিন্নৈ হায়বদি, ন্যাস নত্তগা থাদোকপা নত্তগা কখোকপা খঙনৈ।

লোক বেদ ব্যাপার, মতাং অসিদা সংসারগী থবকশিং অমসুং শাস্ত্রগী থবকশিং থাদোকপা হায়রিবসি মখোয় অদুবু পূংথা থাদোকপা হায়বা নত্তে; তৌইগুম্বসুং ঐ কৌবা নাপল, ওইজনাম থাদোকপা, থবক্কী মহৈগী অপান্বা, অমসুং খৌরাংবা হায়বদু পূংমুৎ মুথৎপনি। থবক্তি লেপ্পা তোকখোকপা য়াবা নত্তে। থবক পূম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা মপূংফানা আত্মা সম্পর্ন তৌদুনা থবকসু ফল পূম্নমকসু মঙোন্দা কখোক্কদবনি।

অশেংবা মঙাল ফংলবা মীশক অমদদি অশেংবা (ঈশ্বরগী ওইবা) অমসুং য়ুম্বান কৈবানগী (তাইবংগী) ওইবা থবক অনী অসিগী খেন্নবা ফাওবা মাঙখি। থবক খূদিং জগতকী মপু অদুগী মফমদা কখোক্লবদি অশেংবা থবক ওইরকই। থবক খূদিং মাগীদমক মাবু নুংশিবদগী তৌবা হায়বদু চিংই।

কনাগুম্বনা মাগী অনীংবা অদু ঈশ্বরগী মফমদা কখোক্লবদি মহাক সমাধিগী লম্বিদা চঙশিনখি, নত্তগা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনা তিনশিনবগী মায়গৈদা চঙশিনখি।

সংসারগী ব্রাখন্দা লূপ্পা মী অমনা থবক্কী ফল খন্দনা থবক তৌবা শুকঙম ঙমদে। মহাক্না মহাক্কী থবক্কী ফল অদু স্বর্গদা কাদুনা ফংলুই। মহাক্না ধর্ম লৈবা থবকশিং তৌবা লোয়রগা অমুক হন্না মৃত্যুলোক্তা হল্লকই। মদুদগী মানা অফবা কর্ম অমসুং ফত্তবা কর্ম অমুক হন্না তৌরে। অসুম্না মাবু সংসারগী লোইনাইদবা চক্রদা নত্তগা অবাগমন চক্রদা হন্না হন্না উঙদুনা লৈ। ঋষি, মুনি অমসুং বেদশিংনা, মরম অসিনা, থবক খূদিং ফলগী অমত্তা খন্দনা তৌগদবনি অমসুং ভগবানগী মরমদা

ঈশ্বরার্পন তৌদুনা কৎথোক্কদবনি হায়না তত্তনা লাউরিবনি। মতম অদুদা থমোই অসি শেংদোক্লকই অমসুং ভক্তি চাওখৎলকই। মরম অসিননি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা আর্জুন্দা তাকপীখিবদু, নঙনা তৌরিবা পূম্নমক নঙনা চারিবা পূম্নমক, নঙনা কৎলিবা পূম্নমক, "নঙনা পীরিবা পূম্নমক, অদুগা নঙনা বর্তগা লোয়ননা তৌরিবা পূম্নমক অদু হে কৌন্তেয়! নঙনা ঐঙোন্দা কৎলিবনি।" অধ্যায় ৯/২৭। রাজ যোগবু শন্দোক্লা তাকপীরম্বা মহর্ষি পতঞ্জলিনসু হায়বীরম্মী : ঈশ্বরপ্রনিধানাদ্বা। যোগ সাধনা তৌবদা অমসুং সমাধি ফংবদা থবক্কী ফল পূম্নমক ঈশ্বরগী খূয়াথাদা কথোকচরগা থুনা মহে য়ানবা ফংজে। ঈশ্বরপ্রনিধান হায়বা অসি ক্রিয়া যোগ অমসুং নিয়ম পাঙথোকপদা মরূওইবা শরূক অমনি।

ঐ কৌবা নাপল, আশা অমসুং বাসনা ( অপাম্বগী ) নুংগী মচৎ অসি আত্মা সমর্পন তৌবদা অপঙবা পীবশিংনি। অপাম্বগী নুংগী ভকূপ্পা মচৎশিং অসি পূক্নীংগী ঈমায়দা হেক্তা মকা ফোংনবা হোৎনরক্কনি। সাধক অমনা চেকশিন্দ্রবদি নত্তগা করিগুম্বা মাগী বৈরাগ্য অমসুং অধ্যাত্মিক সাধনা অদু হন্থরক্লবদি অমসুং মহাক্লা সংসারগী ওইবা মীশিংগা তিন্নরবদি নমথদুনা থম্নিবা অপাম্বা অদু শরূক অনী হেন্না কন্না থংনবা মিৎকুপ্তা ফাওগৎলক্কনি। মহৌশানা সাধক অমনা খঙনবু ওইরবসু খঙদনবু ওইরবসু নত্তগা জ্ঞান তানবু ওইরবসু নত্তগা জ্ঞান তাদনবু ওইরবসু মাগী পেঞ্জনবা অপাম্বা খরা অদুম থম্মী। মহাক্লা মহাক্কী অপাম্বা অদু পূংথা হেক থাদোক্কে হায়না নীংদে। মরম অসিনা মাগী আত্মা সমর্পন অদু মপূং পূংফা ফারবা নত্তগা খাকহৌবা লৈতবা হায়বা অদু ওইদে। মরম অদুনা ঈশ্বরগী থৌজাল অদু হেক লাক্তে। অপাম্বগী উফুল মরিক অমত্তং, এটোম অমত্তং হেক খাকহৌরিবমখে নত্তগা ঐনা ঐনা হায়বা নাপন মচেৎ অমত্তং হেক পক্লিবমখে ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বা অসি ওইথোক্তে। মিরানা হায় "ঐনা ঐগী পূক্নীং অসি কথোক্লে, ঐগী থমোই, ঐগী আত্মা (থব্রায়), ঐগী নুংগী জ্ঞান, ঐগী বুদ্ধি, ঐগী পূম্নমক, ঐগী নুংশিথোইরবা গীরিধর গোপাল নঙগী চরন্দা কথোকচরে।" মসিনি পূংকৎ কথোকপা হায়রিব অসি। মফম অসিদা, ঐগী পূম্নমক হায়রিবা মতাং অসি খঙজিল্লু। ঈশ্বরনা ভক্তগী পূংথোই থোইবা, পীনীংদবা খাক্লীংবা অমত্তা য়াওদনা পূংকৎ কথোকপা অদু উরবা মতমদা ভক্তদুগী মনাই ওইরকই। মহাক্তি য়াম্না তমথী অমসুং

ভক্তবু শাথীবা চাংয়েং কয়া কয়া তৌই । সুরদাসনা মমিৎ অনী অদু তিংখংনা হন্না হন্না থিঙ্গদুনা মমিৎ তাঙহল্লবা মতম অদুতদা, অদুগা মহাক্না ঈশিং ফাওবা থক্তনা, চাদ থক্তনা অশুকপা জঙ্গল অমদা ফমদুনা লৈরবা মতমদতা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী নাক্ত অথুম অহাও অমসুং ঈশিং পুদুনা লাকই । দ্রৌপদীনা মশাগী মপাঙ্গল উৎলিবা মতমমখৈ অমসুং মাগী নাপন হেক লৈরিবমখৈ শ্রীকৃষ্ণনা মানা কৌজবদু তাবীরমদে । মহাক্না থমোই পুংশেং শেংনা অমসুং মপুংফানা চংজবগা লোয়ননা হৌনা লাউজরকপা "হে দ্বারকানাথ, নুংশিখোইরবা লাকপীয়ু, ঐবু কনবীয়ু।" মতম অদুতদা শ্রীকৃষ্ণনা মফম অদুদা থুংলম্মী, দ্রৌপদীগী মরাং কায়বা ফিজেং লৈতেং পীনবীরম্মী অমসুং মাগী সতীত্ব অদু কনবীরম্মী । ন্যাস হায়বদি সংসার থাদোক্লবা হায়বনি । মসিনা পূক্নীংবু (নিরোধ) থিংবা পুরকই ।মসিনা খঙনরিবদি থবক্কী ফল উদব,থিদবা,খন্দবা অ দুনি । ঐ হায়বা নাপন অসি মাঙহনবনা পূম্ন মক মাঙহল্লবনি । অপাধ্বা পূম্বা, ইশাগী ওইজনাম খনবা, অপাম পামদগী রাখল, হকচাংগী ভাব, শক্তী নাপন, পূম্নমক অসি ঐ কৌবা নাপনগী মনুং চল্লি । ঐ কৌবা নাপন্না পূম্নমক অসিগী মপুনি, ময়োৎনি । ঐ কৌবা নাপনবু হাৎতোকউ ; অদুতদা মপুংফানা চঙজবা ঙমগনি । ঐ কৌবা নাপনগী উফুল মরিক অমত্তং মচু মচেৎ অমত্তং লৈরিবমখৈ ঈশ্বর মশাগী অশেংবা শাফোঙবদু থক তৌরক্লোই ।

## সূত্র ৯ ।। তস্মিন্ননন্যতা তদ্বিরোধিষূদাসীনতা চ ।।

(নিরোধ অথিংবা হায়বদি)পূক্নীং অসি ঈশ্বর ভক্তি খক্তদা অনী লোঙদনা খন্নগা ঈশ্বরনা পামদবা পূম্নমক্তগী মায় লৈথোকপা খঙহল্লি ।

তস্মিন্ , মঙোন্দা,মদুদা; অনন্যতা , পূক্নীং অমত্তা ওইনা লূপশিন্দুনা, অমত্তা ওইদুনা, অমত্তা ওইনা পূনশিন্দুনা; তদ্বিরোধিষু , মহাক্ন য়াদব খূদিংদা; উদাসীনতা, হৈনদব,পামদবা পোকহন্দুনা; চ, অমসুং ।

অনন্যতা, ভক্তিগী লম্বীদা পূক্নীং অনী লোঙদবা অমসুং পূক্নীংনা মঙোন্দতা লূপশিনবা হায়বা অসি য়াম্নমক মরুওই ।

ঈশ্বরগী মফমদা পূম্নমক কখোকউ । থবক খূদিংমক ঈশ্বরগী মফমদা কখোক্লিবনি খন্না তৌ । ঈশ্বরগী মফমদা পূংকৎ কখোকপা কন্না তমশিল্লু ।

নঙনা নঙগী পূক্লীং, নাপন, হকচাং পূম্নমক ঈশ্বরদা কখোকপা মতমদা নঙনা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিল্লকপা অদু খঙবা ঙম্লক্লনি ।

ভক্ত অমন। ঈশ্বর থক্লনা মাগী থমোইনুংদা চঙলগা থবক পূম্না তৌরিবনি হায়বা অসি খঙলকই অমসুং ভগবান মহাক্তনা ভক্তগী বুদ্ধি লৌশিং অমসুং খুদোংচাবা পূম্নমক পীনবী হায়বা অসি খঙই। মহাক্না মাগীনি হায়বা, অসি অসিমদি লৈজে নক্লগা ঙমজে হায়বা খাখল না মত্তা থমদে। মহাক্না মাগী পূম্নমক ঈশ্বর মাগী মফমদা পঙজিঞ্জে ।

সংসারগী মীওইশিংনদি অসিগুম্বা ঐগী হায়বা বাখল শুকথা থাদোক্তে অমসুং খোঙথাঙ খূদিংমক্তা ঐ হায়না থবক পূম্না তৌই ।

নঙগী অশেংবা যেক্লন্দি ঐ কৌবা নাপন অসিনি । অসিগুম্বা ঐ কৌবা নাপন, ভক্তি অমসুং শাক্তিগী যেক্লবা অসিবু মাঙহল্লু । মসিনা কক্লা তক্লদুনা থক্লকপশিং অমসুং মিহৌহল্লকপশিং অদু মিহৌকগনু থৌওইকগনু । মদু পূম্নমক অদু ঈশ্বরগী খুযাখাদা লোইনা কখোকখো । মসি ঈশ্বরগী খুয়াখাদা কখোকচবদা মতিক চপ চাবে নীংবা লৈবাংশিংনি ।

মচানা মমা, মমাদুখক্ত অদুম থল্লি । খম্বন্ চাউবা মপুরোইবনা মাগী নুপা, নুপীদুতা থল্লি । কবাম চাউবা নুপানা মাগী পৈশা, পৈশাদুখক্ত থল্লি । অসুম্না ভক্তনা মানা থমোইনুংদা লাংচবিবা ইষ্ট দেবতা অদুখক্ত খঞ্জগদবনি । মদুতদা মানা ঈশ্বরবু লায়না উবা ফংজগনি । ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা হায় "হে পার্থ মী অদুনা মাগী খুৎলোযবা যোগগী মতেংনা ঐখক্তমক মিৎকুপ অমা কাংদনা নীংদুনা লৈবিবা মহাক অদুতনা ঐবু ফংঈ ।" অধ্যায় ৮ / ১৪

পূক্লীং লেঙদ্রবা সাধক অমনা মাগী অচিকপা কাদা ফমদুনা মবা চেৎপা সাধনা তৌজদুনা অমসুং বৈরাগ্যবু খঙজ চক্লদুনা মশাগী অশেংবা শক্তম শেমগৎচবা ফংজবা ঙম্মী । কবিগুম্বা, চলাংলবা, ঈথক থকপা পূক্লীংনা অমদা অমদা কোইচেন চেল্লবা, মদু হন্না হন্না চিংথোকউ, অমসুং লাৎচবিবা ভগবান অদুগী মায়খোঙদা নক্লগা থূয়া থম্বালদা হন্না হন্না থক যূশিল্লু । মসিদা, অহানবদা ইচাই চাইবা পূক্লীংবু ফাজিনবা, অদুদগী অনৌবা লেঙদ্রবা পূক্লীংগী মবা চেৎপা হৈনবী অমা শেমগৎপদুদা মতম খরা চঙনি । অহৌবদা কনা অমত্তনা নীংবা কায়রোইদবনি । নুংগী

অখাঙকনবা,হকচাংগী অখাঙকনবা,পূক্নীং চঙবা,থাজবা,অকনবা অনীং পরৈ,মরিংজেল পানবা,তুংকোইবা ,ব্রাবা কিদবা অসিগুম্বা শক্তিশিং মথৌ তাই। অসিগুম্বা গুণশিং অসি তানশিনগদবনি। সৎসঙ্গ তৌবা,চাবগী নিয়ম ইনবা,শঙ্গোম উইহে চাবা,চরা হেনবা,তৃম্বা লাকশিনবা,তৃম্বগী পূং মশীং হন্থবা,মরক মরক্তা নাইতোম তৃমিন লৈবা,মৌন ব্রত তৌবা,ব্রহ্মচর্য ঙাকপা অসিনচিংবা গুণশিং অসি হাপ্পিনগদবনি । পূক্নীংদি মতম পূম্বদা নুংঙাইথোকপা,পংচা চানীংবা,মতন তনবা,নুংঙাইবা থিবা,ব্রারেম ঙাঙবা,সংসারগী ব্রারী ব্রাতায় শাবা, কোয়না চত্নুনা মহৌশাবু য়েংবা পাম্মী। অসিগুম্বা পূক্নীং অসি তপ্না তপ্না তঙ্খীগদবনি,তেথহনগদবনি অমসুং অচেৎপা নিয়ম শেমদুনা থকশী খাশী নাইহনগদবনি । পূক্নীংদি মাঙজরবা,অনীং অনীং পংতৌ তৌবা অঙাংগুম্বনি। মসি মরক মরক্তা চীরোন তৌদুনা থেমগদবনি ,করিগুম্বা হায়বা ইন্দ্রবদি ব্রারক্লদবনি, কিহনগদবনি অমসুং লীচৈনা থাগদবনি। চরা হেনবা হায়বসি লীচৈ থাবনি। মৌন ব্রত হায়বদি লীচৈ থাবনি।

উদাসীনতা , মসিনা ইন্দ্রিগী পোৎ অমসুং নুংঙাইবা থিববু ব্রারকপা অমসুং পামদবা হায়বনি। পোৎশিং অসি ঈশ্বরগী য়েক্লবনি। মচা মশু, নুপী, লন, শা-মন,য়ুম ,মরূপ মপাং, মরী মতা,পূম্নমক অসি ঈশ্বরগী য়েক্লবনি। নঙনা অসিগুম্বা পূম্নমক অসিবু হঙ্গোইগদবনি,পামলোইদবনি। নঙনা শুদ্ধৎপা মোহ হায়বা পোৎ অদু কৈদৌঙৈদসু হায়রিবা পোৎশিং অসিগী মফমদা থম্নোইদবনি। অমসুং ঐগী ওইবা লৈত্রবা (নিরাভিমানতা) হায়বা ফিভম অসিদা লৈগদবনি। মোহ হাযবা অসি হকচাং,অঙাং,ইপা,ইমা, অমসুং নুপীগী মফমদা ফাঙম থিঙমদবা মওংদা নুংশিবা অদুনি। হকচাংবু নুংশিবা হায়বা অসি পূক্নীংদা য়াম্না মরা তানা য়ৃশিন্দুনা লৈ। নঙনা হকচাংগী য়াম্না থল্লোইদবনি অমসুং হকচাংগী অপাম্বগী মরমদসু য়াম্না থল্লোইদবনি। হকচাংগী খনবা,চিঙাক্কী খনবা,নুপী অঙাংগী খনবা পূম্নমক অসিনা ঈশ্বরগী ব্রাখল পূম্বা কাউহল্লি। নঙগী আত্মাগী নত্তবা হায়বদি থব্রায় পান্দবা পোৎশিংগী মরমদা অসুম খন্দুনা লৈরগদি ঈশ্বরগী ব্রাখল খনবা ঙমদে।

উদাসীনতা হায়বা অসিদা থোইরেন থোইবা নুংঙাইবা অমসুং অচিকপা হায়বদু ভৃংদুনা লৈ। নঙনা মুন্দকা উপনিষদতা ফঙ্গনি কায়নবা ঙমদ্রবা উচেক

অনীখক উ অমগী মথক্তা পূন্না লৈমিন্নরম্মী । মখোয়গী মনুংদা অমনা অথুম্বা উহৈ অমা চারম্মী; অদুগা অতোপ্পা অমনা চাদনা য়েংদুনা লৈরম্মী । উ অদুমক্তদা জীব কৌবা অদুনা সংসারগী পুনশিদা লূপ্তুনা লমঙাওনররি, উপায় লৈতদুনা ব্রাররি । তৌইগুম্বসুং মহাক্লা অমদুবু পূম্নমক্লা লাংনরিবা অমসুং মাগী নীংথিবা মঙাল ফংজরিবা ঈশ্বরদুবু উক্লবা মতমদদি, মাগী অব্রাবা পূম্বা কোকচরম্মী । মফম অসিদা উচেক অমনা ( উহৈ চারিবা ) জীবনি, অতোপ্পা উচেক অমদুনা ঈশ্বরনি । উদুনা হকচাংনি । ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় উদাসীন ওইরবা, তাইবংসিবু মিতাদ্রবা হঙোইরবা মীশক অদুনা ঐতবু নুংশিজে । অধ্যায় ১২ / ১৬ ক্রিকেট নত্ত্রগা ফুটবোল য়েংবা অমনা শান্নবদু য়াম্না নুংশিবগুম, মতৌ অদুগুম্না উদাসীন ওইরবা তাইবংসিবু মিতাদ্রবা মীশক অমনা তাইবংগী নুংঙাইবগা মরী অমত্তা লৈনদে অদুগা সংসার অসিবু য়েংলিবা ভাবোক অমা ওইদুনা মাগী অব্রাবা পূম্নমক লোইনা মাঙখি । গীতাদা নঙনা ফঙনি ‘‘তাইবংদা লূপশিন্দ্রবা, বিষয়দা মিতাদ্রবা ( আলিপ্ত ওইরবা ) মী অদুনা; মচাগী, নুপীগী নত্ত্রগ য়ুমগী অফা অপূন্দগী নাম্নোক্লবা মীওই অদুনা , অনীং নীংদ অপাম পামদা অনীমক্তা থোং মান্ননা লৈ । মসিবু জ্ঞান্নি হায়না লাউরি ।’’ অধ্যায় ১৩/ ১১ ।

নুংশিরবা পাবীরিবা পূম্নমক ! উদাসীন হায়বা অসি ফি থুংদ্রবা হকচাং কয়াৎ নত্ত্রগা মথৌ তৌবা ঙমদ্রবা ফিভম অদু নত্তে । মসি নিম মনা চারগা, ষষ্ঠি চারগা, লৈবাক হব্রাই চারগা হিংবদু নত্তে । ইপঙ পঙনা তপ তৌবদি উদাসীন নত্তে । ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপী, ‘‘শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাক্তনা, নাপন অমসুং ঐ কৌবা অহংকারগা লোয়ননা, অপান্থ অমসুং থমোইগী মিহৌলাঙ্গ লোয়ননা বুদ্ধি লৌশিং য়াওদনা, হকচাংগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিংবু অমসুং হকচাংগী নুংদা লৈরিবা ঐবুসু ওৎলকপদগী খাঙঙমদদুনা অকনবা তপ তৌরিবদু খঙউ, মদু ভূত চুরবা অরেম্বা ব্রারেপ্নি ।’’ অধ্যায় ১৮/৫,৬ ।

উদাসীনতা হায়বা অসি পূক্নীংগী অশেংবা ফিভম অমনি, রানী চুড়ালাই হায়বী অদু লৈবাক ব্রায়েন থৌদাবী ওইদুনসু মপুংফাবা উদাসীন ওইরম্মী; অদুগা মাগী মপুরোইবা নিংথৌ সিখিধ্বজনা জঙ্গলদা লৈনা লৈনা মাগী চাক্কি থূজাই অমসুং চৈসু অদুদা লীপুন থন্নম্মী । মী অমনা মাগী কৌপিন নত্ত্রগা কোলোম অদুগা

লীপুন ( লিপ্ত ) থম্বা য়াই অদুবু অকে অমৌ অমসুং মরাং কায়বা লন্থুম পূম্নমক্কী মরক্তা লৈদুনসু নীংথৌ জনক্না মপূংফাবা উদাসীন অমা ওইখি । সংসাংরগী মীশিংনা মপানগী পোত্তা লীপুন কন্না থম্মী । মসিদি য়াম্না নুংশিনিঙাইহনি । মসি মথোয়গী অকিবা ফংলবা মরাল অমনি । মী অমনা মশা অদু মায়গৈনা ফিজেংনবা য়াই, অদুবু মাগী পূক্নীংদি অপাম্বনা পিক থল্লি । লৌনম চাউবা থরনা য়ুম্বাল্লবা মীশিংবু মাঙহন্নবা বিরক্ত সাধু শাশিন্নে । য়ুম্বাল্লবশিংনা উদাসীনতা বৃত্তি অসি মিথ্যাদৃষ্টি লৌনমগী মিৎয়েং অমসুং দোষ দৃষ্টি অরানবা মিৎয়েংদগী লাকই, অমসুং অচুম চুমদ বিবেক বিচারদগীসু লাকই হায়বা অসি চেকশিন্না য়েংশিনগদবনি ।

## সূত্র ১০॥ অন্যাশ্রয়াণাং ত্যাগোऽনন্যতা ॥

পূনশিল্লবা নত্তগা মপূংফাবা ভক্তি নত্তগা পূক্নীং অনী লোঙদ্রবা হায়বা অসিনা মায়গৈ পূম্বদগী মতেং পূম্বা থাদোক্লবা অদুবু খঙনৈ ।

অন্যাশ্রয়াণাং, মতেং পূম্নমক, ত্যাগঃ,থাদোক্লবা; অনন্যতা, পূনশিল্লবা, পূক্নীং অনী লোঙদ্রবা ।

ঐখোয়না ভক্তি হায়বা অসি তমখৎলকপদা নুমিৎ খুদিং পুনশিদা মখল কয়াগী ঈথিনশিংনা য়েখায়বীরগনি । অপাম্বা অমসুং অরাম খৌরাংবা হায়বসিনা ভক্তবু অতৎপা লৈতনা খুদোংথীহনগনি, ওৎকনি । ভক্তনা ভক্তি থিরকপদা ভক্তিগী লম্বীদা চঙবা ঈশ্বর মাগী মরমদা লৈশী লৈথোনবা ,তাশিনবা, ভজন কীর্ত্তন শকপা অনী অসি নত্তনা অতৈ উপায় খুৎলাই অমত্তা শীজিন্নরোইদবনি ।

ভক্তনা মাগী নুংশিজ্জরবা মবুংঙো নত্তনা করি অমত্তা খঙদে । ভগবান্না মাগী পূংশুপ শুপ্পবনি । মহাক্না মহাক্কী মবুংঙো ভগবান,ভগবান মাগীখক্ত হিংজৈ । মহাক্না মবুংঙোগীদমক্তা নোমজৈ ।

ভগবান্তনা মাগী ঙাক্লৌনি, মাগী অমত্ত ঙাইবা পাঙ্গলনি,মাগী অমত্তা ঙাইবা আশানি অমসুং মাগী অমত্তা ঙাইবা লাইনীংনি । নোঙ্গৌবী কৌবা উচেক্না লৈচিন্দতা তম্না য়েংদুনা লৈবগুম,ভক্তগী মমিৎনা মাগী নুংশিথোইরবা ভগবান মাতবু য়েংজদুনা লৈ ।

ভক্তনা মাগী মবুংঙো ভগবান নত্তনা করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈ

হায়বা অসি খঙদে । অদু ওইরবদি মহাক্না অতোপ্পা মী নত্তগা পোৎ অমত্তগী মফমদা চঙজনবা থিরুদে । মহাক্না মবুংঙো ভগবান নত্তনা অতৈ কনাবুসু উদে ।

সংসার অসিগী পোৎ খূদিং পৎপা পুন্না নাই মাঙখিগদবা ঙাক্তনি । ঈশ্বর মহাক নত্তনা তাইবংগী অৱা অনা খূদোংথীবশিং অসিদগী কনবীনবা অমত্তা লৈতে । মরম অসিনা, ভক্তনা সংসার অসিগী পোৎ খূদিং থাদোকই, অমসুং লেঙনাইদ্রবা, পুন্নমক ঙম্বা, অমসুং থৌজালগী ঈপাক ওইরবা ঈশ্বর, ঈশ্বর মহাক্তগী মথা পোন্না হিংজে ।

অনন্যতা, ৱাহৈ অসিনা খঙহল্লিবদি, তিনফম, কাকফেগী মতৌগুম্না পূক্লীংনা মীশকশিং, পোৎশিং অমসুং মফমশিংদা নপশিন্দুনা লৈববুনি । করিগুম্বা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা থজিত্তং হেক লৈবা মফমদুদা, পূক্লীংনা (ৱাগ) অপাঙ্গা হায়বদুনা ইনশিন্দুনা নপশিল্লি । অসিগুম্বা নুংঙাইবগী হৌৱকফম পুন্নমক মরু ফংনা মাগুহনগদবনি । মতম অদুত্তদা পূক্লীংনা ঈশ্বরখক্তদা অনী লোঙদনা লূপশিনবা ঙমগনি । পূক্লীং হায়বা অসি য়োংগুম্না কোইচোং চোংদুনা লৈ । হৌজিক মহাক্না অথুম অহাও অমসুং উহৈগী থনবা হৌরক্লে । অদুদগী মানা মরূপ মপাং খরগা করিনো অমগী মরমদা ৱারেম ঙাঙবা পাল্লক্লে । চীনা নুপা অদুবু মাগী নুপী মঙানা কোইচিং চিংবগুম পূক্লীংবু ইন্দ্রি মঙানা মায়গৈ পুন্বদা অমদা অমদা চিংদুনা পুই । অসুম্না পূক্লীংনা থক পোখাবা ফংদে ।

বৈরাগ্য অমসুং বিবেক বিচার (অচুম অরান)গী ৱায়েল্লা অসিগুম্বা নুংঙাইবগী হৌরকফম পুন্নমক মরু ফংনা মাঙহনগদবনি । অদুদগী লেপ্তবা অমসুং পূক্লীং চেৎপা জপ ধ্যানগী অভ্যাসনা, ঈশ্বরগী মায়গৈদা পূক্লীংনা লৈশিল্লক্কনি । লাম্ভেং অসি তশেংনা চিংননিঙাই লৈতনা মরু হক্কনি অমসুং কন্না হোৎনবা অৱাবা খাঙবা চঙই । গঙ্গাগী ঈশিং অসিবু বদ্রিনারায়ন তানা চেনখৎহনবদা কয়াগী মতিক ৱাগনি ! অসিদগীসু হেল্লা পূক্লীংগী শক্তিশিংবু ঈশ্বর তানা পুখৎপনা কয়াগী মতিক লুগদৌরিবনো ? ইন্দ্রিবু মপানগী পোৎশিংদা লূপশিলহনবদি ইরায় লায় । মসি হোৎনরুদ্রবসু মহৌশাগী মচৎ ওইজরিবনি । করিগুম্বা থজিত্তং ফাওবা হোৎনরুদ্রবসু পূক্লীংনা মপানগী পোৎশিংদা খোয়দাখিবসিদি মহৌশা মচৎ ওইদুনা লৈরবনি । মসি মাগী স্বভাবনি ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় :-

অভ্যাসযোগযুক্তেন চেতসা নান্যগামিনা।
পরমং পুরুষং দিব্যং য়াতি পার্থানুচিন্তয়ন্ ।।

"হে পার্থ, পূক্লীংবু চোইজাইননা কোইচৎ চৎহন্দনা কন্না, হন্না হন্না হোৎনদুনা থোইরেন থোইবা ঈশ্বর মাগী ধ্যান্দা লূপ্তুনা থম্বদগী সাধক্লা অদুগুম্বা অথোইবা পুরুষ হায়বদু ওই।" গীতা অধ্যায় ৮/৮ "নঙগী পূক্লীং অদু ঐঙোন্দা থম্মু, নঙগী বিচারগী বুদ্ধি অদু ঐঙোন্দা থম্মু, অদু ওইরবদি চিংননিঙাই লৈতনা নঙনা শিরবা তুংদসু ঐগী নাক্ত লৈজগনি।" অদুগা করিগুম্বা নঙনা নঙগী পূক্লীং অদু ঐঙোন্দা লূপশিনবা ইঙম্মক ঙমদ্রবদি অভ্যাস যোগ তৌদুনা, হে ধনঞ্জয় ঐবু ফংননবা থিয়্ু।" অধ্যায় ১২/৮,৯,। ধারনা হায়বদি পূক্লীং লূপশিনবা হায়বা অসি অভ্যাস তৌবদা নঙনা উচেক অমনা মাগী মচিন্না নম্ভুগা নাগী মকা অমনা সমুদ্র শিত্তুনা কংহনগনি হোৎনবগুম কন্না হোৎনৌ। আর্জুনা ঈশিংদা তাবা মমিদা উচেক অদুবু উর-য়েংলগা কাপ্পনবা পান্দম্লম্মী। লীরুং তেন শাবা নুপা অদুনা মাগী থবক্তা অসুক্কী মতিক পূক্লীং চঙলম্মী মদুদি নিংথৌ অমদি মাগী মনাই মশেল, অঙম অথৌ য়াওনা মীয়াম মপৈ অমা চৎখিবদু অমত্তা খঙহৌদে। মতৌ অসিগুম্না অধ্যাত্মিক পুনশিদা থোঙদারিবা মীশক অমনা ঈশ্বরগী মফমদা পূক্লীং লূপশিন্নবা হোৎনবা মতমদা অসিগুম্বা লমচৎসি লৈগদবনি। য়ুম্বীদা পুল্লিবা উচেক অমনা মায়গৈ পূম্বা ফদ্রং ফদ্রং কোয়পাই পাইরুরগা অমুক হন্না য়ুম্বী অদুদা হঞ্জিন্দুনা তোংলবগুম পূক্লীংনা কোয়চৎ চৎপগী মচৎ অদুবু পূক্লীং লোঙদবা অমসুং ভক্তি লৈবা অনী অসিনা হোৎনদুনা ঈশ্বরগী মফমদা অমুক হঞ্জিনহন্দুনা থমগদবনি।

## সূত্র ১১ ।। লোকবেদেষু তদনুকূলাচরণং তদ্বিরোধিষূদাসীনতা ।।

ঈশ্বরনা পামদবা পূম্নমক অদুবু সাধক্লা থৌশা ব্রাশাদনা থাদোক্লগা মহাক্তনা থোয়দাজবা মতম কুইনদগী লেপ্তুনা চৎথরক্লবা ধর্মগী ওইবা থবকশিং অদু করিনো হায়বা অদু খঙজরকই।

লোক বেদেষু, মতম কুইনদগী লেপ্তুনা চৎথরক্লবা ধর্মগী ওইবা থবকশিং; তদনুকূলাচরণং, মহাক্না থোয়দাজবা থবকশিং অমসুং সাধনাশিং;

তদ্বিরোধিষূদাসীনতা, মহাক্না পামদবা পূম্নমক অদু থৌশা ব্রাশাদনা থাদোক্লগা।

নিপানশুবা লমচৎ পাউতাক্তা ( সূত্রদা ) ঐখোয়না ঐখোয়গী ব্রাখলগী শক্তি পূম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা ওনশিনগদবনি হায়বদু তাকল্লে। হৌজিক ঐখোয়বু ধর্ম অমসুং লমচৎ শাজৎকী হীরমদা মখাতানা লন্নী লমতাকপা থরসু চৎচনবা অমুক হন্না নমশিনগদৌরি । মফম অসিদা, মরম অসিনা, ঐখোয়না থরা চয়েৎনবগুম থোক্কনি। মদু নত্তে, মদু ঐখোয়না লুথনা য়েংশিন্দবদগী থোক্কদবতনি। অপাম্বা হায়বসিদগী নাম্ফোকচবা ওম্নবা ঐখোয়না ওইজনাম থিবা থবকশিং অদু থাদোক্কদবতনি । ভক্তি পোকহনবা থবক খূদিং চাং নাইনা সাধন তৌগদবনি । অধ্যাত্মিকক্কী ওইবা থৌরাং পূম্নমক ইশা থাংদোক্কুনা থব্রায় য়াওশিনগদবনি । সূত্র অসিদা মাপনগুবা সূত্রদা পনখিবা ভক্তিগী লন্নীশিং অদুদা অপনবা পীবশিং অদুগী মবমদা শন্দোক্লা তাক্কদৌরি।

নওনা যজ্ঞ, তপ, দান তৌবা মতমদা ঈশ্বর লৈ হায়বা ব্রাফম অসিদা কন্ন থাজগদবনি। নওনা থবক পূম্নমক ঈশ্বর মাগীদমক্তা ওইনা তৌগদবনি। মদুতনা তশেংনা কান্নহনগনি। মদুতনা তুংকোইবা থবক ওইগনি।

গীতা, ভগবতম অমসুং শাস্ত্রগী লাইরিক পূম্নমক ভক্তগী লমচৎ শেমগৎননবা, লমজিংবা ওইনা ইবা ওাক্তনি । গুরুনা শাস্ত্রজ্ঞান নীংথিনা তাকপীগদবনি অমসুং ভক্তবু লমজিংবীগদবনি।

ভক্তনা ঈশ্বর মাগী অপাম্বগী ব্রাংমদা খক চত্তে, ভক্তি চাওখৎপগী লন্নীদা অপনবা পীবা থবক অমত্তা তৌদে, ঈশ্বনবু পেলহল্লোইদবা থবক অমত্তা তৌবোই।

প্রহ্লাদনা ধর্ম থাজবদা মপাবু থাদোকখি; বীভিষন্না হিংচাবগী লমচৎ চৎপা মযাম্বা; ভবতনা তমথীরবী মমা; বলিনা মাগী গুরু ফাওবা; ব্রজ গোপিশিংনা মপুরোইবা ফাওবা থাদোক্লখি। তৌইগুম্বসুং মখোয় পূম্ববু তাইবংগী ফন্নবা তৌবা ওাক্ত ওইনা শীংথানৈ।

ভক্তনা মঙাল ফংবা হায়বদু হেক ওইদ্রিবমখৈ ভগবানবু পেঞ্জননবা মতম পূম্বদা থবক তৌই। মহাক্না ধর্মগ্রন্থশিংনা য়াদবা হুরানবা, লমচৎ মোৎপা, শা চাবা অমসুং যু থকপা পূম্নমক থাদোকই । মহাক্না মশাগী ওইজনাম থিবা থবক পূম্নমক থাদোকই। মহাক্না তৌফম থোকপা ধর্মগী থবকশিং অমসুং খঙহৌদনা থোকপা

তৌদবা য়াদ্রবা থবকশিংদমক ফলগী করি অমত্তা থন্দনা তৌগনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়, " নঙনা লেপ্তুনা তৌফম থোকপা সাধনা অদু য়ৌনা তৌবা ঙমদ্রবদি, ঐগী সেবা, ঐঙোন্দা চংজবদা পূক্নীং লুপ্তুনা ঐগীদমক থন্দুনা থবক তৌ মদুতদা নঙ মপূংফাবা হায়বদু ফঙ্গনি।" অধ্যায় ১২/১২। " যজ্ঞ, দান তপস্যানচিংবা অসি খক থাদোক্লোইদবনি, অহোয়নদুম্ মখোয় অসি পাঙথোক্কদবনি; যজ্ঞ, দান অমসুং ধর্ম কর্মগী নিয়মশিং অসিনা ঐখোয়গী পূক্নীং অমসুং বুদ্ধিবু শেংদোকহল্লি।" অধ্যায় ১৮/৫।

ধর্ম কর্মগী থবকশিংনা থমোইবু শেংদোকই অমসুং থমোইগী থূপ্লবা কাচিন্দা ভক্তিগী ব্রাখল পোকহল্লি। অসিগুম্বা থবকশিং অসিসু লীপুন অমা য়াওনা তৌরোইদবনি অমসুং ফলগী অপাম্বা য়াওরগা তৌরোইদবনি। ফলগী করি অমত্তা থন্দনা নিয়মগী মতুংইন্না তৌরবা, লোয়ননা তৌফম থোকপা ইথৌনি খন্নসু তৌরিবা যজ্ঞ অদু অশেংবনি। গীতাগী ১৭ শুবা অধ্যায়দা তাক্লিবা হকচাংগী ব্রাখলগী অমসুং পূক্নীংগী ওইবা বর্ত্ত মখল অহুম অসিনা থমোইবু থুনা শেংদোকপা ঙম্মী। মখোয় অদুদি :-

১) হকচাংগী : ( মপাম্মোংগী )

দেবদ্বিজগুরুপ্রাজ্ঞপূজনং শৌচমার্জবম্।
ব্রহ্মচর্যমহিংসা চ শারীরং তপ উচ্যতে।

লাইশিংবু লাৎচবা, অনীশুবা মপোক ফংলবশিংবু লাৎচবা গুরু অমসুং অশিংবশিংবু লাৎচবা, থমোইশেংবা, পূকচেল তিংবা, অচেৎপা লমচৎ লৈবা, কনাগীসু মাঙননবা তৌদ্রবা অদুগুম্বা সাধনাশিং অদুবু হকচাংগী বর্ত্ত হায়না কৌই।

২) ৱাঙাঙ্গী :

অনুদ্বেগকরং ব্রাক্যং সত্যং প্রিয়হিতং চ য়ৎ।
স্বাধ্যায়াভ্যসনং চৈব বাঙময়ং তপ উচ্যতে।

অশাউবা য়াওদবা, অচুম্বা ওইবা অমসুং মীগী কান্নবা ওইবা, ধর্মগ্রন্থশিংগী অচুম্বা অদুতা ঙাংবা অসিবু ৱাহৈগী বর্ত্ত হায়না কৌই।

৩) পূক্লীংগী :

**মনঃ প্রসাদঃ সৌম্যত্বম্ মৌনমাত্মবিনিগ্রহ :**
**ভাবসংশুদ্ধিরিত্যেতত্তপো মানসমুচ্যতে ।**

পূক্লীং ঈংবা তপ্পা, পূক্লীং অফবা, ভূমিন লৈগনবা, ইশাবু লাকশিঞ্জবা, শাজৎ লমচৎতা লূ নানবা পূম্নমক অসিবু পূক্লীংগী বর্ত্ত কৌই ।

অসিগুম্বা মথলগী বর্ত্ত অহুম অসিবু মী অমনা থাজবগা লোয়ননা ফজগী করি অমত্তা খন্দনা, নুংঙাইনা পাঙথোকচরবদি মদুবু অশেংবা বর্ত্ত কৌই ।

পূক্লীংগী অশেংবা য়াওদ্রবদি নঙগী থমোইদা ভক্তিগী ব্রাখল শাগৎনবগী আশা অমত্তা লৈত্রে । অগ্নিহোত্র, বৈশ্বদেব, ব্রহ্ম জ্ঞান, সন্ধ্যাবন্দনমবু মতম অহুম্মত্তা তৌজবা, পঞ্চ মহা যজ্ঞ পাঙথোকচবসি পূক্লীং শেংদোক্লবা খ্বাইদগী হেন্না ফরবা উপায়নি ।

মখোয় অসি পোথাবা লৈতনা নুমিৎ খূদিং পাঙথোক্লদবনি । চন্দ্রায়না ব্রত্ত, কৃচরা ব্রত্ত ঙাকচরগা পাপ পূম্নমক নীংথিনা কোকচৈ । মখোয় অসিনা পাপ্পু মাঙহন্নবগী প্রয়শ্চিৎকী থবক নীংথিনা তৌই । পূক্লীং মিংশেল অসিনা হেক শেংলিবমখৈ হেন্না হেন্না ফগৎলকই । নীংথিনা মহৈ য়াম্লবা ভক্ত অমদদি মখোয় অসি কান্নদ্রবসু নৌনা তমখৎলক্লিবা ভক্তশিংদদি মসি য়াম্না মরুওই ।

শ্রাদ্ধ, তর্পন, ধর্ম কর্মগী য়ম, নিয়ম ঙাকপা, গ্রহনগী নুমিৎশিংদা দান তৌবা পূম্নমক অসি থৌওইদবা য়াদে । নঙনা মনু নত্ত্রগা যজ্ঞবল্ক্য স্মৃতি পাউ হীরম অসিগী মতাংদা ব্লারোল কয়া ফজ্ঞনি । মখল মখাগী প্রয়শ্চিত্তনা মখল মখা অয়াম্বা পাপ কয়া কোকই । নঙনা করিগুম্বা খুদোংথীবা হেক থেংনবদা, ধর্মগ্রন্থশিং পাউ, পণ্ডিতশিং অমসুং অচার্য্যশিং তানৌ অমসুং মখোয়না নঙবু লমজিংবীগনি । নঙনা অসিগুম্বা ধর্ম কর্মগী থবকশিং অসি তৌনীংদ্রবদি নঙনা শোয়দনা প্রত্যভয় দোষ, কর্মনাস্লেকপগী পাপ ফজ্ঞনি । জৈমিনিনা কর্মদা খ্বাইদগী হেন্না থাজবা থম্মী ।
(অগ্নিহোত্রনচিংবা)

প্রদোস ব্রত, একাদশি ব্রতনচিংবা অসিনা ভগবান শিবা অমসুং ভগবান হরিবু ঙমখৈ লৈতনা পেলহল্লি । মখোয় অসি য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্লদবনি ।

## সূত্র ১২ ।। ভবতু নিশ্চয়দার্ঢ্যাদূর্ধ্বং শাস্ত্ররক্ষণম্ ।।

কনাগুম্বা অমনা অধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান নীংথিনা ফংলে খণ্ডনা লেপ্লবমক্তসু মহাক্না শাস্ত্রনা তাক্লিবা পাউতাকশিংবুদি চপচানা অদুম ইনগদবনি ।

ভবতু, ওইরসনু; নিশ্চয়দার্ঢ্যাত্, চপচানা অধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংলে খণ্ড্লবমক্তসু; উর্ধ্বম্,মতুং; শাস্ত্রলক্ষণম্ , অধ্যাত্মিক্কী পাউতাকশিং ঙাক্কদবনি ।

ঈশ্বর ফংলে হায়বা জ্ঞান অদু চপচানা ফংদ্রিফাওবা সাধক অমনা শাস্ত্রনা তাকপা পাউতাকশিং অদু চেকশিন্না কল্লা ইনগদবনি, অদুগা মঙোন্দা অচেৎপা ভক্তিগী ঈহৌ লাক্লিবা ফাওবা হায়রিবা শাস্ত্রনা তাকপা পাউতাকশিং অদু ইনগদবনি । শাস্ত্রনা তাকপা পাউতাকশিং অসি হোৎনবা কনবগা লোয়ননা সাধক অমনা মপান তাইবংগী পোৎশিং অসি পূংকাউ কাউদ্রিবা ফাওবা হোৎনগদবনি ।

কন্নিগুম্বা অধ্যাত্মিক জ্ঞান নীংথিনা ফংলবা মতম অদুদসু শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম পূম্নমক ঈজ্জৎ তৌগদবনি । শাস্ত্রশিং অসিদি তশেংনমক ঈশ্বরগী লাইবাউ ওক্তনি । মখোয়শিং অসিদি সাধকশিংগীদি লমজিং মৈরানি । ভক্তশিংগীদমক্তদি শাস্ত্রনা তাকপা পাউতাকশিংগী মনুংদগী অসিমদি তৌগনি অসি অসিনা তৌরোইদবনি হায়না থন্নিবশিং অসি ইখিং অমত্তং শম্না মফে অমত্তং ইন্দবদা লৈখা তানবগী লৈইনি ।

সাধক খরনদি মখোয় মপূং ফারে হায়না হেক্তা খঞ্জিল্লি অমসুং মখোয়না শাস্ত্র জ্ঞান ইনবগী কান্নবা লৈত্রে মদুগী মথক্তা লৈরবনি হায়না খল্লি । মখোয়না নিয়মশিং অদু ইন্দে । মখোয়না নিয়মশিং অদু থুগায় । মখোয় অসি ব্রাথল পূংলান লাল্লবা থমোই চেল্লবশিংনি । মখোয় নীংবা কায়না লৈখা তারক্তনি ।

কনাগুম্বা ভক্ত অমগী মশাগী উৎথোরকপা খূদমনা অতোপ্পা সাধকশিংগী মফমদা অচৌবা ঈথিন য়াম্না পী ।

ভক্তনা পূক্নীং ঈংনা তপ্পা লৈগদবনি । মহাক্না অহানবদা পূক্নীংদা জ্ঞান তানা চুম্না ব্রারেপ তাগদবনি অমসুং মাগী লেপচরিবা আদর্শ অদুদা মরা চেৎনা হিংগদবনি । মহাক্না নিয়মশিং অদু ঙাক্না লৈগদবনি । মহাক্না মহাক্কী 'সিনা নুংঙাইগনি হায়বদু খণ্ডনা, মসিনা অধ্যাত্মিক জ্ঞান হেন্না চাওখৎকনি হায়বা ফিভমদুদা

অমসুং ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদি অসিনি হায়বা অদুখক্তদা মহাক্না হিঙদবনি।

শাস্ত্র রক্ষণম্ : মহাক অদুনা ধর্মদা মরা চেংনা লেপ্লবদা মহাক্না শাস্ত্রবু ঙাকপদা মতিক চায় হায়না হায়গদবনি। মহাক্না হৌজিক শাস্ত্রগী মায়োক্তা অরানবা হায়দুনা চৈরকপদু ঙাকপা ঙমগনি।

অতোপ্পশিংনা শাস্ত্রগী ভাব ব্রাখলশিং অসিগী মতুংইন্না হিংজরগা শাস্ত্রবু ঙাকপা ঙম্মী। অসিসু শাস্ত্রবু ঙাকপা কৌই, শাস্ত্র অমসুং ধর্মবু কনবা কৌই।

ঐ মশক খংলবা মীওইশিংনা অশেংনমক পুনশিদা শাস্ত্রজ্ঞানগী মতুংইন্না চৎলি। মখোয়না মখোয়গী পুনশি অমসুং পাউতাকশিংনা অফবা খুদম অমা উৎকদবনি। মদুতদা মীচমশিংনা পুনশিদা লমজিং লম্বী ওইনা লৌথৎচবা ঙম্মী।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়, তৌইগুম্বসুং অপঙবা থাজবা লৈতবা, চীংনগনবা মী অদুদি তাইবংলমদসু, লাইরমলেন্দসু অনীমক্তা মখোয়গী নুংঙাইবা লৈতে। অধ্যায় ৪/৪০। মরমসিনা শাস্ত্রশিং অসিনা নঙগী, করিনা তৌগদবনো, করিনা তৌরোইদবনো, খঙননবগী য়ুম্ফম ওইরসনু। শাস্ত্রজ্ঞান্না অসি অসিনা তৌগদবনি, অসি অসিনা তৌরোইদবনি হায়না তাক্লিবদু খঙলগা নঙনা তাইবংসিদা নথৌ পাঙথোকপা শোয়দনা ঙমগনি। অধ্যায় ১৬/২৪।

পূক্লীংবু মানা তৌনীংবা মওংদা শুকথা থাদোক্রোইদবনি। শাস্ত্র জ্ঞান তুংইল্লিবা মীদু থুনা চাওখৎকনি। মহাক পূক্লীং লাংতক্লবা পোথাফম খঙদবা থক লৈরোই। মহাক কিবা খঙলোই অমসুং মোমোন নোক্কনি। মহাক পূংশেন পেনগনি। মহাক্না ঐ অচুম্বা লম্বীদা চৎলে হায়না পূক্লীংদা ফাওজগনি অমসুং অধ্যাত্মিকী পূনশিদা য়াম্না চাওখৎকনি। মহাক্না মশাবু ঈশ্বরগা য়াম্না নক্লরে হায়না খল্লগনি। মাগী পূক্লীংদা শান্তি লৈগনি।

শাস্ত্রশিং অসিদি লানবা হায়বদু লৈতে। বেদশিং অসি ঈশ্বরগী চীন্দগী থোরকখিবনি। মখোয় অসিদি লাইগী ব্রাফোংদোক্লি। মখোয় অসি চৎনরকঙৈদগী মুনি ঋষিশিংগী চীন্দগী মথং মথং মাগী সাধকশিংদা তম্বীরক্লনা গুরুগী য়াথং (পরম্পরা) ওইনা লাকখিবনি। সংসার অসিনা হেক লৈরিবমখৈ শাস্ত্রশিং অসিসু, মখোয় অসিবু তম্বীনবা গুরুসু পৃথিসিগী মীয়াম্বু অচুম্বা অমসুং অশোয় অঙাম য়াওদবা হায়বদু তম্বীননবা ব্রাৎপা নাইদনা অদুম লৈখিগনি। কলি যুগতা গুরুগী মশিং ব্রাৎপা য়াই অদুবু লৈবদি শোয়দনা লৈগনি। লাইরিক্তি লেঙনাইদবা নত্তে অদুবু

ভাব ৱাথন্দি লেঙনাইদবনি ।

ঈশ্বর হায়বা অসিদা জ্ঞান লৌশিং য়াম্না শীজিন্নবা চঙদে মরম চায় চাদে কন্না য়েংনবগী মথৌ লৈতে । যুক্তিবাদী মরৈ য়েঙ্গুনা অচুম অরান খিবশিং, সমাজবাদী মীয়াম্না য়ারগা লোইরে খনবশিং অমসুং পদার্থবিজ্ঞান মপানগী পোৎচাক্কী মায়গৈদখক্তা য়েংবা মীওইবশিং পূম্নমক্কা অরেম্বদা কোক শাননবা হোৎনবগী কান্নরোই ফুনবগী মহৈ ফংলোই অমসুং চিংনবগী মথৌ তাদে । মসি তশেংনা য়াম্না নুংশিনিঙাইহনি । মসিদি চগান্নরবা ঐ কৌবা নাপনগী মনুংচল্লি অদুগা মসিনা মখোয়বু ঈশ্বর লৈ হায়বা অসি ফাওবা য়াহন্দ্রিবনি । মখোয়না অসুম্না য়াগে য়াও য়ারোই তোক্লে তোকউ, ঈশ্বরদি হৌরকডৈদগী অদুম লোইনাইদনা ঙান্দুনা লৈরকই অমসুং লৈহৌগনি । নুমিৎ হায়বসি মকুনা লৈ হায়রবসু, লৈতে হায়রবসু নুমিত্তি অসুম লেঙদনা লৈ ।পূক্নীং হায়বসিদা নীংথিনা খঙজগদব পৃত্ববু য়ৈথায়নবা শেংদবা য়ুখন অমসুং লৈচিন কয়া থাংদুনা লৈ । মীওইবগী বুদ্ধিবু মাংথোক্নবা পাপ কয়া পূক্নীংগী নুংদা লৈ । মখোয় অসিনা করিগুম্বা অমা চেৎনা খঙননবা হোৎনবদা ঙাইবা তাই ।

পিক্লিবা উপাল অমবু ঐখোয়না অহানবদা শম্বল খাদুনা ঙাকপগুম, নৌনা দীক্ষা ফংলবা সাধক অমনা মাগী ভক্তিগী লম্বী চৎপদা য়াম্না চেকশিনগদবনি । মহাক্ন ঈশ্বর থাজদবা মীশিংগা লোয়নরবদি মহাক্ন ঈশ্বর থাজবা হায়বসি থুনা মাঙখিগনি । মহাক্না সাধুশিং, মহাত্মাশিং অমসুং ভক্তশিংগতা তিন্নগদবনি । মখোয়গা তিন্নবদগী সাধকশিং অদুগীদমক্তদি অকনবা য়োৎনা খাবা লানবনমক্তি । করিগুম্বা শাস্ত্রগী নিয়মশিং অসি ইন্না চৎলবদি, করিগুম্বা অমত্তনা কনাগীসু পূক্নীংবু থুগায়বা ঙমদে । য়োৎপী অমবু অকনবা উবাক্তা নূংখংনা হুম্না হুন্না কন্না য়ৈশিল্লগা চঙখিবগুম, শেংলবা শাস্ত্রগী নিয়মু চেৎনা ঙাক্লগা সংস্কার অমসুং থাজনা চৎকদবা নিয়মশিং থমোইনুংদা চেৎনা মমি তাই । মসিনি সূত্র অসিনা হক্লিবা অর্থদি ।

## সূত্র ১৩।। অন্যথা পাতিত্যাশঙ্কয়া ।।

মরমদি, অদু নত্তবদি মায়থীনবা খুদোংথীবা য়াম্না লৈ ।

অন্যথা, অদু নত্তবদি ; পাতিত্যাশঙ্কয়া, মায়থীবা য়াবগী খুদোংথীবা য়াম্না লৈ ।

সাধক অমনা মহাক্কী অধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান খরদং ফংজন্নিবদু চেকশিন্না ঙাক্লবদি, মহাক্লা শাস্ত্রগী নিয়ম ইন্না চত্তবদি, মহাক্কী হান্নগী হৈনবী অদুদা অমুক হেক্তা হজ্জিনখিগনি। মহাক অদুনা শাস্ত্রগী অফবা নিয়মশিং লমচৎশিং অদুবু অনীংবা অমা য়াওনা থুগায়রবদি, মহাক শোয়দনা লৈখা তাগনি। মহাক হান্নগী সংসারগী ওইবা অপঙবা পুনশি অদুদা অমুক হজ্জিনখিগনি।

"মহাক অদুনা শাস্ত্রগী নিয়মশিংবু নীংথিনা ইন্দ্রবা অমসুং অপাম্বগী লাংদা থুরবা মহাক শোয়দনা মপূংফাবা ফংবা ঙম্রোই, নুংঙাইবা নত্তগা অথোইবা খুভম অদু য়ৌবা ঙম্রোই।" গীতা ১৬/২৩।

অকোয়বগী ফিভম অমসুং খুদক্কী মফমশিং অদুনা ঐখোয়দা হান্ননা খুদোংচারম্বা কয়া অমা হৌজিক্তি খুদোং চাদ্রে হায়বসি থোক্লনি। মতাং অসিদা শাস্ত্রগী মতুংইন্না ঐখোয়না চৃশিন্ননবা শেমদোক শেমজিন কয়া তৌবা মথৌ তাই। মঙাল ফংলবা মীশিংনা মখোয় মশাগী অধ্যাত্মিক্কী পুনশিগী থেংনরকপশিং অদুদগী শাস্ত্রবু তত্তনা চাংয়েং তৌগদবনি। মদুতনা, শাস্ত্রবু ঐখোয়না ঙাকুনা থম্বা ঙমগনি। (শাস্ত্র রক্ষণম্)।

মায়া হায়বসি য়াম্না মপাঙ্গল কল্লি। মোহ অমসুং অপাম্বা হায়বসিগী খঙঙমদবা শক্তি লৈ। মরম অসিননি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়বীরম্বদু: "হে কুন্তিগী মচা, অশিংবা মী অমা ফাওবা ময়াই কাবা ইন্দ্রিনা মহাক্লা ফন কল্লা হোৎনরবদসু, মাগী পূক্নীংবু কোইপু পুদুনা চৎলি। মতৌ অসুম্না পাক্লবা ঈপাক্তা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা জহাজ অমবু হুমদুনা কোইপু পুবগুম ইন্দ্রিগী মফমদা পূক্নীংনা মায়থীদুনা মী অমগী অচুম অরানগী ব্রাখনবু হুমদুনা পুখি।" অধ্যায় ২/৬০, ৬৭।

নখোয়না তপ সাধনাদা চেৎলবা ঋষি বিশ্বমিত্রনা স্বর্গগী জগোয়শাবী অমগী লাংদা থুখিবা অদু তাররিগনি। ভগবান বুদ্ধনা মায়াগা থেংনখিবদুনি। সংসার অসিদি মায়ানা পিক থল্লি। মিৎকুপ খুদিং লৈখা তানবগী মরম্না পীক থল্লি। হৌগৎলক্লিবা, অহানবা তমখৎলকপা নহা অমনদি পূক্নীংগী মিহৌলাংদগী নাম্মোকপা ঙমদে। মহাক্তি মিহৌ লাংগী ঈথিনগী মচিঙ্গাক হেক হেক ওইরুই।

সাধক অমনা য়াম্না চেকশিনগদবনি। মহাক্লা শাস্ত্রগী নিয়ম পাউতাক চেকশিন্না ইনগদবনি। শাস্ত্রগী নিয়ম্না মখোয়বু লৈখা তাদনবা কল্লা শেন্নে। সাধক অমনা অধ্যাত্মিক জ্ঞান খজিক্তং হেক ফংবগা চাংয়েং তৌরোইদবনি। মদুগী ওন্ন

তৈনবা ফজ্জ লাক্কনি। ইন্দ্রিশিংনা লান হৌরক্কনি। পূক্নীংনা ফিংগৎলক্কনি, শাউগৎলক্কনি। মহাক্না অপাম মিহৌ থমোইগী ঈহুনগী মচিঞ্জাক ওইখিগনি। ঙসিগী যুগসিদা অসিগুম্বা যোগভ্রষ্ট ওইদুনা তুখিবশিংগী খূদম ব্রাৎপা নত্তে। কনাগুম্বা অমনা মশাবু হেক চাংয়েং তৌরুরবদি মহাক শোয়দনা হেক্তা মায়থী। বেদব্যাসনা মাগী শিষ্য জৈমিনিবু চাংয়েং তৌরম্মী। মহাক ব্রহ্মচর্যদা মায়থীরম্মী। হকচাং লাকশিনবসিতনা লোইবসু নত্তে। পূক্নীংদা ফত্তবা মমি অমত্তা তাহল্লোইদবনি। পূক্নীংদা শেংদবা থূকহনবা মওং, শেংদবা ঈথক ঈপোম অমত্তসু পোকহল্লোইদবনি। মসিনা স্বাইদগী ব্রাংবা অশেংবা থাক্নি। গীতাদা হায়, " মহাক অদুনা তূমিম্না ফম্রিবা, মাগী থবক তৌনবা কর্ম ইন্দ্রি পূম্বা লাকশিল্লিবা, অদুম্নদি ওইরগা, মাগী পূক্নীংনদি ইন্দ্রিনা পুবা পোৎশিংগী মরক্তা কোয়রিবা, অদুগুম্বা কোয়ঙাওনবা মী অদুবু লৌনম মীরৈহৎ ভাৎকী মী কৌই।" অধ্যায় ৩/৬।

অপঙবা সাধক খরনা চহি মরি মঙা সাধনা তৌদুনা হিমালয়গী গুহাং অমদা ফম্মগনি, ধ্যানগী মতমদা মৈগী অরংবা মঙাল খরা উগনি, নাকোংদা অনাহত্ত সুরগী খোঞ্জেল খরা তাগনি, অদুদগী মানা আত্মাজ্ঞান ফংলবনি হায়না হেক্তা খনগনি। মখোয়না মীয়ামলক্তা জ্ঞান শন্দোকপনি হায়না চৎখিগনি, যুম্বাল্লবা মীশিংগা তিন্নশিল্লুগনি অদুদগী মখোয় থুনা লৈখা তাগনি। নঙনা চহি তরানিথোইদা তানশিল্লকপা অধ্যাত্মিক জ্ঞান পূম্নমক, সেকেন্দ তরানিথোইদা নঙনা নিয়ম য়াওদনা মফম মরাং খঙদনা যুম্বাল্লবা মীশিংগা তিন্নরগা নত্তুগা মতিক চাবা চেকশিন থৌরাং তৌহৌদ্রগা, লোইনা মাঙখিগনি। নঙনা মরম অসিনা ব্রহ্মবু ফংদ্রিমখে, ব্রহ্মস্থিতি হেক ওইদ্রিমখে, কৈদৌঙৈদসু মীয়াম্রক্তা কূমথদুনা তোরোৎ খদানরোইদবনি।

মরম অসিনা নহাক্না থোইরেন থোইবা অধ্যাত্মিক্কী ভক্তি অদু হেক ফংদ্রিফাওবা শাস্ত্রজ্ঞান ঙাক্না চৎলু। অথোইবা ভক্তি অদু নঙগী থমোইনুংদা য়কায়রক্লবা মতমদা ঙাক্ফম থোকপা ব্রতশিং অদুসু মতোম্তা অদুম লেপচখিগনি।

## সূত্র ১৪।। লোকোঽপি তাবদেব কিন্তু ভোজনাদিব্যাপাস্ত্বাশারীরধারণাবধি ।।

সমাজগী চৎনপথাপ অমসুং পাংথোক্লিবা থৌরম পরেং কয়াসিদা মতম

খর খরগীদমক শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না চৎথখিনি। তৌইগুম্বসুং চাবা,থকপা,শেংপা পূম্নমক অসিদি মীওইবগী হকচাং অসিনা লৈরিবমখে মখা চৎথখিগনি।

লোকা, সমাজগী চৎন পথাপশিং, সমাজগী হৈনবীশিং; অপি,অদুসু; তাবদ্, অদুমখে, খরগী মখে; এব, অদুখক্ত; কিন্তু,তৌইগুম্বসুং; ভোজনাদি-ব্যাপার, চাবা,থকপা,ফি শেংপা,তূম্বা, হকচাং শাজেল তৌবা; তু, তৌইগুম্বসুং, অমরোমদা; আশারীরধারণাবধি, মী অমনা মাগী হকচাং হেক লৈরিবমখে।

মী অমনা মাগী পুনশিগী তৌগদবা হিংনবগী শিনফম, ইমুং মনুং থাকপা, অসিনচিংবা পূম্নমক, শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না ধর্মগী থৌদাং পূম্নমক য়াম্না নীংথিনা চেকশিন্না পাঙথোক্কদবনি। ধর্মগীসু, লনাইগীসু থবক পূম্বা লোইনা থাদোক্কদবা মতম অমা শোয়দনা লাক্কনি।

তাবদেব, অদুমখে

শরীর ধারণ, মসিনা খঙনরিবদি ইচম চম্না হিংবা অদুখক্ত খঙনবা নত্তে; হকচাং ফনা থম্ববু খঙনৈ। মী অমনা ঈশ্বরগী নক্তগা মীওইবগী সেবা তৌবসি মশা ফত্তবদি শুকঙম ঙমদে।

সমাজ অসিবু কন্নবা হেক ঙম্বমখে দরকার ওইরিবশিংদু ভক্ত অমনা চৎনরিবা নিয়মশিংদগী কদায় ফাওবা মনীংতম্না য়াবা, (লোকরক্ষণম্)।

মহাক্না সমাজগী য়ৈখায় থিনগায়বা থোকহন্দনবা থম্লিবা মরূওইবা নিয়মশিং অদুদি চপচানা ইন্দুনা চৎকদবনি।

সমাজগী চৎনবীগী নিয়মশিং অসিসু ধর্মশাস্ত্রশিংবু ঐথোয়না ইনফম থোক্লা ইল্লিবা অদুম্নমক ইনগদবনি। মখোয় অদুনসু সাধক অমবু অহৌবা মতমদা মাগী সাধনাদা মতেং পাংই। মহাক্না মমৈদা চপচাবা অথোইবা ভক্ত অমগী মগুণ ফংলবা মতম অদুদা,অদুগা মপূংফানা নুংঙাইবা ফংলবা মতম অদুতদা মহাক্না শাস্ত্রগী নিয়মশিং অমসুং সমাজগী চৎনবীশিং অদুবু থাদোকপা য়াই। মখোয় অদু অশেংবা মী অমসুং ভক্তিগী তূংনফম ওইরবা মী অমদা মতোমতা অদুম থাদোরক্কনি। তৌইগুম্বসুং,মসিগী ওন্ন তৈনবদা চাবা, থকপা হায়বসিদি মীওইবনা হেক হিংলিবমখে অদুম চৎথদুনা লৈহৌগনি।

---

# ভক্তিগী তোঙান তোঙানবা সংজ্ঞাশিং

**সূত্র ১৫ ।। তল্লক্ষণানি বাচ্যন্তে নানামতভেদাত্ ।।**

তোঙান তোঙানবা ৱাখল্লোনগী মতুংইন্না ভক্তিগী অর্থ তৌনৈ ।

তল্লক্ষণানি , ভক্তিগী তোঙান তোঙানবা মওঙ ওইবা খূদমশিং; বাচ্যন্তে, অসুম অসুন্না শৈথানৈ; নানামত ভেদাত্ , তোঙান তোঙানবা ৱাখল্লোনগী মতুংইন্না।

ৱাখল্লেবশিংনা ভক্তিগী মরূওইবা মচাকশিং অদুবু চপ মান্ননা য়ানৈ; তৌইগুম্বসুং মখোয়দা অসিদা নত্তুগা অদুদা হায়না মরূওইনা কন্না হায়বা মতাংশিং অদুদি মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা ৱাখল্লোন অমসুং মিংয়েংগী মতুংইন্না খেন্নে ।

তোঙান তোঙানবা গুরুশিংগী মত্ মতুংইন্না ভক্তিবু তোঙান তোঙানবা মওংদা ফোঙদোকই । মখোয়গী ৱাখল্লোনশিং অদু হান্ননা পীরবা তুংদা দেবর্ষি নারদনা মাগী ৱাখল অদু পীরি ।

লক্ষণানি , খূদমশিং ।

ভক্তিগী নুংগী হকথেংনবা মওংশিং অদুদি তশেংনমক মী মশা মশাদুতগী ওইজনা পৃক্কীংদা কাওরকপা অদুনি । ভক্ত অমগী পৃক্কীংগী ফিভম অদুদি ভক্ত মশাদুতনা খঙউক্কে । তৌইগুনবু, ভক্তশিংগী উংথোরকপা লমচং শাজং অদুদি অমগা অমগা খেনৈ । ঐখোয়গা ভক্তগী লমচং শাজং অদু উংথোরকপশিং অদুদগী খঙবা ঙম্মী । ভক্তগী ভক্তি চাউখংলকপগী থমোইগী থাক খূদিং মাগী লমচং, শাজং, মিংয়েং মায়থোং, মপান্থোংগী হোংলকপা শক্তমশিং অদু লোইনা উবা ফংই ।

সুত্র অসিদা অমসুং তুংদা লাক্কদবা সুত্র মাপন্দা অতোপ্পা সাধকশিংনা পীবা মাগী মমাঙগী মতশিং অদু নারদ মহর্ষিনা উৎলি অমসুং মাগী মমাঙদা চৎখিবশিং অদুদগী মাগী ৱাখন্না কয়ামুক হেন্না মপুংফাবগে হায়বদু উৎলি ।

করিগুম্বা পূক্লীং অনীথক চপ মান্ননা শেন্নকপা হায়বসি থক ওইথোক্তে অমসুং মরম অসিনা করিগুম্বা হকথেংনবা চপ মান্নবা ব্রাফম অমদা মত পীনবদা অমগা অমগা মত খেন্নবগী মফম য়াম্না চাউনা লৈ । অসুম্না ব্রাফম খেন্ননা ফোঙদোক্লগা হকথেংনরুবা পোৎ অমসুং ব্রাফম অদু খেন্নৈ হায়বগী ব্রাফম অমত্তা লৈতে।

ঐখোয় হৌজিক সাধু মুনি খরনা থেংনরকখিবা ভক্তিগী ব্রাফম শেংদোরকপদু য়েংশিনসি। শিবানন্দলহরি কৌবা লাইরিক্তা শ্রীশঙ্করনা ভক্তি হায়বসি য়েৎতুম্না য়োৎচাবিদা নপশিনবগুম , অঙ্কোলা পাম্বীগী মনুংদা মরুনা লোত্তুনা লৈবগুম, নুপীনা মপুরোইবগী মফমদা নত্তগা উরীনা উপান্দা য়েৎশিনবগুম ভক্তগী থমোইনা ভগবানগী ব্রাখন্দত্তা য়ূশিন্দুনা লৈবদুবুনি।

দেবী ভগবতমদা, অথোইবা নুংশিবা হায়বা অসি পাত্র অমদগী পাত্র অমদা থাউনা হৈথরকপগা প্রমান তৌই (তৈলধারবৎ) । ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা লৃপ্পা হায়বসিদা মরক্তা তৎপা লেপ্পা অমত্তা লৈরোইদবনি ।

ভগবতমদা মৈত্রেয়না হায় মসি পূক্লীংনা পোৎ খুদিং অমদি ইন্দ্রি পূম্নমক পোক্লকখিবা খ্বায়দগী ব্রাংবা অচুম্বা অদুদা লেঙদনা মহৌশা ওইনা কায়দোংদুনা লৈবা অদুনি ।

কপিলনা ভক্তি হায়বা অসি গঙ্গাগী ঈশিংনা অতৎপা লৈতনা সমুদ্রদা চেম্থখিবগুম পূম্নমক্কী থমোইনুংদা ঙাম্লোইরিবা ঈশ্বর মাগী মফমদা ব্রাখন্না অরেপ্পা লৈতনা চেম্থরিবা অদুনি হায়।

প্রহ্লাদনা সংসারগী মীওইবনা মপানগী পোৎশিংদা খোয়দারুরিবা অদুমক ঈশ্বরগী মফমদা মায় ওনশিনববু নুংশিববু ভক্তিনি হায়না লৌদুনা মীওইবগী ব্রাখন্না সংসারগী পোৎ নুংশিবদুবু ঈশ্বর নুংশিবরোমদা ওনশিল্লকশনু হায়দুনা প্রার্থনা তৌজরম্মী ।

নারদ পঞ্চতন্ত্রদা ভক্তি হায়বসি ইন্দ্রিশিংগী মবুংঙো ভগবানগী মফমদা থোইদোক্না হেঞ্জিনবা মপুংফাদবা গুণ ময়ামগী ব্রাহৈ পরেংশিংনা লৈশি লৈখোন্দুনা চমম্নুনা হায়জিন্দুনা সেবা তৌজবদুদা নত্তনা অমসুং ইবুংঙো মঙোন্দা ওনশিন্দুনা থমোই শেংদোকচবা অদুবুসু ভক্তি কৌই হায়রি ।

শ্রীরামানুচার্য্যনা ভক্তি হায়বা অসি নুংশিবদা ধ্যান তৌবনি হায়না শন্দোক্না

হায়রি।

শাণ্ডিল্যনা ভক্তি হায়বা অসি ঈশ্বরদা পূংথোই থোইনা নুংশিবা অদুনি হায়না তাক্লি। স্বপ্নেশ্বরনা সূত্র অসিদা মত পী অমসুং মথক্ত অসিগী নুংশিবা অসিদি ভগবানগী মত্তিক মগুণগী অব্রাংবা অদু উরবা মতমদা ফাওরকপা নুংশিবদুনি হায়রি।

অসুম্না ভক্তিগী তোঙান তোঙানবা মত্ পীনরি। অসিগুম্বা ব্রাখলশিং অসি ভক্তশিং অদুগী চাওখৎলকপগী থাক খেন্নবা, ব্রাংখৎলকপা য়াওনগী থাক খেন্নবা অমসুং মাগী মাগী পূক্নীংগী ফিভমশিং অমসুং মশাগী লৈরিবা ফিভম খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্নরকখিবনি।

লক্ষণা হায়বদি খূদম মওং মতৌ ঈঙ্গিত,থৌদৌ হায়বনি। ভক্ত পূম্নমক ভক্তিগী নুংগী মগুণশিং ,মশক মওংশিং অদুদদি চপ মান্নবা মত লৈ। তৌইগুম্বসুং খরনা করিগুম্বা খূদম খরদা,খরনা অতোপ্পা করিগুম্বা মওং মতৌ,ঈঙ্গিত্তা হেন্না মিৎয়েং চঙনা মত্ পী। মসিতনি খেন্নরিবদি। নুংগী মচি মচংদি অমগা অমগা খেন্নবা অমত্তা লৈতে।

নানামতভেদাত্ হায়বদি তোঙান তোঙানবা ব্রাখল খেন্নবগী মতুংইন্না হায়বনি।

## সূত্র ১৬ ।। পূজাদিষনুরাগ ইতি পারাশর্য়: ।।

পারাশরগী মচানুপা ব্যাসনা মত পীরি,ভক্তি হায়বদি ঈশ্বর অমসুং ঈশ্বরগুম্বশিংদা লাৎচনীংবগী অকনবা লীচিং অমা লৈবা অদুনি।

পূজাদিষু , লাৎচবা অমসুং অদুগুম্বা থৌনিশিং পাংথোকপা;

অনুরাগ, ভক্তি; অকনবা নপশিনবগী লীচিং,অহকপা পূক্নীং; ইতি, অসুম তৌদুনা; পারাশর্য্য ,পরাশ্বরগী মচানুপা।

ঋষি শ্রীব্যাসগী মত মতুংইন্না লাইনীং পরৈদা অমসং মসিগা মান্নবা থৌনিরোলশিংদা অহকপা পূক্নীং লৈবা হায়বা অসিনা ঈশ্বর নুংশিবগী অথোইবা গুন্নি,মচৎনি নত্তগা ভক্তিগী অথোইবা খূদম্নি হায়রি।

লাৎচবা নীংজবা হায়বসিদা ইচম চম্বা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি অমদগী বিরাত নত্তগা হিরন্যগর্ভনচিংবা ফাওববু লাৎচবদু খঙনৈ।

লাৎচনীংবা হায়বসিদা মপানগী অমসুং মনুংগী পূক্লীংগী (মনশিক পূজা) ফাওবা কোনশিনগনি ।

মী অমনা ঈশ্বর লাৎচনীংবদা অসুম পূক্লীং হেক লূপশিল্লকপদা মন্ত্রেম্মত্র মাগী পূক্লীংনা সংসারগী পোৎ ময়াম অসিদগী অসুম অসুম লাপথোরক্কনি । ঈশ্বরবু লাৎচরিবশিং থোইরেন থোইবা লোইনাইদবা মাবু ফংজে অমসুং স্বর্গগী অচিকপদুসু মানা ফংজে ।

ভক্তনা অকনবা লেপ্তুবা ধ্যান্না উপাই ওইদুনা মশামকপু তাইবং মপু মাগা অমত্তা ওইশিন্জে । মসিনি খ্বাইদগী ব্রাংবা লাইনীং হায়বদু ।

ঐখোয়গী থমোইনুংদা লাৎচরিবা পূন্না ভগবান মাগী মফমদনি । মসি পূক্লীংগী লাইনীংনি । পূক্লীংগী লাইনীং হায়বদি মনশিক পূজা হায়বসিনা মপাম্লোংদা লৈশু কত্তুনা লাৎলিবা লাইনিংদগী য়াম্না হেন্না ব্রাংই । মসিদি আর্জুন্না লাৎখিবা মপাম্লোংগী পূজাদগীসু হেন্না শক্তি লৈ ।

তামিলগী শিব মন্দির পূম্নমক্তা লাৎনরব মুনি হুম্ফুহমদোই অদুগী মবক্তা অমা ওইরবা পুসলন নয়ানব হায়বা মুনি অদুনা মাগী খুঙং তিরুনিন্‌রাবুরদা পূক্লীংগী শিব মন্দির অমা শাগৎলম্মী । মহাক্না শাগৎলিব পূক্লীংগী মন্দির অদু শাবা লোইবদা চহি অহুম চঙখি । মহাক্কী পূক্লীংদা কুম্ভবিষেক উৎসব তৌনবগী তাবিকসু লেপ্লম্মী । ভগবান শিবনা উৎসব অদুদা লেঙবীরক্নম্মী ।

মপাম্লোংগী পূজাদা শরূক তবাতরুক য়াওরি মদুদি :- অবাহনম্ (ভগবানবু বার্ত্তন তৌজবা); আসনম্ (খূদা পীবা); পাদ্যম্ (খোঙ হামদোক শেংদোকপা); অর্ঘম্ ( ঈশিং পীদুনা ইকাইখুম্নবা); আচমনম্ (তপ্ন থক্নবা ঈশিং পীবা ); মধুপাকম্ ( শঙ্গোম অমসুং উহৈ পীবা); স্নানম্ ( ঈরু মায়থজবা); ব্রষ্ট্রম্ (ফিজেৎ লৈজেব); যজ্ঞোপাব্রীত্তম্ (লূগুন হাপ্পা); গন্ধম্ অমসুং অক্ষত (নুংশিবা চন্দন অমসুং চেং); পুষ্পম্ (লৈ কৎকনি ); ধুপম্ (মনম নুংশিবা ধুপ কৎকনি); দীপম্ (মৈ কৎকনি); নৈবেদ্যম্ ( অচা অথক কৎকনি ); তম্বুলং (পানা কৎকনি); নিরঞ্জনম্ (কর্পূর কৎকনি)।

পূজাদিযু , মসিনা উৎসবশিং পাঙথোকপবু খঙনৈ, শঙ কাবা লাইশঙ নৌহৌনা শেমগৎ শাগৎপা, লাইগী জগোই শাবা, ভক্তিগা মবী লৈনবা কলাগী থবক

পাণ্ডথোকপা, লাইয়েকপা, মুর্ত্তি শাবা, দানগী থবক তৌবা, পুষ্পি তৌবা, মুর্ত্তি হকপা, দোলাই নত্ত্রগা গাড়ি লৈতেংবা, মৈ থানবা, নুমিৎ খূদিং লৈ পীবা, চন্দন নৈবা, ধূপচিংবা কৎপা, মনম নুংশিবা পোৎশিং কৎপা, অচা অথক্ কৎপা মুগা ফি অমসুং ফি মুর্ত্তিশিংদা কৎপা অদুগা অতৈ লৈতেংগী কৎপা পূম্নমক অসিবুসু খণ্ডনৈ।

পূজা হায়বসিদি মঙাল ফংলবা, আত্মা খণ্ডলবশিংনসু লেপ্তুনা চথগদবনি। শঙ্কর, রামানুজ, মাধব, গৌরাঙ্গ লোইনমক আত্মাশাক্ষাৎকার ওইরবা মঙাল ফংলবা তুংদসু পূজা তৌবদি লেপ্তুনা চৎথরম্মী।

অনুরাগ, মসিনা ঈশ্বরগী মফমদা থমোই পূক্লীং থক য়ূশিনববু খণ্ডনৈ। অনুরাগ হায়বা ব্রাহৈসিনা ইচম চম্না নুংশিববু খণ্ডনৈ অদুবু ভক্তিগী মতাংদদি মশক খণ্ডলবা অমনা ঈশ্বর মাগী লাইগী ওইবা অমদি মতিক ময়াই চাউবা গুণশিং অদু উরুবদগী ফাওরকপা নুংশিনদুবু খণ্ডনৈ।

"প্রহ্লাদনা হায় হে হরি! ঐনা নঙবু নীংশিংদুনা লেপ্তুনা ধ্যান তৌজরিঙৈদা ঐগী থমোইনা নঙবু নুংশিজবা অমসুং নঙোন্দা থক য়ূশিন্দুনা নুংশিবগী ঈচেল খক খকহনবীগনুকো।" বিষ্ণু পুরান ১.২০.১৯। ভক্তি হায়বসি অহৌবদা হেক্তা লাকই অদুগা হেক্তা চৎখি। মসি তশেংনা মপূংফারবা মতমদা ঈশ্বরগী খূয়া থম্বান্দা মতম পূম্বদা ভক্তগী ব্রাখন্না য়ূশিন্দুনা লৈ। মিৎকুপ অমগী শরূক কয়া থোকপগী মচেৎ অমত্তসু মাগী পূক্লীং মাগী ধ্যানগী পান্দম অদুদগী নাম্থোক্তে। মসিনি অনুরাগ হায়বদু।

## সূত্র ১৭।। কথাদষ্বিতি গর্গ:।।

গর্গ মুনিনা ভক্তি হায়বসি ঈশ্বর মাগী মঙান অমসুং অচৌবা মতিক ময়াই অমসুং মাগী মঙ্গল মথাগী [illegible] লীলা, অমসুং অদুগুম্বা মওংশিং অদুগী ব্রারী শাবদুনি হায়।

কথাদিষু, অশেংবা ব্রারী শাবা ( ঈশ্বরগী মরমদা মাগী মতিক ময়াই, মঙান থাবা অমসুং অদুগুম্বাশিং ( অনুরাগ, ভক্তি); ইতি, অসুম্না; গর্গ (মন্যতি - খল্লি)।

ভক্তিগী মুর্ত্তি ওইরবা গর্গ মুনিনা ঈশ্বর মাগী মঙান মতিক ময়াই মগুণগী মরমদা খনবা, অধ্যাত্মিকী ব্রারী ব্রাতায় শাবদা পূক্লীং লূপ্না অমসুং অসিগুম্বা মান্নবা

হীরমশিংদা থব্রায় য়াওববু ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অমসুং ঈশ্বর নুংশিবগী গুণ লৈবা কৌই হায়না হায়।

ঈশ্বরনা শায়োল্লকপগী ৱারীশিংসিমক্তবু আত্মাবু ৱাংনা পাংথংলি, আশাগী ময়োল চোংহল্লি অমসুং থমোইবু ঈরাং হৌহল্লি। মখোয়বু ভারগা অতাবগী থমোইদা ভক্তিগী মৈ চুথংগী। অবতারগী ৱারীশিংদা খঙঙমদবা অমসুং অচৌকপা অথুপ্পা ৱারীনা পিক থল্লি। পুকচেল শেংবা ভক্ত অমগী থমোইদি ভগবান শ্রী কৃষ্ণগী নত্রগা ভগবান শ্রীরামগী ৱারী তাজরগা থমোই পূম্বা পূমক্তুম শুদ্ধংলি।

ভগবানগী ৱারীশিং তারগা মীওইবগী পূক্নীংগী অমাংবা পূম্নমক শেংদোকপী অমসুং আত্মা শাক্ষাৎকারগী ঐ মশক খঙবগী ঈস্নাগা পুশিনবী।

কথাদিষু, কথা হায়বদি ৱারী লীবা হায়বনি। হায়বদি মফম অসিদা পাঠঃ, ৱারী ময়াম পাববু খঙনৈ। কীর্ত্তন (লনাই শকপা), সংকীর্ত্তন (ময়াম পুন্না পুংশেল যন্ত্র য়াওনা শকপা), জপ (লাইশোল তিনশোল তৌবা), হরিকথা (অধ্যাত্মিকী মরমদা ৱারী ৱাতায় শাবা) লাইশোল ভজন নত্রগা ঈশৈ নোংমাইশিং, ধর্মতত্বগী সাহিত্যশিং।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায় "ঐবু নীংবা ভক্তশিং অদুদি মখোইগী থমোইনা ঐঙোন্দা লূপশিন্দুনা মখোয়গী পুনশিদু ঐঙোন্দা লূপশিন্দুনা মখোয় অমগা অমগা পুন্দুনা ঐগী মরমদা ৱারী শানজরগা মখোয়না পেন্নজে অমসুং মখোয়না নুংঙাইজে।" অধ্যায় ১০/৯

নারদনা মতম পুম্বদা ভগবানগী মিংথৈ শোন্দুনা মযাই কানা ঙাওনা চৎচৈ। গৌরাঙ্গনা মশামক সংকীর্ত্তন্দা লূপশিঞ্জে।

পরিক্ষিৎনা শ্রীসুকদেবগী মফমদগী ভগবানগী মরমদা ৱারী ৱাতায় কয়া তাজরগা পেঞ্জে। ভগবান শ্রীসুকদেবনা হায় ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ৱারীশিং অদু থীজিঞ্জরগা মাগী মরমদা মহাক্না শন্দোক্না ৱারী শানজরগা, ... থমোইবু শেংদোকচৈ।

মফমসিদা মত্ খেন্নবা অমা লৈ। ভগবানগী মরমদা থাগৎপা অমসুং অচৌবা মগুণ থানবদা তাশিনবা অসিতনা অধ্যাত্মিকপু চাওখৎহল্লি। পরিক্ষিতনা শ্রীসুকদেবগী মচিন্দগী তাবা ৱাহৈভনা মরম ওইদুনা ঈশ্বর মাবু শকখঙজখি। মীওইবা

খূদিং নোংমা নোংমগী পুনশিদা অৱা অনা চৈথেং কয়ানা পীক থল্লি। মহাক মায়থীবা হেক হেক নংই অমসুং নীংবা কায়বা কয়া নংই। মঙোন্দা সংসার অসি অশাবা মৈফম অমগুম্বনি। মহাক্লা ভগবত্তা চংজে অমসুং ঈশ্বরগী মরমদা থাগৎচবদু তাই। অদুদগী মাগী পূক্লীংনা ঈশ্বরগী মায়গৈদা তপ্ন তপ্ন ওনশিল্লকই। দাকু রত্নাকরনা নারদবু উননরুরবা মতুংদা মাগী পূক্লীংনা ঈশ্বরগী মরমদা থনবা হৌরকখি।

## সূত্র ১৮ ॥ আত্মরত্যবিরোধেনেऽতি শাণ্ডিল্য ॥

শাণ্ডিল্য মুনিনা আত্মাগী নুংঙাইবদা তূংজবদা করিসু অকায় অতোই লৈরোই হায়না খল্লি।

আত্মরতি অবিরোধেন, আত্মাগী নুংঙাইবদা তূংজবদা করিসু অপনবা অকায় অতোই লৈরোই; ইতি, অসুম্না; শাণ্ডিল্যঃ, শাণ্ডিল্য মুনি; মন্যতে, খল্লি।

শাণ্ডিল্যনা, মসিনা আত্মাগী নুংঙাইবদা য়েংহল্লোইদবনি হায়না হায়রম্মী। শাণ্ডিল্যনা অসুম্নসু ফোংদোক্রম্মী "ঈশ্বরগী মরমদা চেৎনা থাজনা খঙ্গবদা অপন অরাক অকায় অতোই লৈতবা ফিভমদা লৈববু ভক্তি হায়না কৌই।"

ঐখোয়না ঈশ্বরগী মরমদা মাগী মফমদগী পূক্লীং অসিবু অসুম অসুম লাপথোকখিবা হায়বসিনা ভক্তিগী মরমদা সাধনা তৌবদা অপনবা পী। মসিগী ওন্ন তৈনবদা হীরম খূদিংমক্তা ঈশ্বরগা মরী লৈনহনবা অমসুং মাবু নঙগী পূক্লীংগী মিত্তা চেৎনা থাগোম্নজদুনা লৈরবদি মদুনা ভক্তিগী ইচেন্দা য়াম্না কনশিলহল্লি অমসুং মরা তাহল্লি।

ঈশ্বর মহাক্না নুংঙাইজবা হীরমশিংদা অপনবা পীদ্রবা অদুগুম্বা থবকশিং অদুনা ভক্তিগী লম্বীদা চাওখৎপা পী। অবতারশিং নত্রগা লাইগী শায়োনশিংগী লিলা নত্রগা মখোয়গী নুংঙাইনা শান্নজবগী ব্রারীশিং তারগা নত্রগা নৈনরগা ঐখোয়গী থমোইদা ভক্তিগী ঈহৌ য়াম্না চাউনা হৌহল্লি। অসিগুম্বা নুংঙাইবা অসি মীওইবগী থমোইদগী হৌরকই। মীওইবগী থমোইদগী আত্মাগী মথোইকাবা অৱাংবা থাক অদু অমুক হৌরকই। অসিগুম্বা আত্মাগী মথোইকাবা অৱাংবা থাক অসিনা অমুক ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা লূপচবদগী ময়াই কানা ব্রাস্তুরকপা ফিভমদগী লাকই। মসিনা ভক্তগী পূক্লীং ঈংহল্লি অমসুং মসিদি ভক্তগী মরম্নাই ওইবা অনুভবনি। থমোই ইহুনবু

ভক্তিনি হায়না লান্না খনগনু ।

ভক্তি হায়বসি ঈশ্বরদা পূংল্প লূপশিনবা হায়বা অসিনি, মসিনা ঐ নত্তগা আত্মাদা নুংশিজবা হায়বা অদুগা য়েৎনজবা করি অমত্তা লৈতে । ঈশ্বর হায়বা অসি জীব পূম্নমক্কী থমোইনুংদ থব্রাই আত্মা ওইনা লৈ । আত্মাদা ভক্তি লৈবা হায়বসি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা কৌই । বেদান্তগী মত্ মতুংইন্না ভক্তি হায়বা অসি অথোইবা আত্মা অদুবু খিবনি । শাণ্ডিল্যনা ঈশ্বরবু আত্মাগা অমত্তা ওইনা লৌই । নীংশিংউ পোৎশিংদা নুংঙাইবা অসি আত্মাগী অশেংবা নুংঙাইবা অদুগা করিসু য়েৎনবা নত্তে অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা হায়বা অসিসু থোইরেন থোইবা অচিকপা নুংঙাইবা পীবা আত্মাগী হুস্তরকপা মশেক মঙাল য়াওবা শক্তম্নি, ফোঙদোকপনি ।

ঈশ্বর হায়বসিমক্তবু অচিকপা অঈংবা হায়বসিগী শক্তম্নি । ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা পুম্নুনা হিংলিবা ভক্ত অদুনা মতম পূম্বদা ঈশ্বরগী ওইবা অথোইবা অচিকপা নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙমগনি । মহাক্কী মায়থোংদা ঈশ্বরগী মঙাল্লা কোয়শিন্দুনা লংগনি অমসুং মহাক্কী মায়থোং ফৃগায়না শাৎপা লৈঙুম মকা লামজগনি । মাগী মিত্তা ঈশ্বরগী লংলবা মঙালগী মশেক্ক ঙানবগুম লংনা ঙাঞ্জগনি । অদুগুম্বা ভক্ত অদুবু কোয়শিন্দুনা ফম্লিবা মীওইশিং অদুনা ঈশ্বরগী মঙাল ফংজগনি মরমদি মহাক্কা মাগী অকোয়বদা নুংঙাইবগী মঙাল শন্দোকই । (সূত্র ৬ তা হায়খি) । করিগুম্বা ভক্ত অদুনা খৎনগল্লবা অমসুং শাউগল্লবা, মাগী মায়থোং মকা লামদ্রবা, মহাক্কা শুকথগল্লবা অদু ওইরবদি মাগী সাঙ্গনা অদু অরানবা থরা লৈরে । মহাক আত্মাগী নুংঙাইবদু ফংদ্রে । নুংঙাইবা হায়বসি ভক্তিগীদি য়াম্না মরুওইবা অমনি । জীবন মুক্ত ওইবগী মসিনা অথোইবা য়ুম্ফম্নি, মখোঙনি ।

## সূত্র ১৯ ।। নারদস্তু তদর্পিতাখিলাচারতা তদ্বিস্মরণে পরমব্যাকুলতেতি ।।

অদুবু নারদনা, ভক্তগী মরুওইবা মগুন্দি ঈশ্বরগী মফমদা মপূংফানা মাগী থবক পূম্নমক পাঙথোকলিবা হীরম পূম্নমক লোইনা কখোকচবা অদুনি অমসুং মাবু ( ঈশ্বর) হেক কাউথোকপা মিংকুপ্তা মশা মতোমতা পূক্লীংদা অব্রাবা মৈচাক্লা

খাঙ্‌ঙমজদবা মতৌ অদুনি হায়না হায়রম্মী ।

নারদঃ, দেব ঋষি নারদ; তু, অদুম ওইনমক, অতোপ্পশিংদগী ইখেন খেন্নবা; তদর্পিতাখিলাচারতা, কনাগুম্বা অমগী মাগী থবক খূদিংমক অমসুং পাঙথোক্লিবা হীরম পূম্নমক অদু ঈশ্বরগী মফমদা আত্মা সমর্পনগা লোয়ননা কখোকচরবা; তদ্বিস্মরণে, মাবু হেক কাউথোকপা মিৎকুপ্পুদা ; পরমব্যাকুলতা , ঙমখৈ লৈতনা থমোইদা মৈচাক ফাওজবা; ইতি, অসুম্না ।

অসিগুম্বা খুইদগী ব্রাংলবা মতোন অসিবু করম্না ফঙদগে? হোয়, শোয়দনা ফঙনি । মসি ফঙ্‌ঙমদবা ওইথোক্তবা আদর্শতগী ওইবা নত্তে, মরমদি মসিগী খূদম য়াম্না লৈ ।

নারদনা মহাক্কী সূত্র অহুমদা ব্যাস,গর্গ অমসুং শাণ্ডিল্যগী ব্রাখলশিং পীখ্রে । সূত্র অসিদা মহাক্না মশাগী মত্ পীরি ।

সূত্র ১৬ তা ভক্তিবু থবক ওইনা ওন্থোকপদু তাকই, সূত্র ১৭ তা ব্রাহৈ ব্রাতাগী তাকই অমসুং সূত্র ১৮ দা পূক্নীংগী ভক্তিগী মরমদা তাকই । অশেংবা অধ্যাত্মিক পুনশি অমগীদমক্তদি ঈশ্বরগী মফমদা ব্রাখল, ব্রাহৈ অমসুং থবক্তা ভক্তি লৈবা হায়বসি য়াম্না মরূওই । পুনশিগী হীরম খূদিংমক্তা মপূংফানা আত্মা সমর্পন তৌদনা অশেংবা ভক্ত অমা ওইবা ঙমদে হায়না নারদনা হায় ।

ভক্ত অমনা মাগী ভগবানগীদমক মপূংফানা লৃপশিন্দুনা হিংলবদি মহাক অদু অশেংবা ভক্তনি ভক্তনা মাগী মবুংঙোবু নীংশিংজবদা ঙাইহক্তংবু লৎনরুরবদি মহাক ঙমখৈ লৈতনা পোত্থাফম খঙজদে অমসুং অব্রাবনা ফুম্বংনৈ । মসিনি নারদনা তাকপীরিবসি ।

নারদনা ভক্তিগী লম্বীদা ব্যাস,গর্গ অমসুং শাণ্ডিল্যগী ব্রাখলগা য়ৈখায়নবা অমত্তা লৈতে । মী খূদিংমক্না ঈশ্বরবু লাংচবা, মাগী মগুণ থাগৎচবা, ঈশ্বর মাবু নুংশিজবদা মশামক্কী আত্মামক্লি খন্না তৌজবসি তৌফম থোকপনি অমসুং মথৌ তাবনি । নারদনা পীরিবা ভক্তিগী সংজ্ঞা অসি ব্যাস, গর্গ অমসুং শাণ্ডিল্যনা পীরিবা সংজ্ঞা অদুগী ব্রাফম পূম্নমক ইশু শুনা য়াওরে অমসুং মিৎয়েং খূদিংদা মপূং ফারবনি । সংজ্ঞা অসি নীংথিনা মমুৎ তারবা সংজ্ঞানি । মসিদা ভক্তিগী মচি পূম্নমক লোইনা তাক্লে ।

তু, মসিদা নারদনা করি হায়রিবগে হায়বা অদুগা মমাঙগী ভক্তিগী সংজ্ঞাশিংগা করি করি খেন্নবগে হায়বা অদু তাকই।

পূজা তৌবা, ব্রারী ব্রাতাই লীবা, অসিনচিংবা পূম্নমক অসি নারদনা পীবা সূত্রগী মতুংইন্নদি হন্বা মখলগী ভক্তিগী মওংনি। পূজা তৌবা অমসুং ব্রারী ব্রাতায় তৌব মতমদদি ভক্তনা মাগী লৈজবা পুম্বা কৎথোকপা ঙমদে।

আত্মা সর্ম্পন্দদি ঐগী ওইবা ঐ হায়বা নাপন্ অসি মুৎথৎপগী ব্রাফম য়াওরি। ঐগী হায়বা ব্রাখল য়াওদনা ঐগী ওইজবা পুম্বা কৎথোকপগা লোয়ননা পাঙথোকপা থবক পুম্নমক, ভক্তি অমসুং অধ্যাত্মিকী অশেংবা পুনশিনদি অশেংবা মফম লৈ। মসিনি ঈশ্বরগী মফমদা অশেংবা কৎথোকপা হায়বদু। ঈশ্বরনা মদুদা ঙমখৈ নাইদনা পেনবী।

ভক্ত অমনা মাগী চান্নবী লোয়নবী নত্রগা লোয়নববু কাউবা ঙন্নক্রবদা পরম-ব্যাকুলতা ( অথোইবা নুংঙাইবা) হায়বদু ফংই। ভগবান গৌরাঙ্গ, মীরা অমসুং বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা মসিগী খুদম উংখি। মসিবু (বিরহাগ্নি) ভগবানগা কায়নবগী অব্রা মৈচাক হায়না কৌই। অসিগুম্বা থমোইগী ফিভম অসিদি ব্রাহৈনা থাবা ঙমদে। মসিদি পূক্লীংদা ফাওজগদবনি। মসিনা ভক্তগী থমোইবু কায়হল্লি। সূত্র অসিনা সূত্র ১৮ গা করি অমত্তা চয়েৎনবা লৈতে। মপূংফারবা ঈশ্বরখক্তদা তূংদুনা লৈজরবা ভক্ত অমনা বিরহ হায়বদু খক লৈতে। মহাক্তি মতম পুম্বদা ঈশ্বরগী অচীকপা শান্তিদা তূংদুনা লৈ।

## সূত্র ২০ ।। অস্ত্যেবমেবম্ ।।

ভক্তিগী অসিগুম্বা মপূংফাবা খূদম য়াম্না লৈ।

এবং এবম্, অসি অসিগুম্বা, অদু অদুগুম্বা; ( উদাহরণম্ , খুদম ); অস্তি , লৈ।

মথংগী সূত্রশিংদা নারদগী ব্রাখল উভুনা তাক্লি।

ভক্তি হায়বসি চপ চানা, মথক্তা উংখিব্রা লমচৎ পাউতাকশিং সূত্রশিং অসিনা হায়খিবশিং অসিনি।

## সূত্র ২১ ।। য়থা ব্রজগোপিকানাম্ ।।

খূদম ওইনা, ব্রজগী নত্ত্রগা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী মতাংদা ।

য়থা , খূদম ওইনা : ব্রজগোপিকানাম্ , ব্রজগী গোপীশিং,নত্ত্রগা ব্রজগী নত্ত্রগা বৃন্দাবনগী গোপীশিং ।

ব্রাফম অসিগীদমক শ্রীমদ্ ভগবতম্‌গী অধ্যায় ২৯ অমসুং ৩০ পাগদবনি ।

অচৌ অচৌবা শ্রীশুক,উদ্ধব,বাল্মিকী অমসুং অতৈ কয়া লৈন লৈন নারদনা খ্বাইদগী অৱাংবা ভক্তগী খূদম ওইনা লাইনিক লাইশু হৈতবী ব্রজগী গোপীশিংবু শৈথারম্মী । মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নমিন্নে অমসুং মখোয় মশাবু মপুংফানা মবুংঙোগী মফমদা ভক্তি লৈজবদ্ উংলি ।

গোপীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মপুংফাবা ভক্তিগা লোয়ননা শান্নমিন্নবদুদা মশা মশাগী নুংঙাইবা , মিংচৎ,ইমুং মনুংগী চৎনলোনচৎ পুম্নমক করি অমত্তা থওইরমদে । মখোয়না হায়বম্মী, "ঐখোয়না য়েংখি য়েংখিবা মায়গৈদা, অমঙবা নোংগী মরক্তা, ঐখোয়গী মূরলী মিৎ নহাগী মনুংসিদা, তোমাল পাম্বী পুম্নমক্কী অমম্বা উনাশিংগী মরক্তা, য়মুনাগী শংবান্নবা ঈশিংগী মনুংদা, পুম্ন মক্তা শ্যাম মাতব উজে ।"

অশেংবা অমসুং ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বা অসিনা থোংমান্নবা মচৎ অমা ভশেংলাক্নী । মসিনা মান্নদবা পুম্নমক লোয়না লৌথোকখি অমসুং নায়ক অমসুং নায়িকা অনীগী মশা মশাগী পুম্নমক নাৎকননী । মাকনী অমগী নুংগী শক্তমশিং অদ নুংশিবিনা মী অদুগী লম্লগা অমত্তা ওইশিন্নরকই ।

গোপীশিং অসিদ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংগী পূমথোই থোইবনি । গোপীশিংনা মবংঙোবু নংশিজবা অসিদ ব্রাহৈনা শিংথাবা ঙম্বা নত্তে । মখোয়না মখোয়গী হকচাং পুম্নমক পুম্না থৱায় অমসুং খমোইগী লৈজবা পুম্বা ভগবানগী মফমদা কত্থোকখিন্নী । মখোয়না ভগবানগী মিংচৎ মিংলেনবু খোঞ্জেল ব্রাংনা খমোইগী ঈতম্না খোঞ্জেল নিক্ল নিক্ল মতম পুম্বদা শকচরম্মী ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দা হায়, " নখোয় পুম্নমক্না ঐগীদমক্তা নখোয়গী য়ুমগী অফা লাম্না পুম্নমক থাদোক্লে । ঐনা লাইরৈবাক্কী পূনশি অমা চূপ্পা হোৎনদুনা

নখোয়গী লমন্দি শিংবা গুন্নরোই । নখোয়গী থৌজাল হৈবা থৌজালতনা ঐবু মসিগীদমক ঙাকপীয়ু ।”

ভগবান্না হায়, “ গোপীশিংনা মখোয়গী থব্রায় হকচাং, থমোই লোইনা ঐঙোন্দা কখোক্রে ।মখোয়না ঐবু মখোয়গী পুনশিনি হায়না খল্লি । মখোয়না ঐগীদমক খন্দুনা মখোয় মখোয়গী খ্বাইদগী নক্নবা মরী মতা ফাওবা থাদোক্রে । ঐনা মতম পুম্বদা ঐগীদমক হায়দুনা সংসারগী নুংঙাইবা পুম্নমক থাদোক্নবা মীশক অদুবু ঐনা শৌগৎলি।” ভগবত অধ্যায় ১০/৪৬, শৈরেং ৪ ।

রাসলিলাগী অথুপ্পা অসিদি অপাম কল্লক পোক্নবা অশেংবা থমোইতনা খঙবা ঙম্মী । থমোই শেংলবা মীশিংতনা গোপীশিংগী ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবা অসি খঙবা ঙম্মী । গোপীশিং অসি পুংথোই থোইবা ব্রাংলবা থমোই চেনবা মীওইশিংনি । মখোয়বু মীওইবগী বিচারনা মশক লেপ্পা তৌরোইদবনি ।

বৈষ্ণব সাধুশিংনা গোপী প্রেমদগী মখোয়গী ভক্তগী অব্রাংবা ব্রাখল পোকচৈ । নিম্বার্ক, জয়দেব,গৌরাঙ্গ অমসুং বল্লভনচিংবা মখোয়গী থর্মগী য়ুম্ফম পুম্নমক অসিগুন্নবা বৃন্দাবন লিলা অসিদা শাগৎলি ।

নাম্মলবার,শ্রীচৈতন্য,জয়দেব পুম্নমক অচৌ অচৌবা ভক্ত ঙাক্তনি ।

গোপীশিংনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী থুম্না থম্বালদা মখোয়গী থবক পুম্নমক কখোকচৈ । মখোয়না মখোয়গী মরক্তা মবুংঙো কৃষ্ণবু মিৎকুপ অমত্তং উজদবদা থমোই শোক্না ব্রাজে । মখোয়না মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী খোয়থুন্নবা, থোংনা মেঙলবা বাঁশিগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয়গী ময়ুম ময়ুমদা শঙ্গোম শুন্নম্বদগী হন্দোকক্নুনা চেল্লক্রম্মী । কৃষ্ণ প্রেমদা লুপখিদুনা মখোয়না মখোয়গী নুংশিথোইরবা শ্রীকৃষ্ণনা লৈরিবা মফমদুদা মখোয় অমগা অমগা উনদনা চেনশিন্নরক্রম্মী । খরনা শঙ্গোম শৌবা ঙাইরমদনা চেল্লক্রম্মী; খরনা মখোয়গী লৈরংদা তল হৌরিবা অদু হন্দোক্নুনা চেল্লক্রকম্মী; মখোয় খরনা মপুরোইবগী সেবা তৌরম্মী অমসুং মখোয় খরনা মশাগী চাক ঈশিং চাজরম্মী । তৌইগুম্বসুং মখোয় পুম্নমক্না মশা মশাগী থবক তংখায় চল্লবা অদু ফাওবা লোইনা থাদোক্নুনা চেন্নরক্রম্মী । মখোয়না য়ুমগী থবক থাদোক্রম্মী ,ফিজেৎ লৈতেং ওন্ন তৈননা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী নাক্ত চেন্নরক্রম্মী । মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংলক্নবদা উপাল ব্রাপালশিং অদুদা মখোয়গী মবুংঙোবু উব্রা হায়না হংজরম্মী । মখোয়না উরী উনা,লৈবাক অমসুং শজি শঙাইশিংদা মবুংঙো কৃষ্ণবু হংজরম্মী ।

## সূত্র ২২ ।। তত্রাপি ন মাহাত্ম্যজ্ঞানবিস্মৃত্যপবাদ :।।

মফম অদুমক্তসু ( হায়বদি গোপী প্রেম অদুমক্তসু ) ভগবান মাগী মতিক মগুণ মঙালবু কাউথোক্লবগী থোইদোকপা মরম অমত্তা লৈতে ।

তত্র, মফম অদুদা, হায়বদি, গোপীশিংনা উৎলিবা প্রেমগী খূদম অদুমক্তদা; অপি, অদুফাওবদা; ন, নত্তে, ওইদে; মাহাত্ম্যজ্ঞানবিস্মৃত্যপবাদঃ, ভগবান মাগী মতিক মগুণ মঙাল কাউথোক্লবগী থোইদোকপা মরম ।

ঈশ্বর মাগী চীংলেম্বা, মতিক ময়াই অচৌবা, ফজবা পূম্নমক অদু মপূংফানা জ্ঞান তানা খঙলবতদা, ভক্তগী পূক্নীংদা, মমিত্তা ইবুংঙো মাবু নুংশিনিঙাই, লাৎচনিঙাই ওইবা খ্বাইদগী মরূওইবা মহাক্লি হায়বা ব্রাখল অদু হেনগৎলকই । ঈশ্বর মাগী নীংথিবা ,চীংলেম্বা মতিক ময়াইবু নীংথিনা খঙদনা অধ্যাত্মিক চাওখৎলক্লবগী অশেংবা ভক্তি অদু অকনবা শাফু অমা য়াওনা মরক তত্তনা চথবা ঙমদে ।

গোপীশিংনা অথেংবা অহিংগী থাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা জগোই শাদুনা লেনমিন্নে অমসুং অদু ওইদুনসু মখোয়না মবুংঙোগী ঈশ্বরগী ওইবা গুণশিং মাগী পূম্নমক উবা, মাগী পূম্নমক ঙম্বা শক্তি অদুবু মিৎকূপ অমত্তসু কাউঙমদে মখোয়না মবুংঙোবু তাইবংসিগী থব্রায়নি অমসুং মখোয়গীসু আত্মানি হায়বসি খঙজরম্মী ।

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর মশামক্লি খঙদুনা অমসুং সচ্চিদানন্দগী শক্তম্মি খঙজদুনা মখোয় লোইনা মশা পূন্না কখোকচৈ । মখোয়না শ্রীকৃষ্ণদা হায়জৈ " নঙদি থোইরেন থোইবা অহানবা পুরুষ, পুরুষোত্তম অদুনি, লাইয়ামগীসু ঙাকপীবা মবুংঙোনি । নঙনা পূম্নমকপু উরি খঙলিবা মপুনি । নঙনা তাইবং পূম্নমক অসিবু ঙাকপী শেনবীগে হায়দুনা শায়োন তৌবীরিবনি ।"

সংসারগী মনুংদা লেল্লিবা মীওইশিংনা মখোয়গী থমোইনুংদা অপাম নুংশি কল্লকপগী ঈহৌনা পীক থন্না লৈরিবদু গোপীশিংগা লোয়ননা রাধাকৃষ্ণগা বৃন্দাবন লিলা অসি তাজরগা শেংলবা ঈশ্বরগী প্রেমসিনা উপায় ওইদুনা, মুথৎচনবগী উপায় পারা অমনি ।

অসিগুম্নবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লিলাবু ইবীরম্লিবসি শেংলবা ব্যাস মুনিনি; অদুগা ব্রারী অসি লীবীরম্বনা মহাক্কী মচানুপা খ্বাইদগী চাউরবা শ্রীশুকদেবনি । ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অভ্রং ওইরম্মী । মরম অসিনা লিলা অসিদা, মদুবু খঙদবা, অপঙবা, বুদ্ধি

তোলোম্ব, অপাম মিহৌ কল্লকথক্ত উবা, সংসারগী মপাল্লোমদখক্ত য়েংবা, ইন্দ্রিগী নুংঙাইব খক্ত খনবা মীওইশিং, মতিক চাদবা মীওইশিং মখোয় অদুনা শাগুল্লা নেম্বা, পাদোংনবখক্ত খনবা, শারমচংনা মচৎ ওইবা মীওইশিং অদুনা শেংদে মোৎলি হায়রিবা দোষ অদুগী উফুল মন্নীক অমত্তসু লিলা অসিদা পক্তে।

দণ্ডক উমংগী ঋষিশিংনা মবুংঙো রাম্বু চেংনা থাগোম্নজনীংলম্মী। ভগবান রাম্না তাকপীরম্মী, "নখোয়না বৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা লোইনা পোকচরুরো, অদুগা, নখোয়না ঐমক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণবু থাগোম্নজবা ফঙ্গনি।" মসিনি রাস লিলাগী অথূপ্পা।

তত্র অপি, অদু ফাওবদসু;

গোপীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মপাম্মোংগী হকচাংগী লীপুন নপশিনবগী মওং উরবসু মদুদি ভক্তিগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা মখলগী মওংনি।

গোপীশিং মশাগী ওইজবা অমত্তা য়াওদ্রবীশিংনি। মখোয় কল্লক চাওবী অমত্তা নত্তে। গোপী পূম্নমক অমত্তা ওইনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী সেবানা পেন্ননবা হোৎনজে। গোপীশিংনা নুংশিজরিবা অসিনা মশাগী মরম্নাই নুংশিবা ওইরম্রবদি, গোপীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অমবু নুংশিখিবদা অতোপ্পা গোপী অতৈনা খাঙবা ঙম্রম্রোই।

গোপীশিংনা মীওইবা অমগী নুংশিবদু থিদে ,মখোয়না ভগবান মশামকপু নুংশিজনবা থিরকই।

মীওইবনা অৱা অনা অমসুং চৈনা কয়া নংলিবসি করিগীনো ? মসিগী মরমদি অপঙবা নত্তুগা মায়ানা মরম ওইদুনা মহাক্না ঈশ্বরবু হেক হেক কাউথোক্লুই। মহাক্কী থমোই অদুনা তরু তরুনা ঈশ্বর মাগী মতিক মঙালবু নীংথিনা নীংশিংজদুনা থন্নিবা মহাক অদুনা মিংরূপ অমত্তংসু মহাক্পু কাউবা ঙমদে। ঈশ্বর মাবু শ্বর হোন্দোক হোঞ্জিন অনীমক্তা খক কাউগনু। মতম পূম্বদা গীতা অমা নখূত্তগী থাগনু, মালা অমা ঙকশমদগী থাগনু।মাগী মিংথৈ লেপ্প লৈতনা শোঞ্জো। ভক্তশিংগা মতম পূম্বা লোয়নৌ। ভগবত, নত্তুগা গীতা, নত্তুগা রামায়ন অমা লেপ্পা লৈতনা নিতিগী নৈনৌ। মদুতনা নঙনা মাবু ফংজগনি।

নঙগী নথৌ মশীং হম্হল্লু। সত্য ব্যবহার অচুম্বা লমচৎ চৎলু। অপাম্বা হম্হল্লু। পূৱীং ময়োল চোংখৎলক্লিবা অপাম্বশিং মাঙহল্লু। নোংমাইজিংদা নঙগী

জপ মশীং হেনগৎহল্লু । ইষ্টর নত্তগা কালেন নত্তগা খৃষ্টমাস ছুটিশিংদা লাক্ষ মরি জপ তৌদুনা অনুষ্ঠান জপ সাধনা তৌ । জন্মাষ্টমিদা অখণ্ড জপ, নত্তগা ভগবত অখণ্ড পাঠ,নত্তগা অখণ্ড কীর্ত্তন নুমিৎ ৭নি চূপ্না তৌ । নুমিৎ তরেৎ অসি উহৈ অমসুং শঙ্গোমতমক চাদুনা নশামক্লা শুজ চামজবা ফিরোল শেত্তুনা লেম্লু । মৌন ব্রত্ত নত্তগা ব্রহ্মচর্য্য পালন মপূং ফানা তৌ । য়ুমগী মীওই খুদিংমক্লা নিয়ম অসি চেংনা ইনগদবনি । অদুদদি ঈশ্বর মাবু কাউবা থক লৈররোই । ঈশ্বরদি নওগী নাক্ত লৈরিবনি । নওগী য়ুম অদু বৈকুণ্ঠ ওইরগনি । ভগবান্না হায় " হে নারদ! ঐদি বৈকুণ্ঠদসু লৈতে , যোগীশিংগী থমোইদসু লৈতে, ঐদি ঐগী ভক্তশিংনা মথোইকানা ঐগী মিংবু শোল্লিবা মফম অদুদা লেঙদনা লৈ । " নাহং বসামি বৈকুণ্ঠে, যোগীনাং হৃদয়ে ন চ মদ্ভক্ত যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি হে নারদ।"

## সূত্র ২৩।। তদ্বিহীনং জারাণামিব ।।

মহাকপু ( নুংশিফম থোকপা অৱাংবা ভাব য়াওনা নুংশিরুবা হায়বদি ভগবানবু ) য়াওদনা নুংশিরুরিবা অদুদি কনাগুম্বীনা মাগী মরুম্বী অদুবু পূংপাম পামদুনা ঙাইবদুনি ।

তদ্বিহীনং ,মদু য়াওদনা, মদুগী জ্ঞান অদু য়াওদনা ( ভগবানগী মতিক ময়াই মাগী লাইগী ওইবা মতিক ময়াই); জারাণাম্, নুপা নুপীগী নত্তগা মরুম্বীগী অনেম্বা চৎনবীগী ৱাংমদা লোন্না ঈথৌ লাংবগী পূক্লীং মচৎ । ইব, অদুগুম্ন ।

তৎ নত্তগা মদু হায়বসিদি " নুংশিবা " হায়বনি । অধ্যাত্মিক্কী অৱাংবা অমসুং ভক্তি য়াওদনা নুংশিবা অদুদি নুপী অমনা মাগী মরুম্বী অদুবু মথং মথং খাদোক্তুনা নুপা অমদগী নুপা অমদা অৱেপ্পা মচৎ য়াওদনা, অমদগী অমনা হেন্না পামশিল্লকুনা ; কোইহোং হোংনা নুংশিবা অদুগা অমত্তনি ।

গোপী প্রেমদি জ্ঞানগী ঈপাক্তা লূপশিল্লবা অধ্যাত্মিক্কী ভক্তি প্রেম্না থুম্নৎলবা মনুংশিনি । মসিদি য়াম্না শেংবা মওংগী মনুংশিনি । মসিদি সুদ্ধপ্রেমনি।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈজবা গোপী প্রেম অসি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা য়েংবা পূক্লীংনদি করিগুম্বা থরা লাক্তক্লা য়েংবা য়াবা লৈ । নারদনা অনেম্বা পূক্লীংনা হুমদুনা ভক্তিগী লম্বী চৎলিবা ভক্তশিংনা লান্না লৌদনবা অকনবা ৱারক পী ।

গোপীশিংদি নিশাদা লূপ্লবা অঙাওবীগুম ওইগ্রবীশিংনি । মখোয়দি ঈশ্বর নিশাদা ঙাওরবীশিংনি । মখোয়দি তাইবং পুনশিবু পুংকাউ কাউগ্রবীশিংনি । মখোয় পূম্বা অধ্যাত্মিকী শান্তি ঈপাক্তা লূপচরবী ঙাকত্তনি । মখোয়গী পূক্নীং অমসুং ইন্দ্রি পূম্নমক মথৌ লেপখ্রবীশিংনি । মপাম্মোংগী পোৎ অমত্তনা মখোয়গী পূক্নীংবু লেঙ ওৎহনবা ঙমদ্রবীশিংনি ।

অধ্যাত্মিক প্রেমদি পূংশেং শেংলবনি অমসুং লূরবনি । ঈশ্বরবু নুংশিবা নত্তবা অতৈ নুংশিবা পূম্নমক লোইনা চুমদবা নুংশিবনি । করিগুম্বা জীব অমবু ঈশ্বরগী ভাবনা য়াওদনা জীব অদুমক ওইনা নুংশিরুবা হায়বসি চুমদবনি । শেংদবা ওইজনামগী নুংশিবনা মীওই অমগী থমোইবু দাগ চুহল্লি, মোংহল্লি ।

অপাম কল্লক থমোই ইহুন হায়বসি নুংশিবা শুকুৎ নত্তে মসিদি শাগী ঈহুল্লি । মসিদি পাদোংনীংবগী মনুংশিনি । মসি শাগী মচৎনি । মসি মথং মথং হোংবা পাম্মী । করিগুম্বা নুপী অদুনা অশোয়বা অমদগী মাগী ফজবা অদু মাঙগ্রবদি মাগী নুপা অদুনা মাবু খাইনবীগনি । অদুগা অত্রেপ্পা নুপী অমা অমুক লুহোংথিগনি । ফিভম অসি পৃথিবীথক অসিদা অসুম চত্থরিবনি । অদুবু, ভক্তিদি অশেংবা প্রেম ওইগদবনি । মসিদি সুদ্ধ প্রেম্মি । মসিদি হোংনাইদবনি । ভক্তনা মতম পূম্বদা ভগবান মাগী মতিক ময়াই চউজবা অমসুং মঙাল মশেক্কী চীংলেম্বদু খঙজে মতম পূম্বা মাঙহন্দনা থমজে । মহাক্কী ইষ্ট দেবতাদি মাগী সোর হোন্দোক হোঙ্গন্দা লোয়নজরবা প্রাণনাথ নত্রগা প্রাণবল্লভ হায়বদু ওইদুনা লৈজে । মসিগী ফিভম অসিদগীনি মহাক্কা ভক্তিবু য়োকখৎচরিবা, ঙাক্তুনা থমজরিবা অমসুং মপাঙ্গল কনখৎহল্লিবসি । অসিগুম্নবা ভগবান মাগী অচৌবা মফম অসি ভক্তগী থমোইদা কনখত্তুনা থম্বা ঙমদ্রবদি, ভক্ত অদু ভক্তি লৈতে । মসিগুম্বা মনুংশি অসিদি নুপা নুপী অনীনা নুংশিনবা অদুগা চপ মান্নে, অমত্তনি । মাগী ভক্তি অদুদা চীংলেম্বা অমত্তা য়াওদে । গীতাগী তরাশুবা অধ্যায়, মদুদা ঈশ্বরগী বিভূতি পূম্নমক উৎলিবা মতাং অদু নীংশিংলগা ঈশ্বরগী মতিক মঙালগী অচৌবদু থমোইনুংদা য়ানীংনা ঙাক্তুনা থম্বা ঙমগনি । ভক্তি হায়বা অসি পূংথোই থোইবা অফবা অশেংবা অদুথক্তি । মসিনা আত্মা অসিবু খূদক্তা অধ্যাত্মিকী অত্রাংবা থাক্ মতিক মগুণ (মহিমা) অদু খঙজরবদা, সংসারগী অপাম্বা পম্বা মাঙখি অমসুং সংসারগী লীপুন কায়খি অমসুং মহাক্কা ঈশ্বরবু উনীংবগী থমোইগী লাংতক্রদু মচিন ভূমখৎলকই ।

## সূত্র ২৪ ।। নাস্ত্যেব তস্মিস্তৎসুখসুখিত্বম্ ।।

মদুদা, হায়বদি চুমদবা নুংশিবদুদা, (মাগী নুংশিবদুদা) অতোপ্পগী নুংঙাইবদি অমত্তসু য়াওরল্লোই।

তস্মিন্ , মদুদা ( নুংদা লৈবা অরোৎপা নুংশিবা ), মদুগী মনুংদা পরকীয় ভাবকী, অতোপ্পগীনি খন্ন লোন্ন-থৃশ্ন থমোইদা লাত্তুনা নুংশিবগী মতৌ; তত্ সুখসুখিত্বম্ , অতোপ্পগী নুংঙাইবদা নশাগীসু নুংঙাইজবা ; ন, নত্তে; অস্তি , লৈরিবা, ওইরিবা; এব, তশেংনমক।

অদুগুম্বা মখলগী নুংশিবদুদা, মী অমগী নুংঙাইবদুদা অতোপ্পগী নুংঙাইবদি মচেৎ অমত্তসু য়াওদে।

গোপীশিংগী নুংশিবদি, মাগী নুংশিথোইবদু ঈশ্বর মশামক্তা ওইরবনি। মখোয়গী মশাদা হকচাংগী শোক্র শম্নবগী অপাম্বা মচেৎ অমত্তসু য়াওদে। মখোয়না মখোয়গী লৈজবা পুম্বা লোইনা কখোত্তুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনবতা পামজৈ।

মখোয়না অসুম্না সেবা তৌজবসিনা মপান্ নাইদবা নুংঙাইবা ফংজৈ। মখোয়গীদি মতাং অসিদা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা মচেৎ অমা য়াওবা নত্তে। ইন্দ্রিগী খৌরাংবা অসিদি লনাই তানবা অপাম কল্লক্কী ঈহন্নি। মসিনা অতোপ্পদগী পেলহন্নবগীতা থি, তৌইগুম্বসুং ঈশেং শেংবা অধ্যাত্মিক প্রেম্না মাগী চান্নথোইবা অদুখক্তবু নুংশিজৈ অমসুং মহাক্না ( নুংশিবদুনা) পেল্লগা পেজ্জে নুংঙাইরগা নুংঙাইজৈ। মশাগী ইন্দ্রিগী অপেনবা ফংননবা থিরিবা অপাম্বদুদি কাম নত্তুগা ইন্দ্রিগী অপাম কল্লক ঈহন কৌই। কামগী পান্দমদি মী মশা অদুগী ইন্দ্রগী পেন্ননবা থিজবনি,অদুগা প্রেম নত্তুগা অশেংবা নুংশিবা হায়বা অদুদি শ্রীকৃষ্ণ নুংঙাইহন্নবগীদমক নুংশিবা আদুনি। গোপীশিংনা মশাগী নুংঙাইনবগী করি অমত্তা য়েংদে। শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইজবা অদুখক্তা মখোয়গী থবক পুম্নমক্কী পান্দম্নি। মখোয়না নুংঙাইবা পুম্নমক অমসুং সংসারগী ওইবা থবক পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণবু লাৎচনবগীদমক্ অমসুং মাবু নুংঙাইহন্নবগীদমক থাদোক্রম্মী। গোপীশিংগী মফমদা কাম্ নত্তুগা ইন্দ্রিগী অপাম কল্লক্কী খুদম অমত্তসু উবা ফংদে। মখোয়গী নুংশিবদি থোইদোক্লা শেংলবা, অধ্যাত্মিক্কী অমসুং তুরীয় অবস্থা খঙঙমদবা ফিভম অদুগী মতৌনি।

মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মখোয়গী লৈজবা পূম্নমক কখোকলম্মী । মখোয়না মখোয়গী হকচাং পূক্লীং বুদ্ধি মন্নন মথুম মথোক কারকপগী মতৌ অমসুং পুনশি লোইনা কখোকচরম্মী । মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু মিৎকূপ অমত্তং কাউথোক্লবা মতমদা পোত্থাফম খণ্ডলমদে । মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী পূংথোই থোইবা অচৌবা মতৌ অমসুং মাগী মতিক মঙাল পূম্নমক খণ্ডলম্মী । মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবদা নুংঙাইজরম্মী । মখোয়গী নুংঙাইবদি মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী )নুংঙাইবগী মখা পোল্লি । গোপীশিংগী ব্রাংলবা পূংহেন হেন্না পেঞ্জবগী ফিভম অসি শীংথারুবা ঙম্বা নত্তে ।

অমোৎপা নুংশিবগী মফমদদি কখোকপগী মচাক অমত্তা য়াওদে । মফম অসিদদি হকচাংগী অপাম্বা য়াওবা নুংশিবদুতনি । মসিদা ওইজনাম থিবগী মচৎনা থুম্কৎলি । মন্তিক্লদুনা নুংশিবগী মচৎ অমা লোয়নরি ।

অধ্যাত্মিক নুংশিবদদি ভগবানগী মফমদা লোইন্না কখোকপগী ব্রা য়াওরি । মতাং অসিদা ঐ ইশাবু পূংকাউ কাউথোকপদুমক্লি । ইশাগী ওইজনামগী ব্রা মচেৎ অমত্তা য়াওদে । ভক্তনা মশাগী নুংঙাইনবগী ব্রাথল মরিক অমত্তসু খঞ্জদে । মহাক্না মাগী নুংশিজরবা মবুংঙোনা নুংঙাইনবগীদমক অব্রাবা কয়া খাঙজগে হায়না থৌরাং তৌদুনা লৈ ।

মন্তিক্লদুনা নুংশিনবদদি নায়ক অমসুং নায়িকা অনীগী মনুংদা অশেংবা নুংশিবা হায়বা অদু ফংবা শুকঙম ঙমদে । মপুরোইবনা নারবদা নুপীনা বেঙ্ককী পাস বুক পুদুনা মপামদা চৎননবা হোৎনরক্কদবা মঙাই । মপুরোইবগী থবক মাঙলবদা নুপীওইবীনা মমায় শুক্তোরক্কনি , ব্রাচোই ঙাঙলক্কনি অমসুং মপুরোইববু নীংথিনা সেবা তৌনীংলক্রোই । মসিদি ওইজনামগী য়েংদুনা নুংশিবনি । থমোইগী অচেৎপা নুংশিবা হায়বা অদু অমত্তা য়াওবা নত্তে । মরম অসিনা য়ুমদুদা খৎনবা, ফূনবা অমসুং শান্তি লৈতবা ফিভম খক্তা ওইদুনা লৈ । মপুরোইবা অমসুং নুপীগী মরক্তা থমোই অমত্তা ওইবগী মওং মতৌ লৈতে । মখোয় অমনা অমবু ঙম্নবা থৌরি চিংনদুনতা লৈ । মখোয় মওং অমা অমা তৌদুনা অদুম ব্রানা মায়থোং ইমক মকশিন্না হিংঙমদনা হিংবা হোৎনগনি ।

ঐখোয়গী ঈজ্জৎ লৈখা তারবী ইচে ইচন ফাওবা মতম খরগীদি মখোয়গী শকথঙনজবশিং অদুগা য়াম্না নুংশিনবগুম, মায়থোং মোমোন নোকশিন্নদা মখোয়না পৈশা লৌথোকপা ঙন্নিব মতম মথৈ চিনবান্দা থোহি তৈবা ব্রাহৈ শীজিন্নগনি । নখোয়না

মখল অসিগী নুংশিনবা অসিবু অশেংবা নুংশিবা অমসুং অশেংবা নুংঙাইবা হায়না কৌনীংবরা ? থমোই শেংনা ঐঙোন্দা হায়য়ু । মখোয়গী নুংশিনবদুদা মবুকচেল খোয়বা, শরৌ তৌবা, ফংনদবা অমসুং লৌনম চিরোল য়াওরি ।

---

# ভক্তিনা মকোক থোংলকপা

সূত্র ২৫ ।। সা তু কর্মজ্ঞানযোগেভ্যোऽপ্যধিকতরা ।।

মসি ( অথোইবা ভক্তি ) কর্ম জ্ঞান অমসুং যোগদগী হেন্না ব্রাংই ।

সা, মসি ( হায়বদি পরা ভক্তি ); তু , অমুক হন্না; কর্মজ্ঞানযোগেভ্যঃ, যোগ অহুম অসিদগী হেন্না ; অপি , ফাওবা; অধিকতরা , হেন্না ব্রাংই, হেন্না মথক থোংই হেন্না চাউই ।

সূত্র ২৫ দগী ৩৩ ফাওবা পরা ভক্তিগী ব্রাংবা, থোইবগী মরমদা নৈনরি । কর্ম, জ্ঞান অমসুং যোগদি ফল অমা ফংননবা লম্বানি অদুনা ভক্তিদি মশামক অদুন ফলসু ওইরবনি ।

ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনা পূনশিন্দুনা ছিংলিবা যোগী অমনা ঈশ্বর মানা তাইবং শীনবা থুংনা লৈরিবা অমদি সংসার অসিদা মহাক্না মফম থৃদিং মথৌ পাঙথোক্লিবা পূম্নমক অদু মপূংফানা নীংথিনা থঙজে ।

ভগবানবু নুংশিবগী থৌজাল ফংজদ্রিবা মী অমনা, ভক্তিনা থমোইবু চামথোক্লিবা মী অমনা, কৈদৌঙৈদসু ওইজনাম থিদবা কখোকপগী মওংদা থবক তৌবা শুকঙম ঙমদে ।

অশেংবা ভক্তি য়াওদনা, মী অমনা ঈশ্বর মাগী মচৎ মওং খঙজবা ঙমদে ।

হৌগৎলকপদা নঙনা নঙগী ইমুংগী মফমদা নত্ত্রগা দেশকী মফমদা নশাগী নথৌ পাঙথোক্কদবনি । তৌইগুম্বসুং নঙগী থমোইদি অসুম অসুম পাকথোকহনগদবনি । নঙনা মীওইবা পূম্নমক নঙগী ইমুং মনুং ওইনা খনগদবনি, পৃথিবী পূম্বা নরৈবাক ওইনা উগদবনি, সংসার পূম্বা নঙগী য়ুম্নি অমসুং নশামক্কি হায়না খনগদবনি ।

ভক্তি হায়বা অসিগী মখা তানবা অমা অমুক লৈত্রে, মানা লোইরে । জ্ঞান অমসুং যোগদা অমুক হন্না লৈখা তারক্লবগী মরম লৈ । ভক্তিগী লম্বীদা চৎচবদি ভক্তনা ঈশ্বরগী মফমদগী মপূংফাবা চৈঙাক অমসুং মতেং ফংবনিনা অমুক হন্না

অব্রাবা অরুবা থেংননবগী ব্রাফম লৈতে। অসিগীসু মথক্তা ভক্তিগী লষীদি শাগৈ জাৎ, ফূরুপ, নুপা, নুপী নক্তুগা অধ্যাত্মিক থাক নাইদে, পূম্নমক্তা ইচন চম্লে।

কর্ম হায়বসি ধর্ম শাস্ত্রনা য়াবা মতুংইন্না ধর্মগী ওইবা থবক থৌরম পাঙথোকপা অমসুং কনাগুম্বগী মথৌ নীংথিনা, পাঙথোকপা অদুনি। মসিদা পল্লিবসি বর্নাশ্রম ধর্ম অদুবুনি। নিত্য কর্ম হায়বদি সন্ধ্যাবন্দনমচিংবা য়াওরি অমসুং নৈমিত্তিক কর্ম হায়বদি মতম মতমগী নক্তুগা মরক মরক্তা থোরকপা থবকশিং য়াওরি। থমোই অসিদি অসিগুম্বা কর্মশিং অসি নীংথিনা পাঙথোক্লগা শেংদোকপা য়াই অমসুং ঈশ্বরগী মঙাল অমসুং অশেংবা জ্ঞান থমোইদা ফাওরকই।

কর্মযোগী অমনা থবকপু লাইনীংবনি হায়না লৌই। মসি তৌফম থোক্তুনা তৌরিবনি হায়না লৌই। কনাগুম্বা ফলগী করিগুম্বা অমত্তা য়েংদনা মশাগী ওইজবা য়াওদ্রবা থবকশিং অদু তৌরগা ঈশ্বর ফংনবগী অশেংবা থবক হায়রবদু ওই। ওইজনাম থিদবা থবক্তা অফা অপূনগী ওইবা লীপূন অমত্তা লৈতে।

কর্মযোগী অমনা অখাঙকনবা, তিন্নহৈবা, মীনুংশি লৈবা, পূক্লীংগী মিৎয়েং মান্নবা থম্বা, পূক্লীং চাং খল মান্নবা থম্বা, পূম্নমকপু নুংশিবা, অখাঙকনবা, নোল্লুকপা, থমোই চাউবা, পীনহৈবা, পূকচেল চাউবা, মশাবু লাকশিঞ্জবা, অশাউবা লাকশিনবা, অচুম্বা চৎপা, চবা থকপা তুম্বদা ময়াই ওইবা, চম্না হিংবা, থমোইগী অখাঙকনবা, হায়রিবা গুণশিং অসি নীংথিনা চাওখৎনবা হোৎনগদবনি।

কর্মযোগ হায়বা অসি ইচ্ছাশক্তি হায়বদি থবক তৌনীংবগী অনীং পরৈ অদু সাধনা তৌবনি ;জ্ঞান যোগনা বুদ্ধি অমসুং অচুম অরানগী বিচার শক্তি য়োকখৎপনি ; ভক্তি যোগনা থমোইগী ঈস্তনবু ভক্তিদা পুশিল্লক্তুনা ( ঈশ্বরবু ) নুংশিবা হৈনেনবা তম্বনি। ইচ্ছাশক্তিনা থবক খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী মফমদা কথোক্লবগী ব্রাখল য়োকখৎপনি ; জ্ঞান যোগনা ঈশ্বরগী মতিক ময়াই, অব্রাংবা মগুণ খঙ্গননবা থাবা হুর্ম্বনি ;থমোইনা ঈশ্বরদা তুংদুনা অথোইবা অচিকপা অমসুং লাইরৈবাক্কী নুংঙাইবদু ফংনেনবা খিবনি।

অর্জুন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হংজৈ, " নঙোন্দা পূক্লীং লূপচরবা ভক্তশিংনা নঙবু নীংজৈ, অদুগা কনাগুম্বনা শক্লইদবা , মশক মওং লৈতবা নিরাকার ব্রহ্মবু নীংজৈ, হায়রিবা লাইনীং মওং অনী অসিদগী করম্বনা হেন্না থোইবগে?" অধ্যায় ১২ / ১। ভগবান্না অসুম্না পাউখুম পীবীরকই, "ঐঙোন্দা মাগী থমোইনা

চপ য়ুংনা লুপশিন্দুনা মতম পুম্বদা পূক্লীং লেঙদনা খ্বাইদগী হেন্না থাজবগা লোইননা লৈরিবা মহাক অদুনা খ্বাইদগী হেন্না থোইবা ভক্তনি ।" অদুগী মখা তানা ভগবান্না অমুক্তসু তাকপীরকই, "যোগীনা জ্ঞানীদগী হেন্না ব্রাংই, যোগীনা কর্মযোগীদগীসু হেন্না ব্রাংই; মরম অসিনা আর্জুন নঙনা যোগী অমা ওইয়ু। অমসুং যোগী পুম্নমক্কী মনুংদগী ঐবু মপুংফানা থাজবগা লোয়ননা, ঐঙোন্দা পূক্লীং লুপশিন্দুনা, ঐবুতা লাৎচরিবা মহাক অদুনা অথোইবা যোগীনি হায়বসি ঐগী মতৃনি ।" অধ্যায় ৬/ ৪৬-৪৭" । নঙনা অধ্যায় ৮, শ্লোক ২২ শুবদা থেংনগনি " ঐঙোন্দা লেঙদবা ভক্তি লৈরিবা, জীব পুম্নমক্কী থমোইনুংদা ঙাক্লিবা, তাইবং পুম্বা শীনথুংনা লৈরিবাঐতবু লাৎচরিবা মহাক অদুনা মানা মানা নীংজরিবদু ফংজে ।" অমুকসু অধ্যায় ১১/৫৪ দা নঙনা ফঙনি, " পূক্লীং অনী লোঙদ্রবা ভক্তিগী মিংয়েংনা য়েংলগা, ঐগী অশেংবা শক্তম অদু খঙজবা, উজবা ঙমগনি, হে পরন্তপ, হে আর্জুন ! "

মতাং অসিদা, গীতাদা, মপুংফানা ভক্তি লৈবা অমসুং লোইনমক কথোকচবগী অথুপ্পা মচি ওইবা ব্রা হায়রি । ভক্তি মার্গনা অয়াম্বা মীগী হেন্না খুদোংচায় হায়না তাকপীরি । ঈশ্বরনা মাগী ভক্তবু তেংবাংননবা মওং অমা হেক্তা লৌই । লম্বীসিদা অশোয় অঙাম অমসুং খুরৌ চেনবগী ব্রাফম অমত্তা য়াওদে । ভগবান্না ভক্তবু লমজীংবীনবা হোৎনদুনতা লৈ । মহাক্না তশেংনা ভক্তবু মখুৎ চেৎনা শমদুনা পুবী অমসুং মথানুংদা নুংশিনা চেৎনা কোনশিনবী । মহাক্না মহাক্কী শিষ্য অদুনা পুকচেলতবু শেংলবা অমসুং ভক্তিদা থমোই খৌরাংনা লুপচরবদি মাগী খৌজাল হেক্তা হৈথবী । লম্বীসিদা মায় পাকপদি শোয়দবনি । ভক্তি মার্গ হায়বা অসি খ্বাইদগী লায়বা, খ্বাইদগী য়ৈখায় থিনগায় লৈতবা, শোয়ফদ্রবা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না থুনা অথোইবা অচিকপা নুংঙাইবা অমসুং ঈশ্বর ফংননবগী লম্বীনি । মরম অসিননি নারদ ঋষিনা অসুম্না হায়বীরম্রিবা, " ভক্তিনা কর্ম, জ্ঞান অমসুং যোগদগী হেন্না বাংই ।"

" হে থম্বালগী মিত্রা তারিবা! নঙগী নফমদা ভক্তি ব্রাৎপনা মরম ওইদুনা নশাবু অব্রাংবা থাক্তা কাখৎলে হায়না খল্লবসু তশেংনমক্তি আত্মা জ্ঞান ফংবা হায়বা অদু ওইদে । কৈদৌঙৈদসু, অসুম্না খক থোক্তনবা, হে মাধব, নঙনা ঐগী লম্বীদগী খক লাপথোকপীখিনু, অমসুং নঙনা লমজিংবীদুনা, অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা মখোয়না অকিবা লৈতনা চৎচরিবনি ।"

## সূত্র ২৬ ।। ফলরূপত্বাত্ ।।

মরমদি ফল ফংবা হায়বসিদি মাগী মচৎনি ।

ফলরূপত্বাত্ , পূম্নমক্কী ফলদি মশাগী মচৎ ওইরিবনি ।

ভক্তি হায়বসিনা অরোইবা পন্থুং অদুগী উপায়খক্ত নত্তে । ভক্তিদি উপায়সুনি পন্থুংশুনি । মসিদি সাধনা অমসুং লম্বী পূম্নমক্কী মতোম্নি, পন্থুংনি । লোত্তুনা লৈরিবা ঈশ্বর অসি ভক্তিদনা শক্তম লাংহনবা ঙম্মী । মতম অদুতদা মীওইবনা মাগী লাইগী ওইবা মচৎ অদু খঙজরকই ।

যোগগী লম্বী, ধর্ম কর্মগী অজা পূজা, ইশাবু লাকশিঙ্কবা, মখল কয়াগী ব্রত, গুরু সেবা, অধ্যাত্মিক গুণ কয়া য়োকখৎপা, অসিনচিংবা কয়া ধর্মগ্রন্থশিংদা তাক্লি, অদুবু পূম্নমক অসিগী অরোইবা পন্থুংদি ভক্তিনি ।

জ্ঞান হায়বা অসি চতুষ্টয় সাধনা হায়বদি সাধনাগী লম্বী মরি অমসুং ধ্যানগী মহৈদগী ফংবনি । থমোই শেংবা অমসুং ঐ কৌবা নাপন মুখৎপা অসিনা কর্ম যোগগী ফলনি ।

কৈবল্য হায়বা অসিনা রাজ যোগগী ফলনি । ভক্তি হায়বা অসিনা ফল তারকফম ওইবা মচৎ অদুমক্লি । ভক্তি হায়বসিদি অহৌবদসু মানি অরোইবদসু মানি । ভক্তি হায়ব অসি করিগুম্বা ফল অমদগী তারকপা ফল নত্তে । মসি ভক্তগী মফমদা নৌনা ফংবা পোৎ অমা নত্তে । ভক্তিদি অদুম্মক লেঙদনা লৈজরবনি ।

জ্ঞান, কর্ম অমসুং যোগ পূম্নমক ভক্তি নত্তুগা ঈশ্বরগী মফমদা অথোইবা নুংশিবা ফল তারকুবগী লম্বী ঙাক্তনি ।

পরাভক্তিনা ভক্তিগী পন্থুংনি । মসিনা খ্বাইদগী ব্রাংলবনি । মসিদি ফল নত্তে; মশাগী মচংনি । মসিনা যোগ পূম্বদগী খ্বাইদগী হেন্না ব্রাংই । অতোপ্পা যোগশিং অসি অধ্যাত্মিক চাওখৎপদা ভক্তিগী মখা থাবা ঙাক্তনি । পরাভক্তি হায়বা অসিনা ভক্তনা করিগুম্বা থবক্কী ফল, নত্তুগা ফল ওইরিবা অদুম্মক নত্তুগা সাধনাগী ফল ওইনা ফংজবনি । করিগুম্বা ভক্তি হায়বসি ফল অমা ওইবখক্ত ওইরম্লবদি মতম পূম্বগী লেঙদবা অমা ওইরগ্নোইদবনি ।

ভক্তিনা পূম্নমক্তগী হেন্না ব্রাংই মরমদি , মসিদি মশানা মশাগী তাজবা ফলনি । ভক্তিদি ভক্তিগী শোয়ফদ্রবা লেঙদ্রবা ফলনি । মসিদি নুংশিবগী ফল ওইবা

নুংশিবদুনি । মরম অসিনা, নারদনা হায় " ফলরূপত্বাত্ " । মরম অসিননি ভক্তিনা পূম্নমক্তগী অখোইবনি হায়রিবসি । অতৈ অতোপ্পা লম্বী চৎলিবশিংনা পূক্নিংদা শেংনা তাদবা মমি শামিবা লম্বী খরা অদুম লৈ । মদুনা মখোয়না ঈশ্বর ফংবদা মায়থী ।

## সূত্র ২৭ ।। ঈশ্বরস্যাপ্যভিমানদ্বেষিত্বাদ্ দৈন্যপ্রিয়ত্বাচ্চ ।।

( ভক্তিনা অতোপ্পশিংদগী হেন্না ব্রাংই ), মরমদি ঈশ্বরনা ঐ মঙাইরে হায়বা নাপন্দু তুকচ্চে অমসুং নোঙ্মুকপবুদি নুংশি ।

ঈশ্বরস্য , ঈশ্বরগী; অপি, অদুসু; অভিমানদ্বেষিত্বাদ্, নাপন চাউবা, ঐ মঙাইরে হায়ববু পামদবা; দৈন্য প্রিয়ত্বাত্ , নোঙ্মুকপবু নুংশিবা; চ, অমসুং ।

ভক্তনা মপুংফানা ঈশ্বরখক্তদা তুংদুনা লৈজে । মহাত্মা মতম পূম্না ঈশ্বরগা অমত্তা ওইদুনা লৈ । মহাত্মি মতম পূম্না শান্তি লৈ অমসুং অচিকপা নুংঙাইবদা তুংদুনা লৈ । অতোপ্পশিংনা শক্তিনচিংববু তান্নদুনা লৈ । অসিগুম্বা লম্বীশিং অসিদি মশাগী হোৎনজমন্দা তাংদুনা হিংই । মখোয় অসিদি লৈখা তারকই অমসুং অরাবতা নংই ।

নঙনা ঈশ্বরবু মীচং মীখায় নাই হায়না খক খল্লোইদবনি অমসুং নুংশিবা নক্তগা তুকচ্চবা হায়বসি ঈশ্বরগী রাখলগী মখাপোল্লি অসুম্নসু খল্লোইদবনি । শুপ্পগী ঐ কৌবা নাপন্না ঈশ্বর ফংননবগী লম্বীদ অচৌবা পন অমনি । নঙনা নঙগী ঐ কৌবা নাপনবু অসুক্কী মতিক হন্থহল্লিবমখৈ নঙগী থমোইদা ঈশ্বরগী রাখন্না পীক খনগনি । অদুগুম্বা থমোইদুদা ঈশ্বরগী থৌজান্না পীক খল্লি । ঐ কৌবা নাপন্তনা মীওইবনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজগদবদা তাথিংবা পী ।

মরলগীদমক , ফমগী - থাক্কীদমক , মহৈ মশিংগীদমক , শাগৈ জাৎকীদমক , অধ্যাত্মিক্কী লম্বীগীদমক চাউথোক্লিবা মীওইশিং অসিনা ঈশ্বরগী নাক্তা লাকপা ঙমদে অমসুং মখোয়শিং অদুনা ঈশ্বরনু খঙবা ফঙনা ঙমদে । মখোয় অদু মমিং তাঙলবা, রাখল তোলোম্বা মীওইশিংনি । লন হায়বা অসিসু অধ্যাত্মিক্কী লম্বী চৎপদা তেংবাংবগী মতম্বা হেন্না হেন্না অপনবতা ওইতল্লি ।

জ্ঞান অমসুং যোগগী লম্বীদা চৎলিনা মীওইশিংনা মখোয়গী শক্তি অমসুং জ্ঞানগীদমক চাউংথোকচবা য়াবগী মতৌ লৈ । ভক্তশিংদি নোঙ্মুকই । নোঙ্মুকপা

হায়বা অসিনা ভক্তি যোগগী য়ুম্ফম্নি ।

ঈশ্বরনা কনাবুসু তুক্কচ্চবা নত্তুগা মীচঙ মীখায় নাইবগী ব্রাক্ষম অমত্তা লৈতে । মাগী মিৎয়েংদদি পূম্নমক চপ মান্নে । মাগী ( ঈশ্বরগী ) থমোইদি চাউথোক্লবা মী অদুগী মফমদসু নুংশিবনা পীক থন্না থম্বী । মহাক্না চাউথোকপা অমসুং লমকেৎ লমহায়বা মীশক অদুবু দণ্ডি তৌই অমসুং নোল্লুকপা ভক্তবু নুংশিনা চেকশিন্না শেন্নবী ।

ভগবান্না মাগী ভক্ত শিংগী থমোইনুংদা নাপন হায়বসি খক পোকহন্দে । নাপন হায়বা অসি অব্রাবা পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি । মসিনা সংসারগী লীপুন পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবনি । মসিনা মখল মখা কয়াগী অব্রা অনা পুরকই ।

ভক্তি হায়বা অসি পূংকৎ কখোকপনি । অশেংবা ভক্তিদদি কনাগুম্বা অমত্তসু মশাগী ওইজবা, হোৎনরিবশিংদুগীদমক নত্তুগা মাগী অধ্যাত্মিক্কী লম্বী অদুগীদমক চাউথোক্লীঙাই, নাপন তৌনীঙাই করিসু লৈতে । ভক্ত অমনা মহাক অসি ঈশ্বরগী খূৎকী খূৎলাইনি খঞ্জে অমসুং ঈশ্বরনা মাগীদমক পূম্নমক তৌবীরিবনি খল্লি । মখোয়গী মফমদদি ঐগী হায়বা নাপনগী মমি মচেৎ অমত্তসু তাবা লৈতে । মরম অসিনা, ভক্তিগী লম্বী হায়বা অসিনা লম্বী পূম্নমক্তগী অথোইবা ওইরিবনি ।

জ্ঞান যোগদদি সাধক্না মশা মতোমতা চৎচনবা হোৎনৈ । ভক্তগী মফমদদি ঈশ্বরগী থৌজাল হেক্তা হৈথবীরকই । ঈশ্বর হায়বসি ভক্তগী মপানি (ভক্ত বাৎসল্য), দিননাথনি অমসুং দিনবন্ধুনি ।

ঈশ্বরনা কনাগুম্বা মী অমগী মশা মরন্নাইগী অফ-ফত্ত ( দোষ গুণ) অদুগী মতুংইন্না খুনা পুশিনবী নত্তুগা ইন্নোকপী । মরম অসিনা মহাক্তি মীচঙ মীখায় নাইদে অমসুং তমথীবা নত্তে ।

কনাগুম্বা মী অমনা মৈগী মনাক্তা চঙশিল্লগা শাই অদুগা কনাগুম্বা মী অমনা অমুক মৈদগী লাপ্পা লৈরগা ঈংই । মসিদি মৈগী মরান নত্তে ।

মসি অতোপ্পা মরম অমনি । নোল্লুকপা হায়বা অসি গুণ পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবা গুম্নি । নোল্লুকপা মী অমগী মফমদা অতৈ অতোপ্পা গুণ পূম্নমক নপশিন্দুনা লৈ । গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু হায়বসি তপ্ন মেঙনা নোল্লুকপগী নীংথিবা মুর্ত্তি অমনি । মহাক্না লাইরিক লাইশু হৈবা পণ্ডিত অমগা ব্রারী শান্নরমদাইদা খোঙউপ ময়াম থম্ফমদা ফম্নম্মী । নাপন হায়বা অসি ভক্তি মার্গদদি অচৌবা তিংখং অমনি ।

মসিনা ভক্তি অমসুং জ্ঞান পূম্নমক মাঙহল্লি । নাপন হায়বসি অপঙবনি । মী অমনা নোল্লুকপনা মীওইবগী থমোই পূম্নমকপু জয় তৌবা ঙম্মী । ভক্ত অমনা মীওইবনা নেত্তুনা চৎলিবা নাপীগী মনা অমদগী হেন্না নোল্লুক্কদবনি । অদুগুম্বা মীতনা মতম পূম্বদা হরিগী নাম্ শোন্দুনা ভজন শকচবা ঙম্মী । অসিগুম্বা গুণ অসি শেমগৎপা অরায়বা নত্তে । মী অমনা মশানা মশাগী নাপনবু হাত্তোকচগদবনি অমসুং নূং মতুম অমগুম লেঙদনা লৈবা তমগদবনি ।

বাইবলদা নঙনা ফজনি , " থমোইদা মশানা য়ানা লাইরজরবশিংনা থৌজাল ফংজরবনি ; মরমদি স্বর্গগী নিংথৌ লৈবাক অসি মখোয়গীনি । থমোই ঈংবশিং অপ্পশিং অদু থৌজাল ফংলবনি, মরমদি মখোয়না পৃথিবী ফংজহৌরগদবনি ।" ভগবান যিশুনা অসিগুম্বা গুণ, নোল্লুকপা, অসিবু মহাক্না চীংথক্তা পীখিবা ধর্মগী পাঊতাকশিং অদুদা য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গৎপীরম্মী ।

মৈনা মনাক্তা অঈংবা কোক্লীংদুনা চঙশিল্লকপা মীওইশিংতবু অঈংবা লৌথোকপীবগুম, ঈশ্বর মহাকপু থৌরাংবগা লোয়নননা, নুমিৎ খুদিংগী অচুম্বা মওং অমসুং ধ্যানগা লোয়নননা নীংজরিবা মীশক অদুখক্তবু তাইবংগী লীপুন্দগী লৌথোকপী ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী মফমদা হায়, ঐবু কায়নরে খল্লিবা ঐগা লোয়নদ্রে নীংলিবা মীশিং অদুগী লৈজবা পূম্বা ঐনা মুনবী অদুগা ঐবু অমুক উজরকপা মতম অদুদা সংসারগী লীপুন পূম্নমক লোয়না মাঙখি । সংসারগী ৱাখন্দা লূপ্পবা, মশাগী নুংদা ঐ ( আত্মা) লৈ হায়বা অসি য়াদবা মী য়াম্না লৈ । ঐনা মখোয়গী মফমদা তমথীনা য়েংই । তৌইগুম্বসুং মখোয় অদুবুসু ঐনা থৌজানবী অমসুং মখোয়না ৱারবা মতমদা নুংঙাইননবা হোৎনবী । জীব পূম্নমক, আত্মা পূম্নমক ঐগীদি নুংশিবা ঙাক্লি ; ঐনা মখোয়গা লোয়নননা মখল কয়াগী খূৎশান্নদা, মখোয়গী মশাগী ওইজনাম পূম্বা হেক কাওদ্রিবমখৈ, অসুম্না মখোয়না ঐবু হেক নুংশিবগীদমক য়েংদুনা নুংশিরক্লিবা মতম অদুফাওবা, হে রাধে ! নঙনা হৌজিক তৌরিবা অসিগুম্না শান্নমিয়ে ।

# জ্ঞান অমসুং ভক্তি

**সূত্র ২৮ ।। তস্য জ্ঞানমেব সাধনমিত্যেকে ।।**

মী খরগী মত্‌ মতুংইন্না, জ্ঞান ( নুংশিরুরিবা পোৎ অদুগী ) খক্তনা মদু ( ভক্তি) ফংননবগী উপায়নি ।

তস্য, খ্বাইদগী থোইরেন থোইবা নুংশিবা অদুগী; জ্ঞানম্‌ , জ্ঞান; এব, অদুখক্ত; সাধনম্‌, উপায়; ইতি, অসুম্না; একে, মীখরনা (গুরুশিংনা খল্লি) ।

জ্ঞান্না ভক্তিগী মমাঙ থাই মদুদি কনাগুম্ব অমগী ভক্তি তৌনফম অমসুং ঈরাৎনফমদি পূম্নমক ঙম্বা, পূম্নমক উবা, পূম্নমক্তা থৌজাল হৈবা মহাক্তনা ঙমখৈ নাইদ্রবা থৌজালগী গুন্না লৈতেং ওইবা, মহাক্তনা পূম্নমক্কী হৌরকফম অমসুং চৈথাক ওইরিবা ঈশ্বর মহাকপু ওইগদবনি । অসিগুম্বা জ্ঞান অসি য়াওদনা , ঈশ্বরবু থাজবা শ্রদ্ধা হায়বদু খক লৈরোই , শ্রদ্ধা লৈত্রবদা ঈশ্বরদা পূক্নীং লূপচবা মতৌ খক লৈরোই, ঈশ্বরদা লূপচবা (লিপ্ত) য়াওদনা অচেৎপা অমসুং তুংকোইবা ভক্তি খক লৈরোই ।

মতাং অদিদা পাম্লিবা জ্ঞান [illegible] অসি ব্রহ্মজ্ঞান নত্তে, মসি গুপ্নগী ইচম চম্বা বুদ্ধি [illegible] অদুনি ।

[illegible] সংসারগী [illegible] হাম্না অদুম লাকই । করিগুম্বা [illegible] নুংশিল্লকই । নুপীমচা অমনা [illegible] ; মহাক নীংথিনা ঈশৈ শকপা [illegible] তৌরে , মহাক হৌজিক ডিষ্ট্রিক [illegible] মবমদা তোঙান তোঙানবা [illegible] বাদিনা শাবা তল য়াম্না পাম্না [illegible] ওই , অমসুং অসি অসিগুম্বা [illegible] জ্ঞান অজ্ঞানবদা ফংই । মদুগী

মহাক্লা নুংশিবা হৌরকই। মরম অসিনা ''জ্ঞান'' হায়বা অসি ''সাধনা''নত্তুগা ভক্তি ফংননবা উপায়নি।

ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসিদি ইচম চম্না শ্রদ্ধা লৈবা অমসুং ভক্তি লৈবতনা মরম ওইদুনা চাওখৎহনবা ঙম্মী। জতায়ু, গজেন্দ্র, ধ্রুব, সবরীনচিংবনা ইচম চম্না ভক্তি লৈবতনা ঈশ্বরবু খঙজবা ঙম্মী। মমানা মচাবু নুংশিবসিদা, খঙফম থোকপা জ্ঞানগী ব্রাফম করিসু লৈতে। মরম অসিনা জ্ঞান হায়বা অসি ভক্তিগী সাধনানি হায়বা ব্রাফম অসি মচেৎ খল্লখত্তা চুম্মী।

## সূত্র ২৯ ।। অন্যোন্যাশ্রয়ত্বমিত্যন্যে ।।

অতোপ্পাশিংনা জ্ঞান অমসুং ভক্তি অনী অসি অমগা অমগা মখা পোন্নে হায়না মত্ পী।

অন্যোন্যাশ্রয়ত্বম্, অমগা অমগা মখা পোন্নবা (জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী); ইতি, অসুমনা; অন্যে, অতোপ্পশিংনা।

মতাং অসিদা জ্ঞান হায়রিবসি ঈশ্বর-থিবা মিৎয়েংদু নত্তে।

কনা অমত্তনসু ঈশ্বরবু নুংশিবা অমসুং হোৎনবা কন্দনা ফংবা ঙমদে। নুংশিগদৌরিবা মী মহাক অদুবু নীংথিনা খঙদনা অমসুং নুংশিরিবা মহাক অদুবু নীংথিনা সেবা তৌদনা তশেংনা নুংশিবা খক ঙমলোই। কনাগুম্বা অমগীদমক করিগুম্বা খরা তৌজনীংবা হোৎননীংবা হায়বা অসি কনাগুম্বা মী অদুবু খঙদনা অমসুং নুংশিদনা হোৎনবা ঙম্বা নত্তে। পৃক্রীংগী কাখল্ পৃম্নমক্ অমগা অমগা তেংবাংনদুনা লৈ।

''অন্যোন্য আশ্রয়'' হায়বসি অমগা অমগা তেংবাংনবা হায়বনি। নুপী অমনা মপুরোইবগী মখা পোন্না; মাগী অপাম্বশিংগীদমক, ফিরোলগীদমক, চানবগীদমক অমসুং নারবা মতমদা তেংবাংননবগীদমক হিংজৈ। মপুরোইবসু মাগী চান-থক্লবগী অমসুং অতৈ থবক কয়াদা মাগী নুপীগী মখা পোন্না হিংই। মসিনি অমগা অমগা মখা পোন্নদুনা তেংবাংনবা হায়রিবসি। নিংথৌসু খাজনাগীদমক প্রজাগী মখা পোল্লিবনি। প্রজাসু মখোয়গী ঙাকশেনবগীদমক, ঈশিংগী, অন্ন-অপানগী, মৈগী, অমসুং অনাঅয়েক্কী লায়েংনবগীদমক নিংথৌনা মখা পোল্লিবনি। মসিসু অমগা অমগা মতেং পাংনবা হায়রিবদুমকনি। অসুম্না ভক্তিসু

জ্ঞানগী মখা পোল্লি, অমসুং জ্ঞানসু ভক্তিগী মখা পোল্লি।

গীতাদা নঙনা ফঙনি: "শ্রদ্ধাবান্ লভতে জ্ঞানং" "থাজবনা থল্লবা থমোইচেনবা নুপাদুতনা জ্ঞান ফংগনি।" অধ্যায় ৪/৩৯।

**তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্বকম্।**
**দদামি বুদ্ধিয়োগং তং য়েন মামুপয়ান্তি তে।।**

"অসিদদি মতম পূম্বদা নুংঙাইরিবা (নুংশিনা ঈশ্বর লাৎচবদা) অদুগুম্বা মীদুনা ঐনা, ইনাক্তা লাকচনবা বিবেক বিচারগী যোগ পীবীগনি।" অধ্যায় ১০/১০। "ভক্তিনা উপায় ওইদুনা ঐবু শকখঙলিবা, ঐ কনানো, ঐ করিনো খঙলিবা; অদুগা ঐবু অসুম্না অশেংবা খঙলবা মহাক্তা থোইরেন থোইবা অদুদা চঙজে।" অধ্যায় ১৮/৫৫।

## সূত্র ৩০।। স্বয়ং ফলরূপতেতি ব্রহ্মকুমার: ।।

ভক্তি- হায়বসিমক মশামক্কী ফলনি-অসুম্না ব্রহ্মকুমার (নারদ), ব্রহ্মাগী মচানুপানা খল্লি।

স্বয়ম্, মশামক্কী; ফলরূপতা, মশামক্কী মহৈ; ইতি, অসুম্না, অদুম্না; ব্রহ্মকুমার:, ব্রহ্মাগী মচানুপা হায়বদি নারদনা; (মন্যতে, খল্লি)।

নারদনা ভক্তি হায়বা অসি উপায়সু পন্থংসু অনীমক অমত্তা ওইনা লৌই।

ভক্তি হায়বসি অধ্যাত্মিক কৌবা উপাল অসিগী মরুসুনি মহৈসুনি । ভক্তি হায়বসি মতোম্মতা মপূং ফাজরকপনি। মসিনা অতোপ্পা সাধনা অমত্তগী মখা পোন্দে।

ঐ মশক খঙনবগী শীজিন্নরিবা উপায়শিংগী মনুংদা ভক্তিদগী থোইনা য়াংবা অতৈ অতোপ্পা অমা লৈতে। অশেংবা ভক্ত অমগী মফমদদি ভক্তিগীদমক সাধনা পূম্না পায়খৎলি। ভক্তি যোগগী মতুংইন্না বুদ্ধি, লৌশিং, জ্ঞান পূম্নমক ভক্তিগী মখাথাবা ঙাক্তনি।

অদুনদি ভক্তি হায়বা অসিবু করিগী ফলনো? ভক্তিদি ভক্তিগী ফলনি। ভক্তি হায়বা অসি ফলসুনি ফল তারকফমদুসুনি।

ভক্তি হায়বা অসি করিগুম্বা সাধনা অমত্তগী ফল নত্তগা মহৈ নত্তে।

র্মশাস্ত্র পূম্নমক্তা তাকলিবা লম্বী পূম্নমক মীওইবগী ঐ কৌবা নাগন্ অমসুং পগুবগী মায়খুম অদু লৌথোক্লনবা হোৎনবা ঙাক্তনি।

ভক্তিগী হৌরকফম অমত্তা লৈতে। মসি ফল্ নত্তগা করিগুম্বা অমা মগী মখাদসু লৈতে।

## সূত্র ৩১ ।। রাজগৃহভোজনাদিষু তথৈব দৃষ্টত্বাত্।।

মরমদি মসি নিংথৌ, য়ুম অমসুং চাক্লেনগী মতাংদসু মসিগা চপ মান্নবা থোকই।

রাজগৃহভোজনাদিষু, নিংথৌ, য়ুম অমসুং চাকলেনগী মতাংদসু; তথা, চপ মান্নবা মওংদা; এব, খক্ত; দৃষ্টত্বাত্, মরমদি মদু উরিবনি।

নারদনা ভক্ত অমনা ভগবানগা লোয়নবা মতমদা ফংলিবা অচিকপা ংঙাইবা অদু করিগুম্বা সাধনা অমত্তগী ফল নত্তে হায়বা উৎননবা খুদম অহুমথক্ মতাং অসিদা পীরি।

মতম অমদা নিংথৌমচা অমা উমং অমদা মাঙখিরম্মী। নিংথৌমচা অদু উমংশেনবা অমনা য়োকখিরম্মী। মহাক উমংশেনবা অদুনা য়োকথাডুনা লৈরকম্মী। মহাকসু (উমংশেনবসু) অদুগা অঙাং মশাদুসু মহাক (অঙাং) নিংথৌ মচানি হায়বা অদু খঙজরমদে। মমৈদা অচুম্বা অদু খঙলক্লম্মী অমসুং অঙাং অদু মরৈবাক্তা পুখিরম্মী।

অঙাং অদুনা উমংদা উমংশেনবা অদুগা লৈরিঙৈদসু মহাক নিংথৌমচা নত্তনা কনাসু নত্তে। মহাক্কা নিংথৌ লৈবাক্তা কোনুংদা লাক্লবদসু অদুম নিংথৌমচা ওই, মহাক নিংথৌমচা নত্তনা অতোপপা মী অমা খক ওইদে।

নুপামচা অদুনা, মপামপুগী মরী খঙদনা লৈরিঙৈ মতমদুদসু, অমসুং মতমদুদা মহাক্কা উমংশেনবগী মচানি খল্লিঙৈদসু, খঙহৌদনা মপা মপু ব্রারী তাজরবা মতমদুদসু, মঙোন্দা অনৌবা মশক অমা খক ওইদে, মহাক হান্নগী ওইজরিবা মওং অদুদা অদুম ওইদুনা লৈ। অসুম তৌদুনা থোইরেন থোইবা ঐ অদুবু শকখঙজরবা মতমদসু মী অদুগী অচুম্বা মশা অদুদি অদুম ওইদুনা লেঙদনা লৈ।

মতৌ অসুম্না অঙাং অদুনা নিংথৌমচা ওইদুনা লেঙদনা লৈবগুম্, ভক্ত

অমদি মহাক্না অধ্যাত্মিক সাধনা তৌদ্রিবঙদসু, সাধনা তৌরিঙে মনুংদসু অমসুং সাধনা তৌরবা তুংদসু মহাক ওইদুনা অদুম লেঙদনা লৈ।

নুপা অমনা তীর্থচৎলম্মী। মহাক্না নুমিৎ কয়ানি অরা অনা কয়া খাঙদুনা কোয়চৎ চৎলম্মী। মহাক্ন মখল কয়াগী অহকপা খুদোংথীবা কয়া থেংনরম্মী। মহাক্না ময়ুমদা ফংবা খুদোংচাবশিং অদু, মাগী খোঙচৎ অদুগী মনুংদদি অমত্তা ফংলমদে। য়ুম অদু মহাক লৈত্রবসু মাগী য়ুম অদুম ওই। তৌইগুম্বসুং মাগী ময়ুমদা লৈবগী নুংঙাইবদা য়েৎলিবা থাপ্তোকপগী ব্রাখল অদু মানা অমুক ময়ুমদা হল্লক্লগা কোকখ্রে। নুংঙাইরবা পুনশি অদু অমুক হন্না ময়ুমদা য়ৌরক্লগা অমুক হেক্তা হঙ্গিনখি। মহাক্না অমুক হল্লকপদুনা অনৌবা অমত্তসু পোকহনবা নত্তে।

মী অমনা চাক লাম্নগা, মহাক নুংঙাইতে। চিঙ্গাক্লা অনৌবা অপেনবা অমত্তা পোকহনবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং চাক লাম্বনা থোকহল্লম্বা অওৎ অনৈ অদুতং লৌথেকপনি। মসিনা লাম্ববুদি লৌথোকখি, ঙাইহাক্কী নুংঙাইতবা অদুখক্ত কোকহনবনি। আরম্বা অদু কোকহল্লবদা, হান্নগী অপেনবা অদুদি অদুম লেঙদনা লৈহৌই।

মথক্তা পীরিবা খূদমশিং অসিনা অধ্যাত্মিক সাধনাদা করম্বা মচৎ মওংদা থবক তৌবগে হায়বদু উৎলি। অদুদগীদি শুপ্নগী আত্মাবু মশক খঙননবা অধ্যাত্মিক সাধনাগী লম্বীদা পীরকপা মপানগী ওইবা অপনবশিং অদুখক্তং লৌথোকখো অমসুং কৈদৌনুংদসু করিগুম্বা অমা নত্তগা অমদগী মী অমগী মফমদা অদুগুম্বা অমুক থোকহল্লোইদবনি।

## সূত্র ৩২ ।। ন তেন রাজপরিতোষ ক্ষুধাশান্তির্বা ।।

মদুনা (ইচম চম্বা পোৎশিংগী জ্ঞান খরদগী) নিংথৌনা নিংথৌ ওইবা নত্তে, নত্তগা চরাম্মবা মীনা পেনবা নত্তে।

ন, নত্তে; তেন, মদুনা; রাজ, নিংথৌ; পরিতোষ, অপেনবা; ক্ষুধাশান্তিঃ, অরাম খৌরাং কোকহনবা; ব্রা, নত্তগা।

পাউ অদু তারবদগী নুপামচা অদুনা নিংথৌমচা ওইখিবা নত্তে। মাদি হান্না নিংথৌমচা ওইদুনা লৈরম্লবনি। মহাক্না ইচম চম্বা নিংথৌমচানি হায়বা ব্রাদু তারগা মাগী থোইদোকপা থাক অমা হাপকৎখিবা লৈতে।

যাত্রিক অদুগী অপেনবসু হান্না অদুম লৈজরল্লবনি। য়ুমদা হল্লক্লা মঙোন্দা করিগুম্বা খরা হাপচিল্লকখিবা নত্তে।

চাক্কী জ্ঞান খরা লৈরগা অমসুং মদুগী মথেল লৃকোই ( থোং থাকপগী পোংলমশিং ) ময়াম অদু খল্লগা অরাম খৌরাং কোকপা নত্তে। নঙনা চাক অদু চাগদবনি। অদুদগী নঙ পেল্লক্কনি অমসুং নঙগী অরাম্বদু কোক্লক্কনি। অসুম্না ঈশ্বরগী মরমদা ব্রাহে খরা, ঈশ্বরজ্ঞান খরা ব্রাহৈনা হায়রগা ভক্তি হেক্তা চাওখৎহনবা য়ারোই অমসুং শান্তি ফংবা ঙম্রোই।

মথক্কী খুদমশিং অসিনা পাল্লিবদি সাধক অমনা ইচম চম্বা বুদ্ধিগী জ্ঞান মতেক খরা ঈশ্বরগী মরমদা ফংলগা মতিক্ চারে হায়না খল্লিবা অদুনা ওইবা য়ারোই, মতিক চাদ্রি হায়বদু খণ্ডননবা কন্না হায়নীংবদুনি।

অতোপ্পা কনাগুম্বশিংনা জ্ঞান হায়বসিনা উপাই ওইদুনা অমসুং মথক্কী খুদমশিং অসিনা মতেং ওইদুনা ভক্তি ফংগনি হায়বা ব্রাখল অসি ভক্তিগী লম্বীদা চংলিবা ভক্তশিংনা কন্না য়েংলি। মখোয়না হায় " ইচম চম্বা চিঙ্গাক্কী জ্ঞান্না অরাম খৌরাংবা কোক্তে; অসুম তৌদুনা ইচম চম্বা জ্ঞান খরনা ভক্তি চাওখৎহনবা ঙমদে।"

## সূত্র ৩৩ ।। তস্মাৎসৈব গ্রাহ্যা মুমুক্ষুভিঃ ।।

মরম অসিনা অরান খুভম পাম্বা মীওইশিংনা শুপ্নগী ভক্তিগী লম্বী অসিখক্তা লৌখৎকদবনি।

তস্মাত্, মরম অসিনা, অদুনা; ( মরমদি ভক্তিনা অতৈ লম্বী পুম্ন-মক্তগী হেন্না ব্রাংবনা); সা, অথোইবা ভক্তি মদু; এব, মতোম্মতা ( অতৈ অতোপ্পা অমত্তা য়াওদনা); মুমুক্ষুভিঃ, অরান খুভম থিরিবশিংনা; গ্রাহ্যা, লৌখৎপদা মতিক চায় (পম্মুং ওইনা)।

মথক্কী সূত্র ৩২ দা পরাভক্তি হায়বসি করিনো অমসুং করম্না ওইরিনো হায়বগী মরমদা, কৃপ্না শব্দোক্তুনা তাকখ্রে।

অরানখুভমগী অথোইবা লম্বীদি ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি লৈবা হায়বসিনি। ভক্তি হায়বসি অরান খুভমগী লম্বীদা চংপদা শোয়ফদ্রবা, মহৌশা ওইজরবা অমসুং অরায়বা উপায়নি।

শ্রীশঙ্করাচার্য্যগী য়াম্না কৃপ্না অমসুং খঙ্ঙমদবা ব্রাখলগী ব্রাংমগী জ্ঞানশিং

অদুবু খঙবা ঙম্না মীদি ইরে লৈতে । ভক্তিগী লম্বীদা হেক্তা চৎপসিনা ঐখোয় অয়াম্বগীদি হেন্না ওইখোকই ।

ভক্তিগী লম্বী হায়বসি, পরাভক্তি নত্রগা জ্ঞান হায়বসিসু অমত্তা ওইবগুম্ অরোইবা পম্মুংদি অমত্তা ওই।

ভক্তিনা তাইবংগী লীপুনবু ইরায় লায়না ককথৎপা ঙম্মী । মসিনা ঐখোয়না নুংশিজরিবা অমসুং লাৎচরিবা ঈশ্বর মহাক অদুবু ইরায় লায়না চিংশিল্লি । অরোইবা অরান খুভম অসি ফংবদা য়াম্না লুই তৌইগুম্বসুং ভক্তনা হায়জ কৌজরুবা তৌদনা ভক্তগী মফমদা অরান খুভম অদু নমদুনা পীরে ।

মরম অসিনা ভক্তনা ভক্তি অমসুং ভক্তিসিখক্ত সাধনা তৌগদবনি ।

নঙনা মুমুক্ষু (অরান খুভম কন্না পামবা) অমা ওইগদবনি । নঙনা অরান খুভম পাম্বগী অকনবা পূক্লীং লৈগদবনি । নঙনা ভগবান মাবু নত্তনা অতৈ করি অমত্তা পান্নোইদবনি । অদুতদা ভগবান্না নঙবু খনগৎপীগনি । মতম অদুতদা ভগবান্না নঙবু তাইবংগী মায়াদগী ভগবানগী মখূৎমক্না থাজৎপীগনি ।

মায়াগী লীপুন্না সাধক অমমক্তদসু কূপ্ন কূপ্নবা শক্রোন লৌদুনা লাকই । মসিনা অচৌবা মীশিংগী পূক্লীংমক্তসু মরৈবাক নীংবগী মওংদা, সংস্থান শেমদুনা লেনবা, সঙ্গথন লিংদুনা শক্তি শেন্বা , ধর্মগী থবক তৌবা, মীওইবগী সেবা তৌবা অসিনচিংবা মখল মথেন্দা অদুম লৃপ্তুনা লৈ । নঙনা মখল কয়াগী অসিগুম্বা লীপুনশিং অসি মরু ফংনা মুখৎকদবনি । মতম অদুখক্তদা নঙনা অনন্য ভক্তি হায়বদু চাউখৎহনবা ঙমগনি ।

" সাধনা " হায়বদি থকশী খাশী হায়বনি । পরাভক্তি পরমপ্রেম নত্রগা অথোইবা নুংশিবা হায়বা অসি মোক্ষগী মচৎ ওইনা লৈজরবা খ্বাইদগী ব্রাংবা ঐ মশক খঙবা হায়বা অদুনি । ভক্ত অমগীদমক্তদি মসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা নুংগী লললনি ।

কুম্লাহুমদোই শুবা সূত্র অসিনা পরাভক্তিগী মরমদা নৈনবা লোইশিনবনি । মসিগী মখাদা লাক্তদবা সূত্র পূম্নমক পরাভক্তি অমসুং ঈশ্বর ফংবা হায়বসিগী মরমদা চঙবা উপাইশিং নৈনগনি ।

মখাগী অধ্যায়দা, সূত্র ৩৪ দগী ৫০ ফাওবা, সাধনাগী মরমদা হায়রি ।

# ভক্তি করম্না চাওখৎহনগনি

## সূত্র ৩৪ ।। তস্যা সাধনানি গায়ন্তি আচার্যা: ।।

গুরুশিংনা ভক্তিগী উপায় নৈননবগীদমক ( মখাগী অসুম্না) ভক্তিগী উপায়গী মরমদা শকই ।

তস্যা , থোইরেন থোইবা নুংশিবা অদুগীদমক্তি ; সাধনানি , উপায়শিং; গায়ন্তি, শকই; আচার্যা:, গুরুশিংনা ।

উপায়ময়াম অসি তোপশিন্নকপনি, মরমদি ভক্তি হায়বসিদি হায়না উৎখিবদুনি মশা মশাগী উপায় ওইদুনা লৈজবনি ।

" আচার্য " হায়বসি ইচম চম্বা ওঝা অমবু নত্তে । মতাং অসিদা খগুনরিবদি মহাক্না তম্বীরিবদু মশামক্না থবক ওইনা পাগুথোকচরিবদুবু খগুনৈ । "চর" হায়বদি অচৎপা হায়বনি । মখোয়না ঙাওলিবদুমক্কী লম্বীদা চৎলি । মখোয়না ভগবানগী খ্বাইদগী ব্রাংবা ভক্ত ওইনা হিংজৈ । মখোয়তনা তম্বীবদা তশেংনা মতিক চায় । মখোয়গী পাউতাক অদুতনা খ্বাইদগী হেন্না অফবা ফল পীগনি । আচার্য নত্তগা গুরুদি ভক্তিগী অহানবা হকথেংনবা জ্ঞান লৈগদবনি অমসুং ফল ওইনা আম্না মশক খগুবা মী ওইগদবনি ।

অপরা ভক্তি ( অনেম্বা ভক্তি ) হায়বসিনা পরাভক্তি নত্তগা ঐ মশক খগুনবগী ওইবা অথোইবা ভক্তি অদু ফংনবগী অপানবা অমসুং চপচাবা উপায় অদুনি ।

সংসার থাদোকপা, তাইবংগী পোৎ চৈ অমত্তগা মরী থম্বা পামশিন্নত্তবা অমসুং হন্না হন্না হোৎনবা হায়বা অসিনা অধ্যাত্মিক পুনশিগী মরুওইবা য়ুম্ফম্নি ।

## সূত্র ৩৫ ।। তত্তু বিষয়ত্যাগাত্ সংগত্যাগাচ্চ ।।

ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসি মপাম্বেংগী ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বা পূম্নমক থাদোক্লবা অমসুং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিল্লবা মতমদতা ফংই ।

তত্, মদু ( অথোইবা ভক্তি,প্রেম ); তু, যৌজিক; বিষয়ত্যাগাত্ , লীপুন্দগী পূংনান নাম্মেকপা; চ, অমসুং ।

নঙনা তৌরিবা থবক খূদিংদা ঐ নত্তগা ঐগী ব্রাখল অসি থম্বনা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মায়াগী লীপুন্নি ।

ইন্দ্রিগী নুংঙাইবশিং অসিনা পূক্লীংবু মকশিলহল্লি,ককঙাওনহল্লি । ইন্দ্রিগী হরাও নুংঙাইথোকপা অসিনা অনীং পন্নে চেৎহন্দে অমসুং পূক্লীং অসি ধ্যান ধারনা তৌবদা,অমসুং ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা লূপশিনবদা মতিকচাদবা ওইহল্লি ; অদুগী ওম্ন তৈনবদা কল্লক চাউবা পোকহল্লি । অকৃপ্পা ব্রাখল ( বিবেক বিচার ) গী শক্তি মাঙহল্লি, কল্লক মিহৌলাং হেন্না পোক্লকপবু থিংবা ঙমহন্দে, ভক্তি চাওখৎপা ঙমদে অমসুং অশেংবা অরোইবা অচুম্বা অদু থিননবগী শক্তি মাঙহল্লি ।

তাইবংগী পোৎশিং অসি থাদোক থাদোক্লা, অপাম্বনা লেঙদনা লৈহৌরবদি মদু অশেংবা থাদোকপা হায়বদু নত্তে । অপাম্বদু থাদোকউ । মসিনি অশেংবা থাদোকপা হায়বদু । মীওইবগী পূক্লীংদা অপাম্বা পূম্নমক থাদোক্লবা মতমদা ভক্তি হায়বসি লৈরকই । নুংঙাইথোকপগী পোৎলম পূম্নমক অসি থাদোক্লবা মতমদা মী অমনা অথোইবা অচিকপা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংজৈ ।

ইন্দ্রি মঙাগা মরী লৈনবা বিষয় মঙা লৈ । মখোয় অদুদি খোঞ্জেল (শব্দ),শোকপা (স্পর্স),মশক (রূপ),মহাও (রস), অমসুং মনম(গন্ধ) ।

বিষয় ত্যাগ হায়বসিদা নঙনা পোৎকী অপাম্বা পূম্নমক পোৎশিং অদুগী দোষ অমসুং ফত্তবা অশোয়বশিং অদু খঙদোক্লগা মাঙহনখিগদবনি । পোৎশিং অসি অওইবা,অরৈবা নত্তে । পোৎশিং অসিদি পৎপ পূম্বা নাইবনি । অব্রাবা,অনাবা হায়বসিদি নুংঙাইবদা য়ানশিন্দুনা লৈ । নঙনা নঙগী পূক্লীংগী মিত্তা পোৎকী ফত্তবা অশোয়বশিং উদুনা লৈরবদি পূক্লীংনা পোৎকী মায়গৈদা কদৌনুংদসু চেনশিল্লোই ।

পূক্লীংনা পোৎশিংগী নুংঙাইবা অদু নীংশিংবদা য়াশিল্লুগনু । পূক্লীংনা পোৎশিংগী মরমদা খনগে হায়বদু য়ারুনু । মসিবু সঙ্গ ত্যাগ হায়বদি পোৎকী অপাম্বা থাদোকপা হায়না কৌই ।

ত্যাগ হায়বদি থাদোকপা হায়বা অসি য়াওদনা অধ্যাত্মিক চাওখৎপা শুকঙম ঙমদে ।

মী অমনা নুংশীসু মপাম্মোংগীসু অনীমক্তা অপাম্বা থাদোক্কদবনি । অহানবদা মপানগী অপাম্বা থাদোকপগী মথৌ মপুংফাহনবা তাই; অদুগা নুংশী থাদোকপদি মতম পুম্বগী ওইনা মথৌ তাই ।

ঐ হায়বা নাপন থাদোকপনা খ্বাইদগী চাউবা থাদোকপনি । ঐ হায়বা নাপন অসি মাঙহন্দ্রিমখৈ থাদোকপা হায়বসি মপুং ফাদে ।

কৈবল্য উপনিষদতা নঙনা ফজনি, " ন কর্মণা ন প্রজয়া ধনেন, ত্যাগেনৈকে অমৃতত্বমানশু :" কর্মনসু, মপামপুগী তুংইন্নসু , লন্মনসু নত্তে, শিনাইদবা অরান খুভমবু ফংদবা; মসিদি শুপ্লতগী কথোকপতনা, থাদোকপতনা ফঙবা ঙম্মী ।

ভক্তি চাওখৎনবগী লম্বী মাপন লৈ । শ্রীরামনা শবরীগী মফমদা তাকপীখি " মতাংসিদা, অহানবা লম্বীদি ভক্তিগী মরমদা নৈনবসিনি, অফবতা লোয়নদুনা অফববু তমশিনবনি; অনীশুবদা, ঐগী মরমদা ৱারী ৱাতায় শাদুনা লেনবদুনি ; অহুমশুবদা, ঐগী গুণবু থাগত্নুনা শক শোনগদবনি ; মরিশুবদা, ঐগী ৱাহৈশিংবু ৱাংনা থাঙজত্নুনা মদুতনা মথৌ ওইজবদুনি ; মঙাশুবদা, হে পুকচেল তপ্লবী, লেপ্পা লৈতনা থমোই শেংনা ঐসি মামক্লি খন্দুনা গুরুবু লাৎচবদুনি; তরুকশুবদা, ধর্ম লৈবা, মশাবু লাকশিঞ্জবা, তপনচিংবা তৌবদুনি, অমসুং ঐবু লাৎচবদা থমোই পূম্বা লূপশিনবদুনি, তরেৎশুবদা, ধর্মগী থৌরমশিং কৃপ্লা পাঙথোকপগা লোয়ননা ঐত্তোন্দা লূপশিঞ্জবদুনি ; নিপানশুবদা, থমোইনুংদা অচিকপা শান্তিগা লোয়ননা, জীব পুম্নমক্কী থৱায় ওইনা ঙাম্মোইরিবা ঐবু উজদুনা, মপাম্মোংগী পোৎ পুম্নমক কাউথোক্লুনা ঐগী ভক্তশিংবু নীংথিনা লাৎচবদুনি; মাপনশুবদি, হে ইমা, ঐগী অথূপ্পা মচি ওইবা গুণশিং অদুবু খঞ্জবদুনি । হে লাইবক ফবী ভক্তিগী লম্বী মাপন অসিবু উপাই ওইনা ভক্তি ফংনীংবগীদমক শীজিন্নরিবা মীশক অদুনা, নুপা ওইসনু নুপী ওইসনু নত্রগা অতোনবা মপোক ওইসনু মাগী থমোইদা নুংশিবগী শক্তম ওইরবা ভক্তি শোয়দনা মউ লিংগনি । অমসুং নুংশিবসিনা হেক ঈশ্বৌরত্নুনা থমোইদা মউ লিংলবদা ঐবু মানা উরক্কনি অমসুং অসুম্না ঐবু নীংথিনা খঙলবা মতমদা মহাক্না ঐবু ফংজগনি । মরম অসিনা ভক্তিনা অরান খুভমগী লম্বী ওইরিবনি ।"

" ঐঙোন্দা মখোয়গী ব্রাখল পূন্না লূপশিন্দুনা কখোকপ্রবা মখোয়গী থব্রায় হকচাংসু ঐঙোন্দা কখোক্লবা, অদুগুম্বা ভক্তশিংনা অমগা অমগা ঐগী মরমদা তক্ক-তিন্নজুনা অমদি শক শোন্দুনা অথোইবা অপেনবা অমসুং নুংঙাইবা ফংজে।" অধ্যায় ১০/৯।

" নঙগী পূক্লীংদু ঐঙোন্দা লূপশিল্লু ,ঐঙোন্দা ভক্তি তৌ, ঐবু খুরুম্মু,ঐনা ব্রাশক্তুনা হায়রিবসিনি নঙনা ঐবু শোয়দনা ফঙগনি,মরমদি নঙদি ঐগী চান্নবনি।"( অধ্যায় ১৮/৬৫ )।

" অশেংবা অচেৎপা বুদ্ধিদা তিন্দুনা স্বাতিক ওইনা শেংদোক্লবা অতৎপা লৈতনা মশাবু থমোইচেৎনা লাকশিঞ্জরিবা, খোঞ্জেল অমসুং অতৈ ইন্দ্রিগা মরী লৈনবা পোৎশিংবু থাদোক্লবা , অপাম মিহৌ অমসুং কল্লক খন্বন থাদোক্লবা।

" অচিকপদা লেনবা, চাবা থকপা চাং তম্মা চারিবা ,স্নাঙাঙ্ক হকচাং অমসুং পূক্লীংবু লাকশিন্দুনা থম্নিবা, মতম পুম্বদা ধ্যান অমসুং যোগদা লূপ্লিবা, থমোই ঈহনবু নীংথিনা ঈংহল্লবা।

" ঐ কৌবা নাপন, অতোপ্পবু ওৎ নৈবা, অপঙ হেদৌ লাংবা, অপাম্বা, অশাউবা, করামচাউবা পুম্নমক নমথরবা অদুগা করিগুম্বদা ওইজনাম তান্দ্রবা অমসুং ঈংনা তপ্ন লেল্লবা অদুগুম্বা মীশক অদুনা লেঙনাইদ্রবা ব্রহ্মগী মফমদা চঙজবদা মতিক চায়।

" লেঙনাইদ্রবা ব্রহ্মগী গ্রাখন্দা তিঞ্জরবা, মাগী পূক্লীংনা মকা লান্নবা অদুগুম্বা মীশক অদুতনা ঐগী ইফমদা লৈফম থোকপা থোইরেন থোইবা ভক্তি অদু ফংজে।" অধ্যায় ১৮/৫১, ৫২,৫৩,৫৪।

## সূত্র ৩৬ ।। অব্যাবৃত ভজনাত্ ।।

অতৎপা লৈতনা লাৎচরবদা ( ভক্তিবু তত্তনা অভ্যাস তৌজরগা মায়পাকপা ফংই )।

অব্যাবৃত ভজনাত্ , অতৎপা লৈতনা লাৎচরবদা।

সূত্র অসিদা মমাঙগী সূত্রগী মরমদা শন্দোক্লা হায়রি। মমাঙগী সূত্রদা পোৎকী অপাম্বা অমসুং পোৎতা পূক্লীং লূপশিনবা হায়বা অসি হেক মাঙহনবদা ঐখোয়না ঈশ্বরগী ভক্তি লৈবা ঙমগনি হায়বদু হায়রি। তৌইগুম্বসুং মতৌ করম্না

অসিগুম্বা শুক্লাংপা লীচিং অসি মুখৎপা ঙমগদগে ? ব্রাহং অসিগী পাউথুম সূত্র অসিদা উৎলি। তাইবংগী অপাম মিহৌ লাংগী লীচিং অমসুং অকনবা লীপুন অসিবু লেপ্তুনা ঈশ্বর মাবু লাৎচবনা লায়না জয় তৌবা ঙম্মী।

ভক্তিগী লম্বীদা চৎপদা, লায়না কয়া, অমাঙ অতা কয়া নীংবা কায়বা কোঙ্গায় থেংনরক্কনি। ভক্তনা অসিগুম্বা পূম্নমক অসি, অৱাবা কয়াসি মায়োক্লদুনা খাঙগদবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়, "হে আর্জুন, মহাক অদুনা ঐবু লেপ্তুনা অতোপ্পা অতৈ ব্রাখল অমত্তা খন্দনা, নীংশিংজরিবা অরেপ্পা নাইদনা ঐঙোন্দা লূপশিঙ্গরিবা মী অদুনা ইরায় লায়না ঐবু ফংজে।" অধ্যায় ৮/১৪।

মহর্ষি পতঞ্জলিনা মাগী পাউতাক পরিং রাজযোগদা হায়, "সাধনা হায়বা অসি অরেপ্পা লৈত্তনা মক্ক হক্রা ভক্তিগা লোয়ননা চত্থরবদা মরা তারকই।" ১/১৪।

নঙনা লৈঙোইগী থৌরী তাবা ঙম্বা য়াই, নঙনা লৈঙোইদগী থাউ শুংবা ঙম্বা য়াই, নঙনা ঈশিংদগী মাখন শুংবা ঙম্বা য়াই অদুবু সংসারগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা ঈপাক, গোকপা শিবা চক্রসিদগীদি লেপ্পাইদবা ভজন নত্তগা ভগবান মাবু লাৎচবা য়াওদনা লানবদি শুকঙম ঙম্রোই।

পূজা, সেবা হায়বসি ভজন নত্তগা লাৎচবমক্কি। ভগবানগীদমক মখল খুদিংগী সেবা পূম্নমক ভক্তি ভাবতা পাঙথোক্লবদি ভজন ঙাক্তনি। অধ্যাত্মিক ভাবতা মীওইবগী সেবা তৌরবদি মদুসু ভজন নত্তগা ঈশ্বরবু সেবা তৌবনি।

বিষ্ণুগী নত্তগা ভগবানগী মরমদা নৈনবা তাবা, মহাক্কী মিংথৈ শোনবা, অমসুং মগুণ শীংথাবা, মহাকপু নীংশিংবা, মাগী সেবা তৌবা, মাবু লৈশু কত্তুনা পূজা তৌজবা অসিনচিংবা, মঙোন্দা তৌরিবা থবক পূম্নমক কথোকপা, মাগী সেবাদা হকচাং শূম্বা কথোকপা পূম্নমক অসি ভজনগী মনুং চল্লি।

তূম্বা, চাবা অসিনচিংবা ফাওবা, ভগবান মাগী সেবানি খন্না সেবাগী মনুং চলহনগদবনি। "য়দ্যত্ কর্ম করোমি তৎ তদখিলম্ সম্ভো তবারাধনম্।" নঙগী থমোইনুংদা লেংশিল্লবা ভগবান মানা চাবনি, তূম্বনি হায়বসি পূক্রীংদা খঙউ। মতম অদুদা ঐ কৌবা নাপন অদু লোইনা মাঙখিগনি। মসিনি ভগবানগী মফমদা শূংকৎ কথোকপা হায়বদু।"

সূত্র ৩৫ দা উৎলিবা অধ্যাত্মিক সাধনা অসি ওইদবা কত্তবা নাম্বেকপগী মচৎ অমা উৎলি। মসিদা কত্তবা পাপশিং য়াওহন্দবা নাম্বেকপা থগনৈ। তৌইত্তরসুং সূত্র অসিদদি অপাননা তৌগদবা অধ্যাত্মিকী থবকশিং সাধনাশিং অদু তাকই।

নঙ শোয়দনা অধ্যাত্মিকী কিবা লৈতবা নায়ক (অধ্যাত্মিক নায়ক) অমা ওইগদবনি। নঙনা য়েখায় থিনগায়বা অমসুং অরুবশিং অমত্তা কিরোইদবনি। নঙনা মখোয় পূম্না লোইনা লাম্বেকদবনি অমসুং অরুবা য়েখায়বশিং কয়া অধ্যাত্মিকী লম্বীদা খুরৌ চেন্নিবা অদু লাম্বেকদবনি। নুংঙী অধ্যাত্মিকী অমসুং আশাগী মৈরিশিং অদু মরা চেৎনা চাউখৎহনগদবনি। তপ্না তপ্না লোইনাইদনা চঙশিল্লু। অখাঙ কল্লু। মায় পাক্লা হল্লকউ।

অশোনবা মচৎনা নত্রগা মিহৌলাংনা নঙবু কিদুনা চেনবা তৌহনগনু। মিৎ-না শিংনা লৈল্লু। নশাদু থীং থীং লাউ, ওক্ত শাজৎনবা, থৌওইদবা তৌগনু, তনগনু অমসুং চেকশিন্দবা তৌগনু।

পোথাউ। খ্বাইদগী অফবা পোথাবদি থবক হোংবনি। কীর্ত্তন তৌ। মসিনা নঙোন্দা দরকার ওইবা অচঙবশিং অদু পীগনি। মসিনা নঙবু চোকথবা ফহনগনি। কিদমুকম ওইবশিংবু ঈজ্জৎ তৌ। অধ্যাত্মিকী সাধনাশিংদা হৈনবী শেমগৎলু। মখল মখেল, মন্ত্র ইবা, জপ, কীর্ত্তন, লাইশোল, ধ্যান, নৈনবা, সেবা অসিনচিংবা হোং হোংদুনা চথৌ। পূম্নমক অসি ভজন নত্রগা লাই খুরুম্বা লাৎচবা হায়বদু চিংই।

মচিং মশোন নাইনা লাইনীং লম্বী মতৎ মতৎ তৌবদি করিসু কাম্নরোই। লেপ্তুনা, পোথাবা লৈতবা মওংদা চঙশিনগদবনি। মসি থাউগী ঈচেলগুম লেপ্লাইদবা ওইগদবনি। মরক্তবু হেক লেপ্পুরবদি পুক্নীংদা তাইবংগী অপাম্বা পূম্নমক চঙ্নবা হোৎনরকনি। শেংদবা রাখল অমসুং তাইবংগী মিহৌলাংশিং অসিনা (অন্তঃকরন) থমোইনুংগী শেংলবা শক্তম অদু মাঙহনগনি। রজগুণ অমসুং তমগুন্না নঙবু লাকশিনখিগনি। অরিবা অপাম্বা পূম্নমক অমুক হিংগৎলকনি। মরমসিনা ভক্তনা য়াম্না মিৎ-না শিংগদবনি অমসুং চেকশিনগদবনি। মরম অসিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় "সর্বেষু কালেষু মামনুস্মর" মতম পুম্বদা ঐতবু নীংশিংউ।" অধ্যায় ৮/৭।

## সূত্র ৩৭।। লোকেऽপি ভগবত্ গুণশ্রবণকীর্তনাত্ ।।

সংসার অসিদা ইচম চম্বা পুনশিংগী থবকশিং তৌনা তৌনা ভগবানগী গুণ অমসুং মঙালশিং অদুবু শক শোঞ্জরগা অমসুং তাজরগা (ভক্তি চাওখৎলি) ।

লোকে, সংসারসিদা ( সমাজসিদা); সংসার অসিগী ইচম চম্বা থবকশিং অসি তৌনা তৌনা; অপি, অদুদসু, অদু ফাওবদসু ; ভগবত্ গুণ শ্রবণ কীর্তনাত্, ভগবানগী গুণ অমসুং মতিক মগুণ মঙালশিং অদু শকচরগা অমসুং তাজরগা ।

ভগবান্না হায়রী "ঐদি বিষ্ণু ভগবানগী লৈফম বৈকুন্থদসু লৈতে ; যোগীশিংগী থমোইদসু লৈতে; হে নারদ, ঐদি ঐগী ভক্তশিংনা ভক্তিগা লোয়ননা ঐগী ইমিং শক শোল্লিবা মফম অদুদা লৈ ।"

সংসার অসিদা ভগবানগী মফমদা ভক্তি লৈনবা য়োকখৎপদা ভগবান মাগী মতিক মগুণ মঙালশিং অদু শকচ শোঞ্জরগা অমসুং তাজরগা ওইথোকই হায়বা অসিগী খুদম্দি ব্রাত্তনা লৈ ।

লাইওইবা পুনশিগা অইবংগী পুনশিগা অনী অসি তোঙান খায়দোক্লগদবা নত্তে । নঙনা থবক শুনা শুনা (দিব্য)লাইগী ওইবা ব্রাখল অসি শুকথা থাদোক্তবদি নত্তুগা পূক্লীংদা অচুম্বা ব্রাখল মাঙহন্দ্রবদি অমসুং নঙগী পূক্লীং থবক শুনা শুনা ভগবান মাবু কাউদ্রবদি নঙগী থবক পূম্নমক লোইনা ঈশ্বরগী পূজাদা ওস্লোকপা ঙমগনি ।

ভগবানগী মতিক মগুণ মঙালশিং তাবা হৈত্রবা মনাকোং অদুদি লিন লৈবা লৈবাক লৈথুন অমগুম্বনি । ঈশ্বরগী মগুণ থাদুনা শক্তুবা লৈয়েং অদুদি ওক্কী মরৈগুম্না করিসু কান্নদে ।

মৈনা শীংবু অদুম চাকথেকখিবগুম ঈশ্বরগী মিংখৈ খঙনবু ওইরবসু খঙদনবু ওইরবসু শোনবনা পাপ্ পূম্নমক চাকথেকখি ।

ভগবানগী মিংখৈবু তত্তনা শোল্লিবা অমসুং জপ তৌরিবা মীশক অদুগী মফমদদি তপ তৌবগী কান্নবশিং, যজ্ঞ অমসুং কথোকপগী কান্নবশিং, অশেংবা তীর্থশিংদা ঈরুজবগী কান্নবশিং অমসুং বেদ তম্বগী কান্নবশিং লোইনা ফংই ।

নুমিৎনা চীংজাউশিংগী শুরুংগী অমম্বা কোকহনবগুম অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা অমম্বা লৈচিনবু মাঙহনবগুম ভজন অমসুং কীর্তন্না মীওইবগী থমোইনুংদা চঙথ্রগা অৱাবা অমসুং অনাবা পূম্বা লোইনা মাঙহনখি ।

মরম অসিনা, অরেপ্পা লৈতনা কীর্তন তৌবসি, কীর্তন তাবসি অমসুং ঈশ্বরগী মিংথৈ অমসুং মগুণ হন্না হন্না নীংশিংবসি খ্বাইদগী অথোইবা, শোয়ফদ্রবা থোইরেন থোইবা ভক্তি ফংনবগী অমসুং ঈশ্বর ফংনবগী উপায়নি।

ভগবত্তা হায় " সংসারগী অওাওবা মৈরিনা য়ৈহত্তুনা ব্রাদুনা থরো থরো ওল্লবা, নীংবা কায়বনা থুঙ্কংলবা তাইবং মীওই অমনা ভগবানগী থোইদোকপা মতীক মগুণ অমসুং মাগী লিলাগী নুংগী অথূপ্পা মচং অদু তাজরগা নত্তুগা থকচরগা তাইবং ঈপাক লানবা নত্তুনা অতৈ অতোপ্পা উপায় লৈতে।" ৪/৪০।

জপ অমসুং কীর্তন হায়বা অসিদি চহি লেঙ্গা, নুপা নুপী, শাগৈ জাৎ, অমসুং পুনশিগী থাক অমত্তা খায়দনা মতম পূম্বদা, মফম পূম্নমক্তা মীওই পূম্বনা সাধনা তৌবা য়াই।

পূক্নীং লাকশিনবা, থমোইং শেংদোকপা, মৌন ব্রত্ত তৌবা (ব্রা ঙাঙ্দবা), বুদ্ধি লৌশিং মাঙবা নাইদবা হায়বা গুণশিং অসি জপ তৌবদা মায় পাক্লবগী উপায়শিংনি।

জপ তৌবা মতমদা মন্ত্রগী অর্থ অদু খঙনা অর্থ অদুদা ধ্যান তৌদুনা লৈগদবনি। মতম অদুতদা কনাগুম্বা মী অদুনা ঈশ্বর মশক থুনা খঙবা ঙমগনি।

মন্ত্রগী খোঞ্জেলনা অধ্যাত্মিকী সাধনা তৌবদা য়াম্না হেন্না হকচাংদা পূক্নীংদা অমসুং থমোইগী লমদমদা থোইদোকপা কান্নহনবা ইথিন পী।

নমো শিবায়, নমো নরায়ণায়, নমো ভগবতে বাসুদেবায়, নমো শ্রীরাম জয় রাম জয় জয় রাম অসিনচিংবা অসি সিদ্ধ ওইরবা মন্ত্রশিংনি। সিদ্ধ মন্ত্রশিংসি নীংথিনা চাং য়েংলবা অমসুং শীজিন্নবদা নীংথিনা কান্নবা ফল পীরে হায়না লেপ্লবা থোইদোকপা মন্ত্রশিংনি।

ভগবান মহাক্তি মপূংফাদবা হায়বা অদুদগী লাম্লোকখ্রবনি। মহাক্তি মপূং পূংফা ফারবনি। জ্ঞান, থমোইং ঈংবা, শক্তি, মঙাল লৈবা, পূংশুপ শূপ্না মপূং ওইবা, চীংলেম্বা হায়রিবা তরুক অসি ভগবানগী মগুণশিংনি। ভগবানবু ধ্যান তৌজরবদি মাবু শোয়দনা ফঙ্গনি।

" কলৌ কেশব কীর্তনাৎ" কলি যুগ অসিদদি ভগবান ( ঈশ্বর) মাবু লৈশি লৈথোন্দুনা কীর্তন তৌজবতনা অরান খুভম ফঙ্গনি। মীশিংনা হঠযোগগী ক্রিয়াশিং প্রাণায়াম, কুম্ভক, ক্ষেচরি মুদ্রানচিংবা তৌরগা হকচাং য়াম্না হেক ফবা, ব্রহ্মচর্য পালন মপূংফানা হেক তৌবা ঙম্বা নত্তে। মখোয়গী বেদান্ত খঙনবগী অমসুং সাধনা

তৌনবগী মতিক চাবা জ্ঞান , খঙবা ঙম্বগী শক্তি, অব্রাংবা বুদ্ধি অমসুং অকনবা অনীং পরৈ য়াম্না ব্রাংলি । অরায়বা উপায়দি শুপ্পগী কীর্তন খক্তনি ।

## সূত্র ৩৮ ।। মুখ্যতস্তু মহত্কৃপয়ৈব ভগবত্কৃপালেশাদ্বা ।।

তৌইশুম্বসুং মসি (ভক্তি)দি (মহাপুরুষশিংগী) অচৌবা মীগী নত্রগা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মতমদতা ফংই ।

**মুখ্যতঃ, মরুওইনা; তু, তৌইশুম্বসুং ; মহত্কৃপয়া, অচৌবা মী (মহাপুরুষ) শিংগী থৌজাল খক্তনা ; এব, খক্তনা; ভগবত্কৃপালেশাত্, ঈশ্বরগী থৌজাল মচেৎ অমত্তং হেক ফংজবদা; ব্রা, নত্রগা ।**

মমাঙগী সূত্র অহুমদা ভক্তনা মশাগী হোৎনজবগী মরম হায়বদি"বিষয় ত্যাগাত্ সঙ্গত্যাগাত্ চ"পোৎকী অপাম্বা অমসুং পোত্তা লূপশিনবসি থাদোক্লনা তৌগদবশিংদুগী মরমদা নৈনম্রে ; "অব্যাবৃত ভজনাত্"লেপ্প নাইদবা লাইনীং অমসুং "ভগবত্-গুণ শ্রবণ-কীর্তনাত্" ভগবানগী মতিক মগুণ ময়াই শীংথাবা তাশিনবা অমসুং ভগবানগী মতিক মগুণ ময়াই,মিংখৈ শোনবা অসিগী মরমদা কন্না নৈনৈ ।

সূত্র অসিগা মথংগী সূত্র অহুমগদনা ভগবানগী থৌজাল করম্না ফঙ্গনি হায়বগী মরমদা নৈনৈ ।

অচৌবা মীশিং (মহাপুরুষ)না মীওইবা মচিন মনাও নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী থমোইনা চাকচরবদা ভগবাম্না মখোয়গী থমোইনুংদা চঙদুনা থবক তৌবী।

শ্রীমদভগবত্তা অসুম্না হায় "মহাপুরুষশিংগা লোয়ননা লৈবা মতমদা ঐগী মপূংফানা চীংলেম্বা মতৌগী মরমদা ব্রারী ব্রাতায়নৈ মদুনা থমোইবু পেলহল্লি, ব্রাংখৎহল্লি,অদুনা নাকোংবু নুংঙাইহল্লি । অসুম্না তাজরগা শ্রদ্ধা,ঐঙোন্দা লূপশিনবা (লিপ্ত) অমসুং ভক্তিগী ব্রাখল অমসুং মখোয়গী পূক্লীং পূম্নমকসি অরান খুভমগী লম্বী ওইবা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকই ।

ইশানা হোৎনজবা হায়বা অসিমদি শোয়ফদনা মথৌ তারে । অদুগা সাধকশিংনা মহাক মতোমতনা করিসু তৌবা ঙমদে হায়বা অসি থুনা খঙজরকই

অমসুং মহাক্না ঈশ্বর ফংবা হায়বা অসি শুপ্নতগী মহাপুরুষ অমগী থৌজাল, ঈশ্বর মাগী থৌজাল মচেৎ অমত্তং ফংজরবা অদুতদা ওইথোকই হায়বসিসু খঙজরকই ।

শুপ্নগী মিৎকুপ অমত্তং সাধু শন্তশিং অমদি মুনি ঋষিশিংগা লোয়নজবদা য়াম্না কান্নে । সৎসঙ্গ তৌবনা সংসার মায়াগী লীপুন, অপাম কল্লক অমসুং মিহৌলাং পূম্নমক মাঙহল্লি ।

ভক্তি হায়বা অসি সাধু শন্তশিংগা তিন্নদনা পোকহনবা শুকঙম ঙমদে । ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বা অসিদি মহাত্মাশিং অমসুং অচৌবা মীওইশিংগী থৌজান্তনা ফংবা ঙম্মী ।

ইশা ইথক্সা হোৎনবা হায়বা অসিসু ঈশ্বরগী থৌজান্তনা ওইথোকই ।ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বা অসিনা মশানা অফবা কর্ম, ভক্তি অমসুং পূংকৎ কথোকপদগী মতোমতা ফল ওইনা তাজরকই ।

ঐ কৌবা নাপনবু মুখৎলবদা নত্ত্রগা মাঙহল্লবদা, ঈশ্বরগী থৌজালগী ঈচেলদা পীবা অপনবশিংদু মাঙজখি অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল অদু মতোম্মতা চেনশিঞ্জরকই ।

গুরু হায়বা অসিসু ঈশ্বরগী থৌজান্তনা উবা ফংজগদবনি । মাগী শক্তি পূম্না ভক্তগী মফমদা শোকপীবদগী, য়েংবতদগী নত্ত্রগা নীংবীবদগী (শংকল্প) হেক্ত পীবীবা ঙম্মী । ভগবান মানা গুরু ওইনা লাকপীবনি । গুরুনা ভগবানগী লূচিং মথাদা থবক তৌজবতনি ।

জ্ঞান যোগীশিংনা মশা মতোমতা হোৎনগদবনি হায়বা অসি শৌগৎলি, ভক্তিগী লম্বীদা চংশশিংনদি ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বসি কন্না শৌগৎলি । ভক্তশিংনসু অত্মাবু শেংদোকপদা, অমসুং থৌজাল শক্তম লাংহল্লক্লবা হোৎনবদা মশা মশা মতোম্মতা হোৎনবগী মথৌ তায় হায় । অদুমকপু ভক্তিগী লম্বীদ য়াম্না হকচিনবা ভক্তশিংনদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবতদা মশা মতোম্মতা হোৎনজবা অসি ওইথোকই হায়না লৌই ।

মী পূম্নবু ঈশ্বরগী থৌজান্না ঙাকপী শেনবীদবসি করিগীনো ? ঈশ্বরনা মী পূম্নমক্তা মাগী থৌজান্না মরম ওইদুনা মানা মানা পাম্বা মতুংইন্না অফবা নত্ত্রগা ফত্তবা লম্বী খঙনবা ব্রাখলগী পাঙ্গল পীনবী । মরম অসিনা মহাক্না মাগী ব্রাখল অদু মশানা য়ানীংনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওনশিল্লকপগী তাঞ্জা অদু ঙাইজগদবনি ।

মী খুদিংগী মনীংতম্বা মচৎ ঈশ্বরনা পীনবীরম্বনা, ঈশ্বর মহাক্না মীশিংবু মশাগী অনীংবগী মতুংইন্না ঈশ্বর মাবু নুংশিজ্জরকপদু ঙাইদুনা লৈ ।

মনীংতম্না মশাগী অনীংবদা থাদোকপা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজান্দা নন্দুনা থম্বগী ব্রাকমসি পূংপেন পেন্না য়াথোক্লসি । অদুবু, মী খরনদি কর্ম হায়বসি থৌজালগী মথৌ তাবা মায়য়োন অমনি হায়না শন্দোক্লা হায়, মরমদি, মদু নৎলমদ্রবদি মী অমগী মরম্নাই নীংতম্বদা খূৎ থিংজিন্নমগনি । ঈশ্বরনা মী অমবু মাগী অপাম পামদগী মতুংইন্না করিনো করিনো অদু তৌ অদু তৌগনু হায়না মনীংতম্না থাদোকপসি পামদে ।

খরনা অমুক থৌজাল হায়বা অসি শুপ্নতগী কর্মগী মতুং ইনবনি হায় । ভক্তি অমসুং পূংকৎ কথোকপনচিংবা অফবা থবকশিং অসিনা মখোয়গী ফল, হায়বদি কর্মগী মতুংইন্না, ঈশ্বরগী থৌজাল অসি ফঙজগদবনি ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় "ঐগী শক্তিগী মায়া কৌবী গুণ অহুম্না তিনবী অসিদগী নাম্লোকপা অরায়বা নত্তে; ঐগী নাক্ত চংজরক্লবা মখোয় অদুতনা অদুগুম্বা মায়া অদুদগী নাম্লোকচৈ ।" গীতা অধ্যায় ৭ / ১৪ মুণ্ডকা উপনিষদ অমসুং কথোপনিষদতা নঙনা উগনি, " আত্মা অসি ব্রারী ব্রাতায়নরগা, নত্রগা জ্ঞান শান্নরগা নত্রগা য়াম্না নৈনরগা ফংবা ঙম্বা নত্তে । মহাক্তি মহাক্না থৌজানবীরবা মী অদুতনা ফংজবা ঙম্মী ; মহাক অদুবু অত্মা অদুনা শফোঙবীদুনা থৌজানবীরবা অদুগুম্বা মী মহাক অদুতনা ফংজৈ ।" " ভগবত্ কৃপা লেশাত্ "কনাগুম্বা অমবু সংসারগী মায়াগী লাং অসিদগী নাম্লোকপা হায়বা অসি ঈশ্বর মাগী থৌজাল মরিক অমত্তং ফংজরগতদা ওইথোকই । মীওইবনা অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চেৎনা কোন্দুনা চৎপা ঙমজবা হায়বা অসি ভগবান মাগী থৌজাল্লগী মতুং ইল্লি অমসুং মখল কয়াগী লীপুন অমসুং লাং পূম্নমক্তগী লাম্লোকপসু ভগবান মাগী থৌজাল্লগী মখা পোল্লি ।

" কনাগুম্বা অমনা থবক পূম্নমক তৌনা তৌনা, ঐগী ইফমদা চংজরবদি ঐগী থৌজাল্লনা মরম ওইদুনা মানা য়ৈথায় থিনগায় লৈত্রবা লেঙনাইদ্রবা, অরান খুভম অদুমক ফংজৈ ।" গীতা অধ্যায় ১৮ / ৫৬ ।

" ঐবু নীংশিং নীংশিং থবক তৌরবদি নঙনা ঐগী থৌজান্দগী খুদোংথীবা খুরৌ চেনবা পূম্নমক লাকশিনবা ঙমগনি , তৌইগুম্বসুং নঙগী নাপন্না মরম ওইদুনা ঐনা হায়বা ব্রাবু থওইদ্রবদি নঙ য়াম্না শাথীনা অমাঙ অতা নঙগনি ।" গীতা অধ্যায় ১৮ / ৫৮ ।

"ঐনা ঐবু নুংশিবা ভক্তশিংগী থমোইনুংদা লেঙদনা লৈবীদুনা মখোয়গী অপঙবা ব্রাখন্দগী পোকপা অমম্বশিং অদুবু জ্ঞানগী মঙান্না কোকহল্লি ।" গীতা অধ্যায় ১০/১১।

"মহত্ কৃপা" মহাপুরুষশিংগী থৌজানসু য়াম্না চঙই । ঈশ্বর অমসুং ভগবতগী লম্বী ঙাম্না উন্নবা মহাপুরুষ অমগা অনীগী খেন্নবা অমত্তা লৈতে । অনী অসি অমত্তনি । সংসারগী পাপকী লম্বী অসিদগী নাম্থোক্নবা উপায় হায়ববু মহাপুরুষশিংগা সৎসঙ্গ তৌবা নত্তনা করি অমত্তা লৈতে । সৎসঙ্গ হায়বা অসি অমম্বা তাইবংগী ঈপাক ব্রাংমদা লৈবা অকিবা লৈতবা লমদম অদু তানা চৎনবগী য়েখায় থিনগায় লৈত্রবা হিনি : সৎসঙ্গগী মগুণ অসি ভগবত্তা, রামায়ন্দা অমসুং ধর্মগ্রন্থ পূম্নমক্তা য়াম্না ব্রাংনা থাঙ্গৎলি । মহাপুরুষশিংনা ইবা লাইরিকশিং নৈনবনা অনীশুবা থাক্কী সৎসঙ্গনি । নখোয়না অদুগুম্বা লাইরিকশিং অদু পারগা মহাপুরুষশিং অদুগা লোয়নবা ফংজে ।

অরানখুভম্ব পাম্বনা লাঙতক্নরিবা অমসুং অদুগুম্বা লম্বী অদুদা চৎননবা কন্না হোৎনরিবা সাধকশিং অদুতদা থৌজালসু পীনবী । হৌজিক্কী মতমগী মীশিংনা নুংঙাইথোক্নুনা হিংবা পাম্মী অদুগা মহাপুরুষশিংগী থৌজালসু হেক্তা ফংনীংই । মখোয়না তপ নত্তগা সাধনা অমত্তা তৌনীংদে । মখোয়না মিত্রংগী গুলি অমা চারগা খুদক্তা সমাধি ফংবা পাম্মী । মখোয়না সংসারগী নুংঙাইবগা অরান খুভমগা খোঙ্গুল অমত্তদা চৎলগা পূন্না ফংবা পাম্মী ।

কবির, তুলসিদাস, শঙ্কর অমসুং গুরু নানক পূম্নমক্না মহাপুরুষশিংগা সৎ-সঙ্গ তৌবগী কান্নবগী মরমদা ইরম্মী । ঈশ্বর থাজবা, ধর্মগ্রন্থবু থাজবা অমসুং ঈশ্বর ভক্তিদা পুক্নীং চপযুংনা লূপশিনবা হায়বা অসি তপ্ন তপ্ন সৎসঙ্গ তৌরগতা ওইরকখিবনি ।

হৌজিক্কী মতমদা য়ুম্বাল্লবশিংনা অফবা মহাপুরুষ অমত্তা লৈত্রে হায়না ব্রাকৎলি । মসিদি নাতৈ চাদবা ব্রাঙাংনি । সাধু সঙ্গ হায়বা অসি অওক অথোম অব্রায় অখুমগী ব্রানি । অশেংবা সাধু সঙ্গ পান্নবদি শোয়দনা ফঙ্গনি । মসি প্রকৃতিগী শোয়ফদ্রবা মচৎনি । নঙনবু তশেংনা খৌরাংলবদি নঙগী থোঙজিন্দা মহাপুরুষ অদু শোয়দনা লাক্কনি । নঙনা পুনশি অমা লেল্লি অমসুং নঙগী পুক্নীংদদি অপাম কল্লক মিহৌগী মমি কয়াদা তৃংদুনা লৈরি । নঙনা নঙগী পুনশি লম্বী হেন্না ব্রাংনা

থাঙ্গৎপদি পামদে, দিব্য জীবনগী ব্রাখল মচেৎ অমত্তসু খোয়দাদে। নঙনা ব্রারেমদা মতম লেল্লি অদুগা তাইবংগী অরেম্বা ব্রারীদা পঙথরি। নঙদি আশা লৈত্রবা অপাম মিহৌগী, কল্লক কঞ্জাওবগী, মিংচৎকী ঈজ্জৎকী লাংদা থুদুনা লৈরি। অদুগা ওন্ন তৈননা ব্রাকৎলি, "ঐ সৎসঙ্গ তৌগে হায়বদা করি অমত্তা ফংদে।" নশাবু হান্না নরাল শিজৌ। নশাগী নরাল হান্না য়াজৌ। নশাগী অশোয়বশিং অদুগীদমক হান্ননা নীঙমদবা মৈনা চাকচৌ। মদুগী প্রায়শ্চিত্ হান্না তৌজৌ। চরা হেল্লু। ঈশ্বরবু খুরুমজৌ। অচিকপদা নদোম হীক্লা হীক্লা কপচৌ। অহানবদা নশাবু মতিকচাবা অধিকারী অমা ওইনা হান্না শেমগৎচখো। অদুদগী ঐগী নাক্ত লাকউ। ঐনা নঙবু অচুম্বা লম্বীদা পুবীগনি, লমজিংবীগনি, অমসুং শেংলবা ব্রাংলবা লমদমদুদা থাঙ্গৎপীগনি। অসিগুম্বা "খোইদোকপা মীথোই মীহেনবা আত্মাশিং" নত্রুগা অরাংবা থমোইদ চেনবা মীওইশিং অসিনা অশেংবা সাধকশিংবু গুইদুনা লৈরিবনি। মহাপুরুষতি মরাঙ কায়। অশেংবা সাধক্তি ইরৈ লৈতে। নঙনা "অশেংবা মহাপুরুষ ইরৈ লৈতে" হায়না মরাল শীরক্রবদি নঙোন্দা হেন্না শাথীনা, "অচুম্বা থিবা অশেংবা সাধক্তি শুকলৈ লৈতে" হায়না অমুক মরাল শীরক্কনি।

---

# অশিংবশিংগা লোয়নবগী লাইওইবগুম নুংঙাইবা

## সূত্র ৩৯ ।। মহৎসঙ্গস্তু দুর্লভোऽগম্যোऽমোঘশ্চ ।।

**মহাপুরুষশিংগা সঙ্গ তৌবা অসি অমুক হন্না ফংবদা অরুবনি, ফংঙ্গদবনি অমসুং তিন্নজবদগী ফঙ্গদবা মহৈদি লালহৈত্রবা অমসুং শোয়ফত্রবনি ।**

**মহৎসঙ্গঃ , মহাপুরুষশিংগা সঙ্গ তৌবা ; তু, অমুকহন্না, তৌইগুম্বসুং , অদুদগী; দুর্লভঃ , ফংবদা খূদোংথীবা, অরুবা; অগম্য, ফংঙ্গদবা, য়ৌঙ্গদবা, খঙ্ঙমদবা ওইরিবনি , অমোঘঃ, কদৌনুংদা লান্দ্রবা অফবা মহৈতা ওইবনি; চ, অমসুং ।**

**ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়, " অরান খুভমগীদমক লাম্লেংনরিবা মীওই লীশীংগী মনুংদা অমত্তমক অমসুং আশা লৈরবা সাধক লীশীংগী মনুংদা অমত্তমক অরান খুভম ফংখিবনি ।"**

অশাবা অধ্যাত্মিক গুরুগী লৌনমদা নশাবু চৎহনবা মীশক অমা থক ওইগনু ।

নঙনা কনাগুম্বা অশেংবা মহাপুরুষ অমবু হেক থেংনবদা তশেংনা মশাক খঙবা হেক ঙম্রোই, মরমদি অসিগুম্বা মীওইশিংনা মহৌশানা মশাগী অচৌবা গুণ অদু লোংশিনগল্লি । কনাগুম্বা আশা চাউবা সাধক অমনা মাগী হৌখিবা মপোক নত্তুগা ইন্দর্থী মপোক অসি কন্না হোৎনজদুনা ঐনশিঞ্জরকপা মগুণশিং অদুতনা মরম ওইদুনা মহাপুরুষ অমগী মগুণ খঙবা ঙমজে অমসুং মাগী থৌজাল ফংজবা ঙম্মী । লেঙঙম শাঙমদবা অতনবা মীশক্না মহাপুরুষশিংবু খঙবা মখোয়গী থৌজাল ফংবা ওইথোক্তবনি ।

নঙনা মী অমবু নক্না মীপুম খূদিংমকপু গুরু ওইনা হেক্তা লৌশিল্লোইদবনি । অশেংবা অধ্যাত্মিক মঙাল ফংলবা গুরুদি অতাঙবনি ।

গুরু ওইবা হায়বা অসি মীশক অদুগী মফমদা ঈশ্বরগী থৌদা পুরকপা

মীওই অমা ওইগদবনি ।

মহাপুরুষশিংগা সঙ্গ তৌজবা হায়বা অসি লালহৈতবা,শোয়হৈতবা ফংঙমদবা অমনি । নৌরিবা সাধক অমদদি চাওখৎলকপগী মতৌ অদু য়াম্না তপকনি অমসুং মথং মথং খর খর অসুম কাখৎলক্কদবনি ।

সাধু সন্যাসি অমনা শেমগৎলিবা মাগী অধ্যাত্মিক্কী ঈথক ঈপোম অদুদি য়াম্না লাপ্না চৎলি,অমসুং মদুনা মাগী মতিক চাবা অধিকারী (সাধক) অদুগী মনাক তানা চৎখি অমসুং মাবু নীংথিনা অওনবা মীশক অমা ওইহল্লি ।

অফবা পোত্তি তাইবংসিদা য়াম্না তাঙই । কস্তুরি,কুম কুম,চন্দন,রেডিয়ম, জ্ঞান লৈবা মীশক , থৌজাল হৈবা মীওই,অথৌবা ( নায়ক) তাইবংবু নুংশিবা মীওই অসিনচিংবসি য়াম্না তাঙই। অসিগুম্বা ফাওবা তাঙই হায়রবদা সাধু, জ্ঞানি,সন্যাসি, মুনি, ঋষি অমসুং ভক্তগী সাধক্কী ব্রাদি করি হায়গনি ! নঙনা মাঙজৌননা নশাবু লাকশিঞ্জরবা,ব্রহ্মচারী ওইরবা,পূক্লীং তপ্পবা,অরান খুভম্বু য়ৌশিন্না পাম্বা,নোল্লুকপা,হায়বা ইনবা,সেবাগী ব্রাখল খনবা অসিনচিংবা লৈফম থোকপা গুণশিং তানশিঞ্জগদবনি, অসুম্না সাধু সন্ত মহাপুরুষশিংগা সঙ্গ তৌবদা মতিক চাননবা থৌরাং তৌগদবনি । নঙনা মখোয়গা সঙ্গ তৌবা ফংজরবদি নঙগী অরান খুভমগী লম্বীদি য়াৎলবনি । শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা মাগী বিবেক চূড়ামনিদা অসুম্না হায় “ তাইবং অসিদা পোৎ অহুমথক অতাঙবনি । মখোয় অদুদি অহানবদা , মীওইবগী মপোক ফংবা, অনীশুবদা, অরান খুভম্বু থৌরাংবা, অহুমশুবদা, মপূং ফারবা সাধু সন্ত অমবু সেবা তৌবা ফংজবা ।”

## সূত্র ৪০ ।। লভ্যতেऽপিতৎকৃপয়ৈব ।।

মহাপুরুষশিংগী সঙ্গদি শুপ্নতগী ঈশ্বরগী থৌজালনা ফংজবনি ।

লভ্যতে, ফংজগনি ; অপি, অমসুং অদুগসু ; তৎকৃপায়া, মাগী ( ঈশ্বরগী) থৌজালনা; এব, খক্ত ।

মমাঙগী সূত্রশিংদা মহাপুরুষশিংগা সঙ্গ তৌবদি “দুর্লভ” খুদোংথীবনি অরুবনি অমসুং “অগম্য” ফঙ্ঙমদবা য়ৌঙমদবা খঙ্ঙমদবনি; তৌইগুম্বসুং “অমোঘ” তিন্নরুরবদি অফবা ফল ফংবদি লান্দ্রবনি,শোয়ফন্দ্রবনি হায়না হায়খ্রে ।

ব্রাফমশিং অদু তারগা কনাগুম্বনা পূক্লীংদা নীংহন্নবা য়াই ।

সূত্র অসিদদি অমুক পূক্লীং থৌগৎপগী ব্রাফমশিং হায়রি । মসিদা হায়রি “ অপি” মসি অরুবা ওইরবসু অসিনচিংবা , অদুম ওইনমক “লভ্যতে” ফংবদি য়াই ।

মহাপুরুষ নত্তগা গুরু অমগা সঙ্গ তৌজবা হায়বা অসি শোয়দনা ফংই । মসি ঈশ্বরগী থৌজালগী থবক্নি । “তৎ কৃপয়া এব ”।

মতম চারবা সঙ্গগী মমুন ফারবা মতমদা গুরু অমসুং শিষ্যবু ঈশ্বরনা খঙ্ঙমদ্রবা অঙকপা লম্বী অমদা পুবীখি ।

## সূত্র ৪১ ।। তস্মিন্স্তজ্জনে ভেদাভাব্বাত্ ।।

মরমদি ভগবান অমসুং মাগী ভক্তগী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা লৈতে ।

তস্মিন্ , মঙোন্দা (ঈশ্বর ); তজ্জনে , মাগী খূৎশেমশিংদগী ওইরকখিবা জীবশিং ; ভেদাভাব্বাত্ , খেন্নবা করি অমত্তা থমদবদগী ।

ভক্ত হায়বসি ঈশ্বর মশামক্নি । ভক্তবু সেবা তৌরিবা মীশক অদু ঈশ্বরবু সেবা তৌরিবনি । ভক্তনা ঈশ্বরগী থমোইনুংদা লৈ অদুগা ঈশ্বরনা ভক্তগী থমোইনুংদা লৈ । ভগবত্তা ভগবান্না হায় “ ভক্তশিংদি ঐগী থমোইনি , অদুগা ঐনা ভক্তশিংগী থমোইনি । মখোয়না ঐ নত্তনা কনাসু খঙদে অমসুং ঐসু মখোয় নত্তনা কনাসু খঙদে ।”

গোপীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ কয়া তমজদুনা শান্নজে । মখোয় মশানা মশাবু পৃংকাউ কাউথোকচে ; অমসুং মখোয় মশাদু কনানো হায়বা অমত্তা খঙজদে ।

কনাগুম্বা ঐ কৌবা নাপলা অসিবু কাউথোক্তুনা ভগবানগী মফমদা পৃংকৎ কংলোকচরবদা, মহাক ভগবানগী মিংয়েংগী অমসুং চেকশীনবীবগী মথাদা পৃংথম থম্বাখি । মাবু মায়ানা শোকপা ঙমদে । মঙোন্দা খেন্নবা পূম্বা লোইনা মাঙখি ।

“তৎজনে” মসিনা তাক্লিবদি মীশিংনা ভক্তবু পূক্লীং লূপশিন্না য়েংলবদি, খনবীরবদি হায়বনি ।

থমোইগী শেংদবা পূম্নমক অসি মাঙহনখ্রবদি, ভক্তনা মহাক মশাগা ঈশ্বরগা খেন্নবা অমত্তা লৈতে হায়বা ব্রা অসি খঙলকই । মতম অদুতদা ঈশ্বরগী

থৌজালনা মাগী মথক্তা হৈথবীরকই । থৌজাল অদু মানা গুরু ওইনা উবা য়াই । অসুম্না ঈশ্বরগী থৌজালনা লেপনাইদবা ঈচেল (ধারনা) ওইনা পূংশেং শেংবা পূকচেল (পবিত্রতা) থাজ নুংশিবা (ভক্তি) নত্তুগা করিগুম্বা নুংগী অশেংবা শক্তম নত্তুগা মিৎয়েং অমা ওইনা লাকপা য়াই ।

ভগবান্না কনাগী মফমদসু মীচং মীখায় নাইদে । মাগী থৌজান্দি কনাদসু খেন্নবা থমদনা পূম্নমক্কী মফমদা ফংহল্লি । কনাগুম্বা অমবু গুরু থিনীংবা অমসুং অরান খুভম ফংনীংবা পোকহল্লিবদুমক ঈশ্বর মাগী থৌজালনি ।

কনাগুম্বা অমগী মফমদা ঈশ্বরগী থৌজান্না চেনশিল্লক্রবা মতমদা, মী অদুনা অখাকপা লৈতনা পূংকৎ কথোক্লুনা চংজরবা মতমদুদা ঈশ্বর ফংজবা হায়বসি মহৌশানি অমদি ইরায় লায়বনি । অপগুবা মীনা ঈশ্বরগী থৌজাল লাক্রবদসু মাগী নারাংনবা লমকেৎ লমহায় থোইচৎনবা অমসুং ঐ কৌবা নাপল্লা কূপ্তুনা থৌজাল অদু ফংনবগী লম্বীদা মতোম্মতা অপনবা ওইনজৈ ।

তুরেল্লা মহাসমুদ্র য়ৌরগা অদুম তুরেনগী মওং অমসুং মমি মাঙখিবগুম, অমসুং ভক্তনা মশাবু ঈশ্বরগা তিন্নশিনখ্রবা মতুংদা মাগী মশক মমিং লোইনা তিনশিনখিবগা লোয়নননা মাঙখি । তোঙাল্লি হায়বা ব্রাখল অসিদি ভক্তিনা পূংমাঙ মাঙহল্লি ।

## সূত্র ৪২ ।। তদের সাধ্যতাং তদেব সাধ্যতাম্ ।।

মদুখক্তা হোৎনৌ , মদুখক্তগীতা হোংনৌ ।

তৎ , মদু ( মসিনা ভগবানবু নুংশিবদা সূত্রনা মরী লৈনহনবদু তাকই) এব, মদোম ওইবা অনী শুদবা, সাধ্যতাম্ , মসিতবু হোৎনবা ওইরসনু ।

তৎ ,মদ্ মতাং অসিদা পূংকৎ কথোকপা অমসুং নুংশিনা সেবা তৌবা হায়না সূত্র ৩৫ ,৩৭ তা তাকখিবশিং, অদুগা ঈশ্বরগী থৌজাল অমসুং মহাপুরুষশিং অমদি মহাত্মাশিং অদুগী থৌজাল, অদু উংলি । পূংকৎ কথোকপা হায়বা ব্রাফম অসিদি অখাকপা লৈরোইদবনি । মতম অদুতদা ঈশ্বরগী থৌজাল নঙোন্দা চেনশিল্লক্কনি । পূংকৎ কংথোকপা হায়বা অসি প্রপত্তিনি হায়বদি অখাকপা লৈতবনি ।

ঈশ্বরবু নুংশিবখক্তগী খন্দুনা হোৎনৌ । ঈশ্বরবু নুংশিবখক্তগী হোৎনৌ ।

ঈশ্বরগী থৌজালগীদমক নোম্মু । ঈশ্বরগী থৌজালগীদমক হোৎনৌ ।

ঈশ্বরগী থৌজাল ফংননবা ওমথৈ লৈতনা কন্না হোৎনৌ। ম্রাহৈ খরসি হন্না হন্না হায়বগী মরমদি মরূওইবা, মরূহকপা অদুগীদমক্তি।

মখোয়গী ( ঈশ্বর অমসুং গুরু ) গী থৌজাল ফংননবগী উপায় ওইগদবা, হীরমশিং অদুখক্তা ঐখোয়না হোৎনগদবনি।

মরম অসিনা, মসি য়োকখৎলু, মসিগীদমক হোৎনৌ ( হায়বদি ঈশ্বরবু নুংশিবশিং নত্তুগা মহাত্মা মহাপুরুষশিংগতা নকনৌ)।

নওনা ঈশ্বর নুংশিববু নীংথিনা য়োকখত্তুনা থমগে খল্লবদি, থমোই শেংনা সাধু সন্তশিংবু শাংনা শাংনা লোয়নবা তম্মু। ঈশ্বরগী থৌজালতনা নওনা অচৌবা আত্মাশিং, মহাত্মাশিং অমসুং মহাপুরুষশিংগা লোয়নবা ফংজগনি।

এব, মদুতনা; মদুতনি মমল নাইদ্রিবদি, মমল য়াগ্রিবদি। অতৈ পোৎ পূম্নমক্তি মমল অমত্তসু লৈতে। ঈশ্বরগী থৌজালতনা মদু ফজ্জনি। মদুগী উপায় পথাপশিংদি তাইবংসিদগী তোখায় তানা লৈবা, সেবা তৌবা, কীর্তন তৌবা, ভগবানগী লিলাশিংগী মরমদা তাশিনবা অসিনচিংবশিংনি।

---

# ফত্তবা সঙ্গ থাদোকউ

## সূত্র ৪৩।। দুস্সঙ্গঃ সর্বথৈব ত্যাজ্যঃ ।।

ফত্তবা মরূপতি উপায় পূম্বা শীজিন্নদুনা থাদোক্কদবনি ।

দুঃসঙ্গঃ , ফত্তবা মরূপ ; সর্বথা, হেক লৈজবা উপায়না ; এব, খক্তনা, থাঙ্গৈশেংনা; ত্যাজ্যঃ, থাদোক্কদবমক্নি ।

মফম খূদিংদা, মতম পূম্নমক্তা, লৈজবা উপায় পূম্নমক শীজিন্নদুনা ফত্তবা মরূপ্তি থাদোক্কদবনি ।

নৌনা দিক্ষা লৌজরক্লিবা সাধক অমনা ফত্তবা মীশিংগী নত্রগা সংসারগী পুনশি লেল্লিবা মীওইশিংগা তিন্নরবদি মাগী ভক্তিগী চাং মাঙথি অদুগা ফত্তবা গুণশিং ব্রাংখৎলকই । মহাকসু সংসারগী মীওইশিংগী থাক্ত কূমথরকই । পূক্নীংদি অতোপ্পশিংগী মতৌ তমগল্লি । ফত্তবা মরূপ হায়বা অসি ভক্তিগী লম্বীদদি অচৌবা অকায়বনি ।

ফত্তবা সঙ্গ তৌবা মী অমগী মফমদা ওক্তবা লমচৎ,লমচৎনাইদবা, পাপকী লম্বী,ইন্দ্রিগী পেন্নবা লমচৎ, ইন্দ্রিগী মখা পোনবা, মতাং হৈবা মী অমসুং লমকেৎ লমহাইবা মী অসিনচিংবা লমচৎ ওইহল্লকই । ফত্তবা মরূপা মী অমগী পুন্যগী ওইবা অশেংবা লমচৎ,অচুম্বা চৎপা, মীনুংশি অসিনচিংবা লমচৎশিং মাঙহল্লি ।

কৈরোয় লৈকায়,চিঙ্গাক, অকোয়বগী ফিভম,য়ুম্রেন কৈরোন্নবা,শিনফম , পূজা তৌবগী মওং ,খন্ন নৈনরিবা ব্রাফম, নঙনা পারিবা লাইরিক পূম্নমক অসিনা স্বাতিক ওইরবদি নঙ শোয়দনা অধ্যাত্মিক অমসুং ধর্মগী ব্রাখল চাওখৎলক্কনি । মখোয়শিং অসিনা রাজসিক নত্রগা তামসিক ওইরবদা ফত্তবা শাজৎশিং

চাওখৎলক্কনি ।

মী খরনা অসুম্না মরৈ য়েংলি " ঐখোয়না করিগী ফত্তবা মরূপ থাদোক্কদৌরিবনো ? মখোয়দসু ঈশ্বর ( আত্মা ) অদু য়াওদবরা ? ঐখোয়না অমদসু অমদসু ফত্তবতা করিগী হেক্তা য়েংগদৌরিবনো ? ঐখোয়না অফবা ঙাক্তা উগদবা নত্ত্রা ? ঐখোয়না ফত্তবশিংগী মনুংদসু ঈশ্বরবু উগদবা নত্ত্রা?

সাধু অমা হায়বা অসিদি অফ ফত্তগী ৱাংমদা লৈগ্রবনি । মহাক্তনা ফত্তবগী মনুংদা অফবসু উবা ঙস্মী । মঙোন্দদি অফবসু লৈতে ফত্তবসু লৈতে । মহাক্তি ফত্তবনসু শোকহনবা ঙমদে । মহাক্না ফত্তবগী মনুংদসু ঈশ্বরবু উই । মীচমশিং অমদি নৌনা হৌগৎলক্লিবা সাধক অমদদি ফত্তবা মরূপ্না য়াম্না শোকহনগনি । মহাক্তি ফত্তবগী মনুংদা অফবদু উবা ঙমদে । ফত্তবা হায়বসি ফত্তবা মপাল ওইনা অদুম উরিবনি ।

ঈশ্বরদি মফম খূদিংদা লৈ । ঈশ্বরদি অরূবা ঈশিংদসু লৈ, অমোৎপা ঈশিংদসু লৈ । অদুবু ঐখোয়না অমোৎপা ঈশিংবুদি থকপা ঙমদে । নঙনা অমাং অশোয় চাবা ঙমদে । নহা ওইরিবা সাধক অমনা "পূন্নমক অসি তশেংনা ব্রহ্মদুমক্কি" হায়বা ৱাহৈশিংসিগী অথূম্নদু মহাক্না কল্লক মিহৌলাং মরক্তা লৈরিঙৈদা করি অমত্তা লৌবা ঙমদে । অনেম্বা, ইন্দ্রিগী মিহৌলাংবু য়াকাইহনবা পোৎ খূদিংমক মরূ ফংনা মুথৎকদবনি ।

করিগুম্বা নৌরিবা সাধক অমদা নত্তগা দিক্ষা ফংবতা ঙাইরিবা সাধক অমদা নত্তগা তংখায় খক্ত মিংরূপ থোক্লিবা শিষ্য অমদা মহাবাক্য ওইরবা "পূন্নমক ব্রহ্মনি " হায়বা ৱাফম অসি তম্বীরবদি, বীরোচন্না মাগী শিষ্যশিং অমসুং মতুংইনবশিংদা হকচাংগী শোশাগী মরমদা তম্বীবদগী থোকখিবগুম মাঙদুনা তোক্কনি ।

পূংথোই থোইবা অৱাংবা অথূম্না ৱা অসিদি শুপুতগী লমচত্তা পূংথোই থোইরবা, অচুম অরানগী খল লেপ্পা ঙম্বা, অপাম মিহৌ লৈতবা অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পূন্নমক মাঙহল্লবা মীওইখক্তদা তম্বীগদবনি ।

পাপ হায়বসি পঙবদগী থোকপা ঙাক্তনি । অফবা হায়বসিদি নঙবু ঈশ্বর ফংনবগী লম্বী নত্তগা লেঙনাইদবা নুংঙাইবগী লম্বী অদু ফংননবা লম্বী অদুনি । পাপ হায়বা অসিনা নঙবু অৱাবা নুংঙাইতবা মৈশা লাংবা পোকপা অমসুং শিবা পুনশি ওইহল্লি । সত্ব হায়বদি অফবা হায়বনি । তম অমসুং রজনা ফত্তবদা পাপতা

পুশিনবী । সত্ত্বনা অঙ্গংবা অতপ্পা মোংহাদবা পুক্লীং ঈংবা অসিনচিংবা পীবী । রজ অমসুং তম গুণনা মচিং হৌবা পোখাফম খণ্ডদবা, লাণ্ডতক্লবা, মীওৎ মীরৈহৎ তৌবা অৱা অনা অমসুং নুংঙাইফম খণ্ডদবা কয়া পী ।

বিল্বমঙ্গলনা করিগুম্বা তাঞ্জা অমদা চিন্তামনিগী জগোয় শণ্ডদা চৎলম্মী । মহাক্তি থৌজাল হৈবা ব্রাহ্মন অমগী ধর্ম চেনবা মচানুপা অমনি । মাগী অফবা গুণ পূম্নমক লোইনা মাঙখিরম্মী । মহাক্না চিন্তামনিগা নুংশি নুংঙন ঈপাক্তা লোইনরম্মী । মাগী পুনশি পূম্মাং মাঙলম্মী । অসিগুম্বা পুনশি কয়া কয়া মশীং থীঙমদনা লৈ । অন্ধ্র প্রদেশকী বীমনসু মতৌ অসুম্না মাঙখিরম্মী ।

উপন্যাস, সিনেমা, উচেক অনী লোইনবা উবা, অকাম্ব দৃশ্য উবা, অচোপ্পা ঈশৈ তাবা, ফি থোংদবা অয়েকপা লাই য়েংবা, থমোইগী ঈথক হৌহনবা করিনো অমা অমা হেক্তা লোইনবা হায়বা অসি ফত্তবা মরূপ লোয়নবনি । ফত্তবা মরূপ্তগী হেন্না ফত্তবা অমা অমুক লৈত্রে । করিগুম্বা য়ুম্বায়রিবা নুপীনা ধর্ম লৈবী ওইদ্রবদি মদুসু ফত্তবা মরূপ লোয়নবগা চপ মান্নে । মরম অসিননি ধর্মগ্রন্থশিংনা হিমালয় নত্তুগা গঙ্গা তুরেলগী তোর্বানশিংবু খ্বাইদগী শেংলবা অচিকপা মফমশিংনি হায়না শীংথারিবসি ।

## সূত্র ৪৪ ।।কামক্রোধমোহস্মৃতিভ্রংশবুদ্ধিনাশসর্বনাশকারণত্বাত্ ।।

মরমদি মসিমক অপাম মিহৌ, অশাউবা, মায়া, নীংশিং শক্তি মাঙবা, বুদ্ধি চোইবা অমসুং পূম্মাঙ্ মাঙনবগী হৌরকফম ওইরিবনি ।

কাম, অপাম কল্লক মিহৌ লাং; ক্রোধ, অশাউবা; মোহ, শুক্নাৎপা, তাইওন্নবা পঙথবা, চমম্নবা; স্মৃতিভ্রংশ, নীংশিং পাঙ্গল মাঙবা ; বুদ্ধিনাশ, অচুম অরাল বুদ্ধি লৌশিং মাঙবা; সর্বনাশ , পূম্মাঙ মাঙবা; কারণত্বাত্ , মদুগী মরম ওইরিবা ।

সূত্র অসিদা নীংশিং শক্তি অমদি বুদ্ধি লৌশিং হায়রিবসি ধ্যান অমদি অশেংবা ৱায়েল বিচার অমসুং বিবেক শক্তি অদুবুনি ।।

নীংশিং শক্তি মাঙবা হায়বা অসিনা অচুম্ববু কাউথোকপা, পুনশিগী পান্দম কাউথোকপা , মশাগী মথৌ কাউথোকপা অসিনচিংবা খণ্ডহল্লি । বুদ্ধিনাশ হায়বা অসিনা অচুম অরানগী খল চাং বিবেক বিচার মাঙখিববু খঙনৈ ।

সংসারগী মীওইশিংনা সংসারগী ওইবা মপানগী নুংঙাইবা অমসুং মপাম্ভোংগী শুক্ষৎপা পোত্তা ব্রারী শানীংই। অধ্যাত্মিক্কী লমদা নৌনা খোঙদারক্রিবা মী অমনা নত্তুগা অধ্যাত্মিক্তা নীংথিনা খূমাঙ চাওশিল্লবা মীশক, ঐ মশক খঙবা হায়বা অদুমক্তি ওইদ্রিবা, সংসারগী শাথীবা মায়াগী মচৎশিংদুদা লূপ্তুনা মরাল লঙজরুবমক্তি নত্ত্রিবা মীওইশিংনা অদুগুম্বা সংসারগী মপানগী ব্রারীশিং অসি শাবা য়াম্না পাম্মী। মহাক্না অদুগুম্বা নুংঙাইবশিং অদু চাং য়েংনীংই।

অপাম্বা হায়বা অসি রজগুণদগী পোকই। মসিদগী করাম চাউবা অমসুং অশাউবা হায়বদু পোক্লকই। অপাম্বদগী পাপ লঙজনবগী মরম হেক্তা ওইরকই।

ফত্তবা মী তিন্নবা "দুসঙ্গ"গী ওয় তৈনবা অদুদি "সৎসঙ্গ" না ওই।

পূক্নীংগী মচত্তি করিগুম্বা অমদা অসুম লেপ্তুনা নপশিন্দুনা লৈবসিনি। পূক্নীংনা বিষয় অমদা হায়বদি খোয়ঙাবা পোৎ হীরম অমদা নত্তুগা পোৎশিংদা লূপ্তুনা লৈ। অসিগুম্বা মচৎ অসি মাঙহনগে হায়রবদি পূক্নীংনা ঈশ্বর নত্তুগা আত্মাদা ওনশিনগদবনি।

"বুদ্ধিনাশ" হায়বা অসিনা বিবেক বিচার মাঙখিবা হায়বদি অচুম্বগা লৌনমগা খঙজিল্লত্তবা, লেঙদবা অমদি অরেঙবা অরেপ্পা লৈত্তবা অনীগী খেন্নবা উরত্তবা, অফবগা ফত্তবগা, অচুম্বগা অরানবগা উরত্তবা ফিভমদা লাকপবু খঙনৈ।

থমোইগী ঈথক ঈপোম্বু থিংবা ঙমহৌদবদগী অমসুং চেকশিন্না য়েংশিনবা ব্রাৎহৌবদগী পূক্নীংনা করিগুম্বা অনীংবা পান্দমদগী খরদং হেক লৈখোরকপদা মার্ব্বন অমবু চেক্কী সিড়ি অমদা থাদবদা মথং মথং য়াঙনা চেম্থিবগুম পূক্নীংনা অসুম অসুম লৈখা তানা চেম্খিগনি। মরম অসিনা চেকশিল্লু, মিৎকুপ নাহুম শিংউ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় "মীওইবনা ইন্দ্রিগী বিষয়শিংবু নীংশিং নীংশিং খনবদগী খোয়দা মিতাবা পোক্লকই, খোয়দারুবদগী অপাম্বা ফংনীংবা পোক্লকই, ফংনীংবদগী (করিগুম্বা ফংনবগী মায়োক্তা অয়েৎপা লাক্লবদি) অশাউবা পোক্লকই, শাউবদগী ব্রাখল চেঙ্গুম চেঙ্গানরকই, ব্রাখল চোইরকই, ব্রাখল চোইরকপদগী কাওজন থীবা ওইরকই, অচুম অরানগী জ্ঞান মাঙথরকই, জ্ঞান মাঙবদগী মীওইবনা অফ ফত্ত অমত্তা খঙদদুদা পূম্মাং মাঙই। পূংমুৎ মুৎলি।" গীতা ২/৬২, ৬৩। "অপাম মিহৌ হায়বদু মসিনি, অশাউবা হায়বদু মসিনি,। মসি রজগুণদগী পোক্পনি, পেনবা নাইদবনি অমসুং মহা পাপকী মশক্তি। মরমসিনা

মসি সংসারসিদা য়েক্রুবনি হায়বা অসি খঙউ ।" গীতা ৩/৩৭ । " নরক্কী লম্বী অহুম লৈ অপাম মিহৌ, অশাউবা অমসুং কল্লকপা অসিনি, মরম অসিনা মীওইবনা অহুম অসি থাদোক্কদবনি ।" গীতা ১৬/২১ । তুলসিদাসনা হায় " অপাম্বা হেক লৈবা মফম অদুদা রাম লৈতে অদুগা রাম্বা হেক লৈবা মফম অদুদা অপাম্বা লৈতে ।"

## সূত্র ৪৫ ।। তরঙ্গায়িতা অপীমে সঙ্গাত্‌সমুদ্রায়ন্তি ।।

মখোয়শিংসিনা ( ফত্তবা ইহুল: অপাম কল্লক, অশাউবা অসিনচিংবশিংনা ) অহানবদা শুপ্নগী ঈশিং ঈরিক অমত্তং ওইনা হৌরক্রুবসু ফত্তবা সঙ্গ তিন্নরুবগী মহৈ ওইনা মমৈদদি মহাসমুদ্র অমা ওইহল্লকই ।

তরঙ্গায়িতা, ঈথক মচা অমগুম্ন ; অপি, অসি ওইরবসু : ইমে, মখোয়সি ( অপাম কল্লক মিহৌ অশাউবা অসিনচিংবা ) সঙ্গাত্‌, ফত্তবা মী লোয়নবদগী ; সমুদ্রায়ন্তি , মহাসমুদ্রগুম ওইরকই ।

সধক অমনা ফত্তবশিং অসি মুৎলি মুৎলিবা খূদম অমত্তং ফংবদা অকিবা পোকচগদবনি অমসুং মরু ফংনা মুত্থৎকদবনি । উংকী মনুংদা লৈবা উংনা অকনবা নুংশিত্তা মৈজাও ওইরকপা য়াওবগুম নমথদুনা থম্বা ফত্তবা রাখলশিং অসি ফত্তবা মরূপশিং লোয়নবদগী অচৌবা থাক্তা চাওথৎলক্কনি ।

মরম অসিনা, সাধক্তা য়াম্না চেকশিন্না খূউ শেঙ্গগদবনি অমসুং ফত্তবা মরূপশিংবু মরু ফংনা থাদোক্কদবনি ।

হৌরকপদদি অপাম কল্লক মিহৌ অমসুং অশাউবশিং অসি ঈথক মচাগুম্না লৈরম্বনা লায়না নমথবা য়াই , তৌইগুম্বসুং মখোয়না অচৌবা মহাসমুদ্রগী শক্তম লৌথ্রবা মতমদদি মখোয়বু নমথবা হায়বসি অরুবনি ।

য়ু থকপা, শা চাবা , ফত্তবা ঈশৈ তাব, ওক্তবীগা সঙ্গ তৌবা, জগোই শঙদা চৎপা, থিএটর, সিনেমা য়েংবনা থমোই ঈহুনবু ময়াই কাহল্লি অমসুং মী অমবু নারক্কী মৈরক্তা লংথবী । ভারতবর্ষদা সিনেমা অসি শাপ অমা ওইরে । ওফিসরশিংনা তলব তম্খায় অমদি সিনেমাদা খরচ তৌরে অদুগা লন্দোন্দা পুথরে । পূম্নমক করিনো করিনো অমা হায়দুনা লময়েংবা চৎপগী ফত্তবা লমচৎ শেমগৎনরক্রে। মখোয়না অসিগুম্বশিংসি য়াওদনা হিংবা ঙম্লদ্রে । মখোয়গী মিৎশিং অসি মখল অমগী মঙাল নত্তগা ইন্দ্রিগী ঈথক হৌবা ফিল্ম অমা হেক্তা য়েংনীংলে । সিনেমাসি

হৌজিক্তি নীংথিবা শেন্দান লম্বী লল্লোনফম ওইনরে। ফি খোংদবা অমসুং অকাম্বা ফিভম উৎপা ফিল্ম কয়া হৌজিক্তি উংলে। কলেজ তম্নিবা নুপামচা নুপীমচা কয়া পুক্নীংদা ময়াইকাবা ফিভমদা মরম চাদনা লংথবীরে। মখল কয়াগী ফত্তবা পাপকী লম্বীসি অসুম শন্দোরক্লে। সিনেমা হায়বা অসি ভক্তিগীদি য়েক্লবনি। ঙসিগী পৃথিবী অসি সিনেমানা পুংমাঙ মাঙহল্লবনি। সিনেমা অসি পূমথিং থিংজিনগদবনি। মসিনা মীয়াম্বু য়াম্না মাঙহল্লি। মসিনা মীশিংগী শেন্দান লম্বীদা খোংলম ফাত্তুনা য়ৈথবগুম য়ুহল্লে। মসি অচৌবা মিহৌলাং অমনি। ফত্তবা ফিল্ম পূম্নমক নীংথিনা ককথৎতুনা থিংদুনা য়েংশিনগদবনি। ফিল্মশিং অসি ধর্মসংস্থান অমদা মীয়ামদা উক্তিচৈংদা হান্নদা য়েংহনগদবনি। শুপ্পুগী ধর্মগী ব্রারীশিং য়াওবা মদুদা লমচৎ শাজৎকী অমদি দর্শনগী নীংথিবা মমি তাবশিং অদুতমক মীয়ামদা উৎকদবনি। সংসদতা মসিগী বিল অমা পুখতুনা পাস তৌগদবনি। মসি য়াম্না মরূওইবা ব্রাফমনি। ব্রাখল লৈবা মীওই পূম্নমক্না ব্রাফম অসিদা অপাননা ব্রাখল চঙ্গদবনি।

ভারতবর্ষদা ঙসিদি লাইব্রেরিক নীংথিনা হৈরবা নুপা নুপী কয়ানা সিনেমাদা শরূক য়াবা কন্না হৌরকপসি উবদা নুংঙাই। কলেজ শিক্ষাতনা করি অমত্তা তৌবা ঙম্রোই। করিগুম্বা মখোয়না মীয়ামগী মফমদা করিগুম্বা মমি অমা তাহঞ্জনীংলবা অমসুং অশেংবা অধ্যাত্মিক্কী অফবা মমি অমা পৃথিবী অসিদা তৌরম্বা পাম্নবা অদু ওইরবদি মখোয় তপ তৌগদবনি, ধ্যান তৌগদবনি অমসুং ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌগদবনি।

---

## কনানা মায়া লাম্থোকই ?

**সূত্র ৪৬ ।। কস্তরতি কস্তরতি মায়াম্ ? য়ঃ সঙ্গং ত্যজতি য়ো মহানুভাবং সেবতে নির্মমো ভবতি ।।**

মায়াবু কনানা লাম্থোকখি, কনানা লাম্থোকখি ? মহাক অদুনা ইন্দ্রিবু মিংকপ থোকহনবা বিষয় পূম্নমকপু থাদোক্তুনা অপাম মিহৌ পূম্নবু মৈরীনা চাকথেকপগুম চাকথেকহল্লবা, মহাক অদুনা অধ্যাত্মিক্কী মহাত্মা অমগী মফমদা চঙজদুনা মাবু সেবা তৌজদুনা লেল্লিবা, অমসুং মহাক অদুনা ঐগী হায়বা পোৎ অমত্তা থমদ্রবা, অদুগুম্বা মহাক অদুতনা মায়াগী ঈপাক অসি লাম্থোকপা ঙম্মী।

কঃ, মহাক অদু; তরতি, লাম্থোকই; কঃ, মহাক অদু; তরতি, লাম্থোকই; মায়াম্, মায়াগী তাইবং ঈপাক; য়ঃ, মী, মহাক; সঙ্গং, তিন্নরিবা; ত্যজতি, থাদোকই; য়ঃ, মহাক অদুনা, মহানুভাবম্, অচৌবা অধ্যাত্মিক্কী মীশক ওইরবা, সেবতে, চংজরবা অমসুং সেবা তৌজরবা, নির্মমঃ, ঐগী হায়বা ব্রাখল লৈতবা ফীভমদু, ভবতি, ওইরকই।

সংসার মায়াগী ঈপাক্তা নক্তগা তাইবং পুনশিদা লূপশিনখ্রবা মীওইশিংনা লাম্থোক্লনবা অমত্তা ঙাইবা চঙজফমদি সাধু সঙ্গনি।

সংসারগী মিহৌ লাংগী লীপুন অমসুং পাপশিং অসিদি সাধুশিংবু সেবা তৌজরগতা কোকই। মৈনা অঈংবা, অকিবা অমসুং অমম্বা কোকহনবগুম সাধু সন্যাসি সেবা তৌজরগা অব্রাবগী মশক ওইরবা পাপ, অকিবগী মশক ওইরবা হন্না পোকপা মপোক, অমসুং অমম্বগী মশক ওইরবা অপঙববু লৌথোকপীবা ঙম্মী। সাধু সন্যাসিগী সেবা তৌজরগা ঈশ্বরগী ভক্তি চাওখৎহনবা ঙম্মী।

মায়া হায়বা অসি ঈশ্বরগী অরোৎপা নঙবু অচুম্বদগী লাপ্না চিংথোকখিনবা অমসুং ইন্দ্রিগী ঙাইহক্তংগী ওইবা শেংদবা নুংঙাইবদুদা চিংশিনখিনবা শেংবা শক্তিনি।

মায়াগী মথৌসিদি উবা ঙমদনা কৃপই। মাবু উবা খঙবা হায়বসি য়াম্না লুই। সাধকশিংনা য়াম্না কন্না মিকুপ নাহুম শিঙ্গদবনি।

কস্তরতি, কস্তরতি, ব্রাহং অসি অনীরক হন্না হংই। মসিনা মায়াদগী নাম্থোকপদি য়াম্না লুই হায়বদু ভাকই। ব্রাহংসিগী পাউথুম লাকপদা নীংথিনা চেংনা থাজনবা হঞ্জিন হঞ্জিন হংলিবনি।

সঙ্গম্, মসিনা মপানগী পোৎশিংদা লৃপশিন নপশিনববু খঙনৈ। অশেংবা অমসুং অকনবা নপশিনবদি ঐ হায়বা অসিদা নপশিনবসিনি। মসি অহানবদা মরু ফংনা ফৃক্তোক্কদবনি।

শ্রীশঙ্করনা হায়, " সৎসঙ্গত্বে নিঃসঙ্গত্বং, নিঃসঙ্গত্বে নির্মোহত্বম্। নির্মোহত্বে নিশ্চলতত্ত্বং নিশ্চলতত্ত্বে জীবনমুক্তি" মহাত্মাশিংগা তিন্নরগা মী অমনা অপাম কল্লক মিহৌলাংদগী নাম্থোকপা ঙমজে। পৃক্নীং ঈংজবা ওই। মহাক বৈরাগ্য ফংজে। মহাক্না সংসারগী মীওই পৃম্নমক অসিবু তিন্ননীংলক্তে। মহাক " নির্মোহত্ব " হায়বা গুণ অসি তানশিঞ্জরক্লগনি। মহাক পৃংপঙ পঙথবা অমসুং মায়াদগী নাম্থোকপা ঙমজরগনি। মহাক্কী পৃক্নীং অদু ঈং তপ্লগনি অমসুং হীরম অমত্তদা চপ য়ুংনা থনবা ঙক্লগনি অমসুং স্বরূপ নক্লগা মচি ওইবা মচং ওইবা মশাগী অশেংবা শক্তম অদুমক্তা লৈরগনি। অদুদগী মানা মনীংতম্বা, মুক্তি ওইরবা মী অমা ওইরে।

## সূত্র ৪৭ ॥ য়ো বিবিক্তস্থানং সেবতে, য়ো লোগবন্ধমুন্মূলয়তি নিস্ত্রৈগুণ্যো ভবতি, যোগক্ষেমং ত্যজতি ॥

মহাক অদুনা অচিকপা অমসুং অশেংবা মফমদা চঙজরবা, মহাক অদুনা সংসারগী অপাম্বা অমসুং লীপুনলাং পৃম্নমক নাম্থোক্লবা, অদুগুম্বা মী অদুতনা গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈ অমসুং খাক্তুনা থম্বগী ব্রাখল অসি থাদোকই।

য়ঃ, মহাক ; বিবিক্তস্থানম্, অচিকপা অমসুং অশেংবা মফম; সেবতে, চঙজদুনা; য়ঃ, মহাক; লোকবন্ধং, তাইবংগী অপাম্বা অমসুং লীপুন লাং; উন্মূলয়তি, মুথৎপা; নিস্ত্রৈগুণ্য, গুণ অহুমক্তগী মনীং তম্মী। ভবতি, ওইরকই, যোগক্ষেমম্, পৈশিনবা অমসুং খাক্তুনা থম্বগীমচং ; ত্যজতি, থাদোকই।

মী অমগী মশাগী থমোই অসিনা মাগী খ্বাইদগী অরোনবা, অচিকপা অমসুং পূংশেং শেংলবা ধ্যান তৌফম্নি ।

অচিকপা মফম হায়বদি ইন্দ্রিগী অপাম্বগী ব্রারীনা নিলখোংদুনা লাওদ্রবা অমসুং ইন্দ্রিনা খোয়দবা পোৎশিং পাম্বগী মিহৌবা অমত্তা চঙবা লৈত্রবা মফম অদুনি ।

ইচম চম্না চীংনুং অমদা হেক লৈবা হায়বা অদুদি অধ্যাত্মিক্তা মমল থাক ইরে লৈতে । অপাম্বা, মিহৌবা লৈবা মী অদুদি চীংনুংদা লৈদুনসু মিহৌলাংনা অদুম মনাক্তা লাক্কনি । নুংগী অচিকপদুনি মথৌ তারিবদি । মসিনা তাইবংগী মিহৌলাং অমসুং থমোইগী ঈথক্কী লীপুন থৌরী অদুবু ককথৎ মুথৎনবগী উপায়নি ।

মী অমনা নাইতোম অচিকপদা লৈরবা মতমদা মশানা সমাজগী মরীদি ময়েং তারকই । করিগুম্বা সাধক অমনা সংসারগী অব্রাবা, অনাবা, লায়নাশিং, অশিবা অমসুং অব্রাবশিং অসিগা ঈশ্বরগী থোইরেন থোইবা নীংথিবা, মতিক মগুণ অমসুং অঙকপশিং অসি য়েংশিল্লবদি অমসুং চাংদম্নরবদি মথক্কী সংসারগী লীপুনশিং অসিদি মপূংফানা লোয়না ককথৎপা মুথৎপা ঙমগনি ।

অচিকপা মফম হায়বসি থাদোকপা, থমোই ঈংথহনবা ( অপাম মিহৌ লৈতবা ) অমসুং বৈরাগ্য ওইরক্নবগী সাধনা তৌবদা মতিক চায় । সাধক্না মানা পামজবা অদু তৌবা ঙম্মী । মাবু মী অতৈনা ওৎ নৈবীদ্রে । মহাকনা অচিকপা মফমদু ফংদবনা মরম ওইদুনা মানা নুংঙাইজবা পোৎশিং অমসুং মানা খ্বাইদগী পামজবা পোৎ খরদি নমদুনা থাদোকহল্লি ।

মী পূম্নবু অচিকপদা লৈয়ু হায়না পাউতাক পীফম থোক্তে । অয়াম্বনা মতোম্মতা লৈরবদি তম্বরক্কনি, মোৎলক্কনি সাধক অমনা মীয়াম মরক্তা লৈরগা মাগী লমচৎকী গুণশিং অদু চাওখৎপা ঙম্মী । পৃথিবী অসি খ্বাইদগী ফবা ওঝানি । য়াম্না চঙশিল্লবা সাধকশিংতনা নাইতোম চিক্না লৈবা য়াই । মখোয়দি মতোমতা লৈরগনা হেন্না কান্নগনি ।

অচিকপা পাম্ব কবিনা শকই "হে অচিকপা ! নঙগী শুক্ষৎয়াইদু কদায়দা লৈবগে ?" ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অচিকপা অসিবু য়াম্না কন্না শীংথাই "বিবিক্তসেবি" গীতা ১৮/৫২, বিবিক্ত দেশ সেবিত্বম গীতা ১৩/১০ অচিকপগী খুদোংচাবা য়াম্না লৈ । পূক্নীংনা মফম অদুদা হোৎনরুবা অমত্তা তৌদনা করিগুম্বা অমদা হেক্তা পূক্নীং চঙবা ঙম্মী ।

সংসারসিদা মায়গৈ অমদগী নত্ত্রগা মায়গৈ অমদগী পূক্লীংবু শোৎ শোৎ চিংথোকখিনবা মরম য়াম্না লৈ অমসুং নৌরিবা সাধক অমনা মাগী পূক্লীংগী পান্দম (লক্ষ) অদুদা থক য়ূশিন্দুনা লৈবা ঙমদে। মী অমনা তাইবং অসিদা যোগ নত্ত্রগা ভক্তি নত্ত্রগা জ্ঞান উপায় ওইদুনা করিগুম্বা অককুবা অরাংবা থাক অমদা য়ৌবা ঙম্মী। অদুগুম্বা অককুবা অরাংবা থাক অদু য়ৌননবা হোৎনবদা অচিকপা মফম হায়বসিদি শোয়ফদ্রবা অমনি। রাজা জনক, একনাথনচিংবা অসি অচিকপা মফমদা লেনখিবগী নীংথিবা খুদম্নি। অদুদসু, মখোয় ফাওবা যোগভ্রষ্ট ওইদুনা যোগদগী নাম্থরকখিবশিংনি, মখোয়দি হৌখিবা মপোক মপোক্তা তানশিল্লকপা সংস্কার অমসুং অকনবা সাধনা কয়া তৌরকখ্রবা মপোক্নি।

তাইবং পুনশি ভূঃলোক, ভূবলোক অমসুং স্বর্গলোক অহুম অসিদি অফা অপুনগী লীপুন থাংই। মহঃ জনঃ তপঃ অমসুং ব্রহ্মলোক শিং অসিদি অফা অপূনগী লাং লৈতে।

সত্ত্ব হায়ব অসিদি মঙাম্না গুণনা লৈতেংই। রজ হায়বা অসিদি মৈ হৌনা চাকই। তম হায়বা অসি অমহূগী নত্ত্রগা অপঙবগী মায়খূম্না কূপই। সত্ত্বদি মঙাম্নি, নুংঙাইবনি, রজদি খোয়রাঙবনি, অরেঙবা অচৎপনি, তমগুণদি অতনবনি অমম্বনি। হায়রিবশিং অসিনা আত্মাবু তাইবং অসিদা পুনশিল্লিবা শক্তিশিংনি।

লোকবন্ধম্, মখোয়শিং অসিনা সংসারগী লীপূন ওইরিবনি মখোয় অদুদি রজগুণ, তমগুণ, অপাম্বা, মিহৌবা, লূপশিনবা অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবশিং অসিনি।

সাধনা নত্ত্রগা ঐখোয়না হোৎনরিবাপূম্নমক তুরীয় অবস্থাদা লৈদুনা তম, রজ অমসুং সত্ত্ব গুণ অহুম্মক নাম্থোক্লবা হোৎনবনি।

নীংথীজবা থকশী খাশী ঈশ্বরবু লাচ্চবা, ফজবা লমচৎ শেমগৎপা, স্বধ্যায়, কীর্তন, ধ্যান, গুরুগী সেবা, ভগবানগী থৌজাল পূম্নমকসিনা মরম ওইদুনা ভক্ত নত্ত্রগা যোগী অমনা গুণ অহুম্ব নাম্থোক্লুনা তুরীয়গী ফিভমদা লৈবা ঙম্মী।

ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পোৎশিংগা অসুম লোয়নবদগী "ঐগী ঐগী" হায়বা রাফম অসি লাকই। অসিগুম্বা ঐগী ঐগী হায়বা রাখল অসি মুথৎপদা য়াম্না অরুবা থবক্নি।

যোগক্ষেম, যোগ হায়বদি মী অমগী দরকার ওইবা পূম্না শীজিন্নবা হায়বনি,

ক্ষেম হায়বদি ঐখোয়গী হান্না পৈশিন্দুনা লৈজরবশিং অসি ঙাক শেন্দুনা থম্বদুনি।

অধ্যাত্মিক্কী অর্থদা যোগ হায়বদি ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনা পূনশিনখিবা, নত্তগা ঈশ্বর ফঙবা হায়বা ফিভমদুদা পূনশিনখিবা, নত্তগা, যোগ সাধনাগী কৈরাক্কুদা লূপশিনখিবা, নত্তগা, ঈশ্বর ফংনবগী লমচৎ অদুদা অসুম লূপশিনখিবদুবুনি। ক্ষেম হায়বদি ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদা চঙশিন্দুনা ফংলকখিবা থাকশিং অদু মাঙহন্দনা থম্বা অদুবুনি। ভক্ত অমনা ভগবানগী মখা পূংপোন পোনবনা, মহাক অসি ঈশ্বরগা অমত্তা ওইশিনখিবা মরমনা, ভগবান্না ভক্তগী যোগ অমসুং ক্ষেম অনীমক পূক্লীং চঙনা য়েংশিনবী।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়, "কনাগুম্বনা পামশিল্লুবা লৈতনা মপূক্লীং অনী লোঙদনা ঐবু নীংজে। মখোয় অদুগী যোগ, ফংনীংবা পোৎশিং, ক্ষেয়, ফংলবশিং মাঙদনবা অনী অসি ঐনা চেংনা য়েংশিনবী।" গীতা ৯/২২।

ভক্তনা মাগী ভক্তিনা অসুম ব্রাংখৎলক্লগা, মতম অদুতদা মহাক্না যোগ অমসুং ক্ষেম অনীমক থাদোকপা ঙম্মী।

সূত্র অসিদা ফোঙদোক্লিবা ভাবশিং অসি গীতাদা উংলি, অধ্যায় ২/৪৫।
" বেদ পূম্নমক গুণ অহুম সত্ত্ব, রজ, তমগী মরমদা নৈনবনি, হে আর্জুন! নঙদি গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈয়ু, মতম পূম্বদা অথোইবা সত্ত্বভাবতা লৈয়ু, অফং ফংদগী মিহৌবা মীপায়বা লৈগনু অমসুং ব্রাখল চোইজাইনদনা আত্মাদা তূংদুনা লৈয়ু।"

## সূত্র ৪৮।। য়ঃ কর্মফলং ত্যজতি কর্মাণি সংন্যস্যতি ততো নির্দ্বন্দ্বো ভবতি।।

মহাক অদুনা মাগী থবক্কী ফল থাদোক্লবা অমসুং মহাক অদুনা মাগী থবক পূম্নমক কথোক্লবা অদুগুম্বা মহাক অদুনা অনী অনী চৎপা তাইবংগী মচৎসিদগী নাম্থোকই। (অব্রা-নুংঙাই, অফ - ফত্ত, অঈং- অশা)।

য়ঃ, মহাক; কর্মফলম্, থবক্কী ফলশিং; ত্যজতি, থাদোকই; কর্মানি, থবকশিং; সংন্যস্যতি, থাদোকই; ততঃ, অদুদগী, অদুনা; নির্দ্বন্দ্বঃ, অনী অনী চৎপা তাইবংগী মচৎ (অব্রা অনা, অফ ফত্ত, অঈং অশা); ভবতি, ওইরকই।

ভক্তনা তৌরিবা পূম্নমক ভগবান মাগীদমক থন্দুনা তৌই। মহাক্না মাগী

থবক্কী ফল অমত্তা য়েংদে । অদুগা, মহাক্না থবক্তসু অদুগা থবক্কী ফল অদুদসু লূপশিন্দুনা লীপুন অমত্তা থমদে ।

ভক্তনা মানা তৌরিবা পূম্নমক অসি ভগবান মাগীদমক তৌবনি হায়না খন্দুনা তৌই । ভক্তনা পূম্নমক কথোক্লবা (আত্মসমর্পন) তৌরবা মতমদুদা ঈশ্বরনা মাগী ঐ কৌবা নাপন অদু মাঙহনবী অমসুং মাগী হকচাংগী কয়াৎশিংদা চঙদুনা থবক তৌবা হৌরকই । হৌজিক্তি ভক্ত অদু অনী চৎপা তাইবংদগী মনীংতম্বা মী ওইরক্লগনি ।

"থবক খূদিং"হায়রিবা অসিনা মশাগীতা য়েংদুনা তৌবা থবকপু খঙনৈ ( কাম্য কর্ম) । মী অমনা মশাগী ওইজনামগীদমক থবক তৌবা হায়বসি থাদোক্কবনি । পুনশিদি থবক অমা নত্তুগা অমদি তৌদনা লৈবা ঙমদে । নশাগী ওইজ থিদবা থবক্তা তৌদুনা পুনশি লেনগদবনি ।

ভক্তনা মাগী থবক পূম্নমক্কী ফল অমসুং মাগী থবক পূম্নমক ভগবানগী মফমদা লোইনা কথোক্লবদি মাগী মফমদা পাপ্ পুন্য অনীমক্কী ফল পূম্নমক্তগী মনীংতম্বা ফংই।

মাগী মফমদা থবক্কী ফল ওইনা লাকপা অমাঙ অতোং অনীদগী অব্রাবা নত্তুগা নুংঙাইবনা করিসু শোকহনবা ঙমদে । অসিগুম্বা ভক্তগী মফমদদি গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈবা হায়বদু ফংই । মহাক্না মতম পুম্বদা ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা লূপশিন্দুনা লৈ । ওইজনাম থিবা থবকশিংনদি মাবু খক মিহৌহনবা ঙমদে ।

নঙনা সংসার হায়রিবসি ফন্নাং নত্তুগা নুংশিং নত্তুগা উপালশিংসি নত্তে । সংসার অসিদি পূক্লীংনা শেমগৎচবা পূক্লীংগী অনী লোঙবা ঈচেল (মচৎ) রাগদ্বেশ শুক্ষৎপা হঙ্গোইবা অমসুং অপাম্বা পামদনা হায়বা অসিনা শান্নদুনা শেম্বনি । মহাক অদুনা অসিগুম্বা অনী চৎপা মওং মতৌ অনীগী ঈথিনবু জয় তৌরবদি সংসার অসি জয় তৌরবনি । অঈং অশানা হকচাংবু শোকহল্লি, অব্রা নুংঙাইনা পূক্লীংবু শোকহল্লি । মহাক অদুনা অনী চৎপা তাইবং মচৎ অসিবু লাকশিল্লবদি পূক্লীং ঈংনা লেঙদনা থম্বা ঙম্মী । মসি রাম্না মরূওইবা খূদমনি নত্তুগা জীবনমুক্ত ওইবগী মওং মতৌ তাকপনি ।

সূত্র ৪৯ ।। য়ো বেদানপি সংন্যস্যতি কেবলমবিচ্ছিন্নানুরাগং লভতে ।।

মী মহাক অদুনা বেদবু থাদোক্লবা, বেদনা তাকপা অজা পূজা, কর্ম উৎশব পূম্নমকপু থাদোক্লবা, মহাক অদুনা ঈশ্বর ভক্তিবু অনী লোঙদবা, ময়েং তাহন্দবা অমসুং মরক তৎপা নাইদবা মওংদা লৈজবা ঙম্মী ।

য়:, মহাক; বেদান্, ধর্মগ্রন্থশিং, বেদশিং; অপি, অদুফাওবা; সংন্যস্যতি, থাদোক্লবা ; কেবলম্, অমত্তা ওইবা, অনী লোঙদবা, য়ানশিন্দবা ; অবিশ্চিন্নানুরাগং, লেপ্তুনা চেন্থবা নুংশিবগী ঈচেল ; লভতে, ফংই ।

"বেদ" হায়না মতাং অসিদা পল্লিবা অসি অজাপূজাগী মতাং অদুতমক খঙনৈ । ঐ মশক খঙলবা মীওইশিংনা বেদগী অজাপূজাগী থোইনা মথৌ তাদে তৌইগুম্বসুং ঈশ্বর ফংবগী ফিভম মমাঙদা, সাধনাগী মতমদা মখোয়না হায়রিবশিং অসি পাঙথোকপা য়াই ।

কেবলম্, ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসিগা করিগুম্বা মখল অমগী স্বর্গ মর্তগী নুংঙাইবশিং অসিগা য়ানশিন্নবা খক য়াদে । ঈশ্বর ফংবা হায়বা ফিভম অদু য়ৌদ্রিঙৈগী থাকশিংদা ফংবা নুংশিবশিং অদুদা অপেনবা হায়বা অদু খক লৈতে । নুংশিবা হায়না মফম অসিদা হায়রিবসিদি মুখ্যভক্তি মরূওইবা নুংশিবা কৌবা পরাভক্তিদা হেক্তা পুশিনগদবা মনুংশি অদুনি ।

বেদবু থাদোকপা হায়বা অসিনা অপাম্বা পূম্ববু থাদোকপা খঙহল্লি ।

ভক্তনা ভক্তিদা অসুম অসুম রাংখৎলক্লগা মহাক্লা ঈশ্বরদা অসুম লূপশিনখি । মহাক্লা বেদগী ধর্মকর্ম, অজা পূজা অমদি তাইবংগী থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে । ভক্তনা বেদদা তাক্লিবা অয়োইবা পম্বূং অদু য়াম্না মমুৎতানা খঙই । ভক্তনা বেদবু অতম্পনা থাদোক্কে হায়না খন্দুনা থাদোকপা নত্তে । বেদনা ভক্তবু পুনশিনবা ঙমদে, মহাক্তি পুনশিগী পম্বূং অদু মশক নীংথিনা খঙই । মহাক্তি হৌজিক বেদনা অধীংবা পীবা, অয়েৎপা পূম্নমক অদুগী মথক্তা লৈরে ।

মিৎকুপ অমত্তং ফাওবা লেপ্তুনা নুংশিবা অসিবু অবিশ্চিন্না অনুরাগ হায়না কৌই । অসিগুম্বা অহক্পা লেপ্পাইদবা নুংশিবা অসি ফংলবদা ভক্ত অমবু বেদনা করিগুম্বা নুংঙাইবা অমত্তা পীবা ঙমদে । মফম অসিননি গীতাদা হায়রিবদু " অচৌবা ঈপাক্তা ফংবা মগুণশিং অদু অপীকপা ঈশিংদগীসু ফংবগুম ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবা ব্রহ্ম খঙবা ব্রহ্মনিষ্ঠ অমগী মফমদদী লোইনা ফংই । "অধ্যায় ২ / ৪৬ ।

## সূত্র ৫০ ।। স তরতি স তরতি স লোকাংস্তারয়তি ।।

মহাক অদুনা তাইবং মায়াবু লাম্থোক্লে, মহাক অদুনা তশেংনা তাইবং মায়াবু লাম্থোক্লে; অদুগুম্বা মহাক অদুতনা অতোপ্পশিংবুসু তাইবং মায়াদগী লাম্থোকপীগনি।

সঃ, মহাক অদুনা; তরতি, লাম্থোকই; সঃ, মহাক অদুনা; তরতি, লাম্থোকই; লোকান্, সংসার পূম্ববু মীওইবা পূম্নমকপু; তারয়তি, তাইবংবুসু, মীওইববুসু লানবীগনি।

মহাক্না অফা অপুনগী ওমখৈ পূম্নমক লাকশিল্লি, লাম্থোকই। মহাক্না মায়াগী ব্রাংমদা চৎখি অমসুং অতোপ্পশিংবু অব্রাবগী পাক্ত ঈপাক্তগী অমসুং সংসার সমুদ্রদগী অতোপ্পশিংবু কনবীনবা হোৎনৈ। মহাক্না তাইবং পূম্বসিবু থাদোকই।

৪৬ শুবা সূত্রদা হংখিবা কনানা সংসার মায়া ঈপাক অসি লাম্থোক্তগদগে হায়বা ব্রাহং অদুগী পাউখুম মখা চথরকপা সূত্রশিং অসিদা পীরিবনি।

ঈশ্বর ফংলবা সাধু অদুতনা অতোপ্পশিংবু ঈশ্বরগী থাক্তা মিংকুপ অমদা পুথৎপা ঙম্মী। ঈরোইবা হৈতবা মী অমনা ঈরাক্লরবা মী অমবু কনবা ঙমদে। সংসার সমুদ্র ঈপাক্ত লূপ্তুনা লৈরিবা মীশক অমনা অতোপ্পা মী অমবু ব্রাংনা থাঙ্গৎপীবা, ঈশ্বরগী থাক্ত পুথৎপীবা ঙমদে। মহাক্না অতোপ্পশিংবু ঈশ্বর ফংবা হায়বা ফিভম অদু পীবা ঙমদে।

অনুরাগ, মমাঙগী সূত্রদা পনখ্রিবসি ভক্তিগী কৈরাক্তদি খ্বাইদগী ব্রাংবা খোঙনেৎনি। মসিতনা শুপ্নগী সাধক্না তাইবং মায়া ঈপাক লাম্থোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংগদবা অমত্তা ঙাইরবা উপায়নি অমসুং পম্লেং পূম্নমক নাম্থোক্লবগী লম্বীনি। মসিতনা মহাক্ন মঙাল ফংলবা তুংদা অতোপ্পশিংবু পম্লু তানা চচ্চবদা মতেং পাংবীবা ঙমগনি অমসুং লাকঙম ফাঙমদ্রবা সংসার ঈপাক অসি লানবীবা ঙমগনি।

ভক্তি ফংনবগী উপায়শিং অমসুং ভক্তি ফংলবা মীওইশিংগী থূদমশিংগী মরমদা মথক্কী সূত্র পূম্নমক্তা শন্দোক্না হায়খ্রে।

মথংগী অধ্যায়দা, দেবর্ষি নারদনা ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসিগী মরমদা নীংথিনা হায়গনি, মদুবু ফংজরগা ভক্তনা ঈশ্বরগী অমদি অধ্যাত্মিক্কী ওইবা মঙালগী মতোন্দুমক করম্না লায়না ফঙ্গদগে হায়বদুসু তাক্কনি।

সংসার অসি মহাসমুদ্র (ভবসাগর) অমগা চাংদম্মে। য়াম্না হেন্না পামশিনবা হায়বসি গুন্তিরনি। ওইদবা মণ্ডলান্দা পাম্বা হায়বসিনা টিমি কৌবা তমথীরবা ঙাদুনি। ইন্দ্রিশিং অসিনা তুরেলশিংনি। গুণ অহুম্না ঈথক্নি। রাগদ্বেশ অপাম পামদা হায়বা অসিনা ঈথক মচা মচাশিং অদুনি। অপণ্ডবা হায়বা অসিনা লৈরোঙ মরোলশিং অদুনি। ঐ কৌবা নাপন্না মচিনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় " হে পার্থ মহাক অদুনা মাগী পূক্নীংদু ঐঙোন্দা পুংলূপ লূপশিন্দুনা থবক পুম্নমক ঐগী ইফমদা লোয়না কথোক্লবা অদুগুম্বা মীশক অদুবু ঐনা পোকপা শিবা অনীগী ঈপাক্তগী থুনমক থাজংপী।" গীতা অধ্যায় ১২/৬-৭।

---

## নুংশিবগী মচৎ

### সূত্র ৫১ ।। অনির্বচনীয়ং প্রেমস্বরূপম্ ।।

ঈশ্বরবু নুংশিবগী মচৎ অসিদি ব্রাহৈনা ফোঙদোক্তুনা শৈথাবা ঙমদে।

অনির্বচনীয়ম্, ব্রাহৈনা তশেংনা শীংথাব ঙমদে, কৃপ্না শেংনা তাকপা ঙমদে। প্রেমস্বরূপম্, নুংশিবগী শক্তম অসিদি :

ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা অশেংবা নুংশিবা অসি ব্রাহৈনা শেংনা ফোঙদোকপা নত্তগা অসিনি হায়না মমুৎ তানা শম্না হায়বা ঙমদে। ভক্তি নত্তগা ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বা অসি অসুক্কী মতিক মরেপ থূম্না লুই মদুদি মসি অসিনি অদুনি হায়না মচা তানা নত্তগা চপচানা হায়বা ঙম্বা নত্তে। ভক্তিগী মওং ফংননব উপাইশিং অদুবুদি শন্দোক্না তাকপা ঙম্মী অদুবু ভক্তি হায়বা অদুগী খোয়থুম্নবা মচৎ অদুবুদি সিনি হায়না তাকপা ঙমদে। হৈতূপ অমা চারুদ্রিবা মী অমদা মদুগী মহাউ তাকপা ঙমদবগুম অথোইবা নুংশিবগী মশক অদু মশানা হকথেংননা ফংজদ্রিবা মীশক অমদা মতৌ করম্না ব্রাহৈনা তাক্কনি। নুংশিবা হায়বা অসিদি থমোইদা ফাওবা ঈথিল অমনি। মী অমনা ঈশিং মনুংদা লৈবা মতমদা মহাক ব্রা ঙাঙ্বা ঙমদে। মতৌ অসুম্না নুংশিবগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা লূপ্লবা মীওই অমনা করি অমত্তা ঙাঙবা ঙমদে। মরিশুবা অখ্যায়গী সূত্র তরাতরুক্তা ভক্তিগী খূদমশিংগী মরমদা হায়রি।

মিংশিং অমসুং মিংগী মহুৎশিনবশিং অসিনচিংবনা মপান্থোংগী পোৎশিংগী মমিংতমক হায়, নত্তগা মখোয়গী মগুণশিংগী মরমদা হায়, নত্তগা মখোয়গী থবক্কী মরমদা হায়, নত্তগা মখোয়গী মগুণগা মরী লৈনবা গুণশিং অদুগী মরমদা হায়। এদজেক্তিবশিং অসিনা পোৎকী মগুণ অদুথক ফোংদোকই। ক্রিয়াশিং অদুনা থবকথক্ত ফোংদোকই ; ক্রিয়াবিষেশনশিং অদুনা থবক্কী মওং, মতম অসিনচিংবা থবক্তা মরী লৈনবশিংদমক তাকই।

ব্রাঙাঙ হায়বসিদি মপানগী পোত্তগা মরী লৈনৈ। প্রেম নত্তগা ভক্তি নত্তগা ঈশ্বর প্রেম অসিনচিংবা ব্রাহৈশিং অসিদি নুংগী থামোই ঈথক ঈহুন্দগী

হৌরকপনি মখোয় অসিদি মপানগী পোত্তগী লাকপা মপানগী পুক্লীং ঈহুন্দগী নত্তে। মরম অসিনা, ব্রাহৈশিং, ব্রাঙাঙশিং অসিনা মসিবু ফোঙদোকপা ঙমফম থোক্তে। পিগী মরোম্না, মায়থোংগী মরোম্না ভক্তগী নুংগী ফিভম অদু খরমখৈদি ফোংদোকপা ঙম্মী।

মসিদি ভক্তনা মশা মতোম্মতদা মবুক্লীংদা ফাওজগদবনি। তাইবংগী ব্রারীদসু ঐখোয়না সিতামিস্ত্রি চাদ্রিবা মীশক অমনা সিতামিস্ত্রিগী মহাও অসুম তৌই হায়বা তাকপা ঙম্রোই, য়ুম্বান পুনশি চঙদ্রিবা মীশক অমনা য়ুম্বানবগী অব্রা নুংঙাই খঙলোই, অমসুং মমিৎ তাঙবা অমনা নুমিৎ অমসুং নুমিৎকী মঙালগী মশক তাকপা ঙম্রোই। মরম অসিননি " অনির্বচনীয়ম্ "শীংখাবা ঙমদবা, ব্রাহৈনা তাকপা ঙমদবা হায়না মফমসিদা হায়রম্রিবসি।

## সূত্র ৫২ ।। মূকাস্বাদনবত্ ।।

মরোন থোক্তবা অমনা মহাও তংলুবগুম।

মূকাস্বাদনবত্, মরোন থোক্তবা মীনা মহাউ তংবগুম খঙবগুম, মরোন থোক্তবনা পোৎ অমা মহাউ তংলুরগা ফাওজবগুম।

নুংশিবগী মচৎ অসিদি, মরোন থোক্তবা অমনা মহাউ হায়দোকপা ঙমদবগুম, ব্রাহৈনা করি অমত্তা হায়দোকপা ঙমদে। মসিদি মরোন থোক্তবা মী অমনা অহাউবা চাক্রেন তামা চাথোক্লগা ব্রাহৈ অমত্তসু হায়বা ঙমদবগুম্বনি।

ঈশ্বর নুংশিবা হায়বসিবু চপ চানা খঙবা হায়বসি মপাম্লোংগী পুক্লীং মিকপ থোকহনবা ঈথিল অমনা ইনশিন্দুনা ওইখিবা নত্তে। মসিদি নুংগী মিৎ উবা মী অমবু ভক্ত ওইনা ওস্লোকপীবা ঙম্বা অচুম্বগী নত্তগা ঈশ্বরগী মরমদা শাগৎপা ব্রাখল অদুনি। মসিদি পুক্লীংদা তুজুংহল্লিবা, অদুখক্তা নত্তে। মসি ইচম চম্না ঐ ইশাসিবু কাউথোকচরিবদু নত্তে। ভক্তনা ঈশ্বরগা নকশিন্নরকখিবদু মাগী থমোইনুংদা ফাওরকপতনি।

মরোল থোক্তবা মীনা মাগী মায়থোংদা মাগী থমোইগী ব্রাদু ফোংদোকই। মহাক্না হরাও নুংঙাইনা জগোই শাগনি অমসুং চোংগনি।

সাধুশিংনা ঈশ্বরগী নুংশিবা অসিবু শব্দোক্না তাক্লবা হোৎনৈ। মখোয়না হায়, " মসিদি অহাউবা চাক্রেন, অহাউবা উহৈ, অথুম্বা মহি, লাইরৈবাক্কী ওইবা

পূক্লীং, সিতামিস্ত্রি, কূপহল্লবা অথুম্বা চিনি, খোইহি, পঞ্চামৃতম অমসুং অথুম্বা হৈঙানগুম্না তৌবগুম পূক্লীংদা ফাওবা মহাউ অমনি।”

## সূত্র ৫৩।। প্রকাশতে ক্কাপি পাত্রে।।

তৌইগুম্বসুং (অসিগুম্বা ভক্তিগী নুংশিবা অসিদি পূক্লীংগী খঙহৌদনা ব্রাহ্ম পঙথবগুম্বা লাইতোংবগুম্ব মতাঙদা শাফোংলকপা) মতিকচাবা কনাগুম্বগী মফমদা থোইদোকপা মফম মতমদখক্ত।

তত্, নুংশিবা; ক্কাপি, করিগুম্বদা, মফমদুদা উৎখোক্লবগী খ্বাইদগী তাঞ্জা চানা লৈবা, মতিকচাবা করিগুম্বা মফম নত্ত্রগা মতম অমদা; পাত্রে, পূক্লীংগী করিগুম্বা ব্রাহ্ম পঙথবগুম, লাইতোংবগুম তৌবা ফিভমদা লৈদুনা খঙউ উবা তাঞ্জা; প্রকাশতে, শাফোঙলকই, উৎখোরকই।

অদু ওইরবদি, ভক্তি নত্ত্রগা ঈশ্বর নুংশিবা হায়বা অসি ধ্রাহৈনা ফোঙদোকপসু ঙমদবা অদুগা মদুগী ফল ওইনা মী অমনা মী অমদা তাক্কুনা খঙহনবসু ঙমদবা অদুমক্তদা সাধুশিং মুনি ঋষিশিংগা সঙ্গ তৌবগী করি কান্নবগে? মসিগী পাউখুমদি ভক্তি নত্ত্রগা ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বসি পূক্লীং ব্রারীতনা পাঙথোকপা (তৌলিপেথিনা) মপানগী পোৎনা উপায় ওইদুনা তৌবা ঙমদবা পোৎ অমনি।

মসিদি মতিকচাবা মীওই অমখক্তগী মফমদা ফোঙদোকপা মওং অমনি।

ঈশ্বরগী নুংশিবগী মঙালদি অসিগী অমিত্তা, হকচাং তুখোং খূদিংদা মঙাল ওইনা ফাওদুনা চৎখি।

অসিগুম্বা লাইতোংবগুম্বা তাঞ্জা অসি লাক্লবগী মওং মতৌ পথাপ অসি করম্না তৌগদগে হায়বা অদু নআঙদা ফাংনা লৈনখ্রে, শম্না হায়রগা ইন্দ্রিগী নুংঙাইনা থাদোকপা (বিষয়ত্যাগ) অপাম কল্লক মিংশৌদা লূপশিনবা থাদোকপা, (সঙ্গত্যাগ) লেপ্নাইদনা ঈশ্বর ভক্তিগী পূজা (অব্যাবৃত্ত ভজন) ভগবানগী মগুণ তাবা, শকপা, লোনবা (ভগবত্ গুণশ্রবণ কীর্তন) তৌবা অসিনচিংবা অসিনি।

ক্কাপি, করিগুম্বা মফম অমদা নত্ত্রগা করিগুম্বা মতম অমদা; মতাং অসিদা থাবদা তাঙলবা অসিগুম্বা মীশকাশং অদুগী মশক তাকই। মীওই মিলিয়ন কয়াগী মনুংদা মী অমখক্তংনা অসিগুম্বা ঈশ্বরগী থৌজাল অসি ফংজবদা মতিক

চায়। সাধু সন্ত ঋষি অমা হায়বসিসু তাইবংসিদা য়াম্না তাঙনা লাকই । অসিগুম্বা মীপোক অমা লাক্লনবা হোৎনবদা মীরোল কয়া কয়া চঙই ।

. নুংশিবা নত্তগা অধ্যাত্মিকী মঙালগী ঈচেল অসি গুরুগী মফমদগী শিষ্যগী মফমদা মতোমতা অসুম চঙজখিবনি । পূর্ক্রীংগী ঈথত্তা থাবা ঈঙ্গিত্তগী নত্তগা পূর্ক্রীংগী মরী শম্নবদগী গুরুনা শিষ্যদা অসিগুম্বা নুংশিবা নত্তগা মঙাল অসি ফংহল্লি । শিষ্য অদু অদুগুম্বা মঙাল অদু ফংজবদা মতিক চাবা মীশক অধিকারী অমা ওইগদবনি । নীংথিনা শেম্নবা লৈবাক্তা মরূনা মরাঙ কায়না মতোন চোংদুনা শাহৌ ফনা হৌই । অসুম্ন শঙ্কলপ লৈবা মফম অদুদ শক্তি সঞ্চার লৈ । গুরুনা মাগী সাধক্কী নুংগী শক্তম নত্তগা সাধক্কী সঙ্কল্প অদু উরগা শক্তি সঞ্চার পীনবীগনি ।

## সূত্র ৫৪।। গুণরহিতং কামনারহিতং প্রতিক্ষণবর্ধমানমবিচ্ছিন্নম্ সূক্ষ্মতরমনুভবরূপম্ ।।

মসি ( ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বা অসি ) মঙোন্দা লৈশি লৈথোন্দুনা মগুণ অমুক হাপকৎনবা লৈতে, অপাম্বা পূম্নমক য়াওদে, মিৎকুপ খূদিং অসুম অসুম পাকথোরকই ,লেপ্পাইদবনি , খ্বাইদগী কূপ্পনি অমসুং নুংগী অনুভবতগী ওইবা মচৎনি ।

গুণরহিতম্, লৈশি লৈথোনগদবা গুণ পূম্বা অমত্তা চংদে ; কামনারহিতম্, অপাম্বা পূম্নমক অমত্তা য়াওদে ; প্রতিক্ষণবর্ধমানম্, মিৎকুপ খূদিং অসুম অসুম পাকথোরকই; অবিচ্ছিন্নম্ , লেপ্পাইদ্রবা ঈচেল ; সূক্ষ্মতরম্ , ঙমখৈ নাইদনা অকূপ্পনি ; অনুভবরূপম্ , পূর্ক্রীংগী শক্তোন্নি, নুংগী হকচিল্লবা শক্তোন্নি ।

ঈশ্বরগী নুংশিবদি মরেপ মঙালসু , থবায়দা য়ৌনা পানবদি মিৎকুপ খূদিং অসুম অসুম হেনগৎলকই । মসিগী লেপ্পাইদবা ঈচেল অমা লৈ । মসিদি ঙমখৈ নাইদনা কূপশিল্লকপা মতৌনি ।

কনাগুম্বনা ঈশ্বরবু নুংশিবসি নুংশিবগীদমক নুংশিবা ওইরবদি, অদুগুম্বা স্বাতিক ভক্তি প্রেম ফাওবা অশেংবা লৈগদবা ভক্তি হায়বদু ফঙদবা য়াম্না রাংলি ।

অরা অনা পাপ্তগী নাঙ্কোকচগে হায়দুনা নত্তগা অপাম্বা অমা ফঙে হায়দুনা

ভক্তি প্রেম শাগৎলিবা অদু অচুম্বা ভক্তি নত্তে।

অসিগুম্বা ৱাংখোইরবা অধ্যাত্মিক ভক্তি প্রেম অসি মীচম অমগী পূক্নীংদদি করিগুম্বা মমি অমত্তং তারক্লবগী ওইথোকপা শুকলৈ লৈতে। অসিগুম্বা মনুংশি অসিদি তাইবংগী মপানগী নুংশিবা অসিগা য়াম্না খেন্নৈ।

ভক্তি হায়বা অসি নুংগী মিৎয়েংতনা উবা খঙবা ঙম্মী। মসি ৱাহৈনা বুদ্ধিনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু, নঙগী থমোইনুংদা ঈশ্বরগ তৎন থানদবা মরী অমা থম্নবদি চপ চানা অদুম নঙগী নুংদা উরকই, খঙলকই।

গুণশিংদি পোৎকী মনুংদা লৈ অমসুং অমা নত্তগা অমদা হেক্তা মরী লৈনবা উৎলি, অদুগা ঈশ্বর নুংশিবা হায়বা অসিদি মপান পোৎ অমসুং মরী লৈনব ৱাফমগী ৱাংমদনি।

ঈশ্বরগী নুংশিবদি ঙমখৈ নাইদে। তাইবংগী নুংশিবদি ইতৎ তত্তনা খঙলোই লোইখি। মসিদি হেক্তা কায়গল্লি। শিথরকপা থাগী শক্তমগুম হক্সরকই, শিথরকই, মূৎশিল্লকই। অনৌবা নুংঙাইফম থিবা তাই, নৌহন্ননবা শুদ্ধৎয়াই থাবা তাই, অমুক নুংশিবা হজ্জিন্ননবা তাইবংগী নুংশিবদু ফংহৌননবা লাং থাকপা তাই। নুপীমচা অমনা অহানবদা মমা মপা নুংশি। অদুদগী মহাক লুহোংখ্রে অদুদগী মমা মপা নুংশিবদু খরা হক্সরক্লে। মানা মাগী মপুরোইববু হেন্না নুংশিরে। অদুদগী মানা মচানুপা অমা পোক্লে। অদুদগীদি মপুরোইবদগীদি মচানুপাদুনা অমুক হেন্না নুংশিরে। মসিনি তাইবংগী নুংশিবা হায়রিবদু। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়রিবা অসিদি মিৎকুপ খুদিং অসুম অসুম হেনগৎলক্কদবনি। মসিদি পানখৎলকপা থাগুম অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি। মসিদি অসুম অসুম হিমালয় চীংজাওগুম-চীংশাংগুম লাংখৎলক্কনি।

তাইবংগী নুংশিবদি য়েন্থোকপা য়াই। মচা তরুক পোকপা নুপা অমনা মাগী নুংশিবা অদু মচা তরুক্তা লোয়না খরা খরা য়েন্থোকই। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বর নুংশিবা হায়বা অসি থায়দোক-য়েন্থোক্পা য়াবা নত্তে।

ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বসিনা লমন থিদে, মিৎকুপ খুদিং অসুম অসুম হেনগৎলকই, মসিদা মরক তৎপা লৈতে, কৃষ্ণা পূন্নমত্তগী মসিনা কৃষ্ণী, মসিগী মচত্তি য়াম্না শেংই, হেন্না মনুং হুজ্জিন্না থেংনবা হকথেংনবা ঈছন্নি। মসিদি গুণ অহুমগী মচুনা হায়ফেৎ ফাওব শোকপা ঙম্বসু নত্তে। মসিদি মশা মতোমতা থমোইদগী

পাথোরকপা মতৌনি।

ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবদি নহা, ফজবা, লমন্থুম নত্তুগা ধর্ম পুন্যনচিংবগী মখা পোন্দে। মসিদি মশাগী হৈনবা কান্নবা হায়বা অদুগা মরী লৈনদে। মফম অসিদা মশাগী ওইজনামগী ব্রাখল অমত্তা য়াওদে। মসিদি য়াম্না কৃপ্পী, য়াম্না থোৎলি, য়াম্না নৌই অমসুং য়াম্না নকই থাপ্পী। মসিদি নুংশিবা পূম্নমক্কী অথোইবা ঈফুৎনি। মসিদি নুংশিবদা খৈদোক খৈজিন, হোংদোক হোংজিন তৌবগী মচৎ য়াওদে। মসিদি লেঙদবনি মসি অকনবা পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী কনবনি। মসিদি মমায় পানা থনবনি। মসিদি পল্লেপফম খঙদবা হায়বা লৈতে অমসুং থোইদোক্লা অব্রাংবনি। মসিনা ভক্তবু ভগবানগা অমত্তা ওইনা পূনশিনবী অমসুং মহাকপু লাইরৈবাক্কী অচিকপা নুংঙাইবা অদু ফংহনবী।

লাইরৈবাক্কী নুংশিবগী ঈচেল অসি মী অদুগী মফমদা গুণ অহুমগী ঈথিল চঙদ্রবা গুণশিংগী ব্রাংমদা লৈরবা মতমদুতদা ফঙনি।

অহানবদা ঈশ্বরগী মমিশিংদু, মঙাল মশেকশিং অদু মাগী মফমদা উগনি। অদুদগী ভক্তনা ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনা তপ্ন তপ্ন তিনশিনখিনি।

"অনু" হায়বা অসি অনকপা, শরূক য়াদুনা য়াওরিবা, অমত্তা ওইশিন্নবগী ব্রা খঙনৈ। নুংশিবা নত্তুগা নুংঙাইবা হায়বা অসি অরৈবনি। মসি ভাব ব্রাখন্দা লৈবা ফিভমনি। মী অমগী আত্মানা মদুদা তূংদুনা লৈজবনি। মহাক্লা মদুদা নকশিঞ্জবগী মতৌ, মানা মদুগী মচৎ মওংগা অমত্তা ওইশিনখিবগী মওং, মহাক্লা মদুদা তূংদুনা য়াওশিনখিবগী মচৎ, অসিনচিংবগী ফিভমশিংবু "অনু" হায়বা মাঙতপ অসিনা তাকই।

ঈশ্বরগী নুংশিবা হায়বসি লৈ। কনাগুম্বগী আত্মানা অসিগুম্বা ঈশ্বরগী নুংশিবদা শরূক য়াবা ঙম্মী। মসিবু অনুভব হায়না কৌই। মরম অসিনা ঈশ্বরগী নুংশিবা অসি "অনুভবরূপম্" হায়না খঙনরিবনি।

মীশিংগী অচম্বা থমোইগী ঈথক ঈহুনশিং অসিদি করিগুম্বা মপানগী মরম নত্তুগা পোৎ অমগী মখা পোনবনি অমসুং মরম অসিনা হোংবা নাইবনি। অসিগুম্বা পূক্নীংগী ঈথক ঈহুন অসিদি মপানগী হীরম নত্তুগা পোৎ অদু হেক লৌথোকখিবদা অদুম মাঙখি। মী অদুনসু মতম খরগী ওইনা ইন্দ্রিশিংগা মরী লৈননা নুংঙাইবতনি। ঈশ্বরগী নুংশিবদদি, ভক্তিদদি কনা অমত্তনসু নুংশিবদুবু পেল্লে, ওক্রেহায়নীঙাই লৈতে।

ভক্তি হায়বা অসি হীরম মরম অমত্তগী মখা পোন্দে । মসিদি মতম পূম্নমক্কী ওইনা হকথেংননা লৈরগদবনি । ভক্তি হায়বা অসি হীরম মরমশিংদগী মনীং তম্মী । মসিগী ঈকূৎ অসিদি লোয়নাইদবা ঈচেন্নি অমসুং লেঙদ্রবা মপান নাইদবা নুংঙাইবনি । মরম অসিনা লূপশিন লূপশিল্লগা মতমগী মতুংইন্না অসুম অসুম মপাঙ্গল কনখৎলংলকপনা হেন্না হেন্না নুংঙাইবা ফংই ।

মিৎকুপ খূদিং চাওথোরকলিবা অমসুং মরেপ লাকশিল্লকলিবা অসিগুম্বা নুংশিবা অসিদি য়াম্না য়াম্না কূপ্পনি কায়বা নাইদ্রবা থমোইগী ঈহুন্নি, কায়বা নাইদ্রবা অনুভবনি অমসুং গুণ অহুমদগীসু অদুগা অপাম্বা পূম্বদগীসু মনীং তম্মী ।

মসিদি য়াম্না য়াম্না কূপ্পী । মরম অসিনা মসিবু ''সুক্ষ্মতরম্'' হায়না শৈথারিবনি । মসি মতম পূম্বদা চাওখৎলি অমসুং হেনগৎলকই । মতম পূম্বদা মাদি পানখৎলকপা থাগুম্না চাউখৎলকই । গুণশিংগী লিলা অমত্তা মঙোন্দা চঙদে । অসিগুম্বা কায়বা নাইদ্রবা নুংশিবসিনা মরু তাথ্রবদা ইন্দ্রিগী অপাম্বা পূম্নমক অমত্তা লৈবা ঙমদে । পূক্নীংনা পাম্বা পূম্নমক ঈশ্বরগী মফমদগী ফঙবা ঙম্মী । মাগী ( আনন্দ) লোইনাইদবা কৌবা অমত্তা ঙাইবা গুণ অসিনা পূম্নমক কোনশিনখি ।

মথংগী সূত্রদা অসিগুম্বা অনুভব নত্তুগা নুংগী হকথেংনবা হায়বা ঈহুন অসিনা করি ফল পীবা ঙম্বগে হায়বদু নৈনৈ ।

## সূত্র ৫৫ ॥ তৎপ্রাপ্য তদেবাবলোকয়তি তদেব শৃণোতি তদেব ভাষয়তি তদেব চিন্তয়তি ॥

মদুবু অমুক্তং ফংলবদা, (ভক্তনা ) মাগী ভক্তিগী তুংনফম অদুখক্ত উই, মহাক্তগী (ঈশ্বর) খোঞ্জেলজমক তায়, মহাক্তগী মরমদা ঙাঙই, মহাক্তগী মরমদা খান্নি ।

তত্, মদু, নুংশিবা, ভক্তি, নুংগী হকথেংনবা, নুংশিনফম ওইরিবা পোৎ; প্রাপ্য, মদুব ফংলগা; তত্, মদু ; এব, মদুখক্ত ; অবলোকয়তি, উই; শৃণোতি, তায়; তত্, মদু ; এব, মদুখক্ত ; ভাষয়তি, ঙাঙই; তত্, মদু; এব, মদুখক্ত; শুপ্পত্তগী; চিন্তয়তি, খল্লি ।

অসিগুম্বা নুংশিবা অসিবু ফংলগা ভক্তনা নুংশিবা নত্তনা করি অমত্তা

উদে, নুংশিবগী মরমদা তায়, নুংশিবতগী মরমদা ঙাঙই, অমসুং নুংশিবগী মরমখক্তদা খল্লি।

মীওইবনা ঈশ্বরবু অহানবদা পোৎ অমা ওইনা নুংশি । অদুদগী মাগী নুংঙাইবা অদুগা মরী লৈননা মখা তারকপা ফল ওইনা নুংশিবতগী য়েংদুনা ঈশ্বরবু নুংশি,নুংশিবগী শক্তম ওইরিবা নুংশিফম থোকপা ঈশ্বর অদুখক্ত অতৈ অতোপ্পা পোৎ অমত্তা য়াওহন্দনা নুংশি ।

তুরেলনা সমুদ্রদা তিল্লবা মতমদা মশাগী শক্তম লোইনা মাঙখিবগুম ভক্তনা ঈশ্বরদা তিল্লবা মতমদা মশাগী ঐ কৌবা নাপন অমসুং নাইতোম ওইবা মচৎ অদু লোইনা মাঙখি । মতম অদুদা ভক্তনা মহাক মশা মতোম্তা উজৈ অমসুং বিশ্ব প্রেমগী মশক ওইবা মচেৎ খাইদোকপা য়াদ্রবা নুংশিবা অদুগী শরূক অমা ওইনা তাইবংগী লেমহৌবা শরূক পুম্নমক ভগবান মহাক ওইনা উরকই ।

অসিগুম্বা মখলগী বিশ্বপ্রেম, ঈশ্বর ভক্তি অসিনা লোইনা কোয়শিল্লি । ভক্তনা পুনশিদা অপাম্বা অতৈ অমত্তা লৈতে । মঙোন্দদি সংসার অসি শকয়েং মিংশেল অমনি অমসুং ভগবান মহাক অমসুং ভগবান মতোম্মতা নত্তনা কনাগীসু মমি তাদে ।

মহাক্কী মরূপ লৈতে, য়েক্লবসু লৈতে,দেশ লৈতে,শাগৈ লৈতে,জাতি লৈতে, থোইদোকপা ফিভম অমত্তা লৈতে । পৃথিবী পুম্বা অসি মাগী ময়ুমনি । সংসার পুম্ব অসি মাগী মগুণ শকপা নত্তনা অতৈদি মরোল থোক্তে । ভগবান মাগী লিলা তাবা নত্তনা মাগী মনাকোংদি পঙই । মাগী পৃক্রীংদি ভগবানগী রাখন্দা পৃংলূপ লূপশিল্লি অমসুং সংসার অসিদি মহাক্না থৌশা ব্রাশাদে ।

গোপী অমনা, মাগী হকথেংনরকপা মওং অদু অসুম্না হায়, " ঐনা য়েংখি য়েংখিবা লমদম পুম্বদা শ্যাম মহাক্ত উই, শংবান্নবা কুচুনা লৈতেংবা ইবুংঙো মাতমক উজৈ । উরী ব্রারী নিকুঞ্জবন পুম্নমক শংবান্নরে, মুনা মুনা উরে । যেদগী ময়েক পুম্বসু শংবান্নরে, মুনা মুনা উরে । "

মহাক্না পুম্নমক্ত ইবুংঙো মহাক্তমক, ওইনা উরে । ইবুংঙো মহাক্তবু য়েংজরে । মহাক্না ইবুংঙো মহাক্তগী মপাউ তারে । মহাক্না ইবুংঙো মাগী মরমদা খক্ত খঞ্জরে। মহাক্না মতৌ করম্না সংসার অসিগী মরমদা খনবা ঙমগনি ?

মথক্তা পনাখ্রিবা ( সূত্র ৪৬-৪৯ ) লীচৎ শাজৎ অসিবু চৎলিবা ভক্ত

অমনা সংসার পূম্নমক অসিবু ঈশ্বর মাগী শক্তম ঙাক্ত ওইনা উঈ । মহাক্কী হকচাংগী পূক্লীংগী মথৌ খুদিংমক ভগবানগী মফমদা থম্বা ভক্তিগী মফোঙদোক ওইনা লোইনা উৎলকই ।

মথংগী সূত্রদা, নারদ ঋষিনা গুণ অহুম্না হুমদুনা লৈরিবা ভক্ত অমগী মওং মতৌগী মরমদা হায়রি ।



# মখাথাবা থাক্সী ভক্তি

সূত্র ৫৬।। গৌণী ত্রিধা গুণভেদাদার্তদি ভেদাদ্বা ।।

সত্ব,রজ,তম কৌবা গুণ অহুমগী মতুংইন্না অমসুং ভক্তিগী খেন্নবা মখল হায়বদি ব্রাবদগী ঈশ্বর থিরকপা,জ্ঞান পাম্বদগী ঈশ্বর থিরকপা,মশা মতোমতগী লনাই পামজবগী থিরকপা অসিনচিংবা অসিগী মতুংইন্না মখা থাবা থাক্সী ভক্তগী ( ভক্তিগী ) মখল অহুম খোক্লা খায়দোকই ।

গৌণী, অনীগুবা থাক্সী (ভক্তি ); ত্রিধা, অহুমখোকই; গুণভেদাত্, গুণ খেন্নবগী মতুংইন্না হায়বদি সত্ব রজ অমসুং তম গুণগী মতুংইন্না; আর্তদি ভেদাত্, ভক্তনি হায়জরিবশিং অদুগী ব্রাখলগী খেন্নবা মত্কী মতুংইন্না,অব্রা অনা থেংনবদগী, জ্ঞান পামদুনা থিরকপদগী অমসুং মশাগী নুংঙাইনীংবদগী; ব্রা,নত্রগা।

অহানবা মখলগী অহৈতুক প্রেম ভক্তি ( কনানসু করিমত্তনসু ইনশিল্লকপা লৈতনা )হায়বসিদা মদুমক্তা ভক্তনা মাগী মবুংঙোবু ফংজখিবশিং অদুগী মরমদা মমাঙগী সূত্রশিংদা নৈনপ্রে । হৌজিক মখা তাবা ভক্তিগী মরমদা নৈনরগনি ।

মশাগী ওইজবা অমত্তা থিদনা ঈশ্বরবু নীংলিবা অদুবু স্বাত্তিক্ ভক্তি হায়না কৌই । শক্তি অমদি লনথুম পাম্বগী নীংবা লাইনীং অদুবু রজ গুণগী ভক্তি হায়না কৌই । অতোপ্পশিংবু শোকহন্নীংদুনা নীংবা লাইনীং অদুবু তাসমিক ভক্তি প্রেম হায়না কৌই ।

সত্বগী ওইবা ভক্তিদি লিক্লাইগী মতৌগুম লংই । সত্ব গুণনা নুংঙাইবা অমসুং জ্ঞান অনীগী লাং থাকই । সত্ব গুণ হায়বা অসি সনাগী য়োত্থিং কোৎলৌ থাংবনি । সত্ব গুণগী মীনা মশাবু অতৈ অতোপ্পশিংগা চাংদম্নজে অমসুং মানা হেন্দোক খোইদোকপশিং অদুগীদমক নুংঙাইজে । মহাক্না হেন্না নুংঙাই নত্রগা হেন্না পেনবা হকথেংনবা স্বভাব কয়া লৈ খল্লুবদা নাপন্না পীক থনগৎলকই । মহাক্না খাল্লি "ঐ

নুংঙাই ঐ শিংই ” অমসুং অসুম্না মাবু লীপুন লাংনা পুনশিল্লি । অসিগুম্নবা নুংঙাইবগী লীপুন অসি মায়ানি ।

নঙনা ঈশ্বরবু থাজরবদি নঙনা মঙোন্দা অসিমা পাম্মী হায়না হংনিঙাই মরম লৈতে । মহাক্না নঙোন্দা হংলুদনা নঙনা পাম্বা পোৎ অদু পীনবীগনি ।

গৌন ভক্তি নত্ত্রগা মখা থাবা থাক্কী ভক্তি হায়বা অসিনা মুখ্যভক্তি হায়বদি অহানবা মখলগী ভক্তি হায়বা দোষ পূম্নমক য়াওদ্রবা অমসুং অতৎপা লৈত্রবা ঈশ্বরগী নুংশিবগী ঈচেন্দা লেপ্লাইদনা চেন্থ্রিবা অদুগী মতোন তানা কাখৎলকই ।

মখা থাবা থাক্কী ভক্তি হায়রিবা অসি ভক্ত অদুগী থমোইদা ফাওরিবা ৱাখল অদুগী মতুংইন্না খায়দোক্পনি । গীতাদা উৎলিবা ভক্ত মখল মরিগী মনুংদা ( গীতা অধ্যায় ৭ / ৬) অহানবগী মখল অহুম অদু গৌন ভক্তিগী মনুং চল্লি । মরিশুবগী মখল অসিনা মুখ্যভক্তি হায়না খঙনবা ভক্তনা ঈশ্বরখক্ত নুংশিজবা শুপ্পতগী ঈশ্বর খক্ত নুংশিবা মখলগী অথোইবা ভক্তি অদুনি । মসি নুংশিবগীদমক নুংশিখিবদুনি ।

দ্রৌপদি অমদি গজেন্দ্রগী ভক্তি অসি আর্ত ভক্তশিংনি । মথোয় নীংবা কায়রম্মী । উদ্ধব জিজ্ঞাসু ভক্তনি । ধ্রুবনা আর্তার্ত ভক্তনি । মহাক্না মীয়ামগী মপু ওইবা পাম্মী ।

## সূত্র ৫৭ ।। উত্তরস্মাদুত্তরস্মাত্ পূর্বপূর্বা শ্রেয়ায় ভবতি ।।

মাঙদা চৎখিবা (হান্না পনখিবা ভক্তিগী) মখনশিংনা তুংদা লাকপা মখলশিংদগী হেন্দোক থোইদোকনা ফংহনবদা মতেং ওই ।

উত্তরস্মাদুত্তরস্মাত্, তুংদা লাকপা লাকপদগী; পূর্বপূর্বা, মাঙদা চৎখি চৎখিবনা; শ্রেয়ায়, হেন্না ফগাৎহনবা, খুঙ্গদগী ৱাংখৎহন্নবগীদমক; ভবতি, ওইহল্লি ।

অহানবা অসিনা অনীশুবদগী হেন্নসু ফৈ হেন্নসু মহৈ য়ালহল্লি অমসুং অনীশুবা অসিনা অহুমসুবদগী হেন্নসু ফৈ অদুগা হেন্নসু মহৈ য়ালহল্লি ।

অহানবা অসিনা অনীশুবদগী অধ্যাত্মিকী অফবা মায়গৈদা হেন্না ৱাংই; অদুগুম্না অনীশুবা অসিনা অহুমশুবা অসিদগী মখল অনীমক্তা হেন্না ৱাংই ।

শক্তি অমসুং লন থুম ফংননবা সাধনা তৌরিবা রাজসিক ভক্তি অসিনা অতোপ্পবু শোকহন্নীংদুনা সাধনা তৌরিবা তামসিক ভক্তিদগী য়াম্না হেন্না ফৈ । স্বাত্তিক ভক্তিনা অমুক য়াম্না হেন্না ফগ্রে মরমদি মসিনা শুপ্পতগী ঈশ্বরবু মশক খঙনবখক্ত

সাধনা তৌই।

সত্ত্বদি খলচাং চানা নুংঙাই,ঈংই,মঙাল নাই। মসি খ্বাইদগী ব্রাংবা ফিভমনি। শক্তি অমদি নুংঙাইবা পাম্বগীদমক (রজগুণ)সাধনা তৌরিবা অদুনা অমুক মীবু ঙম্লনবা তনবগী মতৌ ওইবা (তমগুণগী ওইবা) মওংদা সাধনা তৌরিবা হায়বদি অধ্যাত্মিক ভাব শিরবগী মশক ওইরবা মওং অদুদগীদি য়াম্না হেন্না ফৈ। ভক্ত অমনা মাগী পূক্নীং অমসুং পূক্নীংনা লূপশিল্লিবা মতৌ অদু মথক্কী অসিগী বরম্ব ফিভম ওনশিল্লিবগে হায়বা অদু চেকশিন্না য়েংশিনগদবনি। মহাত্মা সৎসঙ্গ,জপ,কীর্তন,ধ্যান অমসুং পূজানচিংবা তৌদুনা সত্ত্বগুণ হেনগৎনবা কন্না হোৎনগদবনি।

অনীশুবা মখল খায়দোকপগী মতুংইন্না আর্তভক্তি (ঈশ্বর কায়ননগী খাঙঙমদবা,নীংবা কায়বা) অসিনা হেন্না ব্রাংই। মতাং অসিদা নীংবা কায়বা হায়রিবা অসি সংসারগী ওইবা পাপকী অৱাবদু নত্তে,ঈশ্বরবু জ্ঞান তানা তানা কাউঙমদবগী ৱাবা মখলগী কায়নবা অদুবুনি। (সূত্র ১৯ য়েংবদা নুংঙাইগনি)।

অচুম্ববু থিরিব ভক্তগী (জিজ্ঞাসু ভক্ত) সাধনা অদুনা লন্থুম পাম্বগী থিরিবা (অর্থার্থী)ভক্তগী সাধনা অদুদগী হেন্না ফৈ অদুগা অনী অদুদগী হেন্না ফবা অমসুং হেন্না মহৈ য়ানবা ভক্তদি নীংবা কায়বদগী থমোই শোকপদগী(আর্ত,ঈশ্বরবু কায়নবদগী ৱারবা থমোই চেনবা ভক্তনা)চঙশিল্লিবা সাধনা মখলগী ভক্তি অদুনি। আর্ত ভক্তিতনা থমোই য়াওনা পূকচেল শেংনা অমসুং অকনবা পূক্নীংগা লোয়ননা চঙশিল্লকই অমসুং মরম অদুনা খূদক্তা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনীঙাই ওই। মহাত্মা খূদক্তা অৱাবা অদু কোকপীবা পাম্মী। দ্রৌপদি অমসুং গজেন্দ্র মখল অসিগী ভক্তিগী অথোইবা খূদমশিংনি।

আর্তনা ঈশ্বর নত্তনা অতৈ অমত্তা পামদে,মরমদি ঈশ্বর নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা নুংঙাইবা পীবা ঙমদে। জিজ্ঞাসুনা জ্ঞানখক্ত পাম্মী,মহাত্মা ঈশ্বর পামশিল্লদ্রে। অর্থার্থীনা জ্ঞান ফাওবা পামদে। মহাত্মা লন্থুমখক্ত পাম্মী। মরম অসিনা আর্ত ভক্তিনা পূম্নমক্তগী থোইরিবনি।

গোপীশিং মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী মৈশা লাংই ঙমথৈ নাইদনা ব্রাজৈ। মখোয় অসি আর্ত ভক্তি লৈবীশিংনি। মখোয়না মবুংঙোবু লাৎচৈ অমসুং মমিং শোঙ্গে। অদুদগী মবুংঙোনা মখোয়গী মাঙদা লাকপীখি।

বৈরাগ্য ওইরবা অমদি পূক্লীং পূমঈং ঈংলবা ভক্ত অমনা ঈশ্বর ফংনবা অথোইবা নুংঙাইবদু নত্তনা মখল অমত্তগী নুংঙাইবদা মখোয়না পেম্লোকপা ঙমদে।

মুখ্যভক্তিদি স্বাতিক ভক্তিদগীসু হেন্না ব্রাংই অদুগা পরাভক্তিনা অমুক মুখ্যভক্তিদগী হেন্না ব্রাংই।

---

## সাধনাদা হেন্না লায়বা ভক্তি

### সূত্র ৫৮।। অন্যাস্মাত্ সৌলভ্যং ভক্তৌ ।।

ভক্তিগী সাধনানা অতৈ সাধনা পূম্বদগী (অরান খুভম ফংনবগী লম্বীদা )হেন্না লায় ।

ভক্তৌ, ভক্তিদা, ঈশ্বরবু নুংশিবগী মচৎখত্তদা; অন্যাস্মাত্, অতোপ্পশিংদগী; অতৈ অতোপ্পা পূম্নমক্তগী ; সৌলভ্যম্, লায়না ফংবা ওস্মী, হেন্না লায়, ফংবদা হেন্না লায়বা ওইহল্লি ।

ঈশ্বরগী নাক্ত চঙজবদা ভক্তিনা পূম্নমক্তগী হেন্না লায় ।

কর্ম, যোগ অমসুং জ্ঞান হায়বা অসি অতৈ যোগগী লম্বী অহুম্নি । ভক্তি হায়বা অসিনা থমোইনুংদা চপচানা পানবা অপানবা লম্বীনি । নুংশিবা হায়বা অসিদি পূম্নমক্কী থমোইনুংদা মহৌশানা লৈজে ।

অধ্যাত্মিক্কী সাধনা পূম্নমক্তগী ভক্তি হায়বা অসিনা খ্বাইদগী লায়বা মওংনি ।

কর্ম, যোগ, জ্ঞান হায়বশিংসিনা অতৈ অতোপ্পা লম্বী অহুম্নি । মখোয়শিং অসি ভক্তি অমসুং বুদ্ধিগী মতেং পাংবা ওাক্তনি । মখোয় অসিনা ভক্তশিংগী থমোইবু শেংদোকই । বেদগী পূজ্ঞানচিংবদি ইনাক কৈরাক খুনবা মীওইতনা তৌবা ওস্মী ।

যোগ হায়বসি অরুবা অমসুং খুদোংথীবনা পীক থল্লি । যোগীশিংনা শক্তি য়াম্না ফংই অমসুং লান্না শীজিন্নগল্লি মশাগী লৈখা তানবগী মরম ওইহল্লি । প্রত্যাহার অমসুং প্রাণায়ামদি সাধনা তৌবদা য়াম্না লুই ।

জ্ঞান তানবা হায়বা অসি মী খরদদি য়াম্না তল্লি, অদুগা ভক্তি হায়বা অসিদি নুংঙাই খোয়দাই অমসুং পাস্মী । জ্ঞান যোগনা য়াম্না নৈনবা, পূক্কীং চঙবা, বুদ্ধি থৌবা অমসুং ব্রাখল য়াম্না কূপাশিনবা, খঙনীংবা-খঙগনবগী অচৌবা পাঙ্গল অমসুং মপান নাইদবা উইল চঙই ।

ভক্তি হায়বা অসিনা ফিভম পূম্নমক্তা সাধনা তৌবা য়াই অমসুং মীয়াম

পূন্না মান্নবা চঙশিনমিন্নবা য়াই, মসিদা চহি নক্তগা নুপী নুপা খায়দে,য়েংদে ।

লাইরিক হৈবা,তপস্যা কনবা, বেদ নৈনবা, খোইদোক্লা অখৌবা বুদ্ধি লৈবা, অসিনচিংবা অসি ভক্তি থিবা ভক্তশিংগী মকমদা মখৌ তাদে । ভক্তিদা চঙলিবদি থাজবা হায়বা অসিগা লোয়নবা অতৎ অখম নাইদনা ঈশ্বর মাবু নীংশিংজবসিতনি । মরম অসিননি মীপূম খূদিংমক্ত ভক্তিগী লম্বী (সৌলভ্যম)ফংবা ঙম্মী হায়রিবসি ।

মী অয়াম্বনা ভক্তি যোগবু য়াম্না নেম্না খল্লি অমসুং মশা মশাগী মতিক চাবা মগুণদি লৈতনা হঠযোগ,কুণ্ডলিনি যোগ অমসুং রাজ যোগদা চঙশিল্লি । মখোয়না য়ম,নিয়মদি সাধনা তৌদে । মখোয়না খেচরী মুদ্রশিং অমসুং প্রাণায়াম খরা তৌরগা মখোয় অতিয়াদা চংগা ঙমগনি অমসুং মিত্রংগুম্ন অস্তকপা থবকশিং তৌগনি হায়না খল্লি । মায়ানা মখোয়গী পূক্নীং ইমম মম্না কুপশিল্লি ।

ভক্তনা পূন্নমক ফংই । মহাক্না সিদ্ধি ফংই,মহাক্না ঈশ্বরগী খৌজালসু ফংই অমসুং ঈশ্বর মাগী ঙক্নবা মিৎয়েং অদুসু ফংজে ।

মতৌ অসুম্না ভক্তি হায়বা অসি মীওই মখল পূন্নমক্না চঙবা য়াবা থাইদগী হেলবা যোগনি ।

## সূত্র ৫ ৯ ।। প্রমাণান্তরস্যানপেক্ষত্বাত্ স্বয়ং প্রমাণত্বাত্ ।।

মরমদি মসি (ভক্তি নুংশিবা)প্রমান অমত্তগী মথা পোন্দে,মসিমক্তি মশামক্না মশাগী প্রমান ওইরবনি ।

পমাণান্তরস্য , মশা নত্তনা অতৈ প্রমান অমা চত্তরবা; অনপেক্ষত্বাত্ , মথা পোন্দবনা মরম ওইদুনা; স্বয়ং, মশানা মশা মতোমতনা; প্রমাণত্বাত্ , প্রমান ওইদুনা লৈজরবা, প্রমানগী মচৎ ওইজরবা ।

মরমদি মশানা মশাগী প্রমান ওইদুনা লৈজরবনিনা প্রমান অমা অমুক চঙত্রে ।

ভক্তিগী প্রমানদি ভক্তি অদুমক্তি । মসিদা অতৈ প্রমান অমা চঙদে । ভক্তনা ভগবানগা অমত্তা ওইশিনখিবা মতমদা ঈশ্বরগা হকখেংনবগী মচৎ অদু অপাননা মানা ফংজে । মসিদা প্রমানগী প্রমান অমা অমুক চঙদে । মসিদি য়াহৈনা ব্যাখা তৌদুনা তাক্লবগী মকম লৈতে । য়ুম্বানবগী নুংঙাইবা খঙবা নুপী

অমনা মতোম্মতা তুমিন্না খঙজে । মদু মানা লুহোংদবা নুপীমচা অমদা খঙহনবা ঙমদে ।

প্রমান হায়বা অসিদি করিগুম্বা জ্ঞান তাদবা অমবু তাননবা খূৎলায় (উপায়) অমনি । কনাগুম্বা অমনা অথুম্বা হৈনৌ অমা চারিঙৈদা হৈনৌগী অথুম্বা মহাউ অদু জ্ঞান তাননবা অতোপ্পা প্রমান অমা চঙদে । মী অদুনসু হৈনৌগী মহাউগী ফিভম মওং অদু খঙননবা প্রমান অমা তৌবীয়ু হায়বগী ব্রা অমা চঙদে । মতৌ অসুম তৌদুনা অপাননা ঈশ্বর ভক্তি হকথেংননা ফংজরিবা ভক্ত অমনা অতোপ্পা প্রমান অমা তৌরুনবগী মথৌ চঙদে । ইকং কংনা মরৈ য়েৎনরিবা (তর্কশাস্ত্র) হৈবা মী অমগী মতৌগুম মরৈ তৌনঙাই মফম লৈতে , নত্তগা বুদ্ধিগী শাজেন ময়াম্না ব্রায়েনবগী মথৌ চঙদে ।

প্রমান হায়বা অসিদি ব্রা অমবু অ তোপ্পা মান্নবা ব্রা অমনা চুমই হায়বা উৎপদুনি । “অন্তর”হায়বা অসিনা মপাম্বোংগী ওইবা হায়বনি । “প্রমানন্তর” হায়বদি মপাম্বোংগী ওইবা অতোপ্পা ব্রা অমা খূদম ওইনা উৎপা হায়বনি । মিমাংসকশিংগী মত্ মতুংইন্না প্রমান মখল তরুক লৈ। প্রত্যক্ষম্,অনুমানম্,উপমানম্,শব্দম্,অনুপলব্ধি,আর্থপত্তি । প্রত্যক্ষম্ হায়বদি হকথেংননা ইন্দ্রিশিংনা হেক্তা খঙবা ঙম্বা অদুনি । অনুমানম্ হায়বদি হান্না হায়খ্রবা ব্রারোল নত্তগা মরৈ অদুদগী ব্রারোইশিনবনি । উপমানম্ হায়বা অসিনা মান্নবা করিগুম্বা অরৈবা পোৎ অমা পন্দুনা উত্তুনা চাংদম্নবনি । শব্দম্ হায়বদি (বেদনা চিংবদা)নীংথিনা ইদুনা লৈরবা মীশিংনা তত্তনা খঙনরিবা য়াদুনা লৈরবা ব্রাফম পন্দুনা খঙহনবনি । অনুপলব্ধিদি শুক্রে লৈতবা পোৎ অমদা খঙবা ঙমদবগী মওং অদুমক হায়দুনা লৈতবদি লৈতে হায়না উৎপগী মওং অদুনি । আর্থপত্তি হায়বদি ব্রারোয় তাশিনবা,মশানা মথা তাজরকপা ফল হায়বা অদুবুনি , চুম্মী হায়না খনবা নত্তগা হাননা য়ানদুনা লৈরবা চৎনরকপা ব্রাফম অমা পন্দুনা চুমহনবা ব্রাফম অদুনি ।

ন্যায়িকশিংনা অহানবগী মরি অসিতমক লৌখৎলি । সাংখ্যনা শুপ্নগী প্রত্যক্ষ,অনুমান অমসুং শব্দ খক্ত লৌখৎলি । প্রত্যক্ষ হায়বা অহানবগী অসি নত্তনা অতৈ পূম্নমক মী অমনা চপ চানা হকথেংননা ফংবা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা

অমদা তোংদুনা খঙহল্লি। মখোয়শিং অসি মপানগী খূদম প্রমান্তরম্ হায়না খঙনৈ। ভক্তি মার্গনা মখোয়শিং অসি পামদে। ভক্তিদদি শুপ্নতগী মশামক্না হকথেংননা মশাগী থমোই ঈহন্দা পান্দুনা খঙজবা ঈহন নুংশিবগী ঈহৌ অদুতমক পামজ্জে অমসুং নৈনৈ।

নঙনা অরাম খৌরাংবা মতমদা নঙতনা খঙজে। নঙনা মদু অপানননা হকথেংনজে। নঙনা জ্ঞান লৈবশিংগী মরৈ তারগা নঙ লামই নত্রগা লামদে হায়বা নঙোন্দা ফাওরিবদু লেপ্পা নত্তে। কনাগুম্বনা নঙোন্দা "নঙ লামদে" হায়রকপদা নঙনা হেক্তা খুমগনি "নত্তে, নঙ লাল্লি, ঐ লামই।" লামই নত্রগা লামদে হায়বগী মপু অদু ঐ ইশাসিনি, নঙ নত্তে। কনাগুম্বা অমত্তনা ব্রাফম অসিগী মরমদা মপু শাবা য়ারোই।

নঙনা করিগুম্বা ইমা, নুপী নত্রগা নচাবু নুংশিবা মতমদা, নঙ মরৈ থাংবগী মথৌ চঙদে, নঙ মপানগী করিগুম্বা প্রমান অমা পুথোক্কুনা খঙহন্ননবা হোৎনবা চঙদে। নঙ নশানা নশাগী অপানবা হকথেংনবা থমোইদা ফাওরিবা ঈহন অদুগী মপুনি। মরম অসিনা সূত্রনা হায়, "স্বয়ং প্রমাণরৌপত্বচ্চ"।

মী অমা ব্রারিব্রা নত্রগা নুংঙাইরিব্রা হায়বা অসিগীদমক প্রমান ওইনা অতোপ্পা মী অমা চঙদে। ঐখোয়না মাবু ব্রারিব্রনে হায়না খঙননবা অদু অদুগী মখা তারকপা ওইনা মানা ব্রারিবনি হায়বা প্রমানসু চঙদে। করিগুম্বা মখলগী মরৈ অমত্তনা কনাগুম্বগী নুংদা থেংনরিবা হকথেংনবা ঈহল অদুদা মরৈ অমত্তা চঙদে। অপাননা মী মশানা থেংনজরিবা অদুনা অহানব হৌরকফম ওইবা অমসুং মশাদা শোয়দনা পাল্লরবা চৎনরবা জ্ঞানগী ঈহন ওইজরবনি।

## সূত্র ৬০ ॥ শান্তিরূপাত্ পরমানন্দরূপাচ্চ ॥

(ভক্তিগী লম্বীদি লায়) মরমদি মসি (ভক্তিদি) অঈংবা, শান্তি অমসুং অথোইবা অচিকপা অদুমক্নি।

শান্তিরূপাত্, মরমদি মসিদি মশাগী পুক্নীং ঈংবগী মতৌ অমা অদুম লৈজে; পরমানন্দরূপাচ্চ, মরমদি মসিগী মশাগী থোইরেন থোইবা অচিকপগী মতৌ লৈজে; চ, অমসুং।

ভক্তনা পুন্নমক লোইনা, মশামকপুসু পুংকাউ কাউথোকচখি। মহাক

শুপ্নগী ঈশ্বরতমক য়েংদুনা হিংই। মহাক ঈশ্বরদা তুংদুনা হিংই।

কনাগুম্বনা খোইহি মহাও হেক তংবদা মঙোন্দা অথুম্বদু হেক্তা ফংই। মতৌ অদুগুম্না ভক্তিনা মপুংফাবা শান্তি, অঙ্গংবা অমসুং অখোইবা অচিকপদু ভক্তদা পীবী। মসিদি মদোম খুদম ওইজরবনি। মসিদা অতোপ্পা প্রমান অমা অমুক চঙদে।

ঈশ্বর নুংশিবা হায়বা অসিদা অচিকপা (শান্তি) অমসুং অখোইবা নুংঙাইবা, অপেনবা (পরমানন্দ) অদু ফংজে।

## সূত্র ৬১ ।। লোকহানৌ চিন্তা ন কার্যা নিবেদিতাত্মলোকবেদত্বাত্ ।।

ভক্তনা তাইবংগা মরী লৈনবা করিগুম্বা মরম অমত্তদা লাঙতক্নরোইদবনি, মরমদি মহাক মশাগী থমোই মশামক্তা ঈংহজ্জরবনি, তাইবংসিসু অদুগা বেদমকসু ভগবানগী মফমদা লোইনা পুংকৎ কখোকশ্রবনি।

লোকহানৌ, সংসারগী অব্রা অনাগা মরী লৈননা, সমাজগী কাংখোংচাইবগা মরী লৈননা ; চিন্তা, লাঙতক্নবা, খন্থরুবা; ন, নত্তে; কার্যা, য়োকখৎকনি, নুংঙাইজগনি; নিবেদিতাত্মলোকবেদত্বাত্, মহাক্তা মশামক, সংসার অসিমক, বেদ পূম্নমক ফাওবা ভগবানগী মফমদা লোইনা পুংকৎ কখোকখিবনা।

ভক্তনা মশাবু সমাজ কাংখোং চাইরে হায়দুনা ব্রাখল লাঙতক্নবা পোকহনগদবা নত্তে; মরমদি মাগী মফমদদি মশাগী ওইজবা, চৎনবী অমসুং অধ্যাত্মিক্তী ওইবা হৌন লীচৎ পুম্না ভগবান্দ কখোক্তুনা শিন্নখ্রবনি।

ভক্তনা মাগী থবক থনাদা অরান অহুই য়াওরবসু মদুদা লাঙতক্নবগী মথৌ চঙদে, মরমদি মাগী মশামক, সংসারগী থবক থনা পূম্নমক অমসুং বেদ পূম্নমক ফাওবা মানা ভগবানগী চরন্দা কখোকশ্রবনি। ভক্তনা করিগুম্বদা মাগী লন্থী লান্না চৎলব্রনে হায়না খল্লবা ফাওবদা ভগবানবু মপুং ফানা থাজগদবনি। মহাকপু অমাঙ অতা নত্তগা পাপনা খজিক্তসু শোকপা ঙমদে মরমদি মহাক্তি পূম্নমক ঙম্বা ঈশ্বরগী নুংশি মিৎয়েংগী মখাদা মাবু চেকশিন্না ঙাকশেন্দুনা থম্বী। মহাক্না তাইবংগী অমাঙ অতোংগী ব্রাখল অমত্তা খল্লোইদবনি। মহাক্তি তাইবংসিদা মানা করি মাঙখ্রবা হায়বা অসিগা মরী অমত্তা লৈনদে।

ভক্তনা মাগী তাইবংগী অমসুং অধ্যাত্মিক্তী ওইবা পূম্নমক ভগবানগী

মফমদা কখোকখ্রে। মরম অসিনা, মহাক্লা তাইবংগী অমাঙবশিং অসিগীদমক ব্রানীঙাইহৈ লৈতে। মহাক্লা তাইবংগী করম্বা পোৎ অমগীদমক ব্রানিঙাইহৈ করি লৈরিবগে ?

ভক্তনা মশামক অমসুং মাগী লৈজবা পূম্বা ভগবানগী মফমদা কখোক্লবদা, ভগবান্না (ভক্তগী) লাঙতক্লবা পূম্বা লৌথোকপী। মহাক্লা ভক্তগী পূক্নীং অদু লোইনা লৌথোকপীখি। মতৌ অদুগুম্না ভক্তগী পূক্নীং লৌথোকপীগ্রবদা, ভক্তনা অমাঙ অতাগী ব্রাহৌরুনিঙাইহৈ কদায়দা লৈগনি ?

সূত্র অসি থমোইহৈ নূংগুম কল্লু নত্তগা মীওইবগী অব্রা অনাবু তাথী তাওইয়ু হায়বদি নত্তে। মসিনা দানগী থবক অমদি তাইবংবু নুংশিবগী মচৎ পূম্বদুবু য়ানীংদদুনা চৈনীংবগী ব্রা অমত্তা য়াওদে। মসিনা গুপ্নগী ব্রাফম অমখক্তং থবক্তা চিন্তা পুদবা হায়বদি লাঙতক্লবা লৈতবা নত্তগা অব্রাবা খঙদবা হায়বদুখক্তং পুদুনা চৎলু হায়বদুতনি।

ভক্তনা মাগী আত্মা (বুদ্ধি, পূক্নীং, হকচাং) লোইনা, সংসারগী লীপুন পূম্বা অমসুং মাগী বেদগী শাজৎ লীচৎ (ঙাকফম থোকপশিং, নিয়ম নিতিগী মচৎশিং পূম্নমক) লোইনা ভগবানগী মফমদা (নিবেদন) কখোক্লে।

---

## ভক্তি অমসুং সমাজগী চৎনবীশিং

### সূত্র ৬২ ।। ন তত্ সিদ্ধৌ লোকব্যবহারো হেয়: কিন্তু ফল ত্যাগস্তত্ সাধনংচ কার্য্যমেব ।।

ভক্তি হেক চাউখৎলক্লিব ফাওবা সাধক্না সমাজগী চৎনবী অমসুং ধর্মগী হৌন লোনচৎ অজা পূজা পূম্বা থৌওইদবা তৌরোইদবনি । সাধক্না মখোয়শিং অসি শোয়দনা ঙাক্কদবনি তৌইগুম্বসুং সমাজগী থবক পূম্বগী ফল অদুদি ভগবানগী মফমদা কখোক্কদবনি ।

তত্সিদ্ধৌ, মদু ফংনবগীদমক, ভক্তি চাউখৎলক্লবগীদমক; লোকব্যহার:, সমাজগী পুনশি, সমাজগী চৎনবী, লোনচৎ শাজৎ; ন, নত্তে; হেয়:, থৌওইদবা; কিন্তু, তৌইগুম্বসুং; ফলত্যাগ:, থবক পূম্নমক্কী ফল থাদেকাপা ; তত্সাধনম্, মদু তৌবদা কান্নবা, মদুগী পাঙথোকপদা মতেং ওইবা; চ, অমসুং; কার্যম্, তৌগদবনি; এব, তশেংনা ।

ভক্তি হায়বসি মপুংফানা হেক চাওখক্লিমখৈ, পুনশিগী তৌফম থোকপা লম্বী পূম্নমক অমত্তা থাদোক্লোইদবনি তৌইগুম্বসুং থবক্কী মহৈ পাম্বা অদুবু থাদোকপা অমসুং মদোমদা চঙশিনবদা চঙবা থৌরাংশিংগী লমচৎ শাজৎশিং অদুদি কন্না হোৎনদুনা তমশিনগনি সাধনা তৌশিনগনি । পূক্নীং চেৎনা অমসুং জ্ঞান তানা ওইজনাম থিদবা (নিষ্কাম কর্ম) অমসুং পূক্নীংগী অচুম্বা লম্বী পূম্নমক তানশিন্নবা হোৎনগদবনি ।

ভক্তি ফংলগা নত্রগা ভক্তি ফংননবা হোৎনবদা সমাজ পুনশি থাদোক্কদবা নত্তে। ধর্মগী ওইবা হৌন লোনচৎ থবক থনা পূম্নমক অদুম চত্থগদবনি । শুপ্নতগী থবকশিং অদুগী ফলশিং অদুতং থাদোক্কদবনি । শ্রীবশিষ্ট, ব্যাস, শঙ্কর, ভগবান যিশু, ভগবান বুদ্ধ অমসুং অতৈ মহাত্মাশিং অসি মীওইবগী থ্বাইদগী হেন্না কাননা তৌরম্বা থ্বাইদগী হেন্না মশা থীংনা থবক তৌরম্বশিংনি ।

লোকব্যবহার, নঙনা চারি থক্লি, নঙনা শ্বর হোল্লি। নঙ করিগুম্বা খরা তৌরি। মরম অসিনা নঙনা নঙোন্দা শিন্নরকপা নথৌশিং লোয়না থাদোক্লে হায়বা য়াবা নত্তে। মসিনি "লোকব্যবহার" হায়রিবা অসিনা খঙহল্লিবদি।

## সূত্র ৬৩ ।। স্ত্রীধননাস্তিকবৈরিচরিত্রং ন শ্রবণীয়ম্ ।।

ৱারী ৱাতায় নত্রুগা নুপীগী শক্তম শীংথাবা, লন্থুম, ধর্মসমাজগী ৱা, নত্রুগা য়েক্লবগী মরমদা ৱা ঙাঙনবা অমত্তা তারোইদবনি।

স্ত্রীধননাস্তিক বৈরিচরিত্রম্, নুপীগী লমচৎ, নুপীগী শক্তম নত্রুগা নুপীগী শাজৎ-লিচৎকী মরমদা শীংথাবা, লন্থুমগী ৱারী, ঈশ্বর থাজদবগী ৱারী, বেদগী মফম অমসুং ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা ৱাফম, অমসুং য়েক্লবগী ৱারী ; ন, নত্তে; শ্রবণীয়ম্, তাগদবনি।

সূত্র অসিদসু অমসুং মথাগীশিং হায়বদি ৭৩ শুবা, ৭৪ শুবা, ৪৩ শুবা, ৪৪ শুবা, ৪৫ শুবা সূত্রশিংদা ভক্তি চাওখৎপগী লম্বীদা অপনবা পীবশিংগী মরম অদু শীংথারি।

অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসিনা ভক্তগী পূক্নীংদা অথ্যাত্মিক্কী ৱাখল হুম্বহল্লি অমসুং মহাক মখা তানা চাওখৎপা ঙমদে।

মহাক অদুনা নুপীগী মরমদা মপূংফানা পূক্নীং চঙথোকপ্লবদি ঈশ্বরগী মরমদা ধ্যান তৌবা শুকঙম ঙমদে। নুপীগী ৱাখল খনবদগী পূক্নীংদা অকনবা ঈথক হৌরকই। নুপীগী মরমদা খনবা পূক্নীং ঈশ্বন্না ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদা খ্বাইদগী চাউবা অপনবা পন্নি।

লনগী ৱাখলনা মীওইববু করাম চাউবা ওইহল্লি। ধর্ম থাজদবশিংগী ৱাখল অমসুং ধর্ম থাজদবশিংগা লোয়নবনা ঈশ্বরবু থাজদবা হায়বা অদু ওইরকই। য়েক্লবগী ৱাখল খল্লগা অশাউবা ঈহৌরকই। মরম অসিনা, হায়রিবা মখল মরি অসিগী ৱারী খক তারোইদবনি।

নুপীগী মরমদা ঙাঙবসিনা পূক্নীংবু খোয়রাঙহল্লি অমসুং অপাম কল্লক ঈহৌহল্লি। নারদ পরিব্রাজক্ উপনিষদতা ঈশ্বর থিরিবা মী অমনা অয়েকপা লাই ফোটো ফাওবা য়েংলোইদবনি হায়রি। ইনাক খুনবা মীশিংগী ৱারী শারবদি সাধকপু অকে অমৌগী ৱাখন্দা পূক্নীং চঙহল্লি। ধর্ম থাজদবা মীশিংগী থবক্না ঈশ্বরগী মরমদা

থনবা অরেপ্পা ৱাখলশিংবু মাঙহল্লি ।

## সূত্র ৬৪।। অভিমানদম্ভাদিকং ত্যাজ্যম্ ।।

ঐ কৌবা নাপন, লৌনম মীরৈহৎ অমসুং অতৈ পাপশিং থাদোক্কদবনি ।

অভিমানদম্ভাদিকম্, ঐ কৌবা নাপন , লৌনম মীরৈহৎ অমসুং অতৈ পাপশিং ; ত্যাজ্যম্, মরুফুক্লা মুখৎকদবনি, মাঙহনগদবনি ।

হায়রিবা পাপকী মশক ওইবা ফত্তবা মচৎশিং অসি থাদোকপদা য়াম্না লুই । মখোয়শিং অসি খৈদোকখিবা হায়বসিতনা মতিকচাবা কঞ্জনবা উপায়নি । মখোয়সিগী ওন্ন তৈনবা গুণশিং নোল্লুকপা, চীংলেম্বা , পূকচেল চম্বা হায়রিবশিং অসিতনা অদুগুম্বা পাপকী মশক ওইবশিং অদুবু মাঙহনবা ঙমগনি ।

ঐ কৌবা নাপন্না মীগা মীগগী মরক্তা পল্লি খায় । ঐ কৌবা নাপন লৈবা মীশিংদি অতোপ্পশিংদগী মশাবু তোখায় তাহল্লি ।

লৌনম মীরৈহৎশিংনা মানা ওইবা ঙমদবা মতৌ মচৎ অদু ওইবা শাশিন্নে । লৌনম মীরৈহৎশিংদি মতাৎ তৌশিন্নে, শাশিন্নে । মহাক্লা ধর্ম লৈবা ভক্ত অমা শাশিন্নে । মহাক্লা মশামক্লা শেংনা ওইবা ঙমদবা গুণশিং অদুগী থাক্তা লৈরবা অমগুম উৎলি । মহাক্লা মশাবু লান্না মশক উৎনবা হোৎনৈ, উৎলি ।

"আদিকম্" অসিনচিংবা, হাপচিল্লগা অসিনচিংবা অভিমান অমসুং দম্ভগী মতুংদা দেবর্ষি নারদনা হিংচাবগী মশক ওইরবা দোষশিং অসিগী মনুংদা লাকপা অতৈ পাপকী মশক ওইবা দোষ কয়া অমসু নাকোয়ননা পল্লি । মরম অসিনা হিংচাবগী মশক ওইরবা দোষ পূম্নমক ভক্ত অমনা লোইনা থাদোক্কদবনি ।

## সূত্র ৬৫ ।। তদর্পিতাখিলাচার : সন্ কামক্রোধাভিমানাদি তস্মিন্নেব করণীয়ম্ ।।

মাগী থবক পূম্নমক ভগবানগী মফমদা কখোক্লগা, মহাক্লা (ভক্তনা), করিগুম্বা অসিগুম্বা লৈরবদি মাগী অপাম্বা, অশাউবা, ঐ কৌবা নাপন অসিনচিংবা পূম্নমক মঙোন্দা (ঈশ্বরদা) লোইনা উখোক্কুনা কখোক্কুনা থঙহনগদবনি ।

তদর্পিতাখিলাচার:, কন্নাগুম্বা ঈশ্বরগী মফমদা মাগী থবক খুদিং কখোক্লবা; সন্, ওইহরিবা; কামক্রোধাভিমানাদি, অপাম্বা, অশাওবা, ঐ কৌবা নাপন অসিনচিংবা; তস্মিন্, মাগা ( ঈশ্বর ) মরী লৈননা; এব, খক্তদা ; করণীয়ম্, থবক ওইনা তৌগনি, য়োকখৎকনি অমসুং উৎথোক্কনি ।

মসিনা ঐখোয়গী থমোইগী ঈহন পূম্নমক খ্বাইদগী অৱাংবা ফজবা নীংথিবদা ওম্মোক্কনি অমসুং পূম্নমক ঈশ্বরদা মায় ওনশিনগদবনি হায়রি । ঐখোয়গী মপানগী অমদি মনুংগী থবক পূম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা কৎলগা অশেংবা পোৎ ওইহনগদবনি । মদুতদা পূম্নমক অদু অশেংবা নুংশিবা নক্তগা অশেংবা ভক্তি ওইনা ওম্মোকপা অমসুং ঈশ্বরগী পূজা ওম্মোকপা হায়বা অদু ওইরগনি ।

ভক্তনা শাউরবদি মানা মাগী নুংশিথোইবা ( ঈশ্বর ) অদুদা শাউরবনি, মহাক্না নাপন তৌরবদি মহাক মাগী নুংশিথোইবা ( ঈশ্বর ) অদুদা নাপন তৌরি, মহাক্কী অপাম্বা অমা লৈরবদি, মহাক্না মাগী মবুংঙো ( ঈশ্বর ) দা লৈজবা অপাম্বা অদুতনা মাগী অপাম্বা ওইগদবনি । অতৎপা লৈতনা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তনা মাগী ৱাখলবু থম্নবদি, মদু নুংশিববু ওইরবসু, তূকচ্চববু ওইরবসু ভক্তগী থমোই অদু শেংলবা তীর্থ অমা ওইনা ঈশ্বর মানা ওম্মোকপী । রাবন্না ভগবান রাম্বু নুংশিদে । অদুবু রাবন্না মতম পূম্বদা শ্রীরামবু কাউদবনা রাবনগী অরোইবা মতমদা অৱাংবা খুভম ফংজখি ।

ভক্তনা নুংশিফম থোকপদু ভগবান মাবু ওইরবদি অদুমক্তদা মহাক ( ভগবান) অদু ভক্তগী অপাম্বা, অশাউবা অসিনচিংবা পূম্নমক ওইফম থোকই । ভক্তগী মমিত্তা ভগাবান নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা লৈতবনা, অতৈ কনা অমা অমুক ভক্তগী থমোইদা অরোইবদা পনখ্রিবা থমোই ঈহন অমসুং ঈহৌশিংগা মরী লৈনবা অতোপ্পা পোৎ অমা করম্না লৈগদৌরিবনো ?

অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চৎপদা অপনবা পীরিবা শূক্রীংগী অরাংবা ঈহনশিং অসি মওং মরিন চুম্না ঈশ্বরগী মায়গৈদা ওনশিলহল্লবদি ভক্তনা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎচবদা মতেং ওই । অপাম কল্লক ঈহৌ, অশাউবা অসিনচিংবা পূম্নমক অসি ঈশ্বরদা লোইনা লূপশিনখি ।

ভগবানগী মখা পূংপোন পোল্লবা ভক্ত অমনা মাগী অপাম কল্লক ঈহনগী তূংনফম, শাউফম অমসুং নাপন তৌফম অদু ভগবান মহাকমক্কী মফমদা ওইবা

য়াই।

মতাং অমদা শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙোনা লৌনম ফাগী অমা তৌদুনা শান্নবা চাংয়েং অমদগী য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না মাগী মতারোইশিংদা হায় "মাগী মম্নিংতদি পনবীরনু ঐগী ইফমদা" ঐ অমুক হন্না কৈদৌঙেদসু মাগা অমুক উনজররোই, ঐনা হেক হিংলিবমখৈ মাবু য়েংজররোই। শ্রীকৃষ্ণদু ঐগী নাক্তা লাকহনবীরগনু। মাবু থোঙ্গানসিদা অমুক হন্না চঙহনবীরক্কনু। লৌনম চাউবা মী অমবু কনানা থাজবীগদগে?"

অশাউবা হায়বা অসি ভক্তিগী লম্বীদা মমায় ওনশিনহনবা য়াই। মদুনা মমৈথংদা থমোই ঈংথনবগী অমসুং কখোক্লবগী মওং লৌরক্কনি। কনাগুম্বা অমনা মাগী অশাউবা অদু মাগী ফত্তবা দোষশিংদা ওনশিল্লক্রবদি মদুনা মহাক মশাবু শেংদোকচবা খক্ত ওই। মতম অদুদা ফত্তবা পাপশিং লোইনা মাঙখিগনি। অদুনা সত্বগুণগী ওইবা নীংথিবা লমচৎ শাজৎশিং মকা ফোংলক্কনি।

## সূত্র ৬৬।। ত্রিরূপভংগপূর্বকং নিত্যদাস্যনিত্যকান্তাভজনাত্মকং প্রেম কার্য্যং প্রেমৈব কার্যম্।।

মথক্কী সূত্র ৫৬ তা পনখিবা মখল অহুমগী হত্বা থাক্কী ভক্তিদু লাম্থোক্লবা থাজনিঙাই ওইবা মীনাই নত্রগা থাগনিঙাই ওইবা কখোক্লবী নুপীগী নুংদা ফাওরিবা ভক্তি অমসুং ভক্তি অদুখক্তা সাধন তৌগদবনি।

ত্রিরূপভংগপূর্বকম্, মওং অহুম, মখল অহুম থোক্না খায়দোক্লিবা (সূত্র ৫৬ কী মতুংইন্না) সত্ব,রজ,তম হায়বা গুণ অহুমদগী শেম্বা অনীশুবা থাক্কী ওইবা মখল; নিত্যদাস্যনিত্যকান্তাভজনাত্মকম্, ভক্তি লৈরবা মীনাইনা নত্রগা য়ুমগী নুপীনা লেপ্তবা তৎনাইদবা নুংশিবনা পুন্দুনা তৌবা সেবাগুম সেবা তৌদুনা; প্রেম, নুংশিবা; কার্যম্, কন্না হোৎনগদবনি। প্রেম, নুংশিবা; এব, খক্ত; কার্যম্, হোৎনগদবনি, তৌগদবনি।

ভক্তি নত্রগা অধ্যাত্মিক্কী নুংশিবা হায়বা অশাম্বা অমসুং লমনখিবা য়াওদনা নুংশিরিবা অমসুং সেবা তৌরিবা, মদুনা নুংশিরিবা থাংদোক্লিবা মীশক, নুংশিবগী থবক অমসুং নুংশিরুরিবা মীশক অহুম অসিগী মথক লাম্থোকহন্দুনা ভক্তগী অথোইবা ফিভম ওইগদবনি।

খ্বাইদগী হেন্না য়াংবা মখলগী ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবা হায়বা অসিনা নুংশিবা থাংদোক্লিবা মীদুগী পূক্লীংগী ঈহুন, নুংশিবগী কলা, অমসুং নুংশিরুরিবা পোৎ নত্তুগা মীশক অহুম অসি অমত্তা ওইনা পূনশিন্নখি।

লাৎপগী থবক তৌরিবা মী মশা, লাৎচরিবা পোৎশক মীশক অমসুং লাৎচবগী থবক পূন্নমক (অহুম্মক) অমত্তা ওইনা লূপশিনহনখো। ভগবানবু লেপ্পা লৈতনা সেবা তৌজবা (দাস্যভাব) কী মওংদা নত্তুগা সতীগী পূকচেল চেনবী মপুরোইবগী সেবাদা লূপচবী (কান্তভাব লৈবী) কনাগুম্বী নুপীগী মতৌগুম ভগবানগী মফমদা লেপ্তুবা ভক্তি থম্বগী মতৌ অসি পূক্লীংদা য়োকখৎকদবনি।

নুংশিবগীদমক খন্দুনা নুংশিনা সেবা তৌজরিবা মপু নীংবা মীনাই নত্তুগা মপুরোইবা নীংবী নুপী অমনা মপূগী নত্তুগা মবুরোইবগী মফমদগী মমল থিদে নত্তুগা থাগৎ য়াহৈ ফাওবা আশা তৌরুদে। অদুগা ভক্তদি শুপ্পতগী ভগবান মাতবু জীন পূন্নমক্তা উজে। মরম অসিনা মহাক্না তৌরিবা থবক পূন্নমক, ঈশ্বর মহাক্না খঙবীরবসু খঙবীদ্রবসু নত্তুগা মশাগী ওইজনাম ফংলবসু ফংদ্রবসু, ভগবান মাগী মফমদা লৈজবা পূম্বা লোইনা কখোক্তুনা থবক তৌগনি। মহাক্না ঈশ্বর মহাকপু নুংশিদনা লৈবা ঙমজদে অদুতনা মহাক্না ঈশ্বরবু নুংশিজে।

তিরুতোন্দা নয়ানর কৌবা ভক্ত অসি নুমিৎ খূদিং মনাই ওইজবগী য়াথন্দা (দাস্য ভাবতা) লেঞ্জরম্মী। বৃন্দাবনগী গোপীশিং, অন্দাল অমসুং মীরা মখোয়শিং অসিনা মপুরোইবা নীংবী সতীশিংগী মতৌগুম (নিত্য কান্ত ভাবতা) ভগবানগী মফমদা লেঙদবা ভক্তি থমজরম্মী।

## সূত্র ৬৭ ।। ভক্তা একান্তিনো মুখ্যা : ।।

কনাগুম্বা ঈশ্বরতগী য়েংদুনা পূক্লীং অনী লোঙদনা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি লৈরবদি মদু অখোইবনি।

একান্তিনঃ, মহাক অদুগী থমোই মিৎয়েং অমত্তদা লূপশিনবা মহাক অদুগী অনী লোঙদ্রবা পূক্লীংনা ঈশ্বর খক্তদা ঈশ্বর মাগীতা য়েংদুনা ভক্তি লৈরিবা মহাক অদুগী নুংশিনবগী পান্দম অদু ঈশ্বরখক্ত ওইরিবা; ভক্তাঃ, ভক্তিশিং অদু; মুখ্যাঃ, খ্বাইদগী অখোইবনি।

ভগবানগী মফমদা (মহাক্তদা) চোইখোক্তনা লূপশিল্লিবা নক্তগা ভক্তি লৈরিবা ভক্ত অদু (ভগবান ) মাগী ভক্ত পূম্নমক্তগী অথোইবনি ।

হকচাং, পূক্নীং, লন থুম অমসুং অতৈ পোৎ পূম্নমক ঈশ্বর মাগী মচাক মরন ওইরে । মহাক্না মাগী (ভগবানগী ) খুৎলাই অমা ওইনা সংসার অসিদা হিংলে । মহাক্কী পূক্নীংনা ঈশ্বরগী মফমদা লূপশিনখ্রে । মাগী মমিৎনা মফম অমসুং মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বর মাতবু উজরে ।

ভগবান্না ভক্তগী মমিৎকী মনুংদা তূংদুনা লৈ। কনা অমত্তনা মাগী মিৎকী মনুংদা চঙবা ঙমদ্রে । ভূম্বা কৌবা অদুমকসু মাগী মিত্তা চঙবা ঙমদ্রে ।

মঙাশুবা অমসুং অরোইবা অধ্যায়দা সূত্র অসিনা হৌই । অধ্যায় অসিদা অসিগুম্বা ভক্তিগী থবক অসি য়ৌরবা মুখ্য ভক্তি নক্তগা অথোইবা ভক্তি হায়না খঙনরিবা ভক্তি অদুগী মওং মতৌ অদু শব্দোক্না তাক্নুনা উৎলি । মুখ্য হায়বা ব্রাহৈ অসিনা খ্বাইদগী অথোইবা থাক্ত লৈখ্রবা ভক্তি অদুবু গৌন নক্তগা মখা থাবা (সূত্র ৫৬ তা পনখিবা) ভক্তি অদুদগী খেন্নবশিং অদু নীংথিনা তাকই ।

অসিগুম্বা অথোইবা ভক্তি নক্তগা ভক্তগী অথোইবা থাক অসি য়ৌরবা ভক্ত অদুবু ভাগবত নক্তগা ঋষি, সাধু, সন্ত হায়না কৌই । অসিগুম্বা অথোইবা ভক্তশিং অসিদি তাইবংগী নক্তগা ওইজনামগী অমোৎপা দাগ্ চুহনবা ঙমদে । ভক্তনা মুক্তি ফাওবা পাম্বীদে । মহাক্না পোলোইগী শক্তগী উপায় ওইনা ঈশ্বর মাবু নুংশিজরুবমকসু পামদে ।

ভাগবত্তা ( ১১/১৪/১৪) অশেঙবা ভক্ত অমগী মশক নীংথিনা হায়রি । "মহাক্না ঐঙোন্দা মাগী পূক্নীং অদু পীথোক্লবা , ব্রহ্মাগী মফম অদুমকসু মানা থিদ্রবা, নক্তগা ইন্দ্রগী মফমসু তান্নদ্রবা, নক্তগা নিংথৌরেনগী সিংহাসনসু মিহৌদ্রবা, পতালগী মপুসু ওইনীংদ্রবা, যোগশক্তিসু ফংনীংদ্রবা, অমুক হন্না তাইবংসিদা হন্নক্লরোইদবা মোক্ষ ফাওবা পামদ্রবা; ঐবু (ভগবান) নক্তনা অতৈ অতোপ্পা করি অমত্তা পামদ্রবা।" অসুম্না ভক্তগী মচৎ শীংথারি । অসিগুম্বা অমথক উদ্ধবনা ওইখি । মাগী মরমদা ভগবান্না তাকপী "ব্রহ্মা নক্তগা শঙ্কর, নক্তগা শঙ্কর্শন, নক্তগা শ্রীদেবী নক্তগা ঐ ইশামকসু ইশাবু নঙনা নুংশিবগুম নুংশিবা নত্তে ।"

" মৈনা চাক্লবা মৈরীশিংনা শীংবু উৎ লোইনা ওলহনবগুম, ঐঙোন্দা অসুম্না ভক্তি লৈবা মীশিং অদুগী , হে উদ্ধব পাপ পূম্নমক তুম্না চাকথেকপী ।".

“ যোগসু নত্তগা সাংখ্যসু, নত্তগা ধর্ম-কর্মগী থৌ পূন্নমকসু নত্তগা বেদ পূন্নমক নৈনদুনসু নত্তগা তপ পূন্নমক নত্তগা কৎনীংবা পূন্বা ঐত্তোন্দা কত্তুনসু মদুনা নীংথিনা মরা তারবা অমসুং হোংনাইদনা লেপ্তদবা ভক্তিবু ঐগী ইফমদা থগ্রিবা ভক্ত অদুদা ঐনা পেঙ্গবগুম ঐবু পেলহনবা ঙমদে । ঙগ্নগী মপূম তাবা ভক্তি অমসুং থাজবা নুংশিবতনা ঐবু ফংবা ঙমগনি । ঐদি অচুম্বা চৎপা ধর্ম লৈবা মীশক অদুগী চান্নথোইবা আস্থা অদুনি । ঐগী ইফমদা ভক্তি লৈবা মীশক অদুদি হৈশা চবা জাৎতাবা ওইরবা ফাওবদা ঐনা শেংদোকপী অমসুং ঃ ন্না হন্না পোকপা মপোক্তগী কনবী ।

ঐনা মীশিং অদুদা মথাগী অসুম্না লোইনা পীরবদসু মীশিং অদুনা ঐগা লোইনদুনা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নরসি হায়বা য়াদে , ঐগা মান্ননা নুংঙাই য়াইফ চাওখৎমিন্নরসি হায়বা য়াদে , ঐগা অমত্তা ওইনা নকশিন্নরসি হায়বা য়াদে, ঐবু ঐগী ওইরিবা শক্তমসিদা অদুম্মক উজ্জৌ হায়বা ঙমদে ,ঐগা অমত্ত্র ওইশিনমিন্নরসি হায়বা য়াদে, অদুমত্তদা মথোয়না ঐগী সেবাদি মতম পূম্বদা তৌজননবা প্রাথনা তৌজে । মদুতনা সংসারগী লীপুন পূন্বা লাকশিনবা ঙম্বা ভক্তি পূন্নমত্তগী অথোইবা ভক্তি হায়রিবা মওং অদু অসিগুম্বা ভক্তিগী মন্না অসিনি; মসিতনা মথোয়না ঐবু ফংজবদা মতিক চায় ।”

মসি একান্ত ভক্তি হায়বা অদুগী মচৎ অদুনি । একান্ত হায়বদি “ পঙ্কুং অমথক্ত থম্বা ” হায়বনি । অদুগুম্বা পঙ্কুং অদুদি ভগবানগী মমাঙমত্তদা মতম পূম্বগী ওইনা মাগী সেবা তৌজবা অদুনি । অসিগুম্বা ভক্তশিংদি ঙগ্নগী ব্রাথল অমথক্ত লৈজে ।

**সূত্র ৬৮ ।। কণ্ঠাবরোধরোমাঞ্চাশ্রুভিঃ পরস্পরং লপমানা : পাবয়ন্তি কুলানি পৃথিবীম্ চ ।।**

অমগা অমগা স্বর ফুনগৎ ফুনগৎ মচেৎ মচেৎ ওইবা ব্রাহৈনা লব্রাই মশম চপ চপ য়ুংনা মিৎলু মিৎলুদগী পীরাং শীন্থ শীন্থনা ব্রারীনরিবা, মখোয় অদুনা মখোয় মখোয়গী ইমুং মনুংশিং অমদি পৃথিবী অসিবু শেংদোকই ।

কণ্ঠাবরোধরোমাঞ্চাশ্রুভিঃ , স্বর ফুনগৎ ফুনগৎ, মচেৎ মচেৎ ওইবা ব্রাহৈনা, লব্রাইমশম চপ চপ য়ুংশৎনা, মিৎলুদগী পীরাং শীন্থ- শীন্থনা; পরস্পরম্, মখোয় মশেল অমগা অমগা; লপমানা, ব্রারীনরিবা; কুলানি, শাগৈ নাতৈ পুম্নমক; প্যাথিবীম্, পৃথিবী অসিবুসু ; চ, অমসুং; পাবয়ন্তি , শেংদোকই ।

গীতাগী অধ্যায় ১০-৯ দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় "মবুক্লীংনা ঐঙোন্দা লৃপশিন্দুনা , ঐঙোন্দা থব্রায় হকচাং পুম্বা কখোক্তুনা, মখোয় অমনা অমবু ঐগী মরমদা তাক্লদুনা, অরেপ্পা লৈত্তনা ঐগী মরমদা ব্রারী শান্নদুনা , ঐগী ভক্তশিংনা পেক্তে অমদি হরাও নুংঙাইজে ।

মখোয় মশেল মতৎ মতৎ ওইবা ব্রাহৈনা ভক্তিগী মরমদা ব্রারী লীনবা নুংঙাইবগী পীরাং শীন্থরিবা অমদি থমোই থুক্লা পাখৎচরিবা , অদুগুম্বা মখোয় অদুনা মখোয়গী শাগৈ অমদি পাকচাউরবা পৃথিবী অসিবু শেংহল্লি ।

থায়নগী ভক্তশিংগী থমোইগী মচৎশিং, নুংগী ওইবা ভাবশিংগী নীংথিবশিং অদু মখোয়গী তুদা লাকপা মচা মগু ওইবা ভক্তশিংনা মখোয়গী ভক্তিনা মরম ওইদুনা হেন্না মঙাল নাইহল্লি অমসুং শেংদোকই ।

মফম অদুদা ধর্মসভা ফমদুনা পুম্না ভজন শক্তুনা পূজা তৌরিবা মতমদুদা, ভক্তশিংনা পুম্না তিন্নদুনা কীর্ত্তন তৌরিবা অমসুং পুম্না ধ্যান তৌরিবা অদুগুম্বা মতমশিং অদুদা মখোয়না অধ্যাত্মিক্কী ঈচেল অমা নক্তগা অধ্যাত্মিক্কী শক্তি

অমা চেলহল্লি অমসুং মদুনা মীওই কয়া কয়াগী থমোইবু আশা পী অমসুং শেংদোকপী। মফম অদুগী হন্না নুংশিৎ অদু শেংদোকই অমসুং অধ্যাত্মিক্কী নুংশিবগী ঈচেল অমা চেন্থহল্লি।

ধর্মগ্রন্থশিংদা হায়""মী অদুগী পূক্নীংনা পরব্রহ্ম পরমাত্মা অথোইবা ঈশ্বর হায়বদি মপান নাইদ্রবা জ্ঞান অমসুং অচিকপগী মহাসমুদ্র ওইরবা মঙোন্দা লূপশিল্লবা অদুগুম্বা মী অদুনা মাগী শাগেবু শেংহল্লি, মাবু পোকপী মমাবু থৌজাল ফংলবী ওইহল্লি, অদুত নত্তে, তাইবংপানবা পূম্নবু লাইবক ফবা হায়বদু ওইহল্লি।

ভগবান হরিনা হায় "ঐদি বৈকুণ্ঠদসু লৈতে, যোগীশিংগী থমোইদসু লৈতে; তৌইগুম্বসুং হে নারদ, ঐগী ভক্তিশিংনা ময়ায় কানা ঐবু শীংথাদুনা ভজন কীর্তন তৌরিবা মফম অদুদা ঐনা ঐগী নীংথিজবা মতৌদা লেঙদনা লৈ।"

স্বর ফুনগত্তুনা মতৎ মতৎ ওইবা ব্রাহৈনা ঐগী মরমদা ব্রান্নীনরিবা, মশম মনা চপ চপ য়ুংদুনা তু চুংলিবা, মিত্তা পীগী ঈরা চেন্দুনা কপ্লিবা পূম্নমক অসি নুংগী অমসুং মপানগী থমোই ঈহুনগী খূদম ওাত্তনি। অসিগুম্বা থমোইগী মতৌ অসিবু প্রেম নত্ত্রগা অধ্যাত্মিক প্রেম ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়না কৌই। অসিগুম্বা প্রেম অসি লৈবা ভক্তনা ভগবানগা অমত্তা ওইনা পূনশিঞ্জবা ঙম্মী।

ভক্তিনা অসুম অসুম হেনগৎলক্লিবমখৈ, অধ্যাত্মিক্কী ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবগী মিৎয়েং অসুম অসুম হেনগৎলকই। মখোয়সিনা খ্বাইদগী হেন্না ব্রাংখৎলক্লবদা তাইবং পানবা পূম্বসিগী মঙাল ওইরকই। মখোয়না শুরুংদা লৈজরবসু, অধ্যাত্মিক্কী ঈথক ঈপোম অদুদি মখোয়গী ভক্তিতনা মরম ওইদুনা সংসার পূম্বা থুংনা শন্দোকখি অমসুং ভক্তিগী খোম্বাং অদু ভক্তিবু খৌরাংজবা মীওই পূম্বগী থমোইদা য়োরুই।

ভক্তগী থমোইগী ঈহুন অসি বিভাব, নত্ত্রগা অনুভব, নত্ত্রগা ভাব হায়না কৌই। ভক্তনা অসিগুম্বা লাইরৈবাক্কী অচীকপা অসি ফংলবদা, মাগী প্রেম অদু রসতা তিনখি।

ভক্তগী থমোইগী ঈহুন অসি বিভাব, নত্ত্রগা অনুভব, নত্ত্রগা ব্যভিচারি কৌই। বিভাব মখল অনীনি, আলম্বন অমসুং উদ্দীপন।

আলম্বন বিভাব হায়বসিদি ভক্তনা মপাম্লেংগী ঈহুন্দগী য়েশিল্লকপা ঈহুন্না ঙমখৈ নাইদনা ব্রাম্বমখৈ ঙাওনা নুংঙাইবদুনি। ইচম চম্না অমুবা অমংবা নোংগী

লৈচিন উবতদা ভক্তনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নোংগী মনুংদুদা উবা ফংজগনি। মহাক্না সংসারগী জ্ঞান পূম্নমক পূংমাঙ মাঙনি। বিভাব হায়বদি তাইবংগী জ্ঞান পূম্নমকপু পূংমাঙ মাঙখিববু খঙনৈ। আলম্বন হায়বদি ''থমোইদা পুদুনা থমোইদা ময়োল চোংহল্লকপা'' অদুনি। মপাম্বোংগী শক্তম পৃষ্ণনা ভক্তগী থমোইদা ময়োন চোংদুনা শুষ্কাৎপা হৌরকই।

উদ্দীপন বিভাবকী মনুংদা ভক্তনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বাসিগী মখোল তারকই। বাসিগী নুংশিবা ঈশৈনা ভক্তগী থমোইদা বিভাব লাকই। উদ্দীপন হায়বদি মঙাল্লা পূংঙাল ঙালহল্লিবা হায়বনি।

আলম্বনগী মতুংদা উদ্দীপন লাকই। অনুভাব হায়বা অসি অহমশুবা থাক্নি। ভক্তনা ভগবানগী অকোয়বদা লৈরিবা লাইরৈবাক্কী তাইবংদুদা তিঞ্জে। মহাক মতম অদুদা বৃন্দাবন্দা তশেংনা লৈজরে। মহাক্না ভগবানগা লোয়ননা জগোই শাজগনি ঈশৈ শকচগনি। পূক্নীংগী ফিভমশিং নুংশিবনা লোয়ননীংবা থমোই ঈথক হৌনা নোকপা, থৌনানা থন্না থমোই ঈথক হৌরকপা, মীনুংশি পোকপা, খঙহৌদনা হঙোইরকপা, চোকথনা ব্রাবা, অঙকপা নুংবংনবা অমসুং নাপন অসিনচিংবা শক্লোন কয়া শক্তম লাংলকই। পূম্নমক অসি মিৎয়েং নায়েং অমসুং স্বর হোন্দোরকপা অসিনচিংবা কয়াদা উখোরকই।

অনুভবতা শম-না চপ যুংখৎলকপা, মিত্তগী পিরাং তত্তনা শীম্বরকপা অসিনচিংবা অসিনা মপাম্বোংগী খূদমশিংনি। মখোয়শিং অসিবু স্বাত্তিক অনুভব হায়না কৌই। অনুভবনা অহানবা শেংদোকপা পূক্নীংগী ফিভম্নি, ব্যভিচারি ভাব হায়বা অসিনা পূক্নীংগী অনীশুবা ফোংদোরকপা মওংনি।

অহানবা ফোংদোকপা ভাব হায়বা অসি মখোয়গা লোয়ননা মতুংইন্না অনীশুবা থাক্কী ভাবশিংগা লোয়ননা মথল মাপন থোক্না লৈ। অঙকপা(অমদি নুংবংনবা নাপন)মিৎ থক্কৎপা, চিনবান কাথোক্তুনা ফুম্বংনবা মতৌ অসিনচিংবা অসি ব্যভিচারি ভাবশিংনি।

''পাবয়ন্তি''ভক্তশিংনা শেংদোকচৈ। ''কুলানি''মখোয়গী শাগৈ নাতৈশিংদু। ''পৃথিবীম্ চ:'' সংসার অসিমকপুসু। মখোয়না মফম কৈদা চত্তুনসু মখোয়গা হেক থেংনরুবা মীশিং অদুদা মখোয়না নুংশিবা অমদি নুংঙাইবগী মঙাল পীনবী, মখোয়না অকিবা অমদি অপঙববু কোকহনবী, নীংবা কায়বা মীশিং অদুদা

মখোয়না অনৌবা অমদি অহিংবা পুনশি অমা শীনবী, মখোয়না মীশিং অদুবু অব্রাংবা থাক্তা থাজৎশীরম্মী। মতৌ অসুম্মনি মখোয়না মীয়ামু শেংদোকশীরিবসি।

শেংদোকশীবা হায়বদি পাপ অমসুং অপঙবা কৌবা অনী অসিবু লৌথোকশীবনি। ভক্তশিংনা ঐখোয়গী ইরক্তা তিনবীরবা অদুমক্তনা অব্রাবা অনাবা অমদি অপঙবা কৌবা অব্রাবগী অমদি পাপকী হৌরকফম ওইরিবা মরু অদু লৌথোকশীখি। অসুম্মনি মখোয়না পৃথিবী অসিবু শেংদোকশীরিবা।

ভক্তগী থমোইদা ঈশ্বর নুংশিবগী ব্রাখয়া থুক্কৎলব অমদি খাঙঙমদনা চান্নবা মতম অদুদা মাগী খোঞ্জেল অদু নীক্লকই (স্বরভঙ্গ) হায়বদু ওইরকই। কোক্কী শম চপ চপ য়ুংখৎলকই, মিত্তা শীগী ঈরা চেল্লকই। মথংগী সূত্রদা মতাং অসিবু হেন্না মথা তানা শন্দোক্না নৈনরক্লি।

## সূত্র ৬৯।। তীর্থীংকুর্বন্তি তির্থানি সুকর্মী কুর্বন্তি কর্মাণি সচ্ছাস্ত্রীকুর্বন্তি শাস্ত্রাণি ।।

মখোয়না (অসিগুম্বা ভক্তশিংনা) তীর্থজাত্রা তৌরম্বা মফম অদু অশেংবা মফম ওম্লোকখি, থবক পূম্বা ধর্মগী থবক ওম্লোকখি, অফবা থবক ওইহনখি অদুগা, ধর্মগ্রন্থশিংগী মপুসু মখোয়তনা ওইজে।

তির্থানি, অশেংবা লাইফম; তীর্থীংকুর্বন্তি, অশেংবা লাইফম ওইহল্লি; কর্মাণি, থবক পূম্মক; সুকর্মী কুর্বন্তি, পুন্যগী ধর্মগী থবক ওম্লোকই; শাস্ত্রাণি, ধর্মগ্রন্থ পূম্বা; সচ্ছাস্ত্রীকুর্বন্তি, ধর্মগ্রন্থ শাস্ত্রশিংগী মপু ওই।

ভক্তশিংনা ইচম চম্না ঈরুজরম্বা মফম অদু অশেংবা লাইফম তীর্থ ওম্লোকখি, ইচম চম্না তৌরম্বা থবকশিং অদু পুন্যগী ধর্মগী থবক ওম্লোকখি, অমসুং মাগী ব্রাঙাংশিংনা ধর্মগ্রন্থশিং অদুগী মপু ওইখি।

মহাক্না হিংলিবা মফম অদু মহাক লৈবদগী অশেংবা লাইফম ওইহল্লি। মফম অদুগী মীশিংগী ব্রাথল অদু থৌরকই, মপাজল লৈরকই। মখোয়গী ব্রাথলশিং অদুনা অকোয়বদা লৈরিবা মীশিংগী ব্রাথল অদু শান্তি অমদি নুংঙাইবা পী।

ঐখোয়না সেক্সপিয়ার, হার্বর্ট, স্পেনসর, মিলটন, গোল্ডস্মিথ নত্রগা সেলিগী লাইহিরিকশিং পারগা মহাপুরুষ ঋষি মুনি ওইখি হায়বা তাদে খঙদে, তৌইঙমসুং

"গীতা", "উপনিষদ", "ব্রিজদম ওফ শিব" "মাইন্দ ইটস মিষ্টরি এণ্ড কন্ট্রোল" "বাইবল" "নোবল আইটফোল্ড পাথ", অমসুং অসিগুম্বা লাইব্রিকশিং অমদি অইবশিং পাবদগী মী লীশীং লীশীংনা অনৌবা লাইওইবা পুনশি লেনখিবদি থেংনৈ। মতম পুম্বদা অসিগুম্বা লাইরিকশিং নৈনরগা মী অমনা মশাদা অনৌবা শক্তি হাপচিন্দুনা মশাগী থমোইবু নৌনা শক্তি লৈনা শেমদোক ওম্মেকপা ঙম্মী।

জয়রাম্না প্রাক্তিস আফ যোগ হায়বা লাইরিক অদু পারুই অমসুং মহাক্না স্বামী পরমানন্দা ওইখি, মারিনা টেন উপনিষদ হায়বা অদু পারুই অমসুং স্বামী সচ্চিদানন্দা ওইখি, বৈদ্যনাথনা স্পিরিচুয়েল লেসন্স পারুই অমসুং স্বামী নারায়ন ওইখি।

গঙ্গা মাতাবু নিংথৌ ভগীরথকী অকনবা জপ তপ্পনা পেলহল্লম্মী। গঙ্গা মাতানা নিংথৌ ভগীরথকী মাংদা দর্শন পীনবীরম্মী অমসুং তাকপীরকই, "সংসার অসিদা লৈরিবা পাপী পুম্নমক ঐগী শেংলবা ঈশিংসিদা লুপ্তুনা ঈরুজরগা মখোয়গী পাপ পুম্নমক কোকপা ওইরসনু অদুবু মখোয়না ঐগী ঈশিংসিগী ওইবা হকচাংনুংদা থম্লম্বা পাপশিং অদুদি ঐনা করম্না কোকথোক্নুনা ঈশাবু শেংদোকচগনি?"

ভগীরথনা খুম্নকই, "হে শেংলবী ইমা! শেংলবা সাধুশিংগী মরক্তা অমা নত্রগা অমনা গঙ্গাগী ঈরোম্নুংদা ঈরুজগনি অমসুং নঙগী পাপ পুম্নমক কোক্কনি মরমদি পাপ পুম্নমকপু কোকপীবা ভগবান বিষ্ণুনা মখোয়গী থমোইনুংদা লৈ।"

বুদ্ধগয়া, যেরুসালেম, মক্কা হায়রিবা মফমশিং অসি শুপ্নতগী বুদ্ধদেব, যিষু অমসুং মহম্মদকা মরী লৈনরম্বগীদমক তীর্থ ওইরিবনি।

বৃন্দাবন অমসুং মথুরা হায়বা অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবগীদমক তীর্থ ওইরিবনি। অযোধ্যা হায়বা অসিনা ভগবান রামগা মরী লৈনবদগী তীর্থ ওইরিবনি। নৈমিসারন্য হায়বা মফম অসি ঙসি ফাওবা থাশি নুমিৎশিংদা যাত্রিক লীশীং লীশীংনা তীর্থভ্রমন তৌনরি মরমদি মফম অসিদা থায়ন মমাঙঙৈদা মুনি ঋষি কয়া লৈরম্মী।

অশেংবা তীর্থ হায়রিবসি সাধুশিংতনা শেম্বনি। কনাগুম্না সংসারগী অপন অরাক ময়াম অসি লাম্মেক্কে হায়রবদি তুরেন্দা হিনা উপায় ওইবগুম তীর্থনা ওই।

মখোয়না কল্লম্বা নুং, মখোয়না চৎলম্বা লম্বী, মখোয়না ফাওদুনা চৎখিবা খুঙং, মখোয়না ঈরুজরম্বা পাং, মখোয়না অচা অথক তৌরম্বা উখোঙ, ফিজি ফিনানা

নেৎহৈত্তবা অশেংবা তীর্থ ওইরবনি। মখোয়গী মমিংশিং হায়রিবা মফমশিং অমদি পোৎশিংগা মরী লৈনৈ। গুরু নানক্কী মমিংগা তক্ষশিলাগী মনাক্তা লৈবা পঞ্চসাহবকা মরী লৈনৈ। মাগী খুৎশাগী মমিশিং কুণ্ডদা উরি। গয়াগী বোধখোংনাং হায়বসি বুদ্ধদেবগা মরী লৈনৈ। সীতাপুরদা লৈবা হথিয়াহরন পৃথ্রি অদু শ্রীরামগা মরী লৈনৈ। তীর্থ তীর্থদা হনুমান কুণ্ড, সীতা কুণ্ড অমসুং লক্ষ্মন কুণ্ড লৈ।

## সূত্র ৭০ ॥ তন্ময়া : ॥

( মরমদি ) মখোয়দি মহাক্তনা পূমথন থল্লবনি।

তন্ময়া:, মদুতনা থল্লবা, ঈশ্বরগী শক্রোন্তনা থল্লবা, মহাক্কী মফমদা লৃপশিনখ্রবা, তিনশিনখ্রবা।

মাগী অকোয়বদা, মফম খূদিং, মতম খূদিংমক্তা ঈশ্বর মহাক্তগা লোয়নদুনা লৈরে হায়বা অসি মানা ( ভক্তনা ) খঙজে।

মথক্কী সূত্রদা পনখিবা মখোয় পূম্নমক সাধু সন্তগী মচৎনা পিক থল্লবা ঙাক্তনি অমসুং মদুতনা উপায় ওইদুনা মহাক্না ভগবান মশামক্তা অমত্তা ওইজরবনি।

মখোয়না মশাবু পুংহাঙ হাঙনা থমজে মদুদি মখোয় মপূংফানা অহাঙবা পূম্নমক ঈশ্বর মহাক্তগী ব্রাখলনা পিক থলহঞ্জে। ঈশ্বরগী ব্রাখন্দা ময়ায় কানা ঙাওরবা প্রহ্লাদনচিংবসি মসিগী চপচাবা খূদম্নি।

ভুরেন্না সমুদ্র তম্না চেল্লগা সমুদ্রদা তারবদা সমুদ্রগা অমত্তা ওইখিবগুম মশাগী থব্রায়, হকচাং, পৃক্রীং, বুদ্ধি, নাপন অমসুং পূম্নমক ভগবানগী খূয়াখাদা কখোকচরগা ভগবান মাগা অমত্তা ওইশিনখি।

সর্বং বিষ্ণুময়ং জগত্ :- সংসার পূম্নমক অসি বিষ্ণুগী বিষ্ণুতা ওইপ্রে। অসিগুম্বা হকথেংনবা মওং অসি গীতাদা উৎলি। অধ্যায় ৭ / ১৯। মপোক কয়ারক পোক্লবা তুংদা জ্ঞান নীংথিনা ফংলবা তুদা ঐগী নাক্ত লাকই। " পূম্নমক বাসুদেবনি" মহাক্না হায়, " অসুম্না খঙদুনা ঐগী নাক্ত লাকপা মহাক্নাগী মপোক ফংবদি য়াম্না লুই। মসিমক্তি য়াম্না য়াম্না চাউরবা ঐ মশক খঙবা হায়বা অদুনি। ভক্তগী থমোইদি লাইরেবাক্কী গুন্না পীক থন্না লৈতেংই।

## সূত্র ৭১ ।। মোদন্তে পিতরো নৃত্যন্তি দেবতা : সনাথা : চেয়ং ভূর্ভবতি ।।

**ভক্ত অমা ফংজবদা মপা মপুশিং হরাওজে, লাইশিংনা পেন্না জগোই শাই অমসুং পৃথ্বি অসিনা ঙাকপী শেনবীনবা অমা ফংজে।**

**পিতর:, লাইওইখ্রবা মপা মপুশিংনা, মোদন্তে, নুংঙাইজে; দেবতা:, লাইরেবাক্তা লাইশিংনা; নৃত্যন্তি, নুংঙাইনা জগোই শাই; ইয়ম্, মসি ; ভূ, পৃথিবী ; সনাথা:, কনবীবা মীশক ওই; চ, অমসুং ; ভবতি, ওইরকই।**

পৃথিবী অসি মখোয়না শেনবীবগী মখাদা নুংঙাইরিবনি । পৃথিসিনা মখোয়বু ঙাকশেনবীবা মপা ওইনা ফংজরিবনি । পৃথি অসি মখোয়না বর পীনবীরিবনি।

ঈশ্বরবু নুংশিজবা ভক্তশিংগী লাইওইখ্রবা মপা মপুশিংগী থব্রায় খিবীক্লা অমসুং মপা মপুশিং অদুগী অখ্বানা পৃথিবীথক্ত লৈহৌবা মচা মশুশিংগী ( ভক্তশিংগী ) ভক্তিগী সাধনা উরগা অধ্যাত্মিক্কী ঈথিল কয়া পুক্রীংদা ফাওজে । মখোয়না মচা মশুশিং অদুগী ভক্তিগী থাকশিং অদুদা নুংঙাইজে।

সংসার অসিনা মখোয়না তৌরিবা অফ ফত্ত থবকশিং অদুগী ফল ফংই। ঋষি অমগী মমিত্তদি অমসুং মাগী নুংগী মিৎনা য়েংবদি পৃথিবী অসি অহিংবা অমনি । মসি ভূ দেবী নত্ত্রগা মালেম ইমা কৌবী থব্রায় মিরেল শুবী ইমানি । মসি বিষ্ণুনি। মসি বিরাটনি।

লৈশেমলোন হৈবা ( জিওলোজিষ্ট অমগী মিৎয়েংদা উবা নিংথৌ তুরেলদা তাউরিবা মথব্রায় পান্দবা অকায় অতোয় ময়াম অদুগুম্বা অশিবা পোৎশিংগী মপৈ অমা নত্তে। মসি অহিংবা পোৎ অমনি। মসি পোখোক য়াম্না লৈবা অহিংবনি। অধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান্না য়েংবদা থব্রায় পান্দবা পোৎ অমত্তা লৈতে।

**ভক্তগী থবক পুম্নমক মহৌশানা পৃথিবী অসিগী য়াইফনবগী ঙাক্ত ওইহল্লি। মরম অসিনা মানা লাকপদি পুম্নমক্কী য়াইফবা নুংঙাইবা তুংগী পাউ পুরকপগুম তৌই।**

**ভক্তগী ভক্তিনা মপোক কয়া কয়াগী ( সূত্র ৭ নত্ত্রগা ২১) লাক্কদবা অমসুং হৌখ্রবা মীরোল পূম্বগী পাপ পুম্নমক লোইনা কোকই । মরম অসিনা মাগী শিখ্রবা**

মপা মপুশিংগী থৱায়না অরান খুভমগী লম্বীদা চৎলগনি হায়না হরাওজে।

ভক্তনা ধর্ম লৈতবা মীওই কয়াবু ভক্তি অমসুং ধর্মগী লম্বীদা পুশিনবী। মখোয়না দান, শ্রাদ্ধ, তর্পন অমসুং মহাযজ্ঞ মঙা পাঙথোকই। মরম অসিনা মখোয়গী শিঙ্গবা মপা মপুগী থৱায়না নুংঙাইজে। অদুগা লাইরেবাক্তা মখোয়না নুংঙাইনা জগোই শাই।

ঈশ্বরনা ভক্তগী মফমদা মাগী দর্শন পী। ভক্ত অমা হেক লাকপদা ভগবানগী শায়োন অমা ওইনা মাগী দুতনা মাঙওইননা লাক্কনি। ঈশ্বরনা ভক্তনা শায়োন তৌই অমসুং মহাত্মা হিংচবশিং নক্তগা ফত্তবা মীশিং অমসুং লাইগী য়েক্রবশিংবু মাঙহল্লি। মরম অসিনা, লাইশিংসু নুংঙাইনা জগোই শাই।

ভক্তনা পিতৃশিংবু মতেং পাংই। মহাক্তা পিতৃশিংগী অপাম্বা অদু পীবা ঙম্মী। মরম অসিননি পিতৃশিংনা ভক্ত অমা হেক লাকপদা নুংঙাইরিবসি।

পৃথিবীসিদা ভক্ত অমা হেক লাকপদা হিংচাবা পূম্নমক শক্তি লৈতে। সংসার অসিদা লাইগী গুম্না লৈতেংবা মীনা মশীং হেন্না লৈররগনি। সাধুশিংনা ফত্তবা মী হিংচবশিংবু লাইগী মগুণ হাপ্পীদুনা পুন্য চেম্নবা লাইওইবা মীশক অমা ওইনা শেমদোকপী। মরম অসিনা লাইশিংনা হরাওনা জগোই শাই।

মুনি- ঋষিশিংনা নুংশিবা অমসুং শান্তিগী ঈচেল অমা মঙাল নাইনা চেলহল্লি। মখোয়না লীংজেল মান্নবা নুংশিবা শান্তি অমসুং ফজবা পূকচেল শন্দোকই। মখোয়না লাল থিংই, লেপহল্লি। মখোয়না মখোয়গী শিষ্যশিং থাদোক্তুনা নুংশিবা অমসুং শান্তিগী য়াইফ পাউজেল শন্দোকই। মরম অসিনা, পৃথিবী অসিসু হরাউ নুংঙাই। মহাক্তা ( পৃথিবীনা) মাগী মপু অমা ঙাকপী কনবীবা অমা ফংজে।

পিতৃ হায়বা ব্রাহ্মে অসি ধর্মগ্রন্থশিংনা শুপ্নতগী হিংলিবা ইপা- ইমাশিংত নত্তনা হোংবা নাইদনা লৈরিবা অগ্নিস্বত্ত হায়না কৌবা লাইরেম্বশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পশিং অদুবুসু খঙনৈ। হিংলিবা মমা মপা অদুনসু মাগী মচা অদু মহাক্তা ঈশ্বর ফংলবা তুংদ। পৃথিবী অসিনা মাবু ইকায়খুম্নরগনি অমসুং মহাক মশাবুসু শোকপা শিবগী চক্রদগী লাম্থোকচরগনি খনবদা নুংঙাইজে। ভক্তনা মরোল অহুম্মক্তা লেঙদনা লৈরিবা পূম্নমকপু পেজহল্লি।

সাধু সন্তশিং অমদি ভক্তশিং পূম্নমক মতিক মঙাল নাইব ওইরসনু !

---

## ভক্তশিংদি শাগে জাৎ খায়দে ।

সূত্র ৭২ ।। নাস্তি তেষু জাতিবিদ্যারূপকুলধনক্রিয়াদিভেদ : ।।

মখোয়গী মরক্তা ( ভক্তশিংগী মরক্তা ) শাগে জাৎ, বিদ্যা শক ফজবা, থীবা , পোকলিবা শাগেগী, লন্থুমগী , ধর্ম-কর্মগী ওইবা লমচৎকী নত্তুগা শিনফমগী খেন্নবা লৈতে ।

তেষু, মখোয়গী মরক্তা ; জাতিবিদ্যারূপকুলধনক্রিয়াদিভেদ:, শাগে জাৎ, বিদ্যা, শক, পোকপগী শাগে, লন্থুম, শিনফম নত্তুগা ধর্মকর্মগী লমচৎ অমসুং অতৈ অমা অমগী; ন, নত্তে; অস্তি, অদুগুম্বা লৈবা, লৈরিবা ।

অধ্যাত্ম রামায়নগী অধ্যায় ৩ শ্লোক ১০-২০ দা শ্রীরাম্মা হায় ''নুপা নুপী, শাগে জাৎ, মিংচৎ, সংসারগী থবক অসিনচিংবা পূম্নমক ঐবু নীংজবদা মথৌ চঙদে; শুপ্নতগী ভক্তিখক্তনা ঐবু লাৎচবদা মতিকচাবা অধিকার ওই ।

মখোয়, অতৈ হীরমদদি খেন্নরম্বা য়াই অদুবু অশেংবা অমসুং পূক্নীং অনী লোঙদবা ঈশ্বর নুংশিবগী মরমদদি চপ মান্নে ।

ভক্ত নত্তুগা ঋষি অমবু নঙনা মাগী শাগে নত্তুগা মহৈ মশিংদগী মাগী থাক লেপ্লোইদনি । কবির হায়বদু ইচম চম্বা ফি শাবনি, রামদাস ব্রাইশিংপা অমনি, নন্দন হায়বদু য়াইথীবিনি , সদন হায়বদুনা শা য়োনবনি অমসুং অদুম ওইনমক মখোয়না অচৌ অচৌবা অধ্যাত্মিক্কী মঙাল পুবা মীশক ওইখি ।

বিশ্বামিত্র, ব্যাস, কবাস, জবালা, মহিদাস, নামলবার, কন্নাপার, তুকারাম অমসুং অতৈ কয়া অমা ব্রাহ্মন শাগেদা পোকখিদে অদুবু মখোয়না অধ্যাত্মিক্কী লংলবা মঙাল অমমম ওইখি ।

ভক্তিদদি শাগে জাৎ , ( সংস্কৃতি ) ইপানাৎ ইপুনাৎ, মপাম্লোংগী শক, শাগে নাতৈ, লনথুম, শিনফম পূম্নমক করি অমত্তগী মথৌ চঙদে ।

মী অদুনা ব্রাহ্মন ওইরবসু কুলি ওইরবসু মহৈ হৈরবসু নত্তুগা হৈত্রবসু, অব্রাংবা মপোক নত্তুগা অতোনবা মপোক ওইরবসু, মশক থীরবসু ফজরবসু, ইনাক খুনবা নত্তুগা লাইরবা ওইনীংবা ওইরবসু মহাক অদুনা পূম্নমক ঈশ্বরগী খূয়াখাদা লোইনা কখোক্লবদি অমসুং মহাক অদুনা লেপ্পা লৈতনা ভগবান মাবু নীংশিংজরবদি মহাকপু ফংবা ঙমজৈ।

নারদনা অতোনবা শাগৈদা পোকই, সবরীনা খুঙংগী চাওখত্তবী নুপীনি, ধ্রুব হায়বদু লাইরিক হৈতবা নুপানি, বিদুর অমসুং সুদামা লাইরবা মচানি, বিবিশয়া মশক থীবা হিংচাবনি, হনুমান্না য়োংনি, জতায়ুনা উচেক্নি, গজেন্দ্রনা শামুনি, বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা বেদগী পূজা তৌদুনা দিক্ষা তৌদবীশিংনি, তৌইগুম্বসুং মখোয় পূম্নমক মখোয় মখোয়গী ভক্তি অমসুং পূংকৎ কখোকপা অদুতনা ঈশ্বর ফংবা হায়বদু ওইজখি।

অসি হায় হায়দুনা বর্নাশ্রম্থ্ব য়াদে হায়বা নত্তে। ভক্তি অমসুং বর্নাশ্রমগী নিয়ম অনী অসি তোঙান তোঙানবা হীরমশিংনি। মসি চয়েৎনহল্লোইদবনি। ভক্তিগী মিংদা বর্নবু মুখৎনবা হোৎনরবদি ভক্তিবুসু মরালশিবা ওইনা খোক্কনি। মরম অসিনা, ভক্তশিংনা ধর্মশাস্ত্রশিংগী নিয়ম অমসুং পাঙ্গলবু থাদোক্লোইদবনি। ভক্তনা শাগৈ জাৎনচিংবা য়েংদুনা থৌওই উশিত্তনা খক লোইনরোইদবনি। মহাক্তি মাগী ভক্তিগী থাক অদুখক্তমক য়েংদুনা মাগী মগুন লেপকদবনি। বৈষ্ণব গ্রন্থশিংদা ভক্তশিংগী থাকপু শাগৈ জাৎনচিংবা য়েংদুনা লেপ্পা অসি অচৌবা মরাল অমনি হায়না ইরি।

ঋষি হায়বা অসি গুণ অহুমগী মথক্তা লৈ। মহাক্তি অধ্যাত্মিক্কী মঙালনা মশাবু পুংঙাল ঙাং হৈঞ্জে। মহাক্তি শাগৈ জাৎ অমত্তগী নত্তুগা জাতি অমত্তগী মনুংদা লৈবা নত্তে মীওইবা পূম্নমক্কীনি। মরম অসিননি ঋষিশিংগী শাগৈ জাৎ খেন্নবা লৈত্রিবসি।

মহাক্কীদি পরাবিদ্যা হায়বদি ঈশ্বর ফংবা হায়বদুগী মহৈনা জ্ঞান পূম্বা লৈজে।

শত্তমগী য়েংদুনা খেন্নবা থম্বসিসু মফম অসিদা লৈতে। অষ্টাবক্র হায়বদু নিপান খোক্লা কোনবনি। অগষ্ট হায়বদু কোলিনি। মখোয় খরনা লূনা মকোই কক্ই। মখোয় খরনা মশম জটা পুই।

কুল, মসি শাগৈ নাতে অমসুং জাৎ খণ্ডনৈ। ঋষিশিং অসি শাগৈ জাৎ অমদগী হেক্তা ওইরকপা য়াই। সেন্ট ফ্রান্সিস, সেন্ট কেথরিন অমসুং অতৈ কয়া নোংচুপকী শাগৈ জাত্কী মীনি। মখোয় অসি ঐ মশক খণ্ডলবা মীওইশিংনি। মুশলমানশিংগী মরক্তসু ঋষি লৈ। কবির হায়বা অসি খুদম অমনি। ঋষি হায়বা অসিগী মগুন্দা লাইর-ইনাকখুনবা নক্তগা শিনফম অদু তৌবা তৌদবনা করি অমত্তা শোকহনবা ঙমদে।

ভগবানগী মফমদা কখোকপা হায়বসিদা, মসিগী মচত্তা, মী অদুগী থোইদোকপা শাগৈ জাৎ, পোকফম, শাৎফম, হৌরকফম, নুপী নুপা অসিনচিংবা মগুণ অমত্তা শীংথাগদবা লৈতে।

মী অদুনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরবদি মহাক ব্রাহ্মনি, মী অদুনা ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি মহাক সুদ্রনি: পাপ অমসুং তুকচ্চবা লমচৎ চৎপা ব্রাহ্মন শাগৈদা পোকপা অমদগীদি ভক্তি য়াম্না লৈবা অধ্যাত্মিক্কী পুনশি লেনবা মীশক অমনা য়াম্না হেন্না ৱাংই।

খেন্নবা থাক হায়বসি মী অমনা মাগী পূক্নীং অদুনা নেমথরক্লগা থোক্লকই। অসিগুম্বা খেন্নবশিং অসি অপণ্ডবা কৌবা পূক্নীংগী থাক্তগী থোরকপনি। মদু পূম্নমক ঈশ্বরবু উবা ফংজরবা নক্তগা অম্তা মশক খণ্ডজরবা মী অমদদি লোইনা মাঙখি। নুংশিবা হায়বা অসি অচৌবা লৈমায় তেম্বা গুণ অমনি। মসিনা ৱাখলবু চাং মান্ননা (সমদৃষ্টি) থম্বী। মপূংফারবা ভক্ত অমদি অতিবর্নাশ্রম ওইরকই। মহাক্তি আশ্রম পূম্নমক লাম্থোক্লুনা চৎলি। অপিকপা করিসু লৈতবা সমাজগী নিয়মশিং অমসুং মীনা শেম্বা চৎনপথাপশিং, ফিভম অমত্তনা মাবু পুনশিনবা ঙমদে। মহাক মপূংফানা মনীং তম্মী। মহাক্না ঈশ্বরদা চঙজদুনা মাগী মরন্নাই ৱাখলগী মখা পোম্না হিংই। মাগী অনীংবগা ঈশ্বরগী অনীংবগা অমত্তা ওইশিনখি। মাগী খোঞ্জেল্না ঈশ্বরগী খোঞ্জেল ওইরকই। মাগী ৱাদি লালহৈতবা ওইরকই। ঈশ্বরনা মাগী থমোইদা চঙদুনা ৱা ঙাঙই অমসুং থবক তৌই।

মাগী লম্বীদি অথূপ্পনি অমসুং অঙকপনি। মহাক্না কনানো খঙদে মী অমগী মখুত্তগী হেক্তা চাগনি। মহাক্না শউন শুবগা নক্তগা শমককপা অমগা মতম অমদা হেক্তা লৈমিন্নগনি। মহাক্না কৈথেল শেংবা অমগা হেক্তা চামিন্নগনি। নরসি মেহতানা শউন শুবা নক্তগা কৈথেল শেংবা অমগা হেক্তা পূম্না কীর্তন তৌমিন্নৈ।

অন্ধবিশ্বাস লৈবা ব্রাহ্মনশিংনা মাবু ইপ্লেকই। নরসি মেহৎতানা উৎসব অমদা চৎলম্মী। অতৈ ব্রাহ্মনশিংনা মাবু থিনা তৌরম্মী অমসুং মাবু চৈদুনা হন্থনা য়েংলম্মী। মখোয় খুদিংমক মখোয় মখোয়গী মনাক্ত শউন শুবা অমমম উরম্মী। মদুদা মখোয়না নরসি মেহৎতাগী মগুণ মশেক মঙাল উরক্লম্মী অমসুং মদুদগী হৌদুনা মখোয়না মাবু লাৎনরক্লম্মী।

ঋষি পূম্নমক অসুম্না চপ মান্নবা চীংগুম ব্রাংনা শীংথানিঙাই ওইরিবগী মরম মথাগী অধ্যায়দা হায়রি।

## সূত্র ৭৩ ।। য়তস্তদীয়া : ।।

মরমদি মখোয়দি ভগবান্ মশাদুমক ওইরবনি।

য়তঃ, মরমদি, মর মসিনা; তদীয়াঃ, মহাকমশামক্, মঙোন্দা লৈজরিবা, মাগী।

মরমদি মখোয় পূম্নমক অদু মঙোন্দা তিল্লি। ভক্তদি ভগবানগী ওই। মখোয়দি মহাক্না (ভগবান্না) খাইদগী হেন্না চেকশিন্না নুংশিবী। মহাক্না (ভগবান্না) মাবু মাগী পূকচেল শেংবা ভক্তি, অশেংবা অমসুং ধর্মলৈবা পুনশি অদুগীদমক নুংশি। লম্ফুম, ফজবা শক, মীপোক, সংস্কৃতি হায়রিবা পূম্নমক অসি মহাক্কী গুণ অনী (অশেংবা ভক্তি অমসুং অশেংবা পুনশি) অসি য়াওদনা করি অমত্তা কান্নবা ফংলোই।

ভক্ত হায়বা অসি মখোয়গী ভক্তিতনা মরম ওইদুনা ভগবানগী শক্তম অমা ওইরকই। মরম অসিনা মখোয় মশেল থেন্নবা অমত্তা উরক্তে। মখোয় কাঙলূপ অমত্তদা পূনশিনখি। কনাসু মহাক্না অতোপ্পশিংদগী হেন্না ব্রাংই হায়বা অসিফাওবা খঙজদে।

ভক্তশিং অসি ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি চপমান্না উই মরমদি মখোয়গী ভক্তি অদু মপাম্পোংগী ফিভমগী থেন্নবা নত্তগা সমাজগী থাক্কী থেন্নবা লৈবগুম উরবসু মখোয়গী ভক্তি অদু চপ মান্নে। মখোয় কাঙলূপ অমত্তগী মী ওইরে। ভক্তগী মমিত্তদি সংসারগী জীব পূম্নমক ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি নত্তগা ঈশ্বর মশামক্তি। মরম অসিনা মহাক্না (ভক্তনা) মখোয়বু চপ মান্ননা (সমদৃষ্টি ওইবা) মিৎয়েং অমদা উই।

অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা মওং কয়াসি হরি মশামক্লা ওইখিবনি। "লোকবত্তুলিলা কৈবল্যম্" সংসার পূম্নমক অসি ভগবান মাগী লীলানি।

ঈশ্বরনা প্রোফেসারগী,হুরানবগী,ওক্তবীগী,নিংথৌগী, চাক্রিবগী,ঋষিগী , দাকুগী অমদি লাইপোকশিং অসিনচিংবগী শক্তম, পাক্লবা তাইবং ফম্বাকসিদা, লাংলিবনি অসিগুম্বা ব্রাফম অসি খঙলিবা মীশক অদুনা মপান নাইদবা শান্তিনা মাগী পুক্নীংদা লৈগনি । মহাক্না কনাগী মফমদসু নাপন তৌরোই ,তুকচ্চরোই, মলোম থাংলোই,থাঙ্ঙমদবা লৈরোই নত্তগা কনাবুসু য়েংথিরোই। মহাক অদুনা অসিগুম্বা ভাব অসিদা নীংথিনা মরা তাগনি । অসিগুম্বা ভাব অসি লাক্লনি অমসুং চৎখিগনি । মী থৃদিংমকপু নারায়ন হায়না কৌ অদুগা মাবু ভাব অসিমক্তা লোয়ননা কৌ । নঙগী হৈনবী লমচৎ শাজৎ পুম্নমক পুংহোং হোংলক্কনি । মসি মতম খরদি চঙনি । নঙ কল্লা হোৎনবা তাবনি ।

মথৎংগী সূত্রদা পুক্নীংনা করম্না ঈশ্বরগী মফমদা লূপশিনগদবগে হায়বদুগী মরমদা তাক্লি ।

---

# ভক্তশিংদা পীবা পাউতাক্

## সূত্র ৭৪ ॥ বাদো নাবলম্ব্য : ॥

অরেম্বা চয়েৎনবা মরৈ অমত্তা চঙহল্লোইদবনি।

বাদঃ,খৎনবা, অরেম্বদা খন্নবা; ন,নত্তে; তৌরোইদবনি; অবলম্ব্যঃ,পায়খৎকদবা, চঙশিনগদবা।

ভক্তনা কৈদৌঙৈদসু মরৈ য়েৎনরোইদবনি। ঈশ্বর লৈ খনবা নত্তগা ঈশ্বর লৈ লৈতে হায়বগী নত্তগা ঈশ্বরগী গুণ শক্তিশিংগী মরমদা অরেম্বদা মরৈ য়েৎনরোইদবনি।

কঠোউপনিষত্তা অসুম্না হায়রি, ''অরৈবা নত্তবা পোৎ অমা ঐখোয়না করম্না খঙবা ঙমগদৌরিবনো ?''

কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরগী মরমদা চয়েৎনবা, অধ্যাত্মিক্কী অচুম্বশিংগী মরমদা চয়েৎনবা নত্তগা তোঙান তোঙানবা ভক্তশিংগী মগুণগী মরমদা খেন্নবা পুথোকপা অসিনচিংবসি মরম চাদে।

খন্ন নৈনবা হায়না অসি বুদ্ধিগী অকে অমৌ তান্নবনি। মরৈ য়েত্তুনা খৎনরগা থিরিবা পোৎ অদ্ ফংনবগী অচুম্বা মতৌ অদ্ মাঙখি অমসুং মদু বুদ্ধিগী শাজেল পুংতৌ তৌবা নত্তগা ব্রাহ্মৈগী লান তৌনবরোমদা চিংই।মরৈ য়েৎনরিবা মী অমনা মাগী লাম্বা অদু মরৈনা নত্তগা তুকা থিবগী অহৈবা উত্তুনা মায়থীবা পীরগা নুংঙাই। ভক্তনা অচুম্ববু লেপ্পরবা অচুম্বনি হায়না লৌগদবনি। ধর্মগ্রন্থশিংদা উখোক্লিবা অচুম্বশিং অসিবু মরৈ য়েৎলগা থাজদবদা ব্রারোইগনি :

ভক্তগী মথৌদি ঈশ্বর থাজবা অমসুং ঈশ্বরবু ফংজবা অসিতনি। নুংশিবা হায়বসিদা মরম চায় চাদে হায়বা চঙদে। ঈশ্বর নুংশিবা নত্তগা ভক্তি হায়বা অসিগী লম্বী চৎপদা মরৈনা অয়েৎপা য়াম্না পী। ভক্তগী মথৌদি মিৎকুপ খূদিং ঈশ্বর মাবু

নীংশিংজবনি । মহাক্না সংসার অসি কৈদৌঙে শেমখিবনো হায়বদু খণ্ডলুবগী মথৌ চঙদে, করম্না শেমখিবনো খণ্ডলুবগী মথৌ তাদে, করিগী শেমখিবনো হংবগী কান্নদে । ঈশ্বর মহাক্তনা ভক্তবু খণ্ডহন্নীংলকপা মতমদুদা লোইনা উথোরক্কনি ।

অচুম্বা হায়বসি নাতে চায় চাদে হায়না ন্যায় শাস্ত্রগী নিয়ম্না য়েত্তুনা খণ্ডবা ঙম্ত্রোই । ন্যায় শাস্ত্রগী ব্রারেপশিং অসিগী য়ুম্ফম লৈতে, অরেপ্পা নাইদে । খন্ন নৈন য়েৎনরগা পূক্লীংগী মথোং হক্তবা লালহৌ লাকই । পূক্লীং লালহৌ লৈবা মীনা অচুম্বা লাম্ব ফংলোই ।

অরেম্বদা খৎন নৈনবা, শাউদুনা মরৈ য়েৎনবা, কল্পিথোক্লা লাউনবা অসিনচিংবা অসিদি য়েংথিনরগা লোইশিল্লি। মরৈ য়েৎনবদা মায়থীরগা মীবু ফত্তনা থীনা হায়রকই অদুগা ফূন চৈনরকই । খন্ন নৈনরগা শক্তি অমসুং মতম মাঙহল্লি । মসিদি ইচম চম্বা ব্রাহৈগী লান্, বুদ্ধিগী শাজ্রেল, ( শব্দ বিলাস অমসুং বুদ্ধি বিলাস ) নি । মদুদগী করিগুম্বা মচি ওইবা পোৎ অমত্তা ফংলোই । মী খুদিং মাগী লাইরিক হৈবগী মতৌ উথোকপা পাম্মী, মরৈগী হৈশিংবা অসিনচিংবা উথোক্লবা হোৎনৈ । অসিগুম্বা পণ্ডিতনা ঈশ্বর ফংবগী ব্রাদি মঙ ফাওবা মঙবা ঙম্ত্রোই । মহাক্তি ঈশ্বরদগী য়াম্না লাপপ্রে । তৌইগুম্বসুং থমোই তিন্নবা, মীওইশিং অমসুং নাপন য়াওদনা চিংনবা কোক্লনবা খিরিবশিং অমসুং নুংগী ভাব্শিং হোদোক্লনবা মথোয় মশেল অধ্যাত্মিক্কী ব্রাহৈ খর খর ঙাঙনবদি য়াই । মসিদি য়াম্না কান্নে অমসুং য়াম্না তোংজৈ ।

## সূত্র ৭৫ ।। বাহুল্যাবকাশত্বাদনিয়তত্বাচ্চ ।।

মরমদি (মীওইবগী) ব্রাখল অমগা অমগা খেন্নবা য়াবা কয়া লৈ অমসুং করিগুম্বা ব্রাখল মিৎয়েং অমত্তসু, ইচম চম্বা বিচারনা লেপ্পগা, মসিনা লোইরে হায়বা লৈতে ।

বাহুল্যাবকাশত্বাত্, ব্রাখল খেন্নবা য়াবা কয়ামুক লৈবনা; অনিয়তত্বাত্, ( ইচম চম্বা অমদা তোংলগা ) মরম অদু সিনা লোইরে হায়বা; চ, অমসুং ।

ঈশ্বরগী মরমদা ইচম চম্না খরা হেক খন্নবসি পূক্লীং থৌগৎলোইদবনি মরমদি মদু ঙমখৈ নাইদনা থিখিবা য়াই অমসুং মদুম তৌরবদসু অরেপ্পা অসিনি হায়বদি অচুম্বা অদু ফংলে হায়বা ব্রাফম অমত্তা ফংলোই । বুদ্ধি তাবা মী য়ান্নিবমখৈ ব্রাখলগী (মত্) খেন্নবা অসুম য়ামখৎলক্কনি ।

মরমদি মসিনা লোইনাইদবা মরৈদা অসুম চথখি অমসুং অকরুবা য়ারোইদি শুক্তা তারক্তে।

ইচম্ব চম্বা মরম থরনা ঈশ্বর ফংনবগী পঙ্কু ফংবা ঙম্রোই। বুদ্ধি হায়বসিদি লানগল্লি অমসুং ঙমখৈ নাই। মসিনা ঙমখৈ নাইদবা মাবু খঙবা, ফংবা ঙমদে। মসিনা মীওইববু য়াহল্লিবা অরুবা য়াফম অরুবা থৌদোক অদু ফাওবা নীংথিনা লোইশিনবা ঙমদে। বুদ্ধিগী য়ায়েন্না অরুবা য়াফম অমত্তসু য়ায়েনবা ঙমদে। মরম অসিনা ইচম চম্বা য়ায়েন থরনা ঈশ্বরবু ফংবা ঙমদে, শুপ্নগী করিগুম্বদসু লাক্সহৈত্রবা চুমদুনতা লৈবা নুংগী শক্তিতনা ঈশ্বরবু ফংবা ঙম্মী।

মরৈ য়েৎনবদা য়া হেঞ্জিন্না হায়নবগী তাঞ্জা য়াম্না পী। মসিনা অচেৎপা য়ারোল অমত্তা পীবা ঙমদে। অচুম অরানগী মরৈ য়েৎনরগা ফংবা য়ারোই অসি কৈদৌঙৈদসু অচুম্বা হায়বদু নক্তে! ঈশ্বর হায়বা অসিদি মরৈ য়েৎনরগা ফংবা নত্তে তৌইগুম্বসুং ভক্তিগী সাধন চেৎনা তৌরগতা ফঙনি।

ঈশ্বরগা মরী লৈনবা য়াফমশিংদি মখল মখা কয়াগী মওংদা মরৈ য়েৎপা য়াই। অদুম্না কয়া খন্ন নৈনরুরবসু ফল লৈতবা কান্নদবা ওইদুনা তোকই, মরমদি মরৈ পূম্নমক য়ারোই লৈতে।

কনাগুম্বনা য়েৎলকপদা মাবু ঙম্মীংবদগী অশাউবা হায়বা অসি ঈহৌরকই। অশাউবদগী শোয়দনমক মরৈ য়েৎপা হায়বসিগা পূনশিন্নখি। নক্তগা খন্ন নৈনবরোমদা ওনশিনখি। ইশাগী নাপন হেক্র লৈরিবমখৈ কদায়দগী অচুম্বগী ভাব, য়াখল অসি লাক্কদৌরিবনো?

জ্ঞান তাহন্ননবনি হায়দুনা মমায় পূংওন ওস্কোক্রবা য়াখল অনীবু মানা মানা থোকপা চুম্ননবা মরম কয়ামুক পীনবা য়াই। মরম অসিনা মখোয়না পীরীবা মরমশিং অদু চুম্মী হায়বা য়াদে মরমদি মদু মাগী মাগী মরৈনা চুমহল্লিবনি। কনাগুম্বনা নীংথিনা অসিনা অচুম্বনি হায়না লেপলিবদু মঙোন্দগী হেন্না বুদ্ধি লৈবা অমনা লায়না য়েত্তুনা লাল্হনবা য়াই। উকিল অমনা ইয়াল লানবা কেশ অদুবু চুমহনবা ঙম্মী। মরম অসিনা সিনা চুম্মী সিনা লাল্লি হায়বা মরৈশিং অসি ফজবা য়াদবা লমতাকপনি।

বিজ্ঞান্না মরমচানা নীংথিনা চুমই হায়না লৌনরবা অরেম্না মত্ (থিওরি) কয়া খূদম ওইনা থক চুমদে, মরমদি মদু খরা হেন্না য়াংবা মরৈনা অন্নুক

য়েত্তুনা চুমদবনি হায়না প্রমান তৌবা ঙম্মী ।

অরেম্বদা খন্ন নৈনরগা অসুম লোইবা নাইদনা নুমিৎ কয়ানি চপখিগনি । অদুবু মীশিংনা অকক্লবা ঙমখৈ নাইবা ব্রারেপশিংদি ফংবা ঙমদে । মখোয়না ব্রাহৈগী , ব্রাহৈ মরুগী, ব্রাহৈ তাইনফম (সমুচ্চয় বোধক) শিং, অমসুং অতৈ ব্যাকরনগী মরমদা ফূনগনি । ঈশ্বরদি ব্যাকরনগী মনুংদসু লৈতে , ন্যায় শাস্ত্রগী মনুংদা লৈতে, ছন্দশাস্ত্রগী মনুংদসু য়াওদে । মহাক্তি থমোইগী থূপ্নবা কাচিন্দ লৈ । মহাক্তি অশেংবা থমোই অমসুং ধ্যান্তগী উপায়না ফঙনি অমসুং অরেম্বদা খন্ন নৈনরগা ফংবা ঙমলোই। মরম অসিননি যম্না নাচিকেতাদ হায়খিবদু ‘‘আত্মাদি ( ঈশ্বরদি) মহৈ হৈরগসু, খন্ন নৈনরগসু নত্তগা বুদ্ধিনসু ফংবা ঙম্রোই । ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মহাক অদুনা ঈশ্বরনা মহাক্কী অচানবা মনাইনি হায়না খনগৎলবা ভক্ত অদুতনা ঈশ্বর মাগী দর্শন ফংজে । মহাক্না মাগী ( ভক্তগী) মচৎ মওংদা মাগী ( ঈশ্বরগী) শক্তিদু উথোকই । মঙোন্দতা মহাক্ন (ঈশ্বরনা )মাগী (ঈশ্বর) শক্তমদু ফোঙ্দোকই ।’’ মরম অসিনা, ঈ শাগৎনা খন্ন নৈনবা তৌরুগনু, থাদোকউ । নোম্লুকউ । থবক ওইনা সাধনা তৌরো ।

অরেম্বদা ব্রারী ব্রাতায় খন্ন নৈনদুনা মতম অমদি পাঙ্গল শক্তি অমত্তা মাঙহনগনু ।

## সূত্র ৭৬ ।। ভক্তিশাস্ত্রাণি মননীয়ানি তদ্বোধককর্মাণি করণীয়ানি ।।

( ভক্তি ফংননবগীদমক )ভক্তি ঈহৌহনবা অদুগুম্বা ধর্মগ্রন্থশিং অদুদা ইন্দুনা কন্না ধ্যান তৌগদবনি অমসুং ভক্তি মিংকপ থোক্লবা থবকশিং অদুখক্ত তত্তনা পাঙথোক্কদবনি ।

ভক্তিশাস্ত্রাণি, ভক্তিগী মরমদা ঈবা লাইরিকশিং; মননীয়ানি, চেকশিন্না পূক্নীংদা মমি তাহনগদবনি পূক্নীং কন্না চেৎনা খনগদবনি; তদ্বোধককর্মাণি, ভক্তিবু ঈহৌহনবা সাধনাশিং থবকশিং; করণীয়ানি, শোয়দনা পাঙথোক্কদবনি ।

সূত্র অসি সূত্র ১২, ১৪, ৪৯ অমসুং ৬২ গী অব্রাৎপা মেনথৎপনি । সূত্র

১২ অমসুং ১৪ দা স্বধ্যায়, অধ্যাত্মিক সাধনা, সমাজ সেবা, অমসুং ঈশ্বর ফংবা ফাওবগী মরমদা ভক্তনা য়েংবা মিৎয়েংগী মরমদা হায়রি। সূত্র ৪৯ অমসুং ৬২ দা ভক্তি ঈহৌরক্লিঙৈগী মমাঙদা লৈবা মথক্কী অসিগা চপমান্নবা ব্রাফমশিংদা ভক্তনা য়েংবা মিৎয়েংদু নৈনৈ। সূত্র ৭৬ তা মুখ্যভক্তি ফংদ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈবা ফিভম অদুগী মরমদা ভক্তনা য়েংবা মিৎয়েং অদু উৎলি। নারদগী মতুংইন্না ভক্তনা ঈশ্বর ফংদ্রিঙৈদসু ঈশ্বর ফংলবদসু ভক্তনা অধ্যাত্মিক সাধনা নত্তগা সমাজ সেবাদি শুকথা থাদোকফদে।

ভক্তনা মাগী ভক্তিগী ফিদমশিং উৎপা, ঈশ্বরগী মতিক মগুণ উৎপা, মাগী নুংশিনবা থোয়থুম্নবা মগুণ থাবা লাইরিকশিং পাগদবনি অমসুং ভগবানগী লিলাশিং নৈনবা, সাধুসন্তশিংগী ব্রারীশিং অমসুং মখোয়গী (ভক্তশিংগী) সাধনাদা মতেং ওইগদবা সাধনাগী ব্রারীশিং নীংথিনা পাগদবনি। অসিগুম্বা শর্মগ্রন্থশিং অসি পারগা নৈনরগা ভক্তি চাওখৎলকই।

খ্বাইদগী মরুওইবা লাইরিকশিংদি রামায়ন, শ্রীমদ্ভগবতম, নারায়নীয়ম, গীতা, বিষ্ণুপুরান, অধ্যাত্মা রামায়ন, তুলশী রামায়ন, (রামচরিত মানস), বিষ্ণু সহস্রনাম, শাণ্ডিল্যসূত্র, শিবপুরান, দেবীভগবতম, নারদ পঞ্চরত্রম, প্রাক্তিস ওফ ভক্তি যোগ, ইসেন্স ওফ ভক্তি যোগ, ভক্তি অমসুং সংকীর্তন, ভক্তি রসামৃতম, সোংস ওফ অলব্রার্স এণ্ড নয়ানরস, থেবরম, থিরুবচকম, দসবোধ, তুকারামস অভঙ্গ, জ্ঞানেশ্বরী, ভক্তি রসায়ন, ভক্তি রসমৃতসিন্ধু অসিনচিংবা অসিনি।

ভক্তিবু চাওখৎহনবা মিৎকপ থোকহনবা থবক পূম্নমক পায়খৎকদবনি। পূজাগী কা অদু লূনা নান্না থমগদবনি। কাদু লৈতেং কয়া তৌশিল্লু। থাংমৈ অমা থাল্লু। ফম্ফম লূনা নান্ন শেম্মু। ঈরুজথোকউ, অশেংবা ফি শেংলু। বিভূতি নত্তগা কুম কুম নত্তগা পূজা যজ্ঞগী উৎ নঙগী লাইবক্তা নমজৌ। রুদ্রাক্ষ নত্তগা তুলশী মালা অমা শিজিল্লু। পূম্নমক অসিনা পূক্নীংদা অশেংবা ব্রাখল ঋাওহল্লি অমসুং পূক্নীংবু ব্রাংনা থাঙৎলি। মখোয়সি তৌরগা থমোইদা মিনুংশি কাওরকই। মখোয়সি তৌজরগা নঙনা নীংজন্নিবা ঈশ্বর অদুবু লাৎচনবগী ভাব নত্তগা ব্রাখল চঙফম থোকপশিং অদু শেমগৎপদা তেংবাংই। পূক্নীং অসি ইরাই লায়না ধ্যান ধারনা তৌবা ঙমগনি।

সদাচার নত্তগা অচুম্বা লমচৎ শেমগৎপা হায়বসি সৎসঙ্গ,

জপ, স্মরন, কীর্ত্তন, লাইশোল, পূজা, সাধু সন্তশিংগী সেবা, আশ্রম অমসুং তীর্থশিংদা লৈবা, লায়রবশিংগী সেবা তৌবা, ঈশ্বরগী ভবনা নাজরবা, বর্নাশ্রম ঙাকপা, থৌদাং পাঙবা, থবক খুদিং অমসুং থবক্তী ফল পুম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা কথোকপা, জীব পানবা পুম্নমক্তী মফমদা ঈশ্বর লৈ হায়না খনবা, ঈশ্বরগী মুর্ত্তি নত্রগা সাধু সন্তশিংগী মমাঙদা শম্রাংননা অষ্টাঙ্গ প্রনাম তৌদুনা খুরুমজবা, তাইবংগী নুংঙাইবা পুম্নমক লম্নুম পুম্নমক কথোকপা, দান তৌবা, তপ তৌবা য়াশকপা, অহিংসা সাধনা তৌবা, সত্য অচুম্বা চৎপা, ব্রহ্মচর্য ঙাকপা, পুম্নমক অসিনা নঙবু ভক্তি চাওখৎপদা অকনবা মতেং পাংলগনি।

নখোয়না পূর্ব্বীং শোথ নৌথদুনা লৈরোইদবনি। ভক্তি শাস্ত্রশিংদা ইরিবা নিয়মশিং অসি নখোয়না য়াম্না কন্না চেকশিন্না ইনগদবনি। মদুতদা নখোয়বু য়াম্না থুনা অফবা ওইরক্কনি।

নঙনা নশাগী নিতিগী রুটিন অমা শেমদুনা থমগদবনি অমসুং মদু নঙনা য়াম্না চেকশিন্না হেক ঙম্নমখৈ হোৎনদুনা ইনগদবনি। নঙগী পূর্ব্বীংনা থোশ নৌথদুনা লৈরবদি অতনবনা নঙবু লাকশিনব্রগনি অমসুং নঙনা থবক খুদিং য়েথোক্কুনা থম্বা হৈনরক্কনি। হায়রিবা "হয়েং" হায়বা মতমদু কৈদৌনুংদসু লাক্রোই। নঙনা করিগুম্বা অহল মতম ওইরক্কবা ফাওবদা, নঙ কলেজগী ছাত্র অমনি খল্লু অদুগা লোংমগী রুটিন অমা থমদুনা মদু ইল্লু। নিটিগী রুটিন থমদুনা ইনবা অমসুং অধ্যাত্মিক ডাইরি অমা থম্নগী কান্নবা অসিদি মপুংফানা শন্দোক্না হায়বা ঙমদে। মসিদি অধ্যাত্মিক পুনশিদা মায় পাক্নবা অথোইবা খোর্জেনি।

## সূত্র ৭৭ ।। সুখদুঃখেচ্ছালাভাদিত্যক্তে কালে প্রতীক্ষমাণে ক্ষণার্ধমপি ব্যর্থং ন নেয়ম্ ।।

মীওইবনা নুংঙাইথোকপা অনাবা অপাম্বা শেন্দোং থিবা অসিনচিংবা ময়াম অসিদা হকথেংননা লেল্লিঙৈদা হৌগ্রবা মতমশিংদুগী খজিক্তং লেমহৌবদুদা ধ্যান তৌগদবা অদুদগী মিৎকুপ অমা ফাওবা মাঙহল্লোইদবনি।

সুখদুঃখেচ্ছালাভাদিত্যক্তে, নুংঙাইবা অনাবা অপাম্বা শেন্দোংফংবা অসিনচিংবা পুম্নমক; কালে, মতমচানা; প্রতীক্ষামাণে, ঐখোয়না পাম্নকপা

মতম্বদা ঙাইদুনা লৈরম্মী; ক্ষণার্ধম্, মিংকুপ অমগী তঙ্খায়; অপি, অদুক্ষাওবদা; ব্যর্থম্, অরেম্বদা; ন, নত্তে; নেয়ম্, লেপ্লোক্কদবনি।

কনাগুম্বনা নুংঙাইবা, অৱা অনা, অপাম্বা, শেন্দোং ফংবা, অসিনচিংবা পূম্নমক থাদোক্লবা অমসুং অৱাংবা থাক্তা কানীংবগী অপাম্বা অদুদা লৈরবা মহাক অদুনা অরেম্বদা মিংকুপ অমগী তংখায় অমা ফাওবা মাঙহল্লোইদবনি।

মীওইবনা থিরিবসি নুংঙাইবা অৱা অনা অপাম্বা নত্তগা শেন্দোং তানবা নত্তগা সংসারগী মীওইবনা ফংনীংদুনা কোয়থি থিরিবা অদুদগী খজিক্তং লেম্বদুনি, মরম অসিনা, অসুম্না ফংবা মতম অদুগী মনুংদা মিংকুপ অমগী তঙ্খায় অমমকসু মাঙহল্লোইদবনি। মদু ঈশ্বরবু ধ্যান তৌবদা শীজিন্নগদবনি।

নুংঙাইবা হায়বা অসিনা সত্বগী মগুণনি। ইচ্ছা হায়বা অসিনা রজগী মগুণনি। কনাগুম্বনা নুংঙাইবা অৱানবা অপাম্বা অসিনচিংবা ঙসি থাদোক্লবদা মহাক অদুনা গুণ অহুম্বুসু থাদোক্লবা, মহাক অদুনা ভগবান মাবু মানা (ভক্তনা) উজনীংবা মওংদা উজনবা থৌরাংনা ঙাইজরবদা, মিংকুপ অমগী তঙ্খায় অমা ফাওবা থক মাঙহল্লরোইদবনি। নঙ ঙমথৈ নাইদনা হৈ শিংনা মিংকুপ নাহুম শিঙ্গদবনি। নঙ তল্লরোইদবনি। নঙনা মিংকুপ অমতং তূমজিঙৈদা ঈশ্বর মহাক ননাক্ত নঙবু থঙহন্দনা লাক্রমগনি। মায়ানা নঙগী মিংকুপ তঙ্খায় অমত্তং চেকশিন্দবা অদুগী খুদোংচাবা লৌননবা হৈশিংনা ঙাইদুনা লৈ। নহাক ঙমথৈ নাইদনা মিংকুপ নাহুম শিঙ্গদবনি অমসুং চেকশিনগদবনি। ঈশ্বরবু উজগনি থম্না মাঙদা য়েংদুনা লৈয়ু মসিনি অৱাংবা আশা হায়বদু।

ভক্তনা চেকশিন্দ্রবা অমদি মিংকুপ নাহুম শিংদ্রবা, তম অমসুং রজ গুণ অনীনা ভক্তবু মানা তানশিন্দুনা ফংজরিবা থাক অদুদগী চিংথবীগনি। মৈতাম্না ইন্নায় লায়না লিংশিন্ননবা অহোবা অদু উগনি অমসুং লৌনমগী থবক্তা হেক্তা তৌরক্কনি। করিগুম্বা লুমিং খূদিং অকনবা থ্যাম্না নঙবু শেংদোকহৌদ্রবদি নঙগী পূক্নীং অদু ফেংদোক্তবা পিথ্রাইগী পাত্রগুম শেংদোক্রোই মোৎলক্কনি।

নহা ওইরিঙৈদি নঙ অমম্বনা কূপশিল্লি। মথোৎ কারকঙৈ অপাম কল্লক মিহৌ লাংনা নঙবু হুমদুনা পুই অদুগা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা নঙনা লেপ্লোকই। অহল ওইরে হায়রগা নঙনা সংসারগী অৱা অনাগী তেংথা নাহেদুনা থাঙই। তূম্বদা মতম লোইনা হৌথি, ৱারেমদা হৌখি, ৱাচোই ঙাঙদুনা মতম চংথি। মতম থরা অমনা

অনা অয়েক নংদুনা হৌথি । অদুদবু নঙনা পুন্যগী থবক তৌননবা অমসুং ঈশ্বরগী ধ্যান্দা লৃপচনিঙ্ঙাই মতম কদায়দগী লৈগনি ? পুনশি হায়বা অসি অরেপ্পা খঙবা ঙমদে । নঙবু অশিবনা মিৎকুপ অমত্তংগী মতমমকসু খঙহন্দনা পুথিগনি । মরম অসিনা অশিংবা মীনা মাগী মতমশিং অসি মায়পাক্না থবক তৌনবগীদমক য়াম্না চেকশিনগদবনি । মতম হায়বা অসি খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি । মিৎকুপ খুদিং ঈশ্বরগী অমদি ভক্তগী সেবাদা অমসুং ধ্যান্দা লেনগদবনি ।

মথংগী সূত্রদা চেকশিন্না ঈশাবু শঙজবা, মিৎকুপ নাহুম শিংবা, লেপ্পা নাইদনা চেকশিনব চঙই হায়বগী মরমদা ইরি । নঙনা নঙোন্দা য়াওরিবা শাগী লমচৎ ওইরবা হন্থবা থাক্তা পূক্নীং চঙদুনা লৈ । নঙনা হিংশানচিংবা পূক্নীংগী ফত্তবা মচৎশিং অসিনচিংবা অসিগা মতম পূম্বদা কন্না লাম্থেংনগদবনি ।

## সূত্র ৭৮ ।। অহিংসাসত্যশৌচদয়াস্তিক্যাদি চারিত্র্যাণি পরিপালনীয়ানি ।।

পুন্যগী মশক ওইরবা অহিংসা, অচুম্বা, অশেংবা , অথোইবা নুংশিবা, বেদ অমসুং ঈশ্বরদা থাজবা অমসুং অতৈ থোইদোক হেন্দোকপা লমচৎকী গুণশিং অসি চপচানা য়োকখৎকদবনি অমসুং ঙাক্তুনা থমগদবনি ।

অহিংসাসত্যশৌচদয়াস্তিক্যাদি চারিত্র্যাণি, পুন্যগী মশক ওইবা গুণশিং, অহিংসা, সত্য, অশেংবা অথোইবা নুংশিবা, ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজবা, পরিপালনীয়নি , চেকশিন্না চপচানা য়োকখৎকদবনি অমসুং ঙাক্কদবনি ।

লৈকোল অমগী লৈ পাম্বী অদু তিন কাণ্ডদগী অমসুং লায়না তিন্নাদগী ঙাকথোক্তুনা থম্বগুম অমসুং মতিকচানা চাউজনবা হারনচিংবা হাপ্পগুম অসুম তৌনা পুন্যগী লমচৎশিংসু ঙাক্কদবনি অমসুং য়োকখৎকদবনি । মমাঙগী ৩৬ শুবা অমসুং ৩৭ শুবা সূত্রদা অব্যাবৃত ভজনাত্, লোকেऽপি ভগবত্ গুণশ্রবণকীর্তানাত্ হায়না তাক্তুনা (ভক্তগী থমোই ) চিঙ্গাক তাকখ্রে ।

অহিংসা , সত্য অসিনচিংবা অসি য়ম (লাকশিনবা) হায়বদুগী মনুংদনি । শৌচ, শান্তোস অসিনচিংবা অসিনা ঙাক্কদবা লমচৎ (নিয়মগী) মনুং চল্লি । হায়রিবশিং অসি য়াওদ্রবদি অধ্যাত্মিক চাওখৎপা শুকফং ফংলোইদবা লমচৎকী

থককী খাশী পথাপ্নি।

দয়া হায়বা অসি মশা খীং খীং লাউনা নুংশিহৈবনি। মসিদি নুংশিবগী অশেংবা মচৎ ওইনা ফোংদোকপা মতৌনি। অহিংসা হায়বা অসিনা নুংশিবগী নাকোইনবা মচৎনি। সূত্র ৭৬ শুবদা নারদনা ভক্তি চাওখৎকদবা থবকশিং পায়খৎলু হায়না তাক্লি। যৌক্তিক চথরিবা সূত্র অসিদনা ভক্তনা চৎকদবা লমচৎ মঙাগী মরমদা হায়রি।

অচুম্বা সাধনা তৌবা মতমদা মী অমনা মানা মী নত্তুগা পোৎ অমগী মরমদা উখিবা, তাখিবা নত্তুগা খওখিবা অহুমখক্তা হায়গদবনি। হেন্না হায়জিনবা নত্তুগা ব্রাহ্নে মচেৎ হোংদোক্নুনা থক হায়রোইদবনি। ব্রাঙাও অদু অচুম্বা ঙাক্তা অমসুং নুংশিবা ঙাক্তা ওইগদবনি। চুমই হায়দুনসু অতোপ্পগী থমোই শোকহনবা ব্রাঙাও অদু তৌরোইদবনি।

"আদি" অসিনচিংবা। নারদনা মতাং অসিদা ধর্ম লৈবা ফজবা অতৈ গুণশিং, যৌনা, দান, ইন্দ্রিয় থুম্‌চনবা, ব্রত কনবা, অচ্ছদা চেংনা লেপ্পা, নোল্লুকপা, ইয়া য়ানা ফত্তবদা য়াজদবা, অচিকপা অঙৈংবা, অশাউবদগী নাম্লেকপা, থমোই নৌবা, পূক্নীং লাকশিনবা, ঙাকপীহৈবা, অথাঙ্ক কনবগী লীংজেল, অসিনচিংবা অসিসু য়োকখৎকদবনি হায়না ঈঙ্গিৎ তৌই।

পতঞ্জলি মহর্ষিগী রাজ যোগ দর্শনগী য়ম অমসুং নিয়মগী পথাপশিং অদু মতাং অসিদা য়াওরি। মখোয় অসি যোগগী য়ুম্ফম্নি। মখোয় অসি সাধনা তৌরগা থমোই শেংদোকই অমসুং মথংদা অন্তকরন্দা ( থমোইগী থূপ্পবা নুংদা ) অধ্যাত্মিকী মঙাল অদু লৌশিন্ননবা যৌরাং তৌদুনা লৈহল্লি। অথোইবা নুংশিবা (শ্রদ্ধা অমদি প্রেম্না )অকনবা থমোইবু পেৎহল্লি। অচুম্বনসু থমোইবু শেংদোকই। ঈশ্বর হায়বা অসি অচুম্বগী শক্তম্নি অমসুং অচুম্বখক্তা সাধনা তৌরগসু ঈশ্বর মাবু ফংবা ঙম্মী। অচুম্বতনা মতম পূম্বদা জয় ওই। কনাগুম্বা অমনা ব্রাখল ব্রাহ্নে অমসুং থবক্তা অহিংসা নীংথিনা তৌরবদি অতৈ গুণ পূম্নমক মদুদা নপুনা ইম্নরকই। অয়াম্বা পাপকী থবক পূম্নমক মী অদুনা শাউরবা মতমদতা তৌই। ব্রহ্মচর্য হায়বা অসি গুণ পূম্নমক্তগী অথোইবনি। ব্রহ্মচর্য নত্তনা ঈশ্বর ফংনবগী উপায় লৈতে। ঈশ্বরদা শ্রদ্ধা লৈত্রবা অমদি সাধনা তৌদ্রবদা ঈশ্বর ফংবগী য়া লৈতে। শ্রদ্ধা হায়বা

অসি সাধক অমগী লেঙদ্রবা গুণ অমনি । মসিদা হায়রিবদ্দি ইপণ্ড পণ্ডনা পংথা থাজবা অদু নত্তে । মসি বিবেক বিচারনা ফংবা থাজবদুনি ।

পূক্নীংদি থক পোথাবা লৈতে । অদুদি করম্না মসিবু লেঙহন্দনা থমগনি । মথংগী সূত্র অনীদা পূক্নীংনা ঈশ্বরদা করম্না লেঙদনা থমগনি হায়বা অদু তাক্লি ।

## সূত্র ৭৯ ।। সর্বদা সর্বভাবেন নিশ্চিন্তৈর্ভগবানেন ভজনীয় : ।।

কনাগুম্বনা পূক্নীং চপ য়ুংনা অব্রা নুংঙাই মৈশা লাংহন্দনা মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বর থক্তবু লাৎচনীংজগনি ।

সর্বদা, মতম লৈবা খিবীক্তা; সর্বভাবেন, পুনশিগী তানফম থূদিংদা পূক্নীং চপ য়ুংনা লেপ্তুনা ; নিশ্চিন্তৈঃ , অব্রা নুংঙাই মৈশা লাংবা পূক্ষদগী নাম্লেক্তুনা ; ভগবান্, ঈশ্বর তাইবং মপু; এব, থক্তনা ; ভজনীয়ঃ, লাৎচগদবনি ।

" চিন্তা " হম্না হম্না খনবা,লাঙতক্নুনা পূক্নীংদা তত্তনা নীংশিংবা ; সর্বভাবেন , ভাব হায়বদি লৈরিবগী মওং অদুনি; পূম্নমক মাগী মাগী লৈরিবগী মওং অমসুং পূম্নমক্কী পূক্নীংগী ফিভম অদুনি । পুনশিগী তাঙ্কক পূম্বদা ভক্তগীদি ঈশ্বর মহাক্তবু উজ্জদুনা লৈ । মাগী মিৎয়েংদদি মাগী ইমুং মনুংগী মরী মতাশিং ; মাবু লুনা তৌবীবা মরূপশিং , মঙোন্দা ফত্তবা কয়া তৌরকপা মীওইশিং , মথকথোংবশিং অমসুং মখা থাবা পূম্নমক , মাগা অতোপ্পশিং হেক থেংনদুনা মরী লৈনবা পূম্বা মঙোন্দদি ঈশ্বরগী শক্তম ঙাক্তা ওইনা উজ্জে ।

ভগবান্, মগুণ পূম্বনা লৈতেংবা, শক্তি পূম্বা লৈবা অমসুং জ্ঞান্তনা য়োমশিল্লবা মাবু ভগবান হায়না কৌই ।

ভজনম্ , লাৎচবা "ভজ" অর্থগী মতুংইন্না শরূক য়ামিন্নবা হায়বনি , মশামক্কী ওইজবা , শরূক য়াবা ।ভক্ত হায়বনা মঙাল,মগুণ,শক্তি অমসুং জ্ঞান অদু ভগবান মাগা শরূক য়ামিন্নবা হায়বনি ।

" নিশ্চিন্তা ভজন " ভগবানগী ব্রাখন্দা মিৎকুপ অমা চোইথোক্তনা মপূং ফানা ধ্যান ধারনা তৌদুনা লৈববু খঙনৈ ।

গীতাদা হায়: " তমেব শরণং গচ্ছ সর্বভাবেন ভারত।" ( পূক্নীং হকচাং থমোই ) অমত্তা ওইবা মওংদা লেঙদনা মঙোন্দা লৃপ্তুনা চঙজৌ, হে ভারত।" ঈশ্বর মাগী মফমদা পূক্নীং, হকচাং,থমোই,বুদ্ধি , আত্মা পূম্নমক অমত্তা খাকপা

তৌদনা চণ্ডজৌ । অধ্যায় ১৮/৬২ মসিবু "সর্বভাবেন" হায়না কৌই । নন্তনা ধ্যান তৌবা মতমদা নঙ অকিবা, অরাবা, লাঙতক্রবা পূম্বদগী নাম্মেক্কদবনি ।

## সূত্র ৮০ ।। স কীর্ত্যমানঃ শীঘ্রমেবাবির্ভবত্যনুভাবয়তি ভক্তান্ ।।

অসুম্মা শৈথাদুনা শকচরগা নক্তগা মগুণ মিংচৎ শৈথাজদুনা ব্রাংহল্লগা মহাক্লা (ভগবান) মশামক্লা শাফোংলক্কনি, অমসুং মাগী ভক্তবু ঈশ্বরগী মঙাল ফংজবা ওইদুনা খৌজাল পীবী ।

সঃ, ঐবু; কীর্ত্যমানঃ, শৈথাদুনা শকচরগা, গুণ মিংচৎ শৈথাদুনা ব্রাংহল্লগা; শীঘ্রম্, শোয়দনমক ; এব, শোয়দনা ; আবির্ভবতি, শাফোংলকই, শক্তম লাংলকই; ভক্তান্, ভক্তশিংদা ; মাবু খঙননবা শাফোংলকই; অনুভাবয়তি, (মখোয়বু) ভাব তাহল্লি ।

প্রহ্লাদনা "সর্বভাবেন" থমোই পূংলূপ লূপশিন্দুনা কৌজবা মতমদা ভগবান হরিনা নরসিংহগী শক্তম লৌদুনা য়ুম্বীদগী চোংথোরক্লম্মী । প্রহ্লাদনা মাগী মপাদা হায় " ঐগী নারায়নদি নঙগী থমোইনুংদা লৈ । মহাক ঐগী থমোইনুংদা লৈ । মসিগী চক্লসিগী মনুংদসু লৈ । মহাক্তি য়ুম্বী অসিগী মনুংদসু লৈ । " প্রহ্লাদনা মফম মরী তাক্লম্মী । তৌইগুম্বসুং হরিনা য়ুম্বীসিদগী করিগী থোরক্লিবনো ? মরমদি প্রহ্লাদনা মাগী পূক্লীং পূংলূপ লূপশিন্দুনা য়ুম্বী অদুদা ধ্যান তৌরম্মী । মহাক্লা ভগবান হরিনা য়ুম্বী অদুদগী থোকপীরক্কনি হায়না কন্না নীংলম্মী । মসিনি মাগী সসঙ্কল্ল হায়বদু ।

---

## ভক্তি খ্বাইদগী ফবা উপায়

সূত্র ৮১ ।। ত্রিসত্যস্য ভক্তিরেব গরীয়সী ভক্তিরেব গরীয়সী ।।

নুংশিবখক্তা অথোইবনি, লেঙদবা অচুম্বনা খ্বাইদগী চাউরে, অসিগুম্বা নুংশিবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না অমুক চাউরে ।

ত্রিসত্যস্য , অথোইবা অদু, লেঙদবা অচুম্বা অদু ; ভক্তিঃ, থাজবগা লোয়নননা নুংশিবা (ভক্তি); এব, খক্তনা ; গরীয়সী , হেন্না চাউই । ভক্তিঃ, থাজবগা লোয়নননা নুংশিবা (ভক্তি); এব, খক্তনা ; গরীয়সী , হেন্না চাউই ।

হৌগ্রবা,হৌজিক অমসুং লাক্কদবা মতম অহুমগী মনুংদা ভক্তি হায়বা অসিতনা অথোইবা ওইরকই (থোইদোক্লা মতিক মঙাল নাইবা ) ভক্তি হায়বা অসিতনা অথোইবা ওইরকই ( থোইদোক্লা মতিক মঙাল নাইবা ) ।

লম্বী অহুমগী মনুংদা, ভক্তিগী লম্বী হায়বা অসিনা অতৈ পূম্নমক্তগী চাউই, অতৈ লম্বী পূম্নমক্তগী হেন্না চাউই ।

সূত্র অসিদা নারদনা ভক্তি হায়বা অসিগী মমল অমসুং মরূওইবগী মরমদা হায়রি । ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসিদি লোইনাইদবনি ।

“গরীয়সী” হায়বা ৱাহৈ অসিনা অকনবা শাফু পীরী । মসিনা ভক্তিবু মতিক মঙাল খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা থাঙংলি । অতৈ লম্বীশিংদগী ভক্তিনা হেন্না ফৈ , অতৈ লম্বীশিংদগী ভক্তিনা হেন্না ফৈ ।

ভক্তিগী লম্বীদি খ্বাইদগী ৱাংবা লম্বীনি । ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বসিনা পূংথোই থোইবনি । ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বদি লেঙনাইদবা লোইনাইদ্রবা অচুম্ববু নুংশিবনি ।

ত্রিসত্যম্ , লোইনাইদবা অচুম্বা অহুম অদুদি : (১) জ্ঞান (২)কর্ম (৩) ভক্তিনি । ঈশ্বর হায়বসি নুংশিবনি অফবনি অচুম্বনি । ঈশ্বরবু ভক্তনা নুংশিবা ওইনা

হকথেংননা ফঙনি । কর্ম যোগীশিংনা ঈশ্বরবু অফবা ওইনা থেংনগনি । জ্ঞানিশিংনা ঈশ্বরবু অচুম্বা ওইনা থেংনগনি । নারদনা অহানবগী অসিনা অকোনবগীশিং অসিদগী হেন্না ফৈ হায় । হকচাং, ৱাঙাঙ অমসুং পূক্লীংনা সাধনা তৌরিবা অচুম্বগী মওং অহুম অসিগী মনুংদা ভক্তিগী লম্বী অসিনা খ্বাইদগী অথোইবা লম্বীনি ।

হকচাং,ৱাঙাঙ অমসুং পূক্লীংনা সাধনা তৌরিবা অচুম্বগী লম্বীশিং অদুবু অচুম্বগী লম্বী অহুম হায়না কৌই । শেংলবা ঋষি নারদনা লম্বী অহুম্মক্কী লেপ্পবা নাতৈশিং অদু য়েংলগা ভক্তিনা পূংথোই থোই হায়বা অসি খঙখিরম্মী ।

গীতাগী ১২ শুবা অধ্যায়দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায় " ভক্ত অদুনা ভক্ত পূম্নমক্কগী হেন্দোক্না ঐবু নীংশিংদুনতা লৈরিবা লেপ্তুনা ঐবু খুরুমজরিবা মহাক অদু য়ুক্ত- তম খ্বাইদগী ফবা খ্বাইদগী ৱাংবা ভক্তনি ।"

" যোগী পূম্নমক্কগী ঐবু চেৎনা থাজবগা লোয়ননা,মাগী থমোই পূম্বা কথোক্তুনা মশাবু ঐওোন্দা তিঙ্গরিবা, ঐবু লাৎচরিবা, মহাক অদু ঐনা অথোইবা লাইনীংবনি হায়না ঐনা কৌই ।" গীতা অধ্যায় ৬/৪৭ অসুম্না ভক্তনা খ্বাইদগী ৱাংবা মফম পীবী ।

পরাভক্তিনা জ্ঞানগা অমত্তনি । পরাভক্তিদি মুখ্যভক্তিদগী ফাওবা হেল্লি । পরাভক্তিদদি মী মহাক অদু মাগী নুংগী আত্মা অদুদা অমত্তা ওইনা তিঙ্গরে । মতম অদুদা মাগী নুংশিবা অদু মশাগী ওইজবা দেবতা অদু নত্রে,জগতকী মপু অদুদা তিল্লে । ভক্তদু হৌজিক্তি মতম , মফম অমসুং মরমগী ৱাংমদা লৈরে, গুণ অহুমগী ৱাংমদা লৈরে, মিকপ থোকপা,মঙ মঙবা,তূমখুন তানবা,করি হায়গনি ত্রিপুতি হায়বদি পোৎ অমদি থৌবুগী মরীগী ৱাংমদা লৈরে । মহাক্না মশাবু ভগবান মাগা অমত্ত ওইরে হায়বসি খঙলকই ।

## সূত্র ৮২ ॥

**গুণমাহাত্ম্যাসক্তিরূপাসক্তিপূজাসক্তিস্মরণাসক্তিদাস্যাসক্তি সখ্যাসক্তিবাৎসল্যাসক্তিকান্তাসক্ত্যাত্মনিবেদনাসক্তিতন্ময়া সক্তিপরমবিরহাসক্তিরূপৈকধাপ্যেকাদশধা ভবতি ॥**

ভক্তি নত্তগা ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসি মনুংদা অমত্তা ওইরবসু শক্তম

তরামাথোই থোক্না ফোঙদোরকই : (১) ঈশ্বর (ভক্তগীদি ভগবান)মাগী মতিক,মঙাল,মগুণশিংবু শীংথাবদা নুংশিজবা , (২) থমোই হুনা শুদ্ধাৎনা ফজববু নুংশিবা,(৩)পূজা তৌববু নুংশিবা,(৪)তত্তনা নীংশিংববু পামজবা, (৫)সেবাদা পুক্নীং লূপ্না (৬)মরূপ ওইনা নুংশিবা (৭)মচানুপা নত্রগা মচা ওইনা নুংশিবা (৮)মপুরোইববু মাগী লোয়নবীনা নুংশিবগুম ঈশ্বরবু ওইনা নুংশিবা ( ৯)মঙোন্দা পূংকৎ কথোক্তুনা নুংশিবা (১০)মঙোন্দা পূংলূপ লূপশিন্দুনা নুংশিবা (১১) মাবু কায়নবদা অৱা মৈচাক খাঙগুমদনা নুংশিবা ।

(একধা,লয়ী অমত্তা ওইব, মখল অমত্তা ওইবা; অপি, অদু ওইরবসু;) গুণমাহাত্ম্যাসক্তি, ঈশ্বরগী ওইবা গুণশিং অদুগী মতীক মগুণ শীংথাজবদা পামজবা; রূপাসক্তি, ঈশ্বরগী নীংথি-ফজবা শক্তম্ব খোয়দাজবা; পূজাসক্তিঃ, পূজা তৌববু পামজবা; স্মরণাসক্তি, লেপ্তনা নীংশিংববু পামজবা ; দাস্যাসক্তিঃ, সেবাদা খোয়দাজবা ; সখ্যাসক্তিঃ, ঈশ্বরবু মরূপ অমা ওইনা নুংশিবা ; বাৎসল্যাসক্তিঃ, ঈশ্বরবু মচা ওইনা নুংশিবা; কান্তাসক্তিঃ ,নুপীনা মপুরোইববু নুংশিবগুম ঈশ্বরবু নুংশিবা; আত্মনিবেদনসক্তিঃ , পূংকৎ কথোকপা পামজবা; তন্ময়াসক্তিঃ, ঈশ্বরগী মফমদা মশা পূম্না তিনশিঞ্জনীংবা; পরমবিরহাসক্তিঃ, ঈশ্বর মাবু কায়নবদা অৱা মৈচাক্না চাকচবা পাম্বা ; রূপাসক্তিঃ, মওং ওইনা ; একাদশধা, তরামাথোই শুবা মওং লৌদুনা ; ভবতি, ওইরকই ।

অহানবমত্তদা ভক্তনা ভগবানবু মীনায় অমগী মতৌগুম সেবা তৌজে ।অদুদগী ভক্তনা ভগবানগী মফমদা নকশিঞ্জে অমসুং মরূপ অমনা মরূপ অমগী মফমদা চৎপা লমচৎ অদু চৎপা হৌরকই । অদুদগীদি মরী অদু খরা হেন্না নকশিন্নরকই । মরম অসিনা, ভক্তনা মাগী থাক ৱাংখৎলকই অমসুং মমা মপা ওইবগী নুংশিবদু মপানা মচাগী মফমদা নুংশিবগুম নুংশিবা ফাওরকই । মমৈদা, ভক্ত অমসুং ভগবানগী মরক্তা লৈরিবা খরদং লাপ্নরিবদু লোইনমক মাঙখি । অনী অদুগী থমোই অমত্তা ওইশিল্লকই । ভক্তগী থমোইদা মপুরোইবনা লোয়নবীগী মফমদা নুংশিবগী মওংদা নুংশিবগী খূদমশিং অদু উৎলকই । আত্মানিবেদন্দদি নত্রগা পূংকৎ কথোকপা হায়বা অসিদদি পূংলূপ লূপশিনবা হায়বা ভাব অসিসু য়াওরে । মাগী থমোইদা য়েংউ য়েংউবা মফম খূদিং মায়গৈ পূম্নমক্তা ঈশ্বর মাথক্তা উরকই অমসুং

মহাক মশা অসি মপূংফানা ঈশ্বর মাগী মফমদা মাগী অমত্তা থাক্তনা মতম পুম্নমক্কী ওইনা তিনশিঙ্খি।

. নঙনা মাবু য়াওদনা হিংবা ঙমদ্রে হায়না হেক খল্লকপা মতম অদুদা নঙনা নঙ ঈশ্বরবু নুংশিরে হায়বা অদু খঙজরক্কনি।

ভক্তগী পুনশিগী পান্দমদি মাগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তমশিং অদুদা নঙনা নঙ ঈশ্বরবু নুংশিরে হায়বা অদু খঙজরক্কনি অদু লোইনমক মাঙহঞ্জবা অমসুং কর্পূরনা মৈদা লোইনা তুমখিবগুম অদুগুম্বা মাগী শক্তমশিং অদু ভগবানগী মফমদা তিন্দুনা মাঙহনখিগদবনি।

নারদ অমসুং ব্যাস, শুকদেব, ককভুসুন্দি, সেশা সুতা, সৌনক, শাণ্ডিল্য, ভিস্ম, প্রিতু, পরিক্ষিত্, অমসুং জন্মেজয় মখোয় পুম্নমক ঈশ্বরগী মতিক মঙাল মগুণ শকচরগা থমোইদা পেঞ্জে। বৃন্দাবনগী গোপীশিং, দণ্ডাকারন্যগী ঋষিশিং অসিদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিজবা শক্তমদা ঙাওজরম্মী। অম্বরিশা, লক্ষ্মী, প্রিতু, ভরতনচিংবনা মতম চুপ্পদা পূজাদা লেঞ্জরম্মী; প্রহ্লাদা, ধ্রুব, শঙ্করনা মতম পুম্বদা ভগবানবু নীংশিংজরগা লেঞ্জরম্মী; হনুমান, অকুর, বিদুরনা সেবাদা পেঞ্জে; উদ্ধব, আর্জুন, সুদামা অমসুং গুহাশিং অসি মরূপ ওইবগী অথোইবা গুণশিংনা লেপ্লেবনি; ভগবানগী নুংশিবনি; শ্রীদাম, রুক্মীনি অমসুং সত্যভামানা শ্রীকৃষ্ণবু মপরোইবা ওইনা নুংশিজে অমসুং দশরথ, কৌশল্যা, দেবকী, নন্দ, যসোদা, কাশ্যপ, আদিতি, মনু সতরূপনচিংবনা মখোয় মখোয়গী মচা ওইনা নুংশিজে; বলি, বিবিষন, হনুমান, অম্বারিশ অমসুং শিবিনা ভগবানগী মফমদা অখাকপা লৈতনা কখোকচরম্মী। সনত্কুমার, সুক, সনক অমসুং যজ্ঞবল্ক্য মখোয় মশা মশাবু ঈশ্বরগী মফমদা পূংলূপ লূপশিঞ্জদুনা (তন্ময়াসক্তি)গী মতৌদা পেঞ্জে। উদ্ধব, আর্জুন, গোপীশিং অমসুং রাধানা কায়নবগী মৈনা চাক্তুনা ভগবানবু ফংজে। খুনিংমক মাগী মাগী পূংথোই থোইরে, পূংহেল হেল্লে খঞ্জবা মিৎয়েং অমগী মথা পোল্লা লেপচে। হায়রিবা ভক্তিগী মওং তরামাথোই অসি ভক্ত অমগী মফমদা মাগী তোঙান তোঙানবা ফিভম ফিভমগী মতুংইন্না উথোক্লকই।

বিরহ হায়বা অসি নুংশিবগী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক্কী শক্লোন্নি। মসি ভক্ত পুম্নমক্কী মফমদা মান্নানা মচৎ ওইজবা ফিভম্নি, মরমদি কায়নবা ঙমদবগী অব্রাবনা য়াম্না হেন্না নুংশিরকপগী মওং অদুনি। সূত্র ২৯ দা উৎপা খ্বাইদগী হেন্না শাথীবা

ভক্তিগী চাংয়েংশিং অদুগী মনুংদা অমনি । অসিগুম্বা মথলগী নুংশিবগী থাক অসি রাধা অমসুং গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবা মতমদা খোইদোকপা মওংদা উথোরকই ।

অসিগুম্বা মখল তরামাথোই থোক্লা নুংশিবগী মওং অসি নঙনা চৎপা ঙমদ্রবদি নঙনা হৈনবা অমা নত্ত্রগা অনীদং খনগৎলু অমসুং মদুগী মতুংইন্না নঙনা ঈশ্বরবু নুংশিবদু য়োকখৎলু । নুংশিবা হায়বসি মওং মরুদি অমত্তনি । মরম অসিনা ভক্তশিংবু মানা মানা পাম্বা পূর্ক্নীংগী ফিরেপ খেন্নবদগী নুংশিবগী মওং খেন্নে হায়দুনা মানা ব্রাংই, মানা নেস্মী হায়না খেন্নবা থগ্রোইদবনি ।

হায়রিবা মখল তরামাথোইগী নুংশিবগী মচৎ অসি গোপীশিংগী মফমদা লোইনা উবা ফংই ।

মফম অসিদা নুংশিবগী মওং নত্ত্রগা থাক মাপনগী মরমদা শন্দোক্লা হায়রি । খ্বাইদগী ব্রাংশদি মধুররস নত্ত্রগা কান্তরস হায়বা নুংশিরিবা নায়ক্লা নায়িকাগা অমত্তা ওইশিনখিবদুনি । সুফিশিংসু অসিগুম্বা মখল অসিদা খোয়দায় । ভক্তশিংনা হনুমানগী মতৌগুম্না মনায়গী ভাবতা নুংশিবা হৌই । ভক্তিগী মনুংদদি মসিনা খ্বাইদগী নেম্বা কৈরাক্লী থাক্লি । অদুদগী মহাক্লা (ভক্ত) আর্জুনগী মতৌগুম , মরূপ অমা ওইবগী মিৎয়েংদা ঈশ্বরবু য়েংবা হৌরকই । হৌজিক্তি অকিবা কোকখ্রে । মহাক্লা মানা লাৎচরিবা অদুগা মাগা অমত্তা ওইনা মান্নরে হায়না হায়রকই । অদুদগী মাগী থমোইদা ঈশ্বরবু মাগী মচানি হায়বা ভাব অমা ফাওরকই । শ্রীকৃষ্ণবু মাগী মচানুপামক ওইনা উরকই ।

শ্রীভল্লভাচার্য্য সম্প্রদায়গী পরিংগী সাধনাদা চৎলিবা শিষ্যশিংনা ভাব অসিদা চৎলি । অকিবা অমদি অপান্বা খৌরাংবা পৃম্নমক লোইনা মাঙখি । ভক্তনা চেকশিন্দ্রবদি মাগী কান্তভাব অদু লৈখা তাখিনি, মাঙ্খিনি হায়না কিজে । মহাকপু নুপীদা ওক্তবগী মশাগী হৈনবা লমচৎনা হেক্তা চেম্বদুনা পুখি । মহাক্লা হকচাংগী মপানগী ইন্দ্রিগী অপেনববু ভক্তি ওইনা লাম্না লৌশিল্লি । থমোইগী ঈহুনশিংদি ভক্তি নত্তে । অসিগুম্বা ভাবকী মওংদা নুংঙাইনা লূপশিনবা মীশিংদি নুংঙাইফম খঙদবা, পোথাফম খঙদবা খৌদোক কয়া থোক্কনি । অসিগুম্বা ভাব অসিদা চৎকদবা ভক্তশিংদি পূংশেং শেংবা থবক অমগী মচৎ লৈবা চঙই । মসিগী ভাব অসিদি ঈশেং শেংবা পূর্ক্নীংগী ফিভমনি । নুপী মান্না ফি শেৎচিনবা অমসুং নুপী মানবা শাজৎ খরা উৎপা অদুদি লৌনম উৎপনি । অসিগুম্বা মওং অসি ভাব মখল অসিদা মখৌ তাদে ।

## ব্রারোইশিন্

সূত্র ৮৩ ।। ইত্যেবং বদন্তি জনজল্পনির্ভয়া একমতাঃ কুমারব্যাসশুকশাণ্ডিল্যগর্গবিষ্ণুকৌণ্ডিল্যশেষোদ্ধাবারুণি বলিহনূমদ্বিভীষণাদয়ো ভক্ত্যাচার্য্যা ঃ।।

মতৌঅসুম্না ভক্তংগী গুরুশিংনা, সনত্‌কুমার, ব্যাস, সুক, শাণ্ডিল্য, গর্গ, বিষ্ণু, কৌণ্ডিল্য, সেশ, উদ্ধব, আরুণি, বলি, হনুমান, বিভিষন অসিনচিংবা অসিগুম্বা শীংথারিবা পরিংশিং অসিবু চপ মান্নবা মীথি মীরৌ থিগনবা মীওইশিংনা করি হায়রক্লনি হায়বা করি অমত্তা খন্দনা, মসিনা মহেল্লে হায়না লাউরম্লিবনি ।

ইত্যেবম্, মথক্তা শব্দোক্তা উৎপ্তিবা পূম্নমক ; জনজল্পনির্ভয়াঃ, মীশিংনা অচুম অরান থিরক্লনি হায়বগী অকিবা অমত্তা লৈতনা; একমতাঃ, অমত্তা ওইনা; কুমারব্যাসশুকশাণ্ডিল্যগর্গবিষ্ণুকৌণ্ডিল্যশেষোদ্ধাবা-রুণিবলি হনূমদ্‌বিভীষণাদিঃ, কুমার, ব্যাস, সুক, শাণ্ডিল্য, গর্গ, বিষ্ণু কৌণ্ডিল্য, সেশ, উদ্ধব, আরুণি, বলি, হনুমান, বিভিষন অমসুং অতৈশিং; ভক্ত্যাচার্য্যাঃ, ভক্তিগী গুরুশিং; বদন্তি, হায়, লাউরম্মী ।

মথক্তা পল্লিবা শীওইশিং অসি নারদ ঋষিগা চপ মান্নবা ব্রাখল হীরম অসিদা লৈবা খ্বাইদগী ব্রাংলবা ভক্তিগী লমদমদা নৈনবা মীওইশিংনি ।

মখোয়না কলা অমত্তগী সমালোচনা অচুম্ব অরান মরৈ অমত্তা কিরমদে. মরমদি মখোয় খূদিং থমোইলুংদা অধ্যাত্মিকী হকথেংনবা ভাব ফংপ্রবা মীওই ওাক্তনি ।

ভক্তিগী লম্বীদা চৎথিবা অচৌবা মীওই কয়া মরী লৈননা পল্লগা নারদনা মাগী ব্রাখল পরিং অসি মপাঙ্গল কনখৎনা চেৎশিলহল্লম্মী ।

কুমার হায়রিবা অসি সনত্কুমারবুনি, মহাক নারদগী গুরুনি । মহাক্না মতম পূম্নমক্তা " হরি শরণং" (হরিদা চঙজরি) হায়বা মন্ত্র অসি জপ তৌদুনা লেম্লম্মী । মহাক্তি ভক্তশিংগী রাজকুমাররনি।মহাক্তি ভক্তিগী লম্বীদা চৎলিবা লমজিংবশিংগী মনুংদা অমনি । শাণ্ডিল্য, সূত্র ইবা শাণ্ডিল্য, ভক্তিগী লম্বীদা চৎলিবা অচাযশিংগী মনুংদা অমনি ।

গর্গ হায়বা অসি থায়নগী মুনি অমনি । মাগী তপ অমসুং লাইনীং চেৎপনা মরম ওইদুনা শিব মশামক্তগী বিদ্য ৬৪ গী জ্ঞান ফংহৌই। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী নামকরন পূজা তৌজরম্মী । মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু পরব্রহ্মনি হায়না খঙলম্মী । মহাক অসি পণ্ডিৎকিদি মপুনি । মানা তাকপীরম্বা পূম্নমক গর্গ সংহিতাদা ইদুনা লৈ ।

মহর্ষি বিষ্ণু হায়বা অসি স্মৃতিগী মশকনাইবা অইবনি । মহাক্না মতম পূম্বদা ধ্যান্দা লৃপলম্মী । ভগবান সেশনা মাগী মরৈ লীশীং লীশীংনা লৈশি লৈথোন্দুনা অহিং নুংথিল পূম্বদা শক শোন্দুনা লেম্লম্মী । মহাক্না মনায় ওইবগী ব্রাখন্দা মতম পূম্বা লেঞ্জরম্মী ।

উদ্ধব হায়বা অসি শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইদগী নুংশিবা মরুপনি । বলি হায়বা অসি মতম পূম্বদা পূংকৎ কখোক্রবা অমগী মুর্ত্তিনি । মাগী ভক্তিনা থমোই পেল্লদুনা ভগবান হরিনা মাগী থোঙ্গান্দা থোঙঙাকপা অমা ওইনা থৌদা পুরম্মী । হনুমান হায়বা অসি খ্বাইদগী চাউবা ভক্তনি । মহাক মনাই ওইবগী ব্রাখন্দা লৃপ্লম্মী । বিভিষন্না হনুমানগী মপান্দগী শ্রীরামগা মরূপ ওইবা ফংজখি । হায়রিবা ভক্তিগী অচাযশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী ভক্তিগী পুনশিনা মরম ওইদুনা অখোইবা ভক্তিগী খুদমশিং উংখি ।

ব্রারোইশিন্ ( সন্ধিপত্র) অসিদা পুনশিগী তোঙান তোঙানবা থবক্তা লৈবা অফবা ভক্ত কয়ানা মায়পাক্না লৌখৎপীরম্বা, ভক্তি হায়বসি ঈশ্বরগী নাক্ত চঙজনবগী চপচাবা ওইথোকপা লম্বী উৎপা মখোয় ( ভক্তশিং) পূম্নমক্কী ব্রাখলগী মচি মচংশিং ইশিন্দুনা কনাগুম্বনা ইদুনা থম্নম্বদু সূত্র ওইনা উৎলি অমসুং মশাগী ওইজনাম পূম্নমক কখোক্রবা অসিগুম্বা ভক্তিগী গুরুশিং অসিগী পাউতাকশিংনা ভক্তশিংদা কান্নহল্লি অমসুং ইনবদা মতিক চায় ।

**সূত্র ৮৪ ।। য় ইদং নারদপ্রোক্তং শিবানুশাসনং**

**বিশ্বসতি শ্রদ্ধতে স ভক্তিমান্‌ভবতি**

**স প্রেষ্ঠং লভতে স প্রেষ্ঠং লভতে ইতি ।।**

**মী অদুনা নারদনা শন্দোক্লা তাকপীরম্বা য়াইফ মঙ্গলগী মশক ওইরবা পাউতাকশিং অসিবু থাজরবা অমসুং থমোইনা য়ারবা ( শ্রদ্ধা লৈরবা ) মহাক অদু ভক্তিনা লৈতেংলকই অমসুং নুংশিথোইরবা (ভগবান) মাবু খঙজে , নুংশি থোইরবা (ভগবান) মাবু ফংজে ।**

**য়ঃ, মহাক অদুনা; ইদম্, মসি; নারদপ্রোক্তম্, নারদনা হায়রম্বা; শিবানুশাসনম্; মঙ্গলগী মশক ওইরবা পাউতাকশিং ; বিশ্বসতি, থাজরব; শ্রদ্ধতে, থমোইনুংদা থাজবা নুংশিবা য়াওনা হোংনরবা; সঃ, মহাক ; ভক্তিমান্ , ভক্তিগী ব্রাথল ; ভবতি, ঈহৌরকই; প্রেষ্ঠম্ , খ্বাইদগী হেন্না নুংশিরবা (ভগবান); লভতে, খঙলকই , ফংজে; সঃ, মহাক ; প্রেষ্ঠম্, খ্বাইদগী হেন্না নুংশিরবা ,(ভগবান) ; লভতে, ফংজে , ইতি, অসুম্না ।**

মসিবু ফলশ্রুতি হায়না কৌই । ফংজগদৌরিবা অদু ভগবান্নি । প্রেষ্ঠম্ হায়বদি মপুরোইবা ওইনা নুংশিবদুবুনি । মতাং অসি মীওইবগী পুনশিগী অথোইবা পঙ্গুং অদুগা অমত্তা ওইশিনবদু উত্নুনা শীজিন্নে । "ইতি" অসুম্না । ব্রাহৈ অসিনা ব্রারোইশিন (সন্ধিপত্র) অসি লোইরে হায়বা তাকই ।

নারদনা হৌজিক্তি ভক্তিগী ফল তাক্লি । মহাক্লা হায় মদুদি মী অদুনা ভক্তিগী অহানবা গুরু ভগবান শিবনা ইরম্বা ব্রা অসিবু থাজরবা অমসুং মদুবু দেবর্ষি নারদনা শন্দোক্লা উথোক্তুনা মচা তানা তাক্তুনা উৎলিবা অসিগুম্বা অশেংবা পাউতাকশিং অসিবু থাজরবা , ঈজ্জৎ তৌরবা অমসুং সাধনা তৌজরবদি , মহাক্লা ঈশ্বরবু মাগী চান্নথোইবা ওইনা ফংজগনি ।

ব্রারোই ( উপসংহার) অসিগা ব্রাহৌদোক ( উপক্রম ) অসিগা ইমান মান্নে : অরোইবা সূত্রদা য়ুমাঙগী সূত্র ২,৩,৪,৫, অমসুং ৬ কী ব্রাফম হঞ্জিল্লকই ।



**ভগবান মানা য়াইফরসনু !**
**নারদ মুনিনা মঙ্গল ওইরসনু !**
**সাধু সন্ত পূম্নমক, ভক্ত পূম্নমক, ভগবত্**
**অজলুং মহাত্মা পূম্নমক মঙাল নাইরসনু !**
**ওঁ তৎ সৎ! শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ।**

---

## দিব্য জীবন সেবা সঙ্ঘ, ককচিং ব্রাঞ্চকী

## অফোঙবা লাইরিকশিংঃ

১। শিবানন্দগী খোঞ্জেল (২০০১-২০০৭)
দিব্য জীবনগী মচি ওইবা ৱাফম পূন্বা শুপ্ন য়াওরি।

২। গুরু তত্ত্ব, স্বামি শিবানন্দ (২০০৬)
গুরু অমসুং শিষ্যগী মশক তাকলি, মহা সতীগী গুণ শীংথারি।

৩। যোগগী লমজিং লমতাক, স্বামি চিদানন্দ (২০০৭)
ঋষিকেশ যোগ বেদান্ত ফোরেষ্ট ইউনিভর্সিটিগী তেক্স বুকনি।

৪। ছাত্রগী পুনশি মায় পাক্লবা লম্বী, স্বামি শিবানন্দ (২০০৭)
ছাত্র ওইরিবা পুনশিদা মরূহকপা শক্তি উৎননবা ৱারোল কয়া য়াওরি।

৫। নারদ ভক্তি সূত্র, স্বামি শিবানন্দ (২০০৮)
ভক্তিগী ৱারোল মচাতানা তাকলি।



লাইরিক ফংফম:

১। মচিন মনাউ সেবা আশ্রম, ককচিং।

২। সুরেশ ষ্টোর, গবনর রোদ, ইম্ফাল।